# পুন্সিংগী ৱা

নিসা বাশি

মগু অপুনবা,
বাশিখোং ৱাঙ্খে লৌমাঙ্গী
২০০৭




# পুক্নিংগী ৱা

# PUKNINGEE WAA

by *nisa Baashi*
Bashikhong Wangkhei Loumanbi

| | | |
|---|---|---|
| অনিশুবা খুৎনম | : | *হিয়াঙ্গৈ, ২০০৭* |
| কোপী মশিং | : | *৭০০* |
| অফোঙবী | : | *নিংথৌজম ওংবী সনাহনবী (চাক্কৌবী) না মগী অপুন্বা, বাশিখোং ৱাংখৈ লৌমানবীগীদমক* |
| মখুম য়েকপা | : | *আর.কে. থম্বালসনা* |
| মমল | : | *লুপা ১৭৮/-* |
| ফংফম | : | *অইবগী য়ুম, বাশিখোং ৱাংখৈ লৌমানবী, ফাউন্দেসন ওন সোশ্যল দিফেন্স এন্দ হেলথ ইদুকেসন (ফোসডি) মনিপুর, ঐচ পি ক্লিনিক, শিংজমৈ পার্কিং, এস. থোইবী দেবী, সেক্রেটারি, এম এন পি প্রেস, খৌবাল* |
| লাইরিক নম্ফম | : | *পিস প্রিন্টর্স, গম্ভির সিং সোপ্পিং আর্কেট, বি.টি. রোড, ইম্ফাল।* |
| বাইন্দিং | : | *এ. লুখোই, ফৈজা লৈতোং* |

অপোকপবু খুরুমজে।

ইমা ইপাবু খুরুমজে,

নখোয়না পেনবিবনি পামজবা।

হায়নৈ লাই ওইবশিংনা

মচা ওইবশিংগীদি

নখোয়গী নখোংদা লৈ

লাইরৈবাক্তি!

থাংলৌখাদ্রা পুনেমজে হন্না হন্না

নোঙ্গরি কোক লিশিংলক।

নখোয়না পোকপীরম্বদগী

শকখংনবা ফংজারে

খুংশিরবা ইরৈবাক ইরমদম,

ইরৈবাক্কী ইরমদমগী মালেমগী

য়াইফনবতা তৌবা থমহনবীয়ু,

মীওইবা খুন্নাইগী

অফবতা তৌজগে পীনবীয়ু।

নিসা বাশি

# অহোংবীগী ৱারোল

অকৎবা খুন্নাই অমা ওইহনবদা খুন্নাই অদুদা হিংলিবা মীওইশিংগী মথৌ য়াম্না তাই । খুন্নাইদুগী মীওইশিংদুবু ফহনবদা খুন্নাই অদুগী শরুক ওইরিবা খাইদগী শিক্লবা ইমুং অমমমবু ফহনবা মথৌ তারকই । অহনবদা ইশা ইশা অমদি ইশাগী ইমুংনা অকৎবা মীওই অমদি অকৎবা ইমুং অমা ওইরবা মতমদতা অকৎবা অচংবা খুন্নাই হায়বদু ওইগনৌরিবনি । মীয়ামশিংগী মখাদা ১৯৯৯ গী চহি হৌবা নুমিৎতা অকৎবা লৈবাক মচা তাবা অচংবা ইমুং অমা ওইহন্নবগী পান্দমদা ইমুং মনুংগী মীওইশিংগা লোয়নননা লৈমিন্নবা ইকু ইবুংঙো নিংথৌজম শিশক সিংহনা মণ্ড অপুনবা লিংখৎশিনবনি । মণ্ড অপুনবনা তৌজনিংবদি য়াম্মী অদুবু পুন্নমকশিং অসিদি খুংবা ওমজৈ । মণ্ড অপুনবগী খোংচৎ হৌজিকতা তাইজরি । মণ্ড অপুনবনা পামজবা শাংথোকপা থবক থৌরমশিংগী মনুংদা সেপ্টেম্বর ২১, ২০০২ দা মনিপুর অপুনবগী ওইনা লেট নিংথৌজম শিশক মেমোরিয়েল ফাষ্ট ষ্টেট লেভেল ওপন মেথমেটিক্স কম্পিটিসন এস.এফ.আই. মনিপুরগা খুৎশম্নদুনা জোনষ্টোন হায়র সেকেন্দরি স্কুলদা শাংথোকখ্রে, হেক লিংখৎখিবদগী অশিকপা শেল তুংশিনবগী হৈনবী লৈহন্নবা থবক লেপ্তনা চৎথজরক্কি । মসিগী মহে ওইনা হৌজিক হৌজিক ইমুং ১২০ গা লোয়নননা অশিকপা শেল তুংশিনবগী হৈনবী লৈমিন্নদুনা মদুগী কান্নবা লৌমিন্নরি । ২০০৩ দা জুলী, ও ! মাই ড্রিম গার্ল কৌবা ওদিও কেসেট অমা পুথোকচরে মদুগী ফংলকপা অশিকপা শেনফম থরা নিশাদা লাইচুরবা মরাইবক থিরবা মীওইশিংগীদমক কথোকুনা লাকচরি । “পুক্নিংগী য়া” কৌবা নিসা বাশিনা ইবা মরুওইনা মনিপুরদা অইবনা ঐচ আই ভি অমদি ড্রগ থিংবগী খোংচৎতা থেংনরকপা থরদং নৈনবা য়ারেং অসি লৈবাক মীয়ামদা নোক্লুক্না শিন্নজরি । লাইরিকসিদা নৈনরিবা অমদি পুথোক্লিবা য়াফম থরশি থম্নবীদুনা মরুওইনা ঐচআইভি /এইদস থিংবদা অমদি ড্রগ লান্না শিজিন্নবগী মায়োক্তা মীয়ামগী য়াখল্লোন চিংশিনবীদুনা মরাইবক থিরবা মীওইশিং অসিগী মতেং থরদং ওইরবসু পাংবিবা ওন্নবদি পুথোকচবগী মহে য়াম্লে খঙ্গনি । লাইরিকসিদগী ফংলকপা শেনফমদগী চাদা ২৫% ফাউন্দেসন ওন সোশল দিফেন্স এন্দ হেল্‌ঠ ইদুকেসন (ফেসদি), মনিপুরনা লিংখৎলবগী থৌরাং লৌখৎলিবা মরাইবক থিরবী, ঐচআইভি/এইদস না নাকোইননা অমদি হকথেংননা শোকহল্লবী লুপ্লাশিং অমদি কনা লৈজল্লবা অঙাংশিংগী লৈফম ““চংনশঙ থোইবী”” গীদমক কথোক্লবা শেম শাজরি ।

তাং : ৫।৮।২০০৭ ইং
বাশিখোং ।

*নিংথৌজম শুংশী সনাহনবী (চাকৌবী)*
*মণ্ড অপুনবা*
*বাশিখোং য়াঙ্খো লৌমানবী*

# ৱাহৈ খরদং

ঐগী পুন্সি খোংচৎতা চৎলুই, থেংনকই, উনরুই, লমদম্লুই মফম কয়াদা, চহি অমদা অহিং চহুম্মুক লংফৈদা কোইচৎ চৎতুনা লেনখিবা চহি তরেৎমুক য়াওখি । য়ৌরুবা উরুবা মফমদুদা হায়নিংলকই পুক্লিংগী ৱা কয়া অদুগা ফোংদোক্লিংলকই পুক্লিংগী ঈথিল কয়া । লাইরিক অসিদা ফোংদোক্লিবা পুক্লিংগী ৱা খুদিংমক ১৯৯২ গী অদুৱাইদগী হৌরগা হায়নিংখিবা পুক্লিংগী ৱা ঙাক্তনি অমদি নভেম্বর, ১৯৯৯ দগী ফেব্রুৱারি ২০০৭ ফাওবদা মনিপুরগী নুংতিগী ফোংবা পাওচেশিং পোক্লফম, হুইয়েন লানপাউ অমদি মতমগী য়কাইরোলনচিংবদা ফোংদোকখ্রবা ৱারেং ঙাক্তনি । মীয়ামদা লাম্ছোকচবদদি মতিক চাদ্রবা পোৎনি । অদুম ওইনমক হন্দক মরক ঐগী পুন্সি খোংচৎ অসি মাইওন অমদা ওন্দুনা ঐনা তৌজরুবশিং অদু পাম্মুজবা পোক্লকখি অরেম্বদা চোইজাইননা মাংখ্রগদ্রা খঞ্জখি। য়াম্না পাখৎচনা ইজখিবা হিরমশিংদুদগী খরদং খনগৎলগা লাইরিক ওইনা পুথোকচবনি । পাউ চেশিংনা য়াবীরকপগীদমক্তসু থাগৎচবি ।

মতম মতমদুদা চৎলুবা থেংনরুবা, তারুবা উরুবা তাঙ্কক তাঙ্ককশিং অদুদা ফাওখিবা, হায়নিংখিবা, ফোংদোকনিংবা অমদি ফোংদোকখ্রবা পুক্লিংগী ৱা ঙাক্তা ওইবনিনা মতমদুদা খঞ্জখিবা অদুমক করিমত্তা হোংদনা থমজরি । মতাং খরদা পাবিরিবশিংনা মতমদুদা অসুম্না তৌরম্বরা হৌজিক্তি খরা হোংলে হায়না পুক্লিংদা ফাওবিরবদি অমদি লাইরিকসিগী মনুংদা পঞ্জরিবা খরসি নৈনবিদুনা খন্নবীরবদি লাইরিক ওইনা পুথোকচবগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি ।

১৯৯৬ তা চুড়াচান্দপুব দিষ্ট্রিক্কী মনুং চন্না লৈবা গোটেংফাইদা দ্রগ চাদুনা লৈখিদ্রবা খুঞ্জা অমখক্কী পোলোইনবা মী লৈতদুনা থেংনরুবা ঐখোয় খরনা ঐচআইভিগী অকিবা কোকহন্দুনা, পাইদুনা মীয়ামগা ৱাখল তামিন্নদুনা মীয়ামগী মতেং লৌদুনা লৈরোন চনখি। মতমদুদগী মনিপুবদা থেংনবিবা ঐচআইভি/ এইদসকী তাথি হঙ্গোইবা কোকহন্নবা ৱাখলদা খন্দুনা লাকখি । অসুম্না হিংবা হৈববশিংগী মনাক্তা হায়বিবা তাঙ্কক অসি ৱারেং ওইনা ইজবা মতমদা খুদোংচাদবা কয়া থেংনখি । কিহনবনচিংবা কয়াসু মায়োক্লখি । মনিপুবদা ঐচআইভি পোজিটিভ ওইববা মীওইশিংনা হিংবা লৈবদা মীয়ামনা খুন্নাইনা তাথি তাওইনা অমদি হঙ্গোইনা তৌবশিংদু করি কবিনো, মহিকসিগা লোযননা হিংলিবা অমদি মহিকসিনা

শোকহল্লবা মরুওইনা লুপ্তাবীশিংনা মশা অনাবগী, মচা য়োকপগী, মহৈ মশিং তমহনবগী, তাথি তাওইনা তৌবীবশিং অদুগা মায়োক্লদুনা করম্না হিংলিবগে মখোয়না থেংনরিবা খুদোংচাদবশিং অদু করি করিনো হায়বদু খংদোকমিন্নবগী পান্দমদা ইবা হৌজখিবনি। পাউচেশিংদা মচিৎ খরা ফোংলুরবা তুংদা কিহনবা, চৈরাপ য়ৌনবগী ফিভম লাকপদগী ইজরিবসি মায় পাক্লে ঐচআইভি পোজিটিভ ওইরবা মীওইশিংদা খুন্নাইসিগী মীওইশিংনা তাথি তাওইনা তৌবিবা খরা য়াওগ্রে হায়বসি য়াজবনি হায়বা ৱাখল্লোন্দা মখা তানা পাউ চেদা পুথোকচখিদ্রে। তাঙ্কক অসিদা য়াওরিবা অমদি শেংলবা লৈশাবীগী মশাইগোন্দা হায়বা তাংকক অসিগী য়াইরিপোক লমনুংশিদা য়াওরিবা মীওইশিংগী মীংশিং অসি অশেংবা অমত্তা নৎচদে লোইনা ওস্থোকচরবনি। ঐচআইভিগা মরি লৈননা ঐগা ফম্মীন্নদুনা ৱারি শাখিদবা মীওইশিংদা হায়জরি মদুদি তাঙ্ককশিং অসিদা য়াওরিবা মীং অমদি থৌদোকশিং অসি কনাগুম্বা মীওইশিংগা অমদি ইমুং মনুংগা মান্নবা য়াওরম্লবদি চান্নরুবনি হায়না খনবীয়ু অতম্লনা মীওই অমত্তবু অমদি ইমুং অমবু পন্দুনা পুথোকচবা নৎচদে। তাথি তাওইনা, হঙ্গোইনা তৌবশিং অদুতবু নৈনজবনি। তাঙ্ককসি ইবদা ইচল থোইবী, সেক্রেটরি, এম.এন.পি. প্লস থৌবালনা মশাগী অচিনবা কয়া কাইথোকপিদুনা অচৌবা মতেং পাংবিখি। মসিগীদমক শিংঙমলরোইদবা লমন তোনশিনজরে অমদি মশা মশানা থেংনবা তাথিবা, হঙ্গোইবা নুংঙাইতবশিং লিথোকপিদুনা থৌদোকশিং অদু ফোংদোকপা য়াবগী অয়াবা পীবিরকপা মীং ওইনা পঞ্জদ্রবা পুম্নমকপুসু থাগৎচরি।

ঐনা হৈনিংলক্তবা মতমদা থৌ থৌদুনা ঐবু ইহনখিবা পাউ চেগী থবক তৌবা ইনাও প্রফুল্লো (লুখোই), লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা ইশাগী অচিনবা কয়া কাইথোকপিদুনা নম্বগী থৌদাং লৌবিখিবা তামো বিরেন, পিস প্রিন্টরসকী ইনাও ইবুংঙো থোইদিংজম শ্যামসন সিংহ অমদি অখাম ইবোতোম্বা সিংহ গ্রুপ কক্লিংদা মরক মরক্তা মতেং পাংবীদুনা থুনা পুথোক্লসি হায়দুনা পুক্নিং থৌগৎপিখিবা মীং ওইনা পঞ্জদ্রবা খুদিংমকপু হন্না হন্না থাগৎচরি।

তাং ১০।৮।২০০৭ ইং,

ইঙেনগী ২৭নি পানবা ইরাই, ইম্ফাল।

নিসা ৱাশি

# য়াউফম


১। মতমদুদা

ফজ্জ লাল্লবসু খুন্নদি থারম্লে ১

এইদস থিংঙু, ব্রাশক ঙাকউ ৫

ওৎপী নৈবীরবী নুপীশিং অমদি ঐচ আই ভি ৯

দ্রগ শিজিন্নবশিং অমদি ঐচ আই ভি অমসুং এইদস ১৩

পৃথিবী চনবা মহাদেশ অমদা ১৬

ব্রাইকুপ পুবীদি হান্নগুম্না পুহৌরি ১৯

য়ুমগী মৌবু নুংশিশি, মখোয়বু ইকাই খুম্নশি ২৫

নুপীগী শক্তি য়াকাইহনবা ৩০

লৈয়েনা য়েথনিংলবা চহী ৩৩

মৈখাকশিংদুনা ব্রারৌহৌই ৩৭

ক্বালিটি এদুকেসনগী পান্দম পরিক্ষা চেকশিনবখক্তরা ৪০

করিগীদমক চাদা ৩৬ তমক ? ৪৫

মকে শেম্নীরবা খেবা চীংনা কপহৌবি ৪৯

তেংবান মহেকোল হায়হন্নিংই ৫৩

মাংশিল্লক্লবা ঐখোয়গী অকে অমৌগী লৈতেংশিং ৫৬

অনা লায়েংশং অমদি অকোয়বা ৫৯

শাগেগী মৈতাল অশিবশিং ৬৩

ডি এডিক্সন সেন্টরশিংদা মীৎয়েং অমা ৬৭

২। সঙ্গমগী ঈশিং

সঙ্গমগী ঈশিং — (১ - ১১) ৭৩-১০২

৩। হিংবা হৈরবশিংগী মনাক্তা

হিংবা হৈরবশিংগী মনাক্তা — (১-৭) ১০৭-১৩৩

৪। শেংলবা লৈশাবীগী মশাইগোন্দা

য়াইরিপোক লমনুংশি ১৩৭

দাদর ব্রারেপ ১৪৮

ঙমখৈ উকবদা ১৬২

ইয়াম্বগী মনাক্তা ১৭২

শেংলবা লৈশাবীগী মশাইগোন্দা ১৯৪

৫। খোয়রী নাউফম তাফমদা ২০৫

লাইরিকশিদা শন্না শিজিন্নবা ব্রাহে খর
ইংলিস অমদি মীতৈলোন্দা পুন্না ইজরে :

| | | |
|---|---|---|
| AIDS | - | Acquired Immune Deficiency Syndrome |
| A.R.T. | - | Antiretroviral Therapy |
| ARC | - | AIDS case related complex |
| BRTF | - | Border Road Task Force |
| CD4 | - | Cluster Differentiate 4 |
| CMC | - | Christian Medical College |
| HIV | - | Human Immuno Deficiency Virus |
| IFCD | - | Irrigation and Flood Control Department |
| ILO | - | International Labour Organisation |
| KVIC | - | Khadi and Village Industries Commission |
| MACS | - | Manipur State AIDS Control Society |
| MNP + | - | Manipur Network of Positive People |
| NACO | - | National AIDS Control Organisation |
| NGOs | - | Non Governmental Organisations |
| PPTCT | - | Prevention of Parent-to-Child Transmission of HIV |
| PWD | - | Public Works Department |
| RAC | - | Reservation Against Cancellation |
| RIAC | - | Rapid Intervention and Care |
| RPF | - | Railway Protection Force |
| RCHS | - | Reproductive and Child Health Services |
| RIMS | - | Regional Institute of Medical Sciences |
| UNDCP | - | United Nations Office on Drugs and Crime |
| UN AIDS | - | Joint United Nations Programme on HIV/AIDS |
| UNICEF | - | United Nations Children's Fund |
| WHO | - | World Health Organisation |

| | | |
|---|---|---|
| গেঙ্গো | - | গভর্নমেন্ট এদেদ এন জি ও |
| ফেঙ্গো | - | ফেমিলি এন জি ও |
| ওমেঙ্গো | - | ব্রান মেন এন জি ও |
| লন থুমগী কাংলোন | - | পুক্কে লনগেলোন |

# ফন্দ লাল্লবসু খুন্নদি থারম্রে

২০ শুবা চহী চানা লোইশিল্লমদাইসিদা ঐচ আই ভি অমদি এইদস হায়বা কি তুজুংনীংঙাই ওইরবা মহীক অমদি অনাবা মখল অসি মালেম শীনথুংনা শন্দোরকই । মালেমসিগী লৈবাক অমতং মীওই কাঙলুপ অমতংবু লেপ্পা খক থাদ্রবা লাইচং অসিনা মালেমগী মীওই ফুরুপ খুদিংবু মিশাইবা পোকহল্লি । মচা কায়নববা, মমা-মপা, মব্রা-মপুরোইবা কায়নরবা য়ুমগী মৌ অমদি মমা-মপা লৈজদ্রবা লাইবক থীরবা অঙাং কয়াগী মীকপ মীরাওখোলতনা থল্লবা লৈকংলাগুম, খুন্তাক লানশিবগী অব্রাবা মায়োক্নরবা মতম অসিদা ঐখোয়গী ইরমদম মনিপুরদদি লাইচংসিনা অব্রাবা তাহল্লবা অমদি লাইচংসিবু থিংদবা য়াদে হায়না হকথেঙননা উরুবা অমদি হোংনরুবা মীওই খরখক নত্তনা খুনাইসিগী মীচমদগী হৌরগা লৈবাক্কী অঙম অথৌশিং কাওবনা ইয়াং য়াংনা লৌনরি ।

হ্যুমেন ইম্যুইনো দিফিসিয়েন্সি ভাইরস শম্না ঐচ আই ভি হায়বা য়াম্না পিকপা মিলিম্বিতর অমগী শরুক লিশিং তরা থোকপগী শরুক অমরোম খরা হেনবতমক দাইমিতর ওইবা মহীক অদুনা হকচাংদা চঙখিবদগী মীওইবগী লায়না তিন্নাদগী ঙাকথোকচনবা পাঙ্গল / শক্তি মাঙহনবদগী ওইরকপা অনাবা কয়াগী লাইওং লাইথেংপু অকুইয়ার ইম্যুইনো দিফিসিয়েন্সি সিন্ড্রোম অশম্বীদা এইদস হায়রগা খঙলৈ ।

ঐচ আই ভি শন্দোকপগী থৌওংশিং :

১। মহীকসি চংলবা মীওইগা চেকশিন্দনা ফমদিন্নরুবা;

২। মহীকসি য়াওবা ঈ অমদি ঈগী মচলশিং কাপ্পুবা, মহীকসি য়াওবা হকচাং কয়াৎশিং শিনবা;

৩। মহীকসি য়াউবা মীদা শিজিন্নরুবা য়েতুম সেবিঞ্জ ফুংতোক চামথোক্তনা শীজিন্নরুবা অমদি

৪। মহীকসিগা লোয়ননা হিংলিবা মীবোনবী মমাদগী নৌনা ফংজবা মচাদা

**করম্বা মীওইশিংদা থরা হেন্না চঙগনবগে অমদি শন্দোক্লনবগে ?**

১। মীওই কাওলুপকী খ্বাইদগী মরু ওইরিবা চহী তাঙ্কক ঈনথংলকপা অমদি যুম্বাল লম্বীদা কম্না খোঙদারিবা মতম হায়বদি চহী ১৫ দগী ৪০ কাওবগী মনুংদা লৈরিবা নুপা-নুপীশিং চপ মান্নবা খুদোংথিনীংঙাই ওই ।

২। নুপা-নুপী মশিং য়াম্না মীওইশিং, লংফৈ-তুফৈ চংকনবা, ময়ুম কুইনা থাদোক্লনবা, মশাগী শদোং য়োন্দুনা শেন্দান লম্বী ওইবা অমদি মখোয়গা লোয়নবশিং, লম শাংনা গাড়ী থৌবশিং, সিফায়- পুলিসশিং, শিংলীদা মন্নাই কাবা নিশা কাপ্পশিং । ঈ তোয়নবা কাপ্পগী মথৌ তাবা অনাবশিং, ফিনুংগী অনাবা লৈবা মীওইশিং, লাইনীং-লীচংকী থৌরমশিং (লু কোকপদা কোইথাঙ পুনবা, নাহুৎ নারেংগী থৌরম, মুসলিম নুপামচাশিংগী লাইমিং লৌবগী থৌরমনচিংবা) খুৎতা মিং থাবা, খুদম য়েকপনচিংবা ।

**ঐচ আই ভি শন্দোক্তবা থৌওংশিং ঃ**

ঐচ আই ভি হায়রিবা মহীক অসি চুম্নগী খুৎ শোক্লবা, লেঙ্গোন-থাগোন্নবা, শান্নমিন্নবা, হাকথী খন্দোরকপা, লোক খুদোকপা, বস-ত্রেন তোংমিন্নবা, ফমুং-ফানুং পুনবা, কা অমত্তদা লৈমিন্নবা, চাক-ঈশিং চামিন-থকমিন্নবা, খুদৈ, ফি-রোল পুনবা, ঈরুজফম পুনবা, মপাল-ইপাল থোকফম পুনবা, ওফিস পুনবা, তেলিফোন শিজিন্নমিন্নবা, তুমিৎ-কাঙ, মানা চীকপা ঈ পীবনচিংবদদি চঙবা নত্রগা শন্দোকপা ঙমদে ।

**লাইওংশিং ঃ**

মথক্তা পঙথিবা ঐচ আই ভি শন্দোকপগী থৌওংশিং অসি তৌরুবা মতুং থরনিদা (চয়োল ৬ - ১২) ইচম চম্না মায় মীৎ লুম্বা, লোক লাইহৌগুম্বা, কোক চীকপনচিংবা, ঈগী চাংয়েংদা দব্লিউ বি সি থরা হন্থবথক নত্তনা মী অদু মশা মউ ফনা উগনি । থা ৬ তগী চহী কয়ামরুম থৌরীদা, ওকশামদা, কময়াদা, শেগ্রাক্তা, মি কাবা, লোক খুবা/ থুংবা, খোঙ চিফেৎ-চিফেৎ হান্বা, মরম ইখঙ খঙহৌদনা হকচাংগী অরূম্বা হুম্থবা, হকচাং ইশোন শোন্থবা, উনশাগী হাক্কংচবা অনাবশিং, অহীং হুমাং য়াম্না শৌবা অমদি চীন্দা, হকচাংথোঙদা চাফৎপনচিংবা তৌরকপা য়াই । মসিবু এইদস রিলেতেদ কমপ্লেক্স শম্না এ আর সি গী তাঙ্কক হায়না

খণ্ডনৈ । মহীকসি হকচাংদা চঙপ্রবা মতুংদা মী মীদুগী চাকচা য়ুথক, য়াম্বীপ-চাকচা শেন্নবা অমদি হিংবগী থাক শেন্নবগী মতুং ইন্না ঐচ আই ভি না থোকহনবা অরোইবা তাক্কক এইদস হায়বসি ওন্নকই ।

**এইদস ওইরবরা হায়দুনা চিংনবা য়াবা লাইওংশিংদি ঃ**

১। মরম ইখণ্ড খণ্ডদনা হকচাংগী অরুম্বা চাদা ১০ % গী চাংদা হন্থরকপা

২। থা অমগী মথক্তা লেপ্তুনা খোং হামথবা

৩। থা অমগী মথক্তা লেপ্তুনা লায়হৌ হৌবা অমদি মথক্কী লাইওংশিংসি উৎলকপা মী অদুগা অঙাংশিংদনা চাউজন থীবসু য়াই ।

ঐখোয়গী হকচাংদা ঐচ আই ভি গী মহিক চংখরে, মহিকসিগা লোইননা হিংলি হায়বসি শুপ্লতগী ঈ চাংয়েং তৌরবা মতুংদা খংবা ওশ্মী মী অমবু য়েংলগা মীদুগী মশক উরগা খংবা ওমদে ।

**মীয়ামগী ব্রাখল্লোন খরদং ঃ**

ঐখোয়গী ঈরমদম মনিপুরদা লাইরিক লাইশু হৈরবা কয়া অমদি অঙম অথৌশিংনা তোয়না হংলিবা ব্রাহংদি ঐচ আই ভি হায়রিবা মহীকসি তশেংনা লৈবরা হায়বসিনি । * এন জি ও খরনা শেল তানবা য়ানবা মসি পঙহায়দা হায়জিনবনি তশেংনা লৈরগবু মনিপুরদা নুপীশিং শিদে, নুপা খরা শিবদুদি এইদসনা নৎত্রবসু লিবরগী, কিদনীগী অনাবনা ওইবসু য়াই ।

ঐচ আই ভি লৈরবসু হকচাংদা চঙপ্রগা চহী ১০/১৫ পুম্লিরি অদুগী মতুংতা তিতানস চঙদনবা হোৎনৌ, তিতানসনা হেন্না শাথী, মাদি পুং ২৪ গী মনুংদা হেক্তা লিবা য়াই, ঐচ আই ভি গী করিগী কিরুনি হায়বনচিংবা ।

অঙনবা ১৯৯০ গী মতমদগী মনিপুরদা ঐচ আই ভি লৈবগী ওফিসিয়েল রিপোর্ট লৈরে । মতমদুদগী হৌদুনা এৱারনেস কেম্পনচিংবা মশীং কঙদনা চৎথরক্লি। অদুনদি চহী ৯/১০ মুকসিদা মনিপুরগী ফারমাসিশিংসিদা মরু ওইনা ইম্ফাল, চুরাচান্দপুর অমদি মোরেদা কোন্দোম য়ান্না শীংকম থোকই, শীংতে, লৈরিবা খরদুসু য়াইফ যুম্বালগীদমক্তি হায়বা ।

* অঙনবা ১৯৯০ দগী ১৯৯৯ ফাওবদা ঐচ আই ভি গী মরমদা মীয়াম্না খন্নখিবা ব্রাখল্লোন অমদি মতমদুদা ইখিবা ব্রারেং ওইবনা ব্রারেংসিমক শেমদোক্লনা থমজরে ।

ঐচ আই ভি/ এইদসনা নারে হায়না তৌরসি ওসিগী অনা লায়েংনা করিমত্তা তৌবা ঙমদ্রি । টেষ্ট তৌরবা মতুংদা পোজিতিব ওইরম্লবদি ভাক্তর নখোয়না করি তৌবিবা ওন্নবগে ? করিসু তৌবিবা ঙমদবদুদা করিগী ভাওজিবনো হায়বনচিংবা ।

ঐখোয়না তোয়না ভারিবা ব্লদ দোনেসন অসিসু খঙ্নীংঙাই ওইরি । ব্লদ দোনেসন্দা দোনেত তৌরিবা ব্লদ দোনর খুদিংমক কয়াম্বুক য়াম্না সেভ ওইরবগে কিনীংঙাই ওইদ্রবগে ঐখোয় হংনীংলি । ঈ পীবা লাকপা মতমদুদা মীওই অমগী ঐচ আই ভি নেগেতিব ওইরবসু ঈ টেষ্ট তৌবদা ফংদ্রিঙেঙ্গী মতম ব্রিন্দো পেরদ ওইবা য়াই অদুবু মশানদি অতোপ্পা মীওইদা শন্দোকপা ওস্বা অঙ্কঙ্গী মীওইশিং য়াওরম্লোই হায়নীংঙাই লৈতে ।

ঐচ আই ভি শন্দোকপগী যৌওংশিং অসি অতোপ্পনা মহুৎ শিনবা য়াদবা কমপ্রোমাইজ য়াদবা মীওইবগী ফংফম থোকপা হক্কা য়াম্না মরী লৈনরি । খুদম ওইনা ফমদিম্ননীংবগী অপাম্বা অসি চাক লম্বদগী হেন্না শাথীবা ঈথৌ লাংবা থৌরাংবা মখল অমনি । অয়ুক অমদি নুমিদাংদা চাক লাল্লকপদা চাক চারগা ফখিবগুম সেক্সুয়েল এক্ট প্রফোর্ম তৌব্রিমখে কোক্তে । সেব সেক্স কয়ামুক চুম্না ওবজার্ব তৌবা ঙমগদগে । ঐচ আই ভি/ এইদস থিংবা ওইথোক্লোই হায়বনচিংবা ব্রাহং কয়া কয়ানি মানা মানা থোকপা হংনরক্লিবা ।

ব্রাহংশিংসিদগী চাউরাকপা খঙবদি অহানবদা মহীকসি লৈতে হায়রম্বদগী লৈরে য়াজরকপা অমদি তঙাইফদনা হৌজিক হৌজিক্কী খুনাইসিগী থাক অমদি চৎনবী খঙলবা মতুং লাইচৎসি থিংবা লুগনি খন্দোক্লুনা লাইথোকপগী মমি অমদি অদুমক তাদবদি নস্তে ।

লায়নাসি থিংনবা হোৎনবদা মীওইবগী অফবা ব্রাখম্লোন অমদি পূকচেল শেংবা হায়বসি য়াম্লমক মরু ওই । ব্রাথেবা য়াদবা নৈনপুং অমদা অসুম য়েংনদুনা লৈবগী মহৎতা মালেমগী ওইনা য়ানরবা লাইচৎসিনা অব্রাব্রা তাহল্লবা মফমশিংদুদা ঐচ আই ভি শন্দোকপগী যৌওং খুদিংমক পীক্লবা ঈরমদম অসিদসু লৈবনা ঐখোয় লায়নাসি লমদমসিদসু লৈ হায়বসি য়াজবা তাই ।

# "এইদস থিংঙ্ু, ব্রাশক ঙাকউ"

## (মালেমগী এইদস নুমিৎ, ০১-১২-২০০৬)

মালেমগী মফম অতৈদা পাঙথোক্লবগুম, মণিপুরদসু হৌখিবা দিসেম্বর ১ দা মালেমগী এইদস নুমিৎ পাঙথোকখ্রে । চহীসিগী ব্রাখল্লোনদি 'এইদস থিংঙ্ু, ব্রাশক ঙাকউ' হায়বসিনি । পীক্লবসু পীক্লা মনিপুর ঐচ আই ভি/ এইদসনা শাথীনা শোকহল্লবা ভারতকী ষ্টেট ওইবি । মনিপুর এইদস কণ্ট্রোল সোসাইটিনা পিখিবা ইনৌ নৌবা রিপোর্ট অমগী মতুংইন্না * মী ১, ৬৫,৭৪৭ ঈ চাংয়েং তৌবদা ঐচ আই ভি গী মহীক্তা লোয়ননা হিংলিবা মীওই ২৪,১৯৮ শুরে, মসিগী মনুংদা ৫,৪৯১ দি নুপীনি হায়রি অদুগা পোজিটিভ ওইবা অপুনবা মশীংসিগী ৩,৮৬০ দি এইদসনা নারে হায়বি । ঐচ আই ভি / এইদসনা শাথীনা শোকহল্লবা ষ্টেট অসিদা এ আব টি সেন্টব মরি অমদি সি দি ফোর মেছিন মরি ইম্ফালদা অনি, চুড়াচান্দপুবদা অমা অমদি উখ্রুল দিষ্ট্রিক্তা অমা লৈবে । লোয়ননা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিব মীওই ২১৩০ লেম্না হীদাক চারি, মসিগী মনুংদা ৪০ % দি নুপীনি । ঐচ আই ভি গী মরমদা মুন্না খঙলবা দাক্তর খরখক অমদি মখোয়বু তেংবাংবীনবা অনা লায়েংগী মীওই খুজোক খরখক্তংনা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবা মীওইশিং অসিগী লায়েং পথাপকা মরি লৈননা লাইচৎ অসিগীদমক থেংনরি ।

মনিপুরদা মালেমগী এইদস নুমিৎ পাঙথোকখিবগা ইরোইননা মীয়ামগী মীৎয়েং চিংশিনবা য়াবা ব্রাফম অনীখক্তি ঐচ আই ভি শন্দোকপগী চাং বাংখৎলকপগা লোয়ননা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবা লুপ্তাবী অমদি মমা মপা লৈজম্রবা অঙাং মশিং হেনগৎলকপা অসিনি । লাইচৎ অসি থিংনবা হোৎনজরবসু নোংমগী চাংচৎতা মী মাপল মাপলদি ঐচ আই ভি নৌনা শন্দোকই হায়বসি মতম মতমগী ফোংলিবা মেক্সকী ওফিশল ফিগরসি য়েংলগা

---

* মতমদুগী মেক্সকী ফিগরনি মশিংশিং অসি অহোংবা নাইবনা শেমদোকতনা থমজরে

খংবা ঙমই । লাইচৎসিনা লৈবাকসিগী, খুন্নাইসিগী হকশেল, লন থুমগী কাংলোন শোকহনবগা লোয়ননা খুন্নাইসি তুংলোমদা হন্নবা মচাক অমা ওইহল্লি ।

য়াম্না লুরিবা ৱাফম অমদি চংজফম লৈতবা ঙাকপিনবা লৈতবা লম্বী মাংলবা মখোয়শিংশিনি । মহৌশাগী ওন্ন তৈনবদা মখোয় হিংলি মসিগীদমক আই.পি.সি. সেক্সন ৩৭৭ গী মখাদা চহি ১০ জেলদা নমশিনবগী ৱাফম য়াওরি । ওন্ন তৈনবগীদমক মখোয়বু খুন্নাইসিনা তুক্কৎচরি হঙ্গোইরি । অদুবু ঐচ আই ভি দি মখোয়শিংদুগী মরক্তা নিঙাইদনা লৈতারি । থাবল চোংফমগী অমম্বা লম্পাক মতাই, ঈশৈ, লিলাগী, চিত্রাহারগী মতাইদা অমদি কুমগী কুম্মৈ ফিয়োংশিংগী অমম্বা মফম নাইতোম লেপ্লিবী মহৈ তম্ফমশঙশিংগী অচিকপা মাঙ্গোল পরেংশিং, খুদোংচাবা মফমশিং, মশাগী অমম্বা কাশিং মীমাং থোকপা য়াদবা লিচৎ অসিগীদমক মশিং লাকঙমদনা লৈরিবা নুপীগী লিচৎ চৎপা পামজবা নুপীশাবীশিং মখোয়গা লোয়নরিবশিং, মখোয়গা য়ুম্বান্দুনা লৈমিন্নরিবী মনাওশিংগী ৱাফম থৌশাদবা য়াদ্রি । ঐচ আই ভি থিংবগী খোংজংদা মখোয়বু নাথৈবা মপুং ফাদবা খোঙচৎ ওইগনি । করিগীদমক অসিগুম্বা লিচৎ শাজৎতা চংলক্লিবনো থিবগা লোয়ননা লিচৎ শাজৎশিং অসি নৈনদুনা মখোয়গী মরক্তা ঐচ আই ভি গী ৱা ঙাংবা তাই ঐচ আই ভি শন্দোকপা থিংবা তাই ।




*ঐচ আই ভি থিংবগী লমজংদা খুৎ শমদুনা থীজনবীরবা ওজা কেমানি অমদি জাইবা*

অমরোমদা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলি হায়দুনা পীরিবা মশিং অসিদি

শুপ্নতংগী মপাঙ্ঘোংগী ওইবা মশক অদুনি । ৱাহৈ অমরোমদা হায়রগা রিপোর্ট তৌরবা খরদুদংনি । খুল্লক ইরক্তা, লৈকায় লৈকায়দা লৈখিদ্রবা, নারিবা কয়াদি ঙসিগী পীরিবা মশীং অসিদা য়াওবা নত্তে । লাইচৎসিনা হেনগৎলকপগা লোয়ননা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবা নুপীশিংদি চৈথেং কয়া মায়োক্লদুনা হিংলি; মশা লায়েংবগী, মচা য়োকপগী, মহৈ মশিং তমহনবগী মীয়াম্না ইম্ঘোকপগী, তাথি তাওইনা তৌবীবগী, মখোয়বু ওৎপী নৈবীবগী চৈনা কয়া খাঙলি । চৈনাশিংশিগা লোয়ননা হিংদবদি য়াদবনিনা হিংবগী উপাই কয়া থিরকই, উপাইশিংদুবু ফংলবদি, হিংবগী মমল, লেমজনা হিংবগী ৱাফম কম্ঘোরকই ।

ইমুং মনুংদা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবা লুপ্রাবীশিং অসি খঙবীবগা লোয়ননা খরদং মতেং পাংবীববদি অমদি অমবোমদনা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবা মীওইশিং অমসুং খুন্নাইসিগী মীওইশিংনা লীচৎ শাজৎ খরা শেমদোক্লবদি পোকঙমদনা পোকপা মীওইপোক্তা শিদ্রিবা ফাওবা পেন্না হিংগনি হায়বগী ৱাখল্লোনগা লোয়ননা লৈবাক্কী খুন্নাইগী চাওখৎ খোঙথাংদা শরুক য়াদুনা হিংবা য়াগনি । মীওই খরদতা, শিনফম কাঙলুপ খরদা ঐচ আই ভি শন্দোকপা থিংবগী চাউববা থৌদাং নমশিন্দুনা থম্বগী মতম ঙসি নৎত্রে । অচৌবা মচা খায়দনা ঐচ আই ভি থিংনবগী হোৎনবিবা অসিদা য়াওশিনমিন্নদুনা অপুনবগী খোঙজং অমা মথৌ তারে । মালেমসিদা মতম মতমগী শন্দোরকপা তমথি তমথিরবা লাইচৎ কয়াগী ৱারী ঐখোয তারে, পুম্নমক্তু মীওইবগী হোৎনজমলগী মহৈনা মায়থীবা পীখ্রে । অদুম ওইনমক অনৌবা লাইচৎশিংসু লেপ্তুনা থোরক্লি । লাইচৎশিংদুগী মনুংদা ঐচ আই ভি গী লাইচৎসিসু অমনি । লাইচৎসিবু মীয়াম হুপ্না থেংনমিন্নবগা লোয়ননা ঐচ আই ভি লায়েংবা ঙমগনি হায়বগী থাজবা লৈবা তাই । থেংনবা তাই । থেংনরবগী মতুংদা থৌনা, লৌশিং লাক্কনি অমদি পুক্নি নুংশাংবা হেনগৎলক্কনি । মসিমক হৌখিবা চহী খবসিদা থোক্তুনা লাক্লি হায়বসি ঐচ আই ভি গা লোয়ননা চহী ১৩/১৪ হিংলক্লবা মীওইশিং অমদি ঐচ আই ভি না শোকহল্লগা হিংলিবা মীওইশিংনা খংদুনা লাক্লি ।

ঐচ আই ভি বু থিংনবা হোৎনরিবা লোয়শঙশিং, লুপশিং, লম্নাই মীওই খুদিংমক্লা পুকচেল শেংনা হোৎনমিন্নদুনা লাইচৎসিবু করম্না থিংগদগে হায়না

মাঙলোমদা চঙশিনমিন্নববদি শোয়দনা মায় পাক্কনি, মদুগী ওন্ন তৈনবদা ঐগী ঐতগী হাযবা ৱাখল্লোন অদুনা মাঙদা থমদুনা শেন্দোংগীদমক চঙশিনবা খোঙজং ওইরবদি লাইচৎসিগী চৈথেং নোংম নোংমগী ৱাংখংলক্কনি ।

এইদসু থিংঙু, ৱাশক ঙাকউ হাযবা ৱাফম অসি মালেমগী এইদস নুমিৎনা অহৌবা ওইহন্দুনা লীশাং শীৎনা চথবগা লোয়ননা পূকচেল শেংনা অপূনবা মীযামগী খোঙজং মখা তানা চঙশিনবা যাম্নমক মথৌ তারি । খোঙচৎ অসি মায় পাকহন্নবা পোলিটিকেল লীদবশিং, গভর্নমেন্ট অমদি ষ্টেক হোল্ডবশিং একাওন্টেবলিটি লৈবা তাই । ট্রান্সপবেন্সি লৈহনবা তাই । চিনগা, খুৎকা অমদি কোক্কা মান্নহনবা তাই ।

# ওৎপী নৈবীরবী নুপীশিং অমদি ঐচ আই ভি

মীহৌরোলদগী, লৈশেমঙেদগী নুপী অমসুং নুপা হায়দুনা তৎন থানবা য়াদনা মালেমসিদা হিংলক্লি। মালেমসিমক নুপী অমসুং নুপাগী ৱারীনি। পা অমসু পিনা খুল্লিংবা মালেমসে নুপা নৎত্রগা নুপী য়াওদনা তাইবংপানবা হায়বসি ওইথোক্লোই অমদি মালেম হায়বসি লৈগদবা, লৈরোইদরা হায়না ফাওবা হংবা য়াই। অদুবু নীংশিংবা থোক্লবা মতমদগী নুপানা খুল্লিংবা খুন্নাইসিদা পুক্লিং, ৱাখল, হকচাং তুনা ওৎপী নৈবীবগী ৱারী কয়া লেপ্তুনা তারক্লি, তাবি। মালেমগী ওইনা নুপী ওইবীশিংনা অসিগুম্নবা অওৎ অনৈশিং অসি মশাগী য়ুমদা, কৈরোল লৈকায়দা, মহৈ তম্ফমশঙশিংদা থবক শুফমদা কৈথেলদা, লম্বীদা অমদি মালেমগী হেক মফম খুদিংদা নুপী অমদি নুপানা হিংমিন্নরিবা মফমশিংদা চথদুনা লাক্লি। অসিগুম্বা অওৎ অনৈশিং অসিগা লাইচৎ ওইনা শন্দোরক্লিবা ঐচ আই ভিগদি য়াম্নমক মরী লৈনরি। ঐচ আই ভি শন্দোকপদা নুপীদা ওৎপী নৈবীবনা অচৌবা মরম অমা ওইহল্লি।

ঐখোয়গী লৈবাকসিদা, মরু ওইনা পীক্লবা তম্পাক লমদম অসিদসু নুপীবু ওৎপী নৈবীবগা মরী লৈননা তাহৈদবা পাউ কয়া তারে। পীক্লিবা করিসু খঙজদ্রিবা অঙাং নুপীমচাদগী হৌরগা নুপী হায়বা মীওইবা কাঙলুপ অসিনা ওৎপী নৈবীবগী, নমজা নমথেক্লবগী চৈথেং কয়া খাংলি। চৈথেংশিংদুগী মনুংদা ঐচ আই ভি শন্দোকপদা অমদি চঙহৌবগী পাউ ঙসি ঐখোয় নৈনদবা য়াশিল্লক্লে।

নুপীদা ওৎ-নৈবগা ঐচ আই ভি শন্দোকপগা করমনা মরী লৈনরিবনো অমদি অসুম্না ওৎপী নৈবীরিবা নুপীশিং অসিদা ঐচ আই ভি হেন্না লৌনহৌনবা মচাক করিগী ওইরিবনো হায়না মীৎয়েং অনি থোক্লা য়েংবা য়াই। ৱাফমশিং অসি নৈনদ্রিঙেদা নুপীবু কনানা করম্না ওৎপী নৈবীরি অমদি নুপীনা থেংনবা ওৎপী নৈবীবশিং অদু করি করিনো হায়বদু নৈনবা য়াই। থরদং পল্লবদা নুপীনা নুপীবু ওৎপা, মৱা মপুরোইবনা, ইমুং মনুংনা ইন্থোকপা, তাথী তাওইনা তৌবীবা,

নুপা ময়ুমগী নক্লবা মীওইশিংনা, ইমুংগী নুপাশিংগী থাজনবা নুংশিরুবা কনানা নক্লরুবগী খুদোংচাবা লৌদুনা নমদুনা নমজা-নথেক্লবা, ইকায় খুম্নবা মাঙহনবা, খুংলায় পায়বশিংগী মূক্লবা মফম ওইরুবা লীচৎ কোন্বা কনানা নমদুনা নমজা নমথেক্লবীবা অসিনচিংবশিং অসিনি ।

মালেমগী ওইনা নুপা নুপী য়ুম্বালমিন্নবদা পুক্নিংগী ব্রাখলগী হকচাংগী শেল থুমগী খুন্নাইগী ওইনা অয়াম্বনা নুপী ওইবশিংনা নুপাগী মখা পোল্লি । মতৈ মনাও ওইনা লৈমিন্নরবসু নুপা ওইবশিংগী অনীংবা অপাম্বগী মায়োক্তা ঙম্মোই হায়বা ঙমদবদা নত্তনা লায়না তিলনা চঙলোইদবা থৌওংশিং অমদি কোন্দে দামনচিংবা শিজিন্নবা হৌদোকচবা ঙমজদে, কনাগুম্বীনা হৌদোক্লুরবসু নুপা ওইবশিংনা য়াদবা, মরাল থংজিনবা অমদি ফুবী চৈবীবগী ফোঙদোকফম খঙদবা কয়া মপুরোইবা ওইবগী মিংদা মশাগী নুপীবু নমজা নমথেক্লবীবা, ওৎপী নৈবীবনা মরম ওইরগা করম্বা মতমদা কমদৌনা য়ুম্বাল মরী লৈনগনি হায়বা ব্রারেপ ফাওবা লৌজবা ঙমজদে, মসিনা মরম ওইদুনা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবা চনু নিঙোলশিং হেনগৎলক্লি ।

শিংলিদা ময়ায় কাবা নিশা কাপ্পা অমদি ময়ায় কাবা নিশাশিং শিজিন্নবা ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইরবা মব্রা মপুরোইবনা মশাগী নুপীবু ঐচ আই ভি গী খুদোংথিনিংঙাই ওইবা খংন খংনা য়ুম্বাল মরী থমসি হায়বা য়াদবদগী কিহন খংহনবদগী হেন্দোক্তুনা নমদুনা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা চৈফম নাইনা ফুবী চৈবীবদা নত্তনা মখোঙ থুদেকপীবা, মখু কাং অনীমক থুগায়বীবগী ব্রারী কয়া ঐগা লোয়নজরুবা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবা লুখ্রাবী কয়াগী মরকতা য়াওরি । অসুম্না লুখ্রা ওইহৌরবী কয়াশিং অসিদসু ইমুং মনুংনা, খঙন চান্নবা কনানা নক্ল বগী খুদোংচাবা লৌরগা নমদুনা মরী লৈননবা হোৎনদুনা ওৎপী নৈবীবগা লোয়ননা মশাবুসু ঐচ আই ভি গী মহীক চঙহনবা হায়দোক তমথোকপা য়াদবা থৌদোক কয়া লৈরি । ইমুংগী মীওইশিংদা ব্রাকৎলুরবসু মনা মনিল নাইবা য়াদে হায়দুনা লোৎশিনবগা লোয়ননা লুখ্রাশিংদা চল্লবী কয়াবু মপুরোয়বগী শঙ্কায়দগী তাম্থোকপীবগী থৌদোক কয়া লৈরি । ময়ুম পান্দ্রিবা লৈশাবীশিংদসু মাগী মাগী নুংশিনবা অমদি খঙন চান্নবশিংনা মোইথেম তৌদুনা তেংনা মান্দুনা নৎত্রগা নম

হাদুনা য়ুম্বাল মরী লৈনবা অমদি নমজা নমথেক্লবগী থৌদোকা লোয়ননা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবা লুহোংদ্রিবী কয়া লৈরি ।

নুপাশিংনা নুপী অনি লোনবা, মসিগী মখা তারকপা ওইনা লৈবু লৈমিন্নরবসু নৎত্রগা খাইবু খাইনরবসু নুপী অহলবু অমদি মাগী মচাশিংবু হন্না য়েংবীরক্তবগী থৌদোক তোয়না থোক্লি । অমরোমদা মপুরোয়বা লৈখিদ্রবা মতুংদা য়ুমগী মৌশিংবু মরুওইনা খনবীদবা, মখোয়বু য়েংশিনবীদুনা তাশিন খোমজিনবীদবা, মচা পীক্লি হায়দুনা লন থুম পীবীদবা, মপুরোয়বা লায়েংবদা শেল লোইনা চঙখ্রে হায়দুনা লৌ ইংখোল পীবীদবা, লন থুম খাইবীদবা, অহিং অমতা নুংঙাইনা তুম্বা ফংজদবা, শকমান লেংমান্নবশিংগী মরক্তা অহিংবা নুংগী মুর্ত্তিগুম খিনবীরবী লুখ্রা কয়া থেংনরুই ।

নুপীদা ওৎপী নৈবীবা নীংশিবা থোক্লবা মতমদগী লৈরক্লে তৌবতবু ঐচ আই ভি/ এইদসকী পন্দুপ অমা হাপচিল্লকপতনি, মহে মশিং হৈহৌদুনা নৎত্রগা শিনফম অমা পান্দুনা মশাগী শেম্লোক লম্বী লৈজবশিংদি খরগী মখৈদি ফরে মসি নত্তবা অনাবা অমগা লোয়নদুনা লৈরবা পীদোল্লবা নুপীশিংসিনা হিংদবা অমদি অঙাংশিং য়োক্তবা য়াদবনিনা তঙায় ফদনা হিংনবা হোৎনবদা উপাই কয়া থিরকই । উপাইশিংদুগী মনুংদা খুন্নাইনা য়াদবা চৎনবী শম্বল কাল্লক্তবা নত্তে । অসুম্না ঐচ আই ভি শন্দোকপা অমদি চঙহৌব কয়া য়াওরি ।

মখুৎতা খুৎলায় পায়বশিংনা মুক্লবদা, ঙাকপী শেনবীনবা ব্রাৎপা, লৈঙাকলোয়শঙগী চৎন কাঙলোন্না য়ৌদবা ব্রায়েল কাতি লৈতবা, কাঙলুপকী ঈরাং লৈবনচিংবগী মহয় ওইনা নুপী ওইবীশিংদি হীরম খুদিংমক্তা অব্রাবা নংলি । অব্রাবশিং অদুগী মনুংদা করিসু খঙজদ্রবী চন্নবী কয়া ঐচ আই ভি গী খয়াৎনুংদা তাদবা নত্তে । মশানা য়াদনা নমজা নমথেক্লবনা মরম ওইদুনা শেগায়বা, তৎপগী চাং ব্রাংবনা অমদি নুপী ওইরুবনা ঐচ আই ভি চঙবগী চাং ব্রাংই ।

ঐখোয়গী লৈবাক্তা হৌজিক থেংনরিবা য়াম্না মরু ওইবা ব্রাফম ওইরিবা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবা লুখ্রাশিং অসিনা লেল্লিবা পুন্সি মরেলশিং য়েংশিনবীবা অমদি তেংবাংবীবগা লোয়ননা ঐচ আই ভি থিংবগী খোঙজং চঙশিনবা য়াম্নমক তঙায়ফদ্রে । তুরেলগী ঈরোলনুংদা মাঙখিবা নুপী ফংবা লমদম,

মোংবহনবগী উমংদা বিস্লোদা অচাপোং পীজদুনা থেমদুনা পুশিনবা লমদম, শীং য়ানবা চংচথিবী পীক্লিবী নব্রাশিং থাক্তবা মফম, নওগী নশাইগোলসিদদি নুপীদা ওৎপা নৈবা থিংবা হায়সি ঐচ আই ভি শন্দোকপা থিংবগী শরুক অমনি । মায়কৈ অসোমদা মীয়ামগী পুক্নিং চিংশিনজবগা লোয়ননা মীংকুপ নাহুমশিংনা ঐচ আই ভি থিংবগী খোঙজং মাঙলোমদা চঙশিনবা ওইসনু ।

# দ্রগ শিজিন্নবশিং অমদি ঐচ আই ভি অমসুং এইদস

মালেমদা ঐচ আই ভি শাফোঙলকখিবদগী ঐচ আই ভি/ এইদসকী মরমদা লেপ্তুনা থিজিল্লি । লায়নাসিনা মী অমদগী মী অমদা শন্দোকপগী থৌওংশিং অসি চেকশিন্দনা ফমদিন্নবা, মহীক য়াওবা ঈদগী ঈদা অমদি মহীক চঙলবা মমাদগী মচাদনি হায়দুনা মালেম হুপ্পা যানরি । মনিপুরদদি ইহান হান্না, শিংলিদা ময়ায় কাবা নিশা কাপ্পা কাঙবুদগী লৌবা ঈ চাংয়েং তৌবদা ঐচ আই ভি গী মহিক য়াওরম্বা থেংনখিবগা লোয়নননা মতম অমদা শিংলিদা ময়ায় কাবা নিশা কাপ্পা মীওইশিংদা ঐচ আই ভি শন্দোকপগী চাং চাদা ৭৬.৯ % ওইবম্বদগী ঙসিদি চাদা ২৪.১ % দা হন্থবক্লে । মসি তোঙান তোঙানবা লুপশিং, হকশেল লোযশঙ অমদি মীয়ামগী অচৌবা মতেংগা লোয়নননা পুন্না হোৎনমিন্নবগী মহয়নি । অদুম ওইনমক দ্রগ শিজিন্নবা কাঙবুশিংদা ঐচ আই ভি শন্দোকপগী খুদোংথীনিংঙাই ওইবশিং অসিদি হন্থরে, কোক্লে হায়না লৌবা য়াদ্রি । শিংলিদা ময়ায় কাবা নিশা কাপ্পা মীওইশিংদদি অমুক্কা হেন্না ঐচ আই ভি অমদি অতৈ ঈদগী শন্দোকপা লৌনগনবা লায়নাশিং এইদস, হেপাটাইটিস বি, হেপাটাইটিস সি অমদি অপোম অতঙনচিংবা লায়না তিলনা কয়া চেকশিলহৌদবদগী অমদি খঙদবদগী শন্দোরক্লি ।

নিশা শীজিন্নবা মীওইশিংগী মবক্তা, মখোয় মশেল মখোয় মখোয়গী লোযনবীশিংদা অমদি মখোয়না পোক্লকপা করিসু খঙজদ্রিবা অঙাংশিংদা ঐচ আই ভি শন্দোরকপগী খুদোংথীবশিং মায়োক্লরি । চেকশিলহৌদবা, খন্থহৌদবা অমদি থৌশাহৌদবা কয়াদগী মমল যাম্লবা লৈবাকসিগী মীওই কয়া, নহারোল কয়া ঐচ আই ভি গী চৈথেং ফংদুনা মসিগী চৈনা খাঙদুনা হিংলি ।

দ্রগ শীজিন্নবগা ঐচ আই ভি চঙলকপা অমদি শন্দোরকপগী থৌওংগা মরী লৈনবশিং অদু তেনতক্লা থমজরবদা মখাগী অসুমনা থম্বা য়াই মদুদি মখল অমগী নিশা অমা হেক্তা লান্না শীজিন্নবা, শিংলিদা ময়ায় কাবা নিশা কাপ্পা, হকথেংননা নৎত্রগা নাকোয়নননা নীংথিনা ফুৎতোক চামথোক্তবা য়েত্তুম সিরিঞ্জ

পুন্নুবা নিপা মশীং নুপী মশীং য়ান্বা অমদি ফিনুংগী লায়নাদগী ঙাকথোক্লুবা পান্বেশিং শীজিন্নদনা ফমদিন্নরুবা অসিনচিংবশিংনি ।

দ্রগ শীজিন্নবশিংদা ঐচ আই ভি চঙলকপগী খুদোংথীবশিং হুহ্হনগে হায়রবদি নিশা শীজিন্নরিবা মীওই, মখোয়গা লোয়নরিবা মীওইশিং, মীয়াম অমদি লৈঙাক্লোয়শিংগা লোয়ননা মীয়ামগী অচৌবা ঈহৌ অমা চংই । ময়ায় কাবা নিশা শীজিন্নবশিং মীয়াম মরক্তা ফোংনা থোরকপা ঙমদবা ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা থৌশাবীদবা, হকশেলগী মরমদা খঙবা য়াংপা, দ্রগতা লায়চুবা লায়েংবা য়াই হায়বসি খঙদবা অমদি লায়েংবগী পান্বে থিদবা, লায়েংনবা শেল মতেং পাংবীনবা লৈতবা, মখোয়গী (নিশা শীজিন্নবশিংগী) ওইবা তোপ তোপ্পা হৈনবী অমদি লমচৎ শাজৎ লৈজবা, মখোয়দা মীয়াম্না তাথীবা, হৃম্বনা য়েংবীবা কয়াশিং অসিদগী নিশা শীজিন্নবা মীওইশিংদা ঐচ আই ভি শন্দোকপগী চাং য়াংখৎহল্লি ।

**নিশা শীজিন্নবা মীওইশিংনা খঙবীগদবশিং ঃ**

শিংলিদা ময়ায় কাবা নিশা কাপ্পা কাঙবুনা মসিবু তোক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা মখল খুদিংগী নিশা শীজিন্নবা তোক্লবা হোৎনবীয়ু । কাপ্পা তোকপা ঙমদ্রবদি কাপ্পগী মহুৎ চাবীবগা লোয়ননা তপ্না তপ্না নিশাদগী লাপ্না লৈনবা হোৎনবীয়ু । নিশাদা লায়চুবা লায়েংবা য়াই, তোক্লীংবগী অপান্বদুদং লৈবীরবদি মতেং পাংনবা অকোয়বদা লৈরে । নিশা থাদোকপা ঙমদ্রিঙৈদা ঐচ আই ভি লৌনরক্তনবা অমদি শন্দোকপা থিংনবা খনবীয়ু, অতোপ্পগা য়েক্তুম সিরিঞ্জ পুনবীগনু । নিশা কাপত্রিঙৈদা সিরিঞ্জ, অফবা, অরুম্বা, অরূবা ঈশিং লশিং ব্লিচিং পাউদর মহী অমদি দ্রগ থীৎনবা অফবা অনানবা পাত্র হান্না থৌরাং তৌবিয়ু । মফম অমত্তদা দ্রগ হঞ্জিন হঞ্জিন কাপ্পীগনু । গুলিনচিংবা থীৎলগা অমদি ঈশা ইথন্নতা লৈবা মফমদা দ্রগ কাপ্পীগনু ।

য়েক্তুম সিরিঞ্জ পুন্না কাপকে খল্লবদি ব্লিচ মহীদা অনীরক তেংলগা অমুক টেপ য়াটরদা অনীরক তেংলগা শীজিন্নবীয়ু নত্রগা য়েক্তুম সিরিঞ্জ অদু টেপ য়াটরদা মরিরক্তগী তাদনা চামথোকপীয়ু ।

**ফমদিন্নবা অমদি ঐচ আই ভি ঃ**

শকখঙদবশিংগা ফমদিন্নবদা কোন্দোম চুম্না শীজিন্নবীয়ু । ঐচ আই ভি

লৌনবা য়াবা লীচৎ চৎলুরবদি অমদি ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলবদি মতৈ মনাও ওইববসু কোন্দোম চুম্না শীজিন্নবীয়ু । কোন্দোম শীজিন্নবগী খুদোংচাবা লৈত্রবদি ঐচ আই ভি লৌনরোইদবা অতৈ য়ুম্বাল মরীগী থৌওংশিং ইনবীয়ু ।

**ইমুং মনুং অমদি মীয়ামদা হায়জবা ঃ**

ঐচ আই ভি হায়বসি দ্রগ শীজিন্নবা অমদি লীচৎ কোম্বা মীওইশিংদদা চঙবা নত্তে । ঐচ আই ভি অঙাং অহল, নুপী নুপা কাঙলুপ, লায়ব-ইনাকখুনবা অফ ফত্তবা থিদনা মী খুদিংদা চঙবা ঙম্মী । দ্রগ শীজিন্নবা মীওইশিংবু তাথী তাওইনা তৌবীগনু । দ্রগ শীজিন্নরুবা মীওই খুদিংমক ফত্তবা মীওই নত্তে, লায়চুদুনা নাকবখক্তনি । মখোয়বু কান্নদবা মীবেমগুম দ্রগ চাবগা শিগ্নগদবগুম উবীবা, খনবীবা তৌবীগনু । দ্রগ শীজিন্নবা মীওই খুদিংমক ঐচ আই ভি চঙলবা মী অমগুম উবীগনু । ইমুং অমদি মীয়ামগী মতেং ফংলবদি দ্রগতা লায়চুবা লাযেংবা য়াই অমদি অফবা মায়কৈদা পুবক্নুনা খুন্নাইদা কান্নবা মীওই ওইহনবা য়াই । দ্রগ অমদি ঐচ আই ভি না খুন্নাইদা অকনবা চৈথেং পীবি খঙমিন্নবগা লোয়ননা মীযাম হুপ্পা খঙমিন্নবা অমদি হোৎনমিন্নববদি দ্রগ অমদি ঐচ আই ভি থেংনমিন্নবা ঙমগনি । দ্রগ অমদি ঐচ আই ভি থিংবগী ঈহৌদা মীযাম হুপ্পা শরুক য়াবীয়ু । লৈঙাক্লোযশিংনসু দ্রগ ফংবা হন্থহন্নবা, ঐচ আই ভি এইদস শন্দোকপা থিংনবা, মসিগা মবী লৈনবা আইনশিং শেমদোক শাদোকপা হাপচিনবা তৌদুনা অখঙ অহৈশিংগা তান্নদুনা চৎন পথাপশিং শেম্লবদি দ্রগ শিজিন্নবশিংদা ঐচ আই ভি শন্দোকপগী চাং হন্থহনবা ঙমগনি ।

# পৃথিবী চনবা মহাদেশ অমদা

নুংথিলগী পুং মরি তারম্লগনি হেক্তা খঙই ঘড়ী য়েংলুদ্রবসু আইন ঙাকপশিংগী জিপসি পরেং মথং মথং উবদা, হৌনদুনা লাকপগুম নুমিদাংবাইরমদগী খজিক্তং মমশিল্লক্লবা মতমদুফাউবা মৈ লংনা লংনা থাল্লদুনা, লন্নাই দুকান ৩/৪ গী মমাংদা লেপকনি নত্রগা মখোয়না চংখিনি দুকান মপুশিংগা ব্বারি শাগনি, করিগুম্বদা শুকতোক্লুনা, করিগুম্বদনা নোক্লুনা অদুদগী খুৎকা খুৎকা শোক্ল শম্লদুনা হনখিনি, অমা অমুক লাক্কনি, হান্নগুম অমুক হনখিনি, অসুম্না মথং মথং ।

অরাপ্পদগী পেন্সন তান্নবা লাকপা শিংখ্রবা অহলদুনা বস ঙায়না ঙায়না হংঙি পঙশিন্নদুনা, ঙকশিন্নদুনা ইম্ফাল থনাগী লোয়শঙবু মফমসিদা নৌনা হোংলববা ইবুংঙো ? ইখং খংনৈ, ইউ উনৈ । ইম্ফালগী পাউনা অমদি থঙ্গাল কৈথেলদি লোল্লল্লনি অদুবু মফমশিদদি নুমিদাং ওইর ওইরগা মী তিনখৎলকই থোং হাংদোক্লরকই । লম্বীগী নাকলদা গাড়ী মচা অমদি অচৌবা পরেং পরেং কৃক কৃক ইন্নদুনা খাল্লি লাক্লিবা মীওই অয়াম্বনা চহি ২৫ দগী ৪৫ ফাউবগী মনুংনি । ২৫ গী মখা ৫০ গী মথক ইউ উদে, ফজবসু অথীবসু, মোতাই সুদাইনবদগী তরু তনানবা মীওইশিং, মখল খুদিংগী মীওই কয়া লাক্কনি, চৎখিনি, মরমদি মফমসি খ্বাইদগী ফৈ হায়নবদগী খ্বাইদগী ফত্তে হায়না খনবা খুদিংমক ফংবা খ্বাইদগী শোত্থহৌরবদগী খ্বাইদগী চাউখৎপা খুদিংমক লৈবা পিক্লবা মি: ১০০ মুক্লা কোনবা মনিং তম্লবা লমনি । মফমসিদা উই অঙকপা ফংনা খেন্নবা মীওই কাংলুপকী মরক্তা, শেলগী তৌবা ঙম্বা, শেলগী মমাংদা মহু ময়াই চম্লবা অকনবা অঙম্বা কয়াগী তেরবা শক্তম । অয়ুক থোরকপদা থেংনরকপদু শং শং উরকই ইকুই কুইদ্রিঙৈগী মমাংদা গাড়ী থেংজিন্নবদগী শোক্তুনা খোঙ য়াদ্রবা লৈকায়গী ইনাউদুগী নৌজরিবী ইনাওনুপীদুনা মচাগী শঙ্গোম লৈবদা মতেং ওইনবা হোংনজবদা লৈকায়গী মৈরা পায়বীনা মরু কোকপীদুনা মঙকশমদা প্লাসটিক পরেং শিবীহৌবা, নৌরীবী মানা

মখোঙ থাংবা খোক্তবমখৈ তরংদা ঙাংশং ঙাংশিন্দুনা নিংথম থাগী ফকচিল্লবা কোরৌগী মণ্ডালদা হুমাং কাংদুনা লেপহৌবা লায়রবীনা লায়রবীবু খোঙ্গোয়নহৌই নুপীনা নুপীবু ওৎপীহৌই। অদুবু মফমসিদনা ইনাক খুনববু লায়রবা ইনাকখুনবা খায়দনা, শক্তি লৈবশিংনা শৌগৎলি, মৈরা পায়বী লৈতে, অচুম অরান থিবা লৈতে, ইনাক খুনবগীদি অচুম্বা ঙাক্তনি খল্লবরা খঙদে।

চা হোটেলদা মীয়াই চল্লবা কয়া নুমিৎ চুপ্পা অমা ফমদুনা মালেমগী মশক নাইরবা মীওই কয়া নৈনহৌই, কনাগী ক্লিন্টন, কনাগী বজপায়, কনাগী সোনিয়া, কনাগী বুস, কনাগী কাষ্ট্রো....... চা গ্লাস তঙ্খায় থকচরবসু হৈতে হায়নদুম হায়নহৌই। ওস্থোরকপদা অমুক থেংনৈ ঙসাইগী গাড়ী পরেং পরেং মরক্তুদা লাইরিক হৈরে খঙ্গবা দিল্লি, মহারাষ্ট্র, তামিলনাদু, চাউখৎপা মফমশিংদা চত্তুনা অৱাংবা থাক্কী ডিগ্রী পায়রবা তুংগী য়ুম্বীরেল কয়া পোকপীরমদুনা নিংবা কায়রবা কয়া, মরোল মরি ফায়রদুনা মখোয়না নিংলবদি কৈসু নত্তে হায়দুনা কন্না কন্না ঙাংনহৌই, অচৎ অওক উদবমখৈ কানুংদগী হেন্দোরক্তুনা লমজাউদা, চাইথরকপা কোরৌগী মণ্ডালদা, অকি অখং লৈহৌদে অফা অপুনগী খলহৌদে লৈবাকশিদা লাইরিক হৈবদি য়াম্না ৱাৎলি, খুং থেক্তুনা পাবা য়ারি। মপাল লমগী মীওইশিং বিহারী, বঙ্গালি, তামিল, মদ্রাজি, মরৱারি, দেসৱালি, নেপালী...জাৎ সুনা মনিপুর য়ৌরগা হিংলনি হায়দুনা লাক্লি, হিংলি, হিংমিন্নরি। ঐখোয়গীদি লাইরিক হৈরবা কয়ানা সুফম নোমফম লৈতদুনা ঙাউচৎনরি ককঙাউনরি। ঐদি মখোয়দগীদি লাইরিক হৈবসে হিংনবা হোৎনরীবশিংসিন হেল্লি হায়নিংঙী। হিংননবা মচাক মরাং কায়না লৈবা লমশিদা লুরিবদি করম্না হিংগনি খনবা হৈতবসিনি ঙসি ঐখোয়গী খুনাইশিদা লৈরিবা অয়াম্বা মীওইশিংদা নারিবা লায়নাদি। অতোপ্পবু মবুক নাহন্দনা উপাই অমা থীদুনা হিংনবা হোৎনরিবা হিংবা তন্নীবা খুদিংমক লাইরিকসু হৈরবা লাইসুসু খঙলবা মমল য়াম্লবা মীওই ঙাক্তনি।

চৎনবী অমা ওইনা পাক্তকননা লাইরিক তম্বগী মীংদা য়ুম পান্দ্রিবা পাখং মাঙ্গদ্রবা পাখংশিংনা চহি ২৩/২৪ দগী ৩৫/৪০ ফাউবগী শাংলবা মতম অসি অরেম্বদা মাঙহল্লি। য়ুম পাল্লবা মতুংদতা নংহৌররোইদবগুম হাথু হাথু

চহি ওন্দ্রিঙৈদা শেল তানবা থোরক্লরি শেলগী মগুন খঙলকই হিংবগী পান্থে থীনরকই । হিংবগী ব্রাখল খল্লকই ।

ভ্রাই লাউখিবদগী সরকারদা কারক্কদবা আই থিংগ্রবা মতুংদসু হেন্না মরাং কায়না ফংনিংবা মফমদা মতমদা, ফংলবা, মীওই খুজোক অমতমক কান্নহনবা, সরকারদা কারক্কদবা আইসি থিংবগী মহুত্তা ভ্রাই লৌথোক্লগা শেল তানগে খন্দনা শেম্বোক লম্বী লৈতে হায়দুনা জ্ঞান তাবা শানা লৈরীবা পাখং অরিবশিং অসি মঙম (দায়ত্য) মশক খংদবা, মী পীজনিংদবা কাংলুপনি পাখং অরিবা লৈবা য়ারোই অমদি হুঙিল্লকপদা চাক পুখম অমা খাকপা য়ারোই হায়না (এক্ট) চৎন পথাপ অমা চলাইবদি কমদৌই ? মদুনা মীশিং যামজদ্রবা ঐখোয়গী মীশিং হেনগৎলক্কনি, মীকোক্কী চগা (পর-কেপিতা ইনকম) হেনগৎলক্কুনা ষ্টেটকী বজেট হেনগৎলক্কনি নাকোয়ননা মঙম লৌনিংবা লৈবাক্কী অচঙবা মী কয়া পুথোকপদা মতেং ওইগনি ।

হেদো নাহে চল্লবা মীওইশিংগী য়াইফনবগীদমক ঐসু য়ুম্ফম অমতং থোনগে হোৎন-হোৎননা তুমদনা মঙ মঙলুই নুমিদাংব্রাইরমশিদা ঙাইহাক্তং আইন ঙাকপশিং অমসুং আইন শেম্বশিংগী য়েন্নখাদা পীক্লবসু পৃথিবী লোয়না হাপ্পা চনবা মহাদেশ - বাবুপরাদা ।

# ব্রাইকুপ পুবীদি হান্নগুম্না পুহৌরি

থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট এন জি ও গী ডিষ্ট্রিক্টনি হায়বফাউবা য়ারে । মীয়াই চল্লবা, শারেপ ফারবা কাংবুশিংদগীনা ঙরাং নহান্তা পোক্লীবা পোকপা কুইদ্রিবা কয়া মরাং কায়না লৈরি । মীয়ামগী থবক তৌনিংবা, মীয়ামগী য়াইফনবা তৌনিংবা কখোকপগী পুকচেল চেল্লবা মীওই কয়া ডিষ্ট্রিক্টশিদা লৈরি করিগুম্বদা ডিষ্ট্রিক্টশিগী মী ওইনা হিংজনিংবা ফাউবা য়াউরকই । শেল লৈবা শক্লাইরবা মপাল লমগী অমদি মনুংগী লুপ কয়ানা থৌবালদা তোর্বান পাথোক্তুনা চেনশিল্লকপা ঈশিং ঈচাউগুম শেল হৈজিল্লকই । ঙক থাঙ্গৎতুনা খুনিং কাংদুনা চীংলোন মাপলনা ইকোই কোইশিনবা লমদমসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী হিংবগী থাক খরদবু ৱাংখৎলবদি হায়দুনা খুবাক লাইখন তানা য়েংলি । অদোমসু করিগুম্বদা চৎপিরবদি উবিগনি ৱাংজিং কৈথেল অমদি মসিগী অকোয়বদা খুন্দারিবা অয়াম্বা ইমুংশিংগী মনুং অচৌবদা কলত্রক্টৈদ বাই হায়রগা শারিবা এন জি ও শিংগী অমদি ফম্দরশিংদুগী মমিং থাবা, অসুম্না মীওইবগী অমাং অশোয়দি ফনা য়াম্না চোয়দরে সেনিটেসন ফগৎলে হায়বা য়াই ।

২০০০ গী এপ্রিল হৌগৎলকপা হয়েংদি মৈতে চৈরাউবনি হায়বা নুমিত্তুদা ৱাংজিং কৈথেলদগী নোংপোক্লোমদা কিমি ৪ রোম চংশিল্লগা লৈবা সলুংফম কাং য়াম্বেম অমদি কাং থোকচাউদা মিনিষ্ট্রি ওফ হেল্‌ঠ এন্দ ফেমিলি ৱেলফিয়ার, গোভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়াগী শেন্থুংনা পাঙথোকখিবা নুমিৎ ৩/৩ নিগী ওইবা রিপ্রডক্তিভ এন্দ চাইল্ড হেল্‌ঠ কী তোকর ওইনা চৎচরুই । ইম্ফালদগী কিমি খরদমক লাপ্পা অদুগা থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট হেড ক্বাটরদগীনা কিমি ৭/৮ গী অকোয়বদা লৈরিবা মফমসিদা থেংনরিবা খুদোংচাদবশিং সরকার অমদি এন জি ও শিংনা হোৎন হোৎননা ৱাৎলিবা হকশেলগী অমদি লায়েং কাংলোনগী তঙাইফদনা খঙজিনগদবশিং, লম্বী থোংগী মরুওইনা অনা অয়েক্পী মতমদা লমদমদুদা থেংনরিবা পাউদম্লক্লীবা অৱাবশিং, কংনানপুন্দা, ব্রাইস্তা পুম্রিদগী তুরেলদগী শোক্লরগা হৈজিনবা ঈশিং, থক্লবা অফবা ঈশিংনি হায়বগী চৎনবী করিসু হোৎলমদ্রি । ঐগী

টিমদা য়াউবা লেদিজ হেলঠ ৱাকরদুদি ৱাংজিংদগীগা ওইরে ইকায়বোয়, শাউনিংবোয়, চৈবোই তাকপোই তৌখি লমদমদুগী চৎনবীবু থীন্দুনা তাক্তুনা ওক অমা মচা পোকপদা শিবদি অমা লৈরুরগা শিংবা য়াই শিংদ্রবসু কায়থোক্লগা য়োনবা য়াই ওক্তা কাপ্পা, হুইদা অমদি ষন্দা কাপ্পা হিদাক মীদা কাপশিন্দুনা মী অমা শিবা তারবদি হৌজিকসু মরাইবক্কীনি হায়দুনা অদুম লৈথোকখিগদ্রা ? ঐখোয় স্বাইগী চৎনবীশি.................. কয়া কয়ানি ঙাংখিবা । নুংশিদুনা ঙাংবা মাল্লি, নুংশিরবদি য়াম্না ফহন্নিংই ।

কাউথোক্লুরবা ৱাফম অমা নৌহৌননা নিংশিংলকই । নোংম ১১/১০/৯৯ বন্দ নুমিৎনি মরমদি কাউখরে, সোসিও ইকোনোমিক ভোলুন্টরি এজেন্সি শন্না সেভাগা মেক্সকা খুৎশন্নদুনা শিনবা ঐচ আই ভি/ এইদসকী এবারনেস কেম্প অমদা নিউ ভিজন মনিপুরগী ইয়াম্বা প্রদিপকুমার, ইন্দিয়ান এইদস কন্সোটিয়মগী ইয়াম্বা নন্দোগা সেভাগী শিল লাংবা অনিগা ঐখোয়বু থীনবীরিবা ড্রাইভরগা লোয়ননা এন জি ও/ প্রেস হায়দুনা মুক অঙাংবনা চাউনা থারগা চৎখিবা খোংচৎতুদা লম্বীদুদি পুমহাং হাংলবনিনা ৱাই শংনা চৎচখি মারুটি ভেন্দুদি, পুক্লিংদি ৱাই ইশং শংখিদে লমথৎপবু শৌগৎপা কাংবু থেংনগদরা হায়দুনা, লম্বীদা মৈরা পায়বীশিং চোমলপ চোমলপ ফমদুনা লৈহৌবা থেংনরকই, শিফাই পুলিসকী গাড়ীনা হুইস হুইস থৌগৎখিবা নত্তনা ইতাক তাকই । লমাংদোং খর হেন্দোরকপদগী অরাং তুরাং শেৎপা শিফাইনা শৌগ্রি য়ুংবগুম য়ুংদুনা লৈরম্মী, করিগুম্বা ঈরাং অমা থোকখিবরা চীংনদবা ঙমদে ঐখোয়বু ঙাকপী শেনবীনবনা অসুক কুংলবসিদা ঐখোয়গী থৱাই ঐখোয়গী পুক্সিদি অকি অখং লৈত্রে হায়বা ঙমদ্রি । নিংথৌখোং প্রোজেক্ট হায়জিল্লমদাইদা ঐখোয়না তোংবা ভেন্দু খামহল্লগা লম্বীগী নাকলদা লেপহন্দুনা থমখি কোন্না ঐখোয়না শক্তাক চে উৎলবা মতুংদা নোল্লুকপা ৱাহৈগা লোয়ননা মখোয়গীদি ডিউটিনি করি উপায় লৈ চৎপীরো হায়রকই, ঐখোয়নসু তৌবীয়ু হায়রন্নগা ঐখোয়গী পম্বুং তন্নকই । মথং মথং অহাংবা লম্বীদুদা থৌজিল্লকপনা মোইরাং কংলা, ইবুধৌ থাংজিং হয়াউফম, কুম্বী তেরাখা, সগাং, ৱাঙু বাজিগী লৈহাউ য়ৌশিল্লক্লে, ঙাইহাক চংদুনা খুরুমজনিংবনি পুৱারীগা শাগোন্নবা লমদমদু, হনবদা চংলসি হায়দুনা কেম্প মক্কম ৱাঙু সাবল

লৈকায়দা থৌজিন্নে । লম্বীদু হায়নিংঙাই লৈতনা ফরমদে । ঐখোয়গী পিকপ্রবা গাড়িদু ফাওবা চনবোই চন্দবোই কয়া ম্নাখিবা, পুক্লিংদা করিনো অমদি অদুম ফাওবা হৌখরে । নুংশাগু লৈজবী থাদুনা শারি, ইকুই কুইদ্রিঙৈদা ঈশিং চাউবগী ঙাকখিবা অৱাংবা পল্লি মচাশিংদুদা লেপ্তুনা থৌবুরেললনা থিন্দুনা তাক্লি তুম্পক তুম্পক লেপ্তুনা ঙাক্লিবা চীংশাংশিংদুদা অসিনা ম্নাংজিং খুন্নৌনি, অসিনা চাইরেলনি, আদগীসিনা শুগ্লুনি, শুগ্লুনি পল্লকপদা তোনসেন লমখাইগী থৌদোক অমুক্কা হেন্না নৌথোকহল্লকই । কনাগুম্বা অঙনফৌ লোকপা খুনগী ইয়াম্নশিং, ইতৈমশিংনা কোক্তা কোকশেৎ য়েত্তুনা কয়াদা ম্নানা পিক্লবা লম্বীদুদা কুমগী ফৌনৌ পুখৎহৌবা, লাকমিন্নবা অতৈদি করি ফাওরমগদবনো খংদে ঐদি মফমদুদা থেংনবিবা হিদাক লাংথক্কী, অনা লায়েংগী লম্বী থোংগী অৱাবশিং খল্লবোই হায়বা ঙমখিদে । ম্নারী শানা শানা চাকপাউ লাক্লুনা খুৎশা হামদুনা ফল্লে, ইচম-চম্নদি শিনবা অদুগা মমল য়াম্লবা চাক্লেনদুদা মথেল অমা ওইনা য়াওবা ইম্ফালদদি শুকচা চাদ্রবা (ইশাগী ওইনা) উকাবী অতেকপা মপুমগা হৱাই মাইরোংবীগা থোংবা অমদি য়ুমদা চাবদা নোংমতা ফংখিদ্রবা উকাবী অতাওবদুগী অশেংবা মহাও পিবিরিবা মহৌশা লাইবেম্বীনা চেকশিন্না য়োকপিরিবা য়েংশিনবিদ্রবা, থৌশাবিদবনা অৱাংপগী চৈনা খাংলিবা ম্নাংঙু শাবল লৈকাইগী নুংশিরবা খুঞ্জাশিং কাউথোকপা ঙমখিদে, হল্লমদাইদা হাপ্লকপা উকাবী অয়াইবদুগী খোইথুম্নরবা মহাওদুনা হেন্না হেন্না খলহনখি নুমিৎ কয়ানি নিংশিংহনখি । মীখল ঙকয়াসু ওইরক্লবনিনা মীয়াম্না ম্নারৌহৌবা মীহুৎতুগী মহৎতা অনৌবা মীহুৎ থাম্ব্রে ম্নাংঙুগী ফিভম ফগৎলমলগদ্রা ?

লৈকাইদা খুন্দা লৈরিবা ঐখোয়না ঐখোয় মীয়ামগী ইহুৎ শিন্দুনা চেং লৌকনবা, চিনি লৌরুনবা, থাও লৌকনবা, অফবা ঈশিং থক্লবা, অনা লায়েংগী খুদোং চানবা, লম্বী থোং শেম্বীনবা, চাওখৎ থৌবাং শিনবীনবা থাগৎখিবা ঐখোয়গী মীহুৎনা হৌখিবা চহী মঙা চুপ্পা মরৈকাই মরমদমদি নিংশিংবিদনা মীখলনা থোংজিন্দা লেপ্পরবা মতমদা হল্লক্লনি য়ুমথোং খুদিংদা ঙাংশিল্লম্বগী হালেংদ্রবা চিনথিবা মচীল, অকাম্বা তৌবদা হালেংদ্রবা মখুৎ লোম্নদুনা, মশাগীতা খনবদা শংজদ্রবা কোক পুদুনা । লৈবাক মীয়াম ঐখোয়সু পংথমল্লবা হায়দুনি তৌববুদি

ঐগী ইমুং মনুং ফাওবা পেন্নবা তৌবা ঙমদ্রে অসুক য়াম্না মীয়ামসিগীদি কনানা ঙমগবনো ৱারৌ পুক্রৌমল্লবা হায়বদুরা ! ওম্থোক্লসু ৱারৌ পুক্রৌগনবা তাংকক অমদা পোক্লুরে । ফনমক ওইদুনসু লৈবাক্কী খনবা, মীয়ামগী খনবা কোনশেং লুচিংবা পুথোকপগী তঙাইফদবা লৈরে, লুচিংবশিংনা চীংগী অমদি তমগী লৈঙাক্লোন, লম্বাই ইম্ফালগী লৈঙাকলোন অসুম তৌদুনা মীচম খুন্নাইদা হু কামশিন্দুনা কয়াম কুইনা লৈখিশিগে । ইগী খাংপোক মনুংদগী উচান মৈরা চম্দুনা হৌদোকমিন্নরকপা ঐখোয় খুদিংবু ফ্লোরোসেন্ট টিউবকী মঙালদা মথোন মরোং মরোং মনুংদা য়ৌনবা থিল্লকলিবা লৈবাক মীয়ামবু অপংবনি শেল পিরগা লৈজবনি, লুচিংবা ওইজবনি হায়দুনা লাইনা খন্দোকপা থৌওংশিং কয়াম কুইনা চথখিগদগে মতমগী লুচিংবশা । ঐ ঐগী ইরৈকাইদা, ইখুঙ্গংদা, খুল্লোনবদা লোয়জি লোয়াদা ডি সেন্ট্রেলাইজেসনগী ৱাখল খনবিদ্রিবা করিগীনো, থাদরক্লিবা শেনফমশিনা ওন ওন্দুনা শেম্নরক্লবসু সনা লৈবাক পুমলং লংলগনি । হৌখিবা চহী য়াখেমুকসিদা বৃটিশনা পান্দ্রিঙৈ অনিশুবা লাঞ্জাও মমাংগী য়ুমলৈ কৈরৈ, লম্বী থোংসিদা ঐখোয় কয়াম কুইনা অহিংবা ম্যুজিয়ম অমগুম লিদুনা লৈখিসিগে ? ময়োলদসু অদুমঙাই অনৌবা চহী চানা চংশিল্লক্কদবগী মথোং থাঙ্গৎতুনা ঙাইরবা মতমসিদা মীয়ামগী থক্ল চানবা ঈশিংদা কং য়াউরম্বা, তিম্লোক মচা য়াউরম্বা কয়া কয়ানি । হান্নদি সুকফং ফংলমদবনি ফংলিবা খরসিনা ফবা ফত্তবা পেম্থোক্লসিরা ? চীংগী ইচলশিংনা কিলোমিটর অহুম মরি চীংচেপ্তো চৎতুনা চীংজুম লাইজ ঈশিং ফংবদা হরাওদুনা থক চাবা পুম্নমক তৌবগী মথৌ করি তারিবগে হৌজিকপো ? চীংদা ঐখোয়গী মীহুৎনা রেন ৱাটর হারভেষ্টিং টেক্নিক করিগী হৌদোক্লিবনো, গ্রাউন্দ ৱাটর ফংবা মফমদা করিগী তুরেলগী পুম্রিগী ঈশিং চাফম থোকপগে ?

ইম্ফাল-ইরিল নম্বুলনা নমথাং খ্বাংচেৎ ওইদুনা চেল্লিবা ঐখোয়গী ইমা লৈবাক্তদি পুকচেল শেংনবু মীয়ামগী খনবিরবদি ঈশিংগী অন্নাবা নংনিংঙাই সুকলৈ লৈতে । ঐখোয় থক্লবা ঈশিং ৱাথৌ তাদে অফবা, অরুবা লায়না তিম্না চেন্দবা মহিক মতাই য়াউদ্রবা, কিনিজাই লৈত্রবা ইংরাজীদা সেভ ড্রিংকিং ৱাটর হায়বদুমক পামই । নংত্রবদি অৱাং লোংপোক ভারত্তা অসামদা রেল লম্বী য়ৌরে হায়দুনা

মিটর গেজদা মতম কুইনা পোংথোক চাউথোকচনা লৈরল্লগা ইকুই কুইদ্রিঙেদা ব্রোদ গেজ ওল্লোরকপদা খুদোং চাবা অঙকপা কান্নবা কয়া লৈরল্লে, ঐখোয়সে ওল্লোক্লা পেল্লোকলুরেদা চাউথোকচরুরেদা হায়দুনা ইকাই ক্ষিরুক খুম্বগী ইচপমুক ঙাংবা মায় হঞ্জিন হঞ্জিন উংথিবা তারি ঐখোয়গীদা কোইরকপা মপাল লমগী মীওইশিংগী মমাংদা । ঈশিংতমক লৌখৎচবনি হিংবদা চংবা তঙাইফদবশিং ঐখোয়গী মীওইগী ব্রাৎলি । ঐ ইশামক ফিজিসিয়ান অমা ওইনা ফাউজবদি অফবা ঈশিং থকপা ফংদবা, মচি কাবা চিঞ্জাক চাদবা মীওই অমদা হিদাক পিদুনা অনাবা ফহনবা ঙল্লোই, মালেমগী ডাক্তরনসু ঙমগনি থাজদে, লুরিবদি ডাক্তর নত্তে সেনিটেসন ফগৎহনবনি । চানবা চেংদা, হব্রাইদা নুং য়াউবা, পোৎয়ান য়াওরিবশিংদি হিংবগী হক মৎপনি লৌনদে, সিফাইনা পুলিসনা মী হাৎপখক হিংবগী হক মৎপনি লৌনরি । ঐখোয় মশেল শিনববুদি তুমিন তুমিন লৈথোক্লরি, মীয়ামগী ব্রাখল্লোনসিসু ফগৎহনবা, খংমিন্নবা চংলি । ঐখোয় ফংফম থোকপা লৌবা তম্বা তাই ইথৌসু খংবা তাই লোয়ননা ইশাগী অশোয়বসু নৈনবা তাই । মীখল মতমদা ফদিগোম মপুলদগী হেন্না হোংবা ব্রাখল থাদোক্লসি । লৈবাক্কী থৌ পুরিবা অঙম অথৌশিংদা অশুম ইল্লোকপনদি, থংজিনবনদি কান্নররোই, মখোয়গা খুৎশম্নদুনা কদাইদা করি হায়দুনা ইশাগী মীয়ামগী থবক কয়া তৌমিন্নবা মথৌ তারক্লে । হিংবদি হিংগনি হান্নগুম অদুবু ইন্টরভেন্সন তৌদুনা হেন্না শোকচিল্লকপা থিংহৌদ্রবদি দোলাইদি ময়াম চংদুনা তোংহনখিনি অদুগা ব্রাইকুপ পুবিদি হান্নগুম অসুম পুহৌখিনি । লৈবাক মীয়ামবু লল্লোনপোৎকুম উদবা, লাইরবগী পনখৈ মখাদা হিংবগী থাক হম্ননা লৈরিবা মীওইশিংগী মনঙ্গন্দা লৌ উদবা পুকচেল শেংবা মীয়ামগী খনবা লুচিংবা অমদি লৈবাক মীয়ামগী মীহুৎ পুথোকপা তঙাই ফদরে ।

ঙসিগী মালেমদা ঐগী কাংলুপ, ঐগী ফুরুপ, ঐগী চৎনবী হায়দুনা চাওথোকচনিঙাই, লেমজনিংঙাই ওইরবা মতমসিদা ঐখোয়গী চারোল শুরোলদা তুংগী মীরোলদা ঐখোয়না ফুরুপকী, লৈবাক্কী, মীওই কাংলুপকী হায়দুনা অফবা ব্রাখল্লোন চেনবা পাক শন্না য়েংবা ঙম্বা মতিং লৈবা অনৌবা চারোলগী খুদোল অমা তল্লমসি হায়রবদি লাইচুপ্রবা লাকপা, ফোইবা, ঐগীতা হায়বসি থাদোক্লবা

মহুকুইনা চংগা হিদাক্কী মথৌ তাই, হিদাক্তি লাপ্না থিরুদ্রবসু শেলনা চেকপল বাংনা খাজিন্দুনা লাপথোকহল্লবা বাংলবা অদোমগী য়ুমগী ম্রিহুৎতগী হাইফেং হাইফেতং য়েংথোকপিরকউ অকোইবদা হিংলিবা লৈবাক মীয়ামগী পুন্সি মরেল, য়েংবিবতা নত্তনা উশিনবিয়ু, উশিনবতা নত্তনা লৈবাক মীয়ামগীদমক চোংথোকপিরকউ ।

## য়ুমগী মৌবু নুংশিশি, মখোয়বু ইকাই খুম্নশি

'ইমাগী ইবেম্মা নংবু লৈহৌনুনে, ইম্মাগা চংশি লাউনে, ইমানা নহালনা শি থোক্কনি হায়দবনে, ইমাগী তুং ইল্লকউ লাউনে, ইমা লাক্লিঙৈদা চংশি লাউনে !' ইকুই কুইদ্রিঙৈগী মমাংদনি থৌবালখোংদা বাশিখোং নিঙোল অমা শিখিবগী হাক্তক্তা মঙানি লৈবাংবা নুমিৎতুদা মচা নিঙোল ওংলুবী লৈকাইগী মঙদুদা নিঙোল পোকপীনা তেংথাখিবা, নোংসু থিৎলি থিৎলি চুখি য়াম্লবা নুপী ময়ুমগী লৈকাযগী মবুং মৌপ্পা কয়া, মচেম মনেম, মপা মতোন কয়াসু লোন্না কপশি কপঙমদ ফোঙনা কপশি কপঙমদা থমোয়দা খুত্তুম শুদুনা নুংবংননা তুমিন তুমিন লেপখি পাক্লবা লম্পাক্তু থুংনা। মসিদসু নত্তে ইকান কান্নদনা চীংঙামখাদা যুমগী মৌ অমা হাংখিবগী পাউ লৈবাক শিনবা থুংনা লৈখি, মতমদুদা হায়নখি, নুপী হাৎপা দন্দি পিযু, নুপী হাৎপা ইমুং লৈকাযদগী তাম্থোক্কদবনি, কয়া কযানি । অসুম্না মতম খবদি লেপ্পুবে অদুবু ঙসি অমুক নৌহৌননা তাবক্লে । মকুবোক্লা মৌ অমা য়াম্ফৎনা/ তোক্লা কন্দুনা ফুবদগী লাইকন্নবা ঙমদনা শিবে হায়দুনা কয়াদা কিনিংঙাই ওইবা থৌদোকনো ! ইং কুমজা ২০০০ নঙনা চংলকখিবগা লোইননা য়ুমগী মৌ কয়াদি মিপাইবনা থল্লকলি, নৌবিবী কয়াগী ফিজি-ফিনা চাক্লকলি, চিংলক্লি, অকি তুজুংবা, ইকাই হঙ্গোইবা থৌদোক কয়া থোবক্লি ।

ঐখোয়গী মীতৈ খুন্নাইদা নুপীবু ইকাই খুম্নবম্মী অবাংবা থাক্তা থল্লমই হায়বগী চপ চাবা খুদম কয়া লৈবম্মী । অদুবু মতমদুদা য়াঙন্নদুনা তাওথবকপা খুংকনবা খবগী খুদোংচানবগীদমক নুপীবু চংনবী হায়বা শম্বল অমনা খাজিন্দুনা শোম্থহন্দুনা থম্লি, কুইনা নমশিনবীবদগী অচুম্বা ওইববোই নিংহল্লি, নুপীবু হম্থনা খলহঞ্জে । হনগৎতুনা য়েংবিয়ু হৌখিবা মতমগী লমাযদা লৈবাক নিংথৌ, অঙম অথৌশিংনা পাম্মী হাযদুনা হৈ-লৈগুম পৎ পৎ থৎতুনা নাপ্পদা চিল্লকখিবা, মপুক্লিং ব্রাবকপা ঙমদবা মখোয়গী লৈমকোলনি হায়জিনবীবা, কনানসু ব্রাকৎচবা ঙমখিদে হঙ্গৎনা য়েংবদি লায়বদনা মখোইনা উখিদনবা ফিবক ফিরাং খুমদুনা

লুকথদুনা খাংখিবনি, লোৎখিবনি। নুংশিয়ু, লৌনসি, লৈনসি হায়বা য়াদে হায়বগীদমক মতমদুগী পুনামসিংগী খুজিন থৌরাংদা নম্ফুদা থম্বালনুবু ঈরোলনুংদা লুপহনখিবা, লৈবাক্কী মীয়ামগী য়াইফনবনি হায়দুনা ইথৌদাংনি খন্দুনা মশানা চোংথোকখিবা শিনিংদুনা শিখিবা নত্তে থম্বালনু, নমদুন শিহনখিবনি, ঐ কৈদৌবগী শিদুইনো হংজবা ঙমখিদে, মচা মৱানা য়ানবা নুংশিবিনবা থবাক চিলহাও থিদবা মখৈ নোল্লিবী, শুরিবী ৱাকৎপা হৈতবী কয়া কয়াদুগী অফ ফত্ত ৱাখল খঞ্জবা ঙম্না ঙম্না নমশিনবীদুনা থম্বীরকপনি। অদুবু মিকপ থোরকই মীতৈ নুপী কনাদসু দন্দি পানদনা ঐগী তৌফম থোকপনি খন্দুনা মৱা মপুরোইবা, মবুং মৌপ্পা, কৈরোই লৈকাইনা হৌরুবা ইম্বোক্লুবা য়াওদনা পাক চাওরবা নুমিৎ তাবা নাইদে হায়নরিবা বৃটিশকী মায়োক্তা হৌখিবা নুপী লাল। লৈবাক্কীদমক থুপপ্রবী, হৌজিক হৌজিক হিংলিবী থৌনা ফবী ইমা ইবেল কয়াদগী তমজনিংঙাই ওইবা কয়া অমসু ঙসি ৱারিনহৌরি, ইরাৎনহৌরি, থৌনা ফবী কয়াশিং অদুগী খোঙ্গুল লিনহৌরি।

মালেমসিদা মীতৈ খুন্নাইনা লৈরিমখৈ মুৎপা নাইররোইদবা হৈজিং খরাই পুবা অমদি লুহোংবা নুমিৎতা নুপীবু খুন্নাই অসিনা অসুক্কী মতিক ৱাংনা থাঙ্গৎলম্বগী চৎনবী লৈরি, য়েক থোক্লদবী, শাইরুক তিন্নদবী, হায়ন শিংনদুনা ওংবী মচানুপানা অহানবা পোকপী চুং ফিরান চাবী, শক চু চংখোনবী কনাবু মকোক চিংবগী (যাত্র পুবী) চৎনবী লৈরি, মতমগী হোংলক্লিবা খোংচৎতা খজিক খরাক শমজিন্নরবসু চৎনবীসি মালেমসিদা মীতৈনা মুৎত্রিমখৈ লৈহৌখিগনি। মতাং অসিদা মচানুপা পোকপী হায় হায়দুনা নুপী খুন্নাইবু হম্বনি, নমথবনি হায়না লৌবদি লানগনি। মসিদি জিনেটিক্কী ৱাংলবা ৱাংউলোন্নি। পা মরু (সর্পম) না শাগৈ (ক্লান) অমা ইষ্টাব্লিসমেন্ট তৌনবগী শাগৈ অমা চথাং সুথাং নায়না লেপচহৌনবা সিম্বোলিক রিপ্রজেন্টেসন অদুখক্লি, মসিসু পী মরু (ওভম) য়াওদনদি সুকওই ওইথোক্লরোইদবা ৱাফমনি।

মীতৈ লাইনিংদসু লৈমরেনবীবু নুপীনি ওইগী লমদাংনি হায়দুনা খঞ্জবা ইচম চমজবা খুন্নাইদসু নুপীবু থাক ৱাংনা খনবগী চৎনবী অদুমক লৈরম্মী। মীতৈ লাইনিংদা হায়রি কনাগুম্বনা ঐঙোন্দা চংলক্কে খল্লবদি লৈমরেনবী, সনামহি অমদি অপোকপা হায়দুনা খুরুমজরকউ, মসিগী নুংগী ওইবা ৱাহম্বোকতি লৌশিং,

অখংবগী মশক ওইবী লৈমরেনবী লৈরবা মীওই অমনা সনাম্নহি হায়বদি থব্রাই কৌবা য়াই অসিবু লাৎচরবা খংজরবা মতমদা অপোকপা হায়বদি এবসোলুট ট্রুথ ফংই। হিন্দু লাইনিং চৎপা মীতৈ অহলশিংনসু কৃষ্ণ ফংনবা রাধা শোনবগী লাইনিং লাইশোল অদুমক লৈরম্লি। খুন্নাইসিদা নুপীগী থাক ব্রাংলক্লি, ব্রাংদুনা লৈখিগনি। শেংন খাইদোক্লবা য়াদনা নিপাগা লেংজুম লেংজুম ইন্নদুনা হিরম খুদিংদা ঐখোয় হিংমিন্নরক্লি। অসুক ব্রাংখ্রবা নুপীগী থাক অসিবু নুপী খুন্নাইনা নত্রগা নুপা খুন্নাইনা নত্রে হায়রগা অনিমক্কা হেক হেক চিংথদুনা মহৌশানা পাঙ্গল শোল্লবি নুপী ওইবীশিংবু ওৎপী নৈবীবা, হাত্তোকপিবগী পাউ তত্তনা তারি। পী-পা খেন্নবগী মতুংইন্না নুপা অমদি নুপীগী মরক্তা খেন্নবা খরা লৈবদু হন্থবনি হায়না লৌবা য়ারোই অমনা অমগী মক ওইবদু খংমিন্নগদবনি। অসুম্না মতম কুইনা হৌরকফম খংহৌদবা অওনবা অমনা নমশিনবীখিদুনা শোঙ্গববোইদা খনবা নুপী খুন্নাইনা হৌজিক হৌজিকসু অঙাং অম্না উন্নবা মতমদা নুপাতবু পাম্লরি। মালেমসিদা খ্বাইদগী খাংঙমদবা অব্রাবা, নাবা চৈনা অসি অঙাং উনবনি হায়নরি। অসুক ব্রানা উনরবা অঙাং অদুনা হংঙা হায়দুনা তাইবং খোংদারকপদা ব্রাখিবা চৈনা কয়া কাওই, নিপাবা নুপীরা হংজবগা নৌনা মমা ওইবীবীদুসু নুপানি হায়রবদি অব্রাবা চৈনা খুদিংমক কোকই হায়নৈ। অসুম্না নুপা তান্নবদা অঙাং মশিং য়ামশিনখিবা, নুপী লোনব, খায়নবা, ফত্তবা থবক কয়া অমসু লমজিংলি। নিপা ওইরগনা ঈপাল চাউনা থাবা, নুপী ওইবগনা ইশুক শুকথনা শোইদনবা খবা তৌদুনা শমজিনখিবা, নুপী মশেল মক্তসু পাপ কয়ানা তাদুনা নুপী শেল্লিবনি হায়দুনা মশানা য়াজবা কয়ানি। অদুবু মশি শুপনম চত্থবকপা খরগী খুদোংচানবা শেমজিনখিবদগী কুইনা শুম হৈনবক্লুনা লাইচুখিবনি। নোংমদি মাইখুম হাংদোরকখিনি, নোংমদো ওইহননিংলে মিকপ থোকপিরো ইমা ওইবীশা! ফাজিন পুনশিন্দ্রবা নিংখা তম্না খোংফম অমদা মকা লাম্না লেপচনবা।

চায়োক নাউয়োক্তসু অদু মঙাই ঙা'মত্তা থোংবদা মচানুপানা খরা হেন্না পিজবা মবুং মৌপ্পাগী মরাং কাইনা খাইদোকহৌরগা, পিজরগা, মচানুপী ওইবিশিংবু পিজ পিথকপা, ফুল মক্তদা মিং চল্লে খরা ফবা ফুলদা মচানুপাবু হান্না চল্লগা, মচানুপীশিংবুনা লাইগী শোইদনবা খরা অদুক তৌবিবা, মফি ফিজেৎ মক্তা

থোল্লে মচানুপাশিংদা অফবা মমল তাংবা অহানবা হায়বদুতা ওইরগা মচানুপী ওইবীশিংবু মমৈ মমৈদতা হোৎনবীবা কয়া কয়া থেংনরি। ইনথৎলকপা, হকচাংগী ফিভম ওল্লকপা মতম য়ৌরকপদগী নুপী মচা ওইবীশিংগীদি অৱাবা খুদোং থিনিংঙাই ওইবা কয়া হেঙ্গৎলক্লি, অসুম্না এনাতোমিকেল অদি ফিজোলোজিকেল চেঞ্জ কয়া লৈবা মতমসিদা অফবা মচি ওইবা চিঙ্গাক পিজদুনা অফবা ৱাখল্লোন খলহন্দুনা মমল য়াম্লবা কাংলুপ অমগী পাঙ্গল শক্তি থৌনা কয়া তুংশিন্দুনা থম্বীগদবা নুপী ওইবীশিংবু মশা মশাগী ইমুং অমদি অকোইবদা খুন্দারিবা কয়ানা অহকপা পুক্লিংগী ইথিল অমা নাকোইননা পিশিল্লি - নহাক্তি নোংমদি য়ুম পানখিগনি মীগী ময়ুমদা লৈরুগদবনি, উপু কাংথোল মরুপ, কোল লিক ফনেক ফিরোল মরুপ কয়া কয়া য়াউশিনবীদুনা মশাগী ইমুংদা লৈনা লৈনা মীতোপ অমগুম ফাউহল্লি। য়ুম পানখ্রবদসু শিরবসু নমং অনি শুহৈদে হায়জিনবীদুনা হিংনা হিংনা শিঙমদনা শিবা কয়া য়াওরি, মপাম লমদমদা কবি হায়খিনি হায়দুনা হল্লকপা ঙমদনা। থৱাই য়াওদবা হকচাংদি মরৈকাইগী মংদা পুরক্লি মং তোংখৎহন্নবা। মসিনা নুপী ওইবীশিংবু চরাংনহন্দুনা পাঙ্গল শোনবী অমদি তাংজবীদমক ওইনা খলহল্লি। হেন্না হেন্না শোম্বহল্লি।

নুংশিরবা ইমুং মনুং, হৌমিন কামিন্নৱকপী মশুং মমান্নবী কয়া, মবুং মৌপ্বা, মরৈকাই মখুঙ্গং থাদোক্তুনা য়ুমগী মৌ ওইরুনি য়ুম্নাক শাগে ওন্দুনা, ইনৌ নৌবা মফমদা পুক্লিগী শৈদাংফম ওইদুনা মীগী হায়বা মফমদুদা ঐগী ঙাক্তা শেমজদুনা কৌরুনি শেমগৎলুনি অনৌবা য়ুম, অনৌবা লৈকাই, অনৌবা খুঙ্গং। অশুক মরু ওইরবী মহৌশা খুৎশেমগী লময়েকপী, লৈশেম্বী নংদি লোয়বা নায়দে অৱাবা, খুদোংথিবা কয়া মশরুক্তা ওইহল্লি, থোঙ্গৎপিরি লেপ্তুনা অৱা পোৎলুম কয়া নাকোকথক্তা। মৱা মপুরোইবা, মতৈ মকু, মচল মনে, মনেম মনাওশিং, মচাগী ইমুংগী কুপনোম থবক থৌরম কয়া মহাক্তনা তৌরি। থবক চিলহাও থিদনা মপুম থিংপা মখৈ নোল্লি, অদুবু মখুৎনা থোংজবা ঙাগী মথেল মশাগী তেঙ্গোংতা হাপচদুনা মকা লাম্না চাজবা ঙমজদ্রি। মৱা মপুরোইবনা লেমলম্বা চগুম চরাং, মরু-মরাং খরা চারগা পেম্থোক্লি অসুম্না য়াম্লবা য়ুমগী থৌগাই কয়ানি লেপ্তুনা পুরিবা। ঐখোয়গী মীতৈ খুন্নাইদা নুপা ওইবা ঐখোয়দি মপান থোক্লগসু পংচা

মচাই নখোই নুপী ওইবীদা য়াম্না চাউ হায়দুনা হরাউ হরাউনা মরাং কাইনা পীজবা মীতৈ ইমুং লৈরমগনি হায়বা থাজবা ৱাংলি । লৈরবসু খুৎ থেক্তুনা মশিং থিবা য়াগনি খল্লি । অদুবু নুপী ওইবীশিং শুরি নোম্লি, শরুদা উনতনা কুপ্পবসু খোমজিংলিবী মচাশিং থাক্লি, ইমুংগীদমক নোম্লি, লৈবাক মীরকসু তিল্লি । অসিমক্তদা য়ুমগী মৌবু পোত্থাবা হৈত্তবা, ৱাকৎপা য়াদবা কোলুপ্তুম উবীরি ।

ইপা ইপুগী পাউরৌদা লৈমিন্নরবদি চক্ষু উয়ান্দসু কেংনৈ হায়নরি ঙাংনবা য়াই, চৈনবা য়াই, শাউনবা য়াই, খংনবা হায়বশিমক্তবু শুকউ উনদ্রিবা, সুকখং খঙনদ্রিবা, তাম্না তাম্না লৈনবা মশেল খংনরোই, ইমুং মনুং খংনবা, য়ুম্লোন কৈরোলনবা খংনবা মহৌশানি । মীওইবা খুদিংমক মান্নদবনিনা কা হেনবী মৌ, নুপী ওইবীশিং খরা মখৈবুদি য়াওরমগনি অদুবু পুন্সিগী খোঙলোয় ওইরনি অৱাবা তথ্বাই পুরগনি হায়দুনা অনৌবা য়ুম শাগৎপা লাকচরিবী অমবু শাউনৈ, খংনৈ, ঙাংনৈ পামদে হায়দুনা মমা মপা, মবুং মৌপ্বা কৌদুনা থীন্দোকপীদুনা ৱারক ৱাতেমহনবগী মহুত্তা য়স্ফৎনা/তোক্লা কন্দুনা থোমদুনা হাংপীবা, লৈয়েনা ফান্না থোমদুনা হাংতোকপিরগা থৌরি য়ানশিনবীবগী চংনবী হন্দক তাবিবসিনা অরোইবা থৌদোক ওইহল্লসি ।

নুপীসু তাইবং মীনি, থৱাই পানবীনি । নংগী হকচাংদা য়াওরিবা থৱায় কৌবা য়াইদুমক মাগী হকচাংদা য়াউরিবনি । ফন-ওক্ত শিংদ্রবসু শিৱা য়ানমক লাল্লবসু মহাকপু মথম্নতা শেমদোকচরকপগী মতম পীবীবগী মহুত্তা হিংচা য়াইতম্বদৌনা অদুঙৈ নুংগী য়ুগকী মমাংদা লৈকুৎ লৈরাইদা লৈরিঙৈ, ফি শেৎত্রিঙৈ উকু শেৎলিঙৈ মতমদা ফাউবা খনখিদ্রবা ৱাখল্লোন ঐখোয় থাদোকপা তমশি, পোকঙমদনা পোকপা মীওইপোকনি, থৱায়গী মমল খংবিয়ু, পাঙ্গল শোল্লবীবু নুংশিবীয়ু, য়ুমগী মৌবু নুংশিবীয়ু, ইমানি হায়না =নবীয়ু, ইমা লৈত্রবা মফমদা ঐখোয় পোকপা ওইথোক্রোই, নুপী হায়বা ইমাদুনা ঐখোয়বু পোকপীরিবনি, নুপীবু ইকাই খুম্নসি ।

# নুপীগী শক্তি য়াকাইহনবা

খুন্নাইসিদা হিংমিন্নরিবা তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিং অমদি লম লমগী তোপ তোপ তোল্লা নাৎ, হিংমিন্নবগী মশক য়েংলুরগা নুপীবু নমথবিরে, ফাজিন পুনশিনবীরে হায়বসি য়ানিংবসু য়াওই, করিগুম্বা মতমদা য়ানিংদবসু য়াওই। অদুবু মালেমগী ওইবা মীৎয়েংদা য়েংবদা করিগুম্বা থৌদোক অমদা লান, মহৌশাগী থিংবা ঙমদবা খুদোং থিনিংঙাই ওইবা ঈশিং ঈচাও, য়ুৱার হাবা, চাক তাংবা, কাংলুপকী ইরাংদা নুপীনা নুপাদগী শোকপা হেল্লি হায়বসিমদি তশেংনা চুল্লবা ৱাফমনি। হৌজিক হিংনরিবা খুন্নাইসিদা নুপানা পঞ্জাও ওইবা থবক অয়াম্বা তৌনৈ। অদুগা ইমুং মনুংগী কুপ্লোমদগী হৌরগা মচা মশু য়েংশিনবা, পিজ পিথক, য়োক থাকপা ফাওবা নুপীনা তৌই। খুদক্কী মশক থোকপা থবক নত্রবসু পোখাবদি ফংদবা নুপা ওইবশিংনা কয়া শিংথাবীদবা থবকনি। কনাগুম্বনা মসিদি তৌগদবা থবকশিং খাইদোক্লবনি দিভিজন ওফ লেভরনি হন্থনা য়েংবা নত্তে হায়নৈ - মসিসু খরমখৈদি চুল্লিবনি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদা থোরক্লিবা ৱাফমদি নুপীসু নুপাসু অঙম-অঙম্বা মতেং পাংনসি নুপীগী থবক নুপাগী থবক থিদবা মান্নবা খুন্নাই অমদা হিংমিন্নসি হায়বসিনি। খুদম খরদং পঞ্জরবদা মীরোল লৈজদবা ইমুং অমদা নুপীগা নুপাগা করিগুম্বা অৱাবা থবক অমা শুমিন্নরুরে খল্লসি অদুবু হল্লকপা মতমদা নুপীদুনা চাক ঈশিং হোৎনদুনা চামিন্নৈ। কোল লিক ফেংই, মচা মশু পীজ পীথক তৌই। ফিজু ফিজাম, অমাং-অশোই, ৱাইশিং-লমশেং খুদিংমক নুপী ওইবীদুনা তৌই। মচানা মখোং হাল্লবা ফাওবদা নুপীনা চামগদবনি, অঙাং কপ্লবসু থবক তৌরিবী নুপী ঙাইদুনা মমানা থেমগদবনি হায়বা ৱাখল্লোন লৈবা নুপাগী থবক নুপীগী থবক খাইদোকপা মী য়াম্না ঐখোয়গী খুন্নাইসিদা লৈ। মতাং অসিনি মুন্না খন্নগদবদি মরমদি নুপীনা নুপা খুন্নাইনা খুল্লিংবা, নুপীনা ফক্লাং মরিনা কোইশিনবা মফম অমদা মকোক মরু নোম্থদুনা হিংবা নুপা ওইবশিংনা নমথবীদুনা থম্বীরে হায়দুনা হেক হেক হায়নরক্লিবসি। নুপাদি অসিগুম্বা থবকসি তৌবা য়াদবরা হায়দুনা হংনরক্লিবা জেন্দর দিস্পারিটিগী ৱাফমশিনি।

নুপীবু নমথৱিরে হায়নবসি নৈনবা মতমদা নুপীনা থেংনবা অৱাবা অমদি মদুগী মরি লৈননা ওইরকপা মরু ওইবা ৱাফম খরা নৈনবা য়াই। ঐখোয়না উবা ফংই মদ_দি অয়াম্বা নুপী ওইবীশিং নুপাশিংদা শেল থুমগী মতাংদা তাংজদুনা হিংই। নুপা ওইবশিংনা, নুপীদা তাল্লকপা শেল পিশিনবগী চংনবী লৈজরবসু নুপী ওইবীশিংগী তোঙান্না চাদিং তৌজনবা চানিংবা, লৈনিংবা অমদি কনাগুম্বা মরুপ মপীজা, মরী মতা অমা লাকপদা শিজিন্নজনবা শেল তোঙান্না মখুৎতা শিন্নবীবা অয়াম্বা নুপা ওইবাশিংনা তৌদে। নুপাশিংনা নুপীবু ওৎপী নৈবীবা, নুপী ওইবীশিংবু নমজা নমথেক্কবিবা, মপা, মপুরোইবা, মবুংমৌপ্পাশিংনা নিশাগী ইথিলনা ওৎপী নৈবীবা, ফুবী চৈবীবা অমদি নুপীনা নুপীবু হায়বদি মনেমবোক, মচে মচলনা, নুপী মশেলনা নুপীবু ওৎপী নৈবীবা, লাইরিক লাইশু তম্বগী চাং য়াম্না ৱাৎপা, মপান থোক্তুনা লৌশিং তানবগী খুদোংচাবা হন্থনা পিবিবা খুদম ওইনা লাইরিকমত্তা তম্লবসু মবুং মৌপ্পাশিংগী মিং হান্না চনবীবা, অফবা স্কুল খনবা নুপাদা হেন্না মখা তমথহন্নিংবা, ফিজেৎমক্তা থোনবদা নুপাগীনা খরা ফবা থোনবা, লাইরিক তম্লুরবা মতুংদসু তমজরিবা খরদু নৈনবগী খুদোংচাবা ফংদবা, পাউ চে পাবগী মতম ফংদবা, টি ভি য়েংদুনা ঈ পাউ খংনবা মতম লৈতবা অসিনা নুপী ওইবীশিংবু হন্থনা থম্বী হায়না লৌনৈ। অসুম্না নুপী ওইবীশিংনা পাউ চে পাবগী চাং য়াম্না হন্থে। অকোইবদা করি থোক্লিবগে হায়বা খংবা ৱাংলি। পাউ চে পাবা তারবসু এল.পি.জি. গ্যাসকী পাউখক য়েংবনা অয়াম্বনি।

করিগুম্বা ইমুং মনুংগী অমদি লৈবাক্কী ওইবা খন্ন নৈনবা মতমদ: করিগুম্বা ৱারেপ অমা লৌবা তারবদা নুপীগী মফম পিবিদবা, য়ুমগী নুপাগী অয়াবা য়াওদনা করিমত্তা তৌবা ঙমজদবা, নাৎকী লাইনিং লিচৎকী ওইনসু নুপীদা অথিংবা ময়াম অমা থমজিনবা, মাইবা, ডাক্তর অমা কৌবদা নুপীনা হায়বা চংনদবা, অহিং মংলাক্লবদা নুপীনা হান্না মশা শোকহন্দবা, মমা লুপ্রাবীনা কুজবা য়াহন্দবা, চাবা থকপদা নুপাদা অফবা অহাওবা মতোং ওইবশিং পিজবা, লুহোং-খোংদোংবা মতমদা মপুরোইবনা হায়বা খুদিংমক য়াও হায়দুনা পাউতাক পিবিবা অসিনচিংবা কয়াসিদগী নুপীবু হন্থনা থম্বী হায়বশিগা মরী লৈননা মখাগী ৱাফমশিং খরসি খুন্নাইসিদা হিংমিন্নরিবা ঐখোয় পুন্না খংমিন্নবা য়াই ঃ-

(১) নুপী ওইবীশিংগী শেল থুমগী ফিভম ফত্তবা (২) নুপীবু ওৎপী নৈবীবা (নুপানা নত্রগা নুপীনা) (৩) লাইরিক লাইশুগী মগুাল হ্বাৎপা অমদি তম্বগী খুদোংচাবা ফংবা হ্বাৎপা (৪) চৎনবী ওইনা হ্বারেপ লৌবা মতমদা নুপীগী মফম থম্বীদবা (৫) নাৎকী লাইনিং লীচৎকী অথিংবা অমদি (৬) চপ মান্নবা মতম অমদি থবক শুমিন্নবদা নুপী ওইবীশিংগী খুৎশুমন হন্থবা অসিনচিংবা ।

ইমুং অমদা পোকমিন চাউমিন্নরক্তুনা মপা মপুগী লন থুম য়েন্থোকপা মতমদা নুপীনা চাং হন্থে নত্রগা শুকফং ফংদবসু য়াওই । মালেমগী ওইনা য়েংবদসু ইনক নক্লা খাশিগী চৎনবী মেট্রিলিনিএলদসু ইমুংদুগী ইতোন তোনবী মচানুপীনা লন থুম ফংবগী চৎনবী লৈজরবসু করিগুম্বদা মানা য়োন্নিংলবদি মাগী মাম্মশিংগী অয়াবা লৌবা তাই । অদুগা মেট্রিয়ারকিএলগী চৎনবীদসু মব্বা মপুরোইবা লৈতবা মতমদসু মাগী মনাওনুপাশিং নুপা ময়ুমগী মীশিংনা ফংবগী চৎনবী লৈ । ঐখোয়গী খুন্নাইদা চৎনরীবা প্রেট্রিলিনিএল মব্বা মপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুংদা লুপ্রাবীদুনা লন থুম ফংবগী চৎনবী লৈজরবসু মালেমসিদা মেট্রিয়ারকিএলগী চৎনবী হায়বদি লন-থুম খুদিংমক নুপীগী মিংদা লৈবা হায়বসিদি মালেমগী ওইনা চৎনবা উদে ।

ঈশ্বরগী খুৎশেমদা পী-পা থেন্নবগী বাইওলোজিকেল দিফরেন্সদা য়ুমফম ওইরগা নুপী অমনা মানা পোক্লিবা মচা অমগী পুক্সিদা থা তরাখক মাঙবা নত্তনা পুক্সি চুপ্পা মচা মশু শেন্নবদা মাঙলোরা হায়বা হ্বাফম থোরকই । নুপী খরদি নুপাগুম মপান থোরক্তুনা নুপাগা চপ মান্ননা খুন্নাইসিদা থৌদাং লৌবা হৌরক্লে অদুবু ঐখোয়গী খুন্নাইসিদা মতেং পাংবগী মী থম্বগী চৎনবী লৈতবনা থবক ইনখাং, ওফিস কাদুনা মীরক তিল্লক্লিবসি ইমুংগী থবক খুদিংমক লোইরল্লগা থোরক্লিবনি, থবক্কী পোৎলুম হেনগৎহল্লিবরা খন্নবসু য়াই । নুপী ওইবগী নুংগী শক্তি মগুণ হেঙ্গৎহনবগা লোইননা মথৌ হাপ্পীদুনা চাওখৎপা খুন্নাই অমগীদমক নুপী হায়বসি ইমুংদা পুক্সি চুপ্পা লেপ্পগা লৈগদবনি হায়বা হ্বাখল্লোন থাদোকমিন্নবা মতম ওইরে ।

# লৈয়্রৈনা য়েথনিংলবা চহী

*০৪/০৮/২০০৩, নিংথৌকাবা*

ওগষ্ট থা ঐনা পুংকক চাওরকভেদগী য়াম্না মরু ওইবা থা অমনি খল্লকই । ঙুলদা, ক্লবতা অথৌবশিংবু নিংশিংদুনা হৈ লৈ কৎপা অমদি অতোপ্পা মরু ওইবা লৈবাক্কী ওইবা থৌদোক কয়া ওগষ্ট থা অসিদা থোকই । হন্দক্কী ওগষ্ট থা অসিসু য়াম্না মরু ওইবা থানি । থা অসিগী অহৌবা নুমিৎতা য়ুনাইতেদ নাগা কাউন্সিলনা নাগা ইন্টিগ্রেসনগীদমক চৎখিবা রেল্লি অমদি ওসি ওসিমক অমুকোগী মনিপুর ইন্টিগ্রিটি দে মনিপুরগী ওমখৈ অমসুং অপুনবা শক্তম কম্লনবা মীয়ামগী ফিরেপ মালেমগী মীয়ামদা খংহনখিনবা অপিল তৌবা থম্মোইদা তুজুংবা, থুক লাউবা ফাওই । মশক উদবা ওইরকপা য়াবা অমদি ওইথোকপা য়াবা কয়া খল্লি, ফুম্বংনৈ। ফুম্বংনরিভে মরকসিদা ঐখোয়গী অপুনবগী শক্তম অমদি ওমখৈগী থাফমগুম নুঙাইতবা খোইরাংবা থৌদোক অমা কোকসিদা হেক হেক চিংশিল্লকই । তানথোকখিবা ওমদে । মদুদি অকবা খুন্নাই অমগী মপু ওইহৌগদবা শুম চারবা য়ুম্বী ওইরিবা ঐখোয়গী পাখং-লৈশাবীশিংগী থাফমনি । পাগী শক্তি খংলকপবু পাখং কৌই । অদুগা মালেম ইমাগী মতৌগুম ইমা ওইবীগী মতিক ময়াই ফোংদোরকপবু মখোং শোম্বীদুনা ঙাক শেল্লিবীবু লৈশাবী কৌই অমদি পাখং-লৈশা অনিমক্কী ভরজিনিটিগী থাফম লাইনা লৌবা ঙল্লকতে । লৈবাকসু ওমখৈসু খুন্নাইসিগী নহারোলশিংগী খুৎতা ওন্নিংবা মচু ওলহনবা ওমগনি । হন্দক মরক রেষ্টোরেন্টগী হিঙ্গায় মনম নম্বা, অকাম্বা থুনাম্বা নুংশিৎ মীরক ফাওদুনা শিংলকপসি অরায়বা থাফমগুম খন্দোকপা চুমদে ।

ঐগী চহি মতাংসি কলিদা মীয়াই চনবা হায়বদুনি ঐখোয়না পাখং থাই থাই ফাগৎলকপা মতমদু হন্দক মরকসিদা মীৎসিদা তোয়না তোয়না উরকই । চহি মতাংদু কাল্লকতে অদুমক য়াওরকই । চহী কুনলোমগী মমাংগী মতমদো লেদিজ সাইকল অচৌবা অমা তোংদুনা নুংশিনবী উনবা চৎখিবা, মাবু লাংতক্লনা ঙাইখিবা।

কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎতা চান্নবীগী খুন্দোন্দা চেল্লিবা তুরেল মপালদা মী লনবা লন্বীগী তিংথৌ মথক্তা ঙাইহাক ফম্মীন্নরগা ৱারি শান্নখিবা, পোমশাৎনবা ফৌগী নুংশিবা মনম নুংশিংনা পুরকখিবা, কয়াদা ইকাই হঙ্গোইনখিবা, হায়গে খনবা কয়া অমনা হায়হৌদনা হল্লকখিবা, হল্লকপগী লন্বীদা ইকাইখিবা, হায়গে খনবা হায়হৌদবগী চৎমিন্নবা ইমান্নবগা ৱারি শা-শাদুনা মথংগী হায়নখিবা নুমিৎ ঙাইখিবদো থম্মোয়সে ওঙ্হোক্লা মকা লামখি অদুগা পুক্নিংসু ৱাই য়াম্না শংখি। মতমদুদা লৈকাইগী শিংজু বোরা য়োনফমদা পাখঙ লৈশাশিংগী ঈ-পাউ ফাউনফম, ঙাইহাক ৱারি ৱাতাই শান্নফম ওইরমই। শিংজু য়োল্লিবা লৈকাইদুগী ইনে, ইন্দোন, ইবোক্তা লৈকাইগী নিঙোলশিংবু খোইদাদুনা লাক্লিবা কয়াদু হকথেংননা উন্নদুনা ৱারি ৱাতাই শান্নদুনা মশক্তগী, মবুক মপাউদগী, মরমচৎতগী খর মখৈদি খংনবা পাম্বে ওইরম্মী, খংনরম্মী অমদি ৱারক ৱাতেমবসু তৌনরম্মী - করিগুম্বদা নুংশিনা, করিগুম্বদা নাকোইননা। নোংমা ফাদোকসু ইমান্নবা অমদি মমান্নবীশিং হৌনদুনা মতম মতমগী সেনিমা য়েংমিন্নরুই। অসুম্না লৈকাই লৈকাইদা শিংজু য়োনফমদা ঙাইহাক ফমীন্নদুনা ৱারি ৱাতাই শান্নরিঙৈ মতমদুদা ঙসিগী তাবদা হঙ্গোইনিংঙাই ওইরবা পাখং লৈশাবীগী পাউ তারমদে অদুবু শিংজু-বোরাগী মফম অদো রেষ্টোরেন্টনা শিনখিবদগী ইনখৎলক্লিবা পাখং-লৈশা কয়াগী পাখং লৈশা ওইবগী চাওথোকচরিবা ভর্জনিটিদু পাক শন্না মাংখ্রে।

ফিল্ম অমদি ইলেক্ট্রোনিক্স মীদিয়াশিংগী এন্টরটেনমেন্ট চেম্নেলদা ইরোটিক ওইবা তাংকক মতেক মতেক কয়া দিসপ্লে তৌরকপদগী হৌখিবা চহি খরা অসিদা নুপা-নুপী, পাখং লৈশাবীগী মরক্তা ইকাই হঙ্গোইনবগী মশক খংমাঙ মাংলকপগা লোয়ননা মতৌ তমবগী শাফু অমদি ঈথিলনা ঙসিগী পামদবা থৌদোকশিং অসিদা অচৌবা ইনোৎ অমা পিদুনা শান্তিগী মপাও ওইবা নুংশিবগী মশক থিহন্দুনা ফিজিকেল লভ হায়বদি কয়াৎ অমদি তোংশাগী অপাম্বরোমদা চগ্খিদুনা অঙকপা ফংনা পুক্নিং শোম্থনিংঙাই ওইবা মওংদা খুমাং চাওশিল্লকলিবসি লাইবক থিবনি।

ইপানাৎ-ইপুনাৎকী লিরি খোইরিবা হায়বদু হৌজিক্কী মতমদদি মপান থোক্তবা, মতমগী চংনবী খংদবা, মীরক তিনদবা তারে। নুপীমচানা খোঙ্নাউ

শেংলগা ফ্লাইং ক্লিস তৌবদা ইকাইবা হঙ্গোইবা পোক্লরক্লে অমদি চংনবী হায়বদো ওইরক্লে। মপান থোক্লবা, লাইরিক তন্নবা মীওই অমদি চাওখংলি খল্লগা হিংলিবা মেটরিএলিষ্টক ৱার্ল্ডদা লুপ্লিবা স্পিরিচুএল নাথেরন্নবা সিভিলাইজেসনগী ইন্টরপ্রিটেশন লাল্লা হনগ্রবা কাংবুশিংদদি ৱাফমসি য়াম্লা লাইনা লৌরম্না য়াই। খোজ্রাউ শেংপী নুপীনা ফনেক শেংপীদগীদি খরগী মখেদি কোমথোকপা লাইথোকপা ইকাই হঙ্গোইবা ৱাংপা, নুপা-নহাশিংগা নকশিন্নদুনা মান্নবা মশক উংথোকপা হেল্লি। খোজ্রাউ শেংপী লৈশাবী মচল মচানা মাগী বোই ফ্রেন্দগী মোতের বাইক মনিংদা খোং ফাক্তোক্লুনা তপ নপ্লা ফম্নগা চংখিবা, লৈশা লৈশানা মমা ওইবদা মতেং পাংগনি। পুম্নমকসি উরগা ইমান্নবা হায়ঙম তৌঙমদবা অচুম্বা ঙাংবা খরদি মতমসিদা পাখং ওইহৌদবা লাল্লি চহিসি লৈয়েনা য়েথবা য়ারবদি নত্রগা পাখং লৈশা ফারক্তনবা লৈয়েনা য়েথবা য়ারবদি খংগদবনি হায়নবে। মীৎ নাবদগী থোরকপা ৱাহেনি। লৈশাবী অরিবী অমদি মৌ নহাশিংনা মশম তেন্না ককথংলগা মারুতি তোংদুনা কোইনরকপা মতমসিদা চহি হৃষুনিংবা অহল খবা অদুমক য়াওদবা নত্তে অদুম ওইনমক হৌখিবা নুমিৎ খবনিসিদা বেষ্টোরন্টতা কৈন্যা কংপনচিংবা পনবদা হঙ্গোইবা, নাতৈ চাদবা মশক অমদি কোন্দোম থেংনবগী ৱাফম তারাইনা লৌফম থোক্তে। অদুগীসু মথক্তা মনিপুরদি মালেমগী ঐচ আই ভি/এইদসকী মেপতা য়াওরিবা লমনি। চেকশিলহৌবা ফৈ। ময়াই কাবা নিশা শিজিন্নবগী চাংসু ৱাংলিবনি। নাকোইননা অদুম্মক মরি লৈনরিবনি।

হন্দক নুংশিনবী নুপী অমা নুংদুমনা থোমদুনা হাংখিবা চুম্নগী নুপীতসু নত্তনা মাগী মচাগী মমা ওইগদৌরিবি অমবু মীনুংশি লৈতনা মীওইবগী লিচংকী ৱাংমদা থোকখিবা থৌদোক্তুন্দগী ৱারেংসি ইবা নুমিৎ ফাওবদা চহি ১৬ তগী ৩০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা পাখং লৈশা ২০০ মুক্কা ৱারি শাবা মতমদা পাখং চাম্মারোমদি দেটিংগী ৱাহুম্বোকসি ফিজিকেল প্লেজর ওইনা হল্লক্লি। অমনা অমবু থাজনরক্তবা মতমসিদা এক্সপেন্দিচরগা চাংদম্নদুনা হকচাং শোক্ল শম্নদুনা মস্তিক্ল দুনা থেংনরিঙৈ, ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ৱাখল্লোন্দা নুংশিবগী অতোপ্লা মশক অমা শাগংলি। নুংশিরুরবদি অখাকপা লৈতনা কথোকপা নুপী ওইবীগী হৌনশানি। মশিগী খুদোংচাবসি লৌদুনা শোক্ল শম্নবা ফংদবা পোংশিং জিনাইটেল ওরিজিনগী

ওইবা, নুপা ওইবশিংগী নুংশিবা মতৌ অনীগী খেৎনবা, হকশেলগী মাইকৈদগী য়েংলগা ইনখৎলকপশিংদা হোংলক্লিবা ৱাখল অমদি হকচাংগী অওনবশিং নক্ক বদগী ওইরকপা য়াবা পামদবা থৌদোকশিং, অনৱাপ্টৈদ প্রেগনেন্সিনচিংবগী খুদোংথিনিঙাই ওইবা লৌশিং কয়া শন্দোক্তুনা এদোলেসেন্ট হেল্ঠকী পাউজেল পাক শন্না শন্দোকপা য়াম্নমক তঙাই ফদবা হায়বদু ওইরে। রেষ্টোরন্ট চেক তৌবগী খোংজং পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওই তৌবতবু মতম চংলবসু ইনখৎলকপশিংদা অমদি খুন্নাইসিদা ৱাখল্লোন হোংদোকহন্দুনা ভর্জিনিটিগী চাওথোকচবা মশক খঙহনবা ওমদ্রবদি বল্ব থানবা ঙালহনবা, পর্দা লৌথোকপনচিংবা কয়া তৌরবসু পাল্লিবা পান্দমদুমক ফংগনি হায়বা ওমদে। রেষ্টোরন্ট নত্তবা খুদোংচাবা মফমদা মফম হোং-হোংদুনা পামদবা থৌদোক ৱাথোক্তি লেপ্তুনা অদুমক থোকখিগনি।

# মৈথাকশিংদুনা ব্রারৌহৌই

লংখৈদগী থুংলবা নিংথমগী লুন্নবা ফমুং, নোংয়াই চবুক লোল্লবা অহিংগী গাড়ী মখোল তাখিদবগা মীপাইনা হৌদোক্লিবা খোঞ্জেল মরক্তা করম্বা মতমদা তুমথখিবনো মীকপ থোরকপদা খেঙলম্লে । কনামত্তনসু হৌদোকপিরক্তে, হৌগংপবু ইকাইরে । হাথু হাথু অয়ুক্কী হৌনবী লোইশিল্লিঙৈ নিনফুং নিনফুং ঙাঙনৈ, কেবলদা উংলি, পাউ তম্লায় অমরোমদি মাগী বারি ঙাক্তনি । পাউ চেশিংদা ফোটো য়াওই, মচনশিংনা কপ্লা কপ্লা ঙাঙবা তাই “মানা নহালমখে তৌরিবসে মসিরা ? ঐখোয়গী করিমত্তা খনবীদবা নচানুপাদো তানখোকখো । মপোং মচে খরা য়োল্লগা থিন্দোক্লুচো, অমুক হন্না চঙহনবীরক্লনু, ঐখোয়বু শিরো হায়ব্রা, ঐখোয়গী করিমত্তা খনবিদবা...” কনানা খংনি ঙাইহাক্কী মতুংদা তাজোই তারনি । ঈরুজবা লোইরগা চাক ঙাইনা ঙাইনা পাউচে ফাক্তোক্লুবদদি ফোটোগা কোন্নবা য়াওরমই “....লুংনিলা মীহাংতা চেন্নবশিং মশক খংবা ঙমগ্রে ।” ইঙক ঙল্লিঙৈ মীকুপ্তুদা হকুই কুইদনা খুংতি পোষ্ট খিংবগী খোঞ্জেল মরক্তা মরি মরি থোমজিল্লকপা অশাওবা, অজোয়বা লমন খুম্লিংবা মীয়ামনা থুগায়বা, মাঙহনবগী মখোল, শুরগা নোংমগী মমা অমদি হিংজবা কোল্লুপ্তুগী মিপাইবা খোঞ্জেলশিং, য়ুমশাশিংগী মচিঞ্জাক ওইনবা য়ুমগী ফুট তরুক্কী অকোইবদা লৈরিবা চরু মশৈশিং, য়ুম কুপ্লিবা জিস্থ থিনদংপগী মখোলশিং, টোঙ্গুনা ফুদংপগী মখোলশিং মরক্তা ভুং ভুং চাকখংলক্লিবা মৈগী প্রেক প্রেক লাউবা মখোল অমদি সাইজিন লোন্নবদা লৈরুবী ইপাই চাওবী ইমো ইবেলশিংনা শুমাং মাঙ্গোলদা মফম খংদনা তুথরকখিবা, পিক্লিবা অঙাং কয়ানা মমা মনে ওইবীশিংদা কোন্দুনা কিনা মীপাইনা কপখিবা, অহল ওইরবা কয়ানা মগুশিংগী মমিং খুমজিন্দুনা খাংখিবা, নুপী অঙাং ইমুং মনুংবু পাজল থোকনা ঙাকপী শেনবীবা, অকিবা পোকহন্দবা ঙমজনব্রবা কোলুপ্তুগী নুপাশিংনা পাখংনা কোইচেন চেনখিবা, ঙানু, য়েন, হুই, মনবী, মম্মাউ, য়ুমশাশিংদুগী অকিবা খোঞ্জেল মিকুপ্তা ওইরকখিবা শক্তমশিং অদুদা মৈরিশিংদুনা মৈচাক ফনা নাপলগা

লোয়ননা মুৎপা নাইদনা চাকখিবা মরক্কুদা উরকই হৌম্রিন কামিম্নরকপশিং, শান্নরকখিবা লৌবুক লমহাংদা কোইচেন চেন্দুনা, লৌরি খুদিং পাইম্নিন্নখিবা তেলঙ্গা, মার্বল শান্নমিন্নখিবা অচৌবা তেঙ্গালি কাবা পুদোলদা চহী পরিক্কাগী লাইরিক পামিন্নখিবা নিংথমগী নুংশাদা ফক থাদুনা অরোইবা চহিগী চাংয়েং হায়দোকপা ওাইনা ওাইনা মথং চহিগী লাইরিক পামিন্নদুনা অনৌবা মঙাল অমগীদমক য়েংমিন্নখিবা, নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা মপাগী মতুং ইন্দুনা থবক শুরুবা পিক্লিবা মচিন মনাওশিংনা লাম্লবা মবুক্কা লোয়ননা সাইকলদা হাপতুনা নোংমা উখোং অমা পুরক, নোংমনা ব্রাচেৎ মপুন অমা লৈরক, ব্রানা শাখিবা উহৌবা মীওইশিং পুন্নমক্না শোলহৌরি তাঙ্গোই ওল্লবা য়ুমদুবু য়েংলগা, "মাবু অশুক তমথিরবা, মাবু অদুক ফৎত্রবা ?"

ঐথোয়গী খুন্নাইদা করিগুম্বা মবম খরগী মরাল লৈবা মীওই অমা নৎত্রগা তশেংনা মরাল লৈরে খংদ্রিবা মীওই অমগী মশক মমিং হেক পল্লকপগা য়ুম মৈ থাবা, য়ুম শিদোকপা, লৈকাইদুদগী তাম্থোকপনচিংবা লৈবাক মীয়ামগী নাক-পু তাদবা, খুৎতা ব্রায়েল চৈরাক পায়বগী, চৈরাক পীবগী নিং তম্বা শারমচৎ ফুদোকপগী ফত্তবা চৎনবী অমা মরা তাদুনা লৈম্ব্রবগুম হৌখিবা চহি খরসিদা তোয়না উরক্লি। থৌদোকশিং অসিনা মী অমবু নৎত্রগা অকোয়বদা লৈরিবা মীওইশিংবু চুমথোকপগী চাং কয়া ব্রাংলবগে, ব্রাংলগনা ফত্তবা থবকশিং তৌবগী থৌদোক ব্রাথোকশিং অসি তোয়না তোয়না থোরকপগী চাং হেনগৎলক্লিবসিনা করিগীনো ? মমা-মপা, মচীন মনাও ওইবশিংনা মচা মনাওবু ফত্তবা মীয়াম্না পামদবা থবকশিং তৌরুচো হায়না থাদোকখিবদি য়াওখিবা লৈতে । অম্ররোমদা মী অমা করি তৌরিবগে হায়বসিসু খঙবদা লুবা থবক্লি । মী অমগী লমচৎ শাজৎ য়েংশিনবা হায়বসিসু লাইনা থোকপা নত্তে । চেকশিনবা ব্রাংহৌবা খরদগী ফিভম্না মতম্না মী অমগী মশক ওনখিবা কয়া য়াওখিদবসু নত্তে । ফরম্বা কয়া ফংখিদবা, ফংখিদবা কয়া ফরকপা ঐথোয়গী মীংনা উরি । মরাল লৈরবা মীশক অমগীদমক চৈরাপ ব্রায়েল লোয়শঙ লিংলি, ব্রায়েল কাটি চৎন পথাপ লৈরি, কৈস্তুমশঙ লৈরি । মরালগী মতিক চাবা ফংফম থোকপা খুদিংমক ফংনবা চাওখংলবা মীওইবা খুন্নাইনা চৎন-পথাপ কয়া শেমদুনা চৈরাক মখল কয়া লেম্নদুনা থল্লি । ফংফম থোকপা

মরালগী মতিক চাবা চৈরাক মরাল লৈবা মীওই অদুনা ফংজসনু মদুগী ওন্ন তৈনবদা লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা নিংঙক নিংঙকপা অপাম অপান্বা তৌদুনা মরাল লৈরবা মীওইদুতা নত্তনা ইমুং মনুংগী অমদি অকোইবদা লৈরিবা মীওইশিংদা অহকপা তমথিবা চৈথেংশিং পিদুনা মীপাইহন্দুনা য়ুম কৈ মৈ থাগৎলকপা, লন থুম মাংহনবা, লৈকায়দগী তাম্থোকপনচিংবা কয়া তৌরিবসি তশেংবদি মরাল লৈরবা মীশকুন্দগী হেন্না লানবা মীওইবগী নুংদা য়াওরিবা শারমচং অদু ফুদোরকপনি। অসিগুম্বা চৎনবিশিং য়ুম মৈ থাবা, য়ুম শিদোকপা, লৈকাইদগী তাম্থোকপা, ইমুং হুপনা ইম্থোকপিবা কয়াশিং অসি শুকতৌ তৌরোইদবনি। মসিনা ইমুং মনুংগী মীওইশিংবু হিংনা হিংনা শিহনবগা লোয়ননা হিংবগী হক মৎপীবদা নত্তনা করিসু অফবা ওইরকনিঙাই লৈতে। হিরমসিদা মায় ওনশিনবিদুনা লাইবক থিবা থৌদোকশিং অসি থোক্তনবা মীয়াম হুপনা খংমিন্নবগী মতম ওইরে।

মীয়াম্না করি হায়রক্কদগে হায়না চঙজফম পীবা ঙমদ্রবা য়ুম্লোন কৈরোন্নবশিংদুনা মমায় নোনখৎচবা ঙমদ্রবা পিদোল্লবা থবায়শিং অদুনা ময়ুম মকৈ থাদোকখ্রবা মতুংসিদা য়াকচিংগী ঈংলবা ঊনখাক মরকসিদা করি চাদুনা করি শুদুনা হিংলমগদবা লাওতক্লহৌরি। মীয়াম্না মকোন্দগী নমদুনা ফাগদবগী হোৎনবদা শাগল তেক্লবা ঙানু, য়েনশিং মৈশা লাংলবা মনাক নক্লবা হে-লৈশিংগী কংলবা মনাশিং, মৈথাকশিংনা হংহৌরি লৈবাকসিদা মরালগী মতুং ইন্না শিবা য়াবা কয়ানা হিংলিবা অদুগা হিংবা য়াবা কয়ানা শিরিবা ?!

# ক্বালিটি এদুকেসনগী পান্দম পরিক্ষা চেকশিনবথক্তরা

লৈকায়গী লাইবুং অমদি লম্পাক্তা পুমলাং লাংজা পুমনিল নিঙ্গরবসু ইনথংলকপশিংদি লমদাগী থাবল ইপেন পেনহৌদা লোইশিনখি। হন্দক মার্চ, ২০০১ গী অরোইবা থাখায় হৌরকপদা নেসনেল হায়রেগী হাউরে খা পাংনা হায়থরুববু লমবী ময়াদা লৈবা মহে তমফম ওইরিবা ইহাং হাংদুনতা লৈগনবা কলেজ, সেকেন্দরী স্কুলশিং য়াওনা চকা অনি মরি পানবা গাড়ী কয়া পরেং পরেং লেংদুনা লৈশাবি পাখং মীয়াই চল্লবা অহলশিং ফাউবা য়াউনা মীয়াম তিন্দুনা হেক হেক লৈরম্মী। লাইরিক তমথনিং তমথনিংনা তম্বা লোইশিনবা কুইগ্রবা ঐনা বসতা ফম্না ফম্না খঞ্জখি ইথন্নতা ঙসিসে মহে তম্ফমশিংসিদা অনৌবা সরকারগী অনৌবা মন্ত্রিশিং ওক্লীবরা ? ব্রাংজিং কৈথেল লাম্থোকপদসু মীনা চীক্না চায়না ঙমদা লমজাউ ফুম্না চত্তুনা লৈরম্মী মতমদুতা খংলকখি ঙসিদগী চহি চুম্না তম্লকপা মহেগী চাংয়েং পাংথোক্লি, সুপ্রতগী অককনবা পুং অহুমথক্কী মনুংদা একজাম চথরি অদুননি মীয়াম তিম্লিবা, পল অমা চোংলমদাইগী পনঙাকলমদা তিম্লরি। মী কয়াগী পুক্নিগী শিনফম তমজনবগী খঞ্জনবগী মরু ওইবা মহেগী থাক্কী চাংয়েং অমা চথরি, অসুম্না চাংয়েং মথং মথং অমগী মথংদা অমা লেংদুনা লৈস্রি। মনিপুরদা লৈঙাক লোয়শঙশিং, মহেরোইশিংগী লুপ, মৈরা পায়বী, লৈকায় লৈকায়গী ক্লব, ওর্গনাইজেসনশিং অমদি তোঙান তোঙনবা গোভর্নমেন্ট মেচিন্নরিশিং শিজিন্নদুনা একজাম ঙাকপনচিংবা তৌখি, তৌরি, হংনিংলিবা ব্রাহংদি পুলিস ঙাক্তুনা, মোবাইল চত্তুনা, নত্তবা পাম্বে শিজিন্নবা তাম্থোকপা ফাবা, খোংবাল চেনবশিং তানবা ফুবগী মিংদা মহে তম্ফমশঙগী ময়াদা অকোয়বদা লৈবা য়ুমগী ইয়ুং মনুংদা পোথাদুনা লৈবা ফুবা চৈবা অকি অখং পোকহনবথক্তনা কালিটি এডুকেসন পুরকপা ঙমগদ্রা হায়বসিনি ? মনিপুরদা লাইবক থিরবা ওঝা কয়া মখোয়না তমজরুবা চংচরুবা লাইরিক তম্বীবগী ট্রেনিংশিং মহেরোইশিংদা খংহনবা, তম্বীবা ফংদনা থবক্তগী পোথাখিবা, পোথারগদবা অমদি মখোয়না হিংলিঙৈ মনুংদা থবক ওম্থোকপা

ফাউবা উবা কংজদনা শীগ্নগদবা নিংঙমম্রবা ওবা কয়া লৈরি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই ।

ঐখোয়গী লৈবাক্তা চৎনরিবা মহৈ খুতম্বী অসি ওসিগী চাংদম্নদুনতা অহেনবা তাম্নগনবা মতমসিদা চাউখৎপা লৈবাকশিংদগী য়ামদ্রবা চহি ৫০ গী মথক্তা শোখহৌরবা মহৈ খুতম্বীনি হায়দবা ওল্লোই । ঐখোয়গী লাইব্রিক খুতম্বী অসিদি কনাগুম্বা চাক থোংলিবা অমনা চকু মনিংদদি মৈ থাদনা চাক থোংলিবনিদো হায়দুনা চকু মঙক্তা মৈ লেপ্তুনা থাদুনা চাক মুনবা ঙাযবনি হায়দবা ওল্লোই । চাংয়েংদা মাই পাক্লে হায়বগী চে অদুখক্তনা চহি চুপ্পা তম্লুরবা নৈনরুবা অদু মমুৎ তানা খংলে হায়বা য়ারোই, মহৈগী চাংয়েং (পরিক্ষা) হায়বসিদি সুপতৌ তৌদ্রবসু য়াগদ্রা খঞ্জে । হৌজিক চাংয়েং ফম্লীবা মহৈরোইশিং অসিদা শেংনা তম্নরিবা লাইরিকশিং পীশিন্দুনা অককনবা মতমদা শিলহল্লগা কয়াম খংলবগে চাংয়েংলবসু মহৈরোইশিংগী খংবগী চাং লেপ্পা য়াগনি খল্লি । ইচা ইনাউ ইমুংগী মী মহৈ চাংয়েং ফমগদৌরি হায়না খংবীরবশিংনসু নত্তবা পাম্বে শিজিন্নবদা যৌগৎপীবগী মহুত্তা নোংম নোংমগী ঙাইহাক ঙাইহাক্তং কায়থোকপীদুনা মহৈরোই অদুগী খনবীবা তাথোক তাশিন তৌবীবনা ক্বালিটি ইদুকেসন পুরকপদা অফবা মহৈরোই পুথোকপদা চাদা য়াম্ভেদি মতেং ওইগনি । অদুগা লেমহৌরিবা য়াম্ভে অদুনা মহৈ তম্ফমশঙশিংদা ওজাশিংনা তম্বীবগী মতমদা চাংয়েংদা পুলিস ফোর্স শিজিন্নবশুম লোয়শঙগী ফ্লাইং স্কাউদ চৎতুনা কয়াম য়াম্না তম্বীরিবনো হায়দুনা য়েংশিনবনা মেনখৎপা ঙমগদ্রা খঞ্জে । হৌজিক ঐখোয়গী লৈবাকসিদা নচাসি ক্লাস কয়া তম্লী হংবদা খংদেনে মাবু ক্লাস কয়া তম্লীবজাৎনো হায়না খুন্নকপা মমা মপা, ইমুংগী মী মশিং লাকঙমদনা থেংনবিগনি । অতোপ্পা অমনা টুয়েল্ভ ষ্টেন্দর্দ ফাওবগী মহৈরোইশিং মশাগী চহি ১৮ শুদ্রিফাওবদি মহৈরোইগী লুপ অমম্ভদা মীখল থেংনবগী অমদি মীহুৎ খনবগী পাঙ্গল লৈহল্লোইদবনি । মশাগী ফ্রেন্দাইজ শিজিন্নবা য়াদ্রিঙৈদা অঙাং অমবু লৈবাক শেম্বা য়াওহন্দনবা মহৈরোইদি মহৈরোই ওইনা লৈনবা লৈবাক থৌরম পুবিরিবশিংনা অহকপা এক্ট অমা চৎনহন্নিংই । অমদি লম্নাই কান্নবা য়েংদুনা ব্লোকেট বন্দনা মহৈলোয়শং অমদি মহৈরোইশিংদা শোকহঙনিংদে । ঐ ইশাগী ওইনা চেৎনা থাজজবদি টেন, এলেবেন, টুয়েল্ভ

খন্নদ্রিঙৈ চেকশিন্দ্রিবঙৈদা মপি লাইরিক তমঙৈদগী কুপ্না শেন্নদুনা পুথোরকপা মহৈরোই লেম্না খক মাংলোই হায়জনিংই অমদি মদুদতা ক্বালিটি এদুকেসনগী বাহল্লোক মপুং ফাগনি। হৌজিক হৌজিক চংনরিবা অমদি চংনগদবনি হায়বগী ইলত্রক্সন লৈনা লৈনা কনানসু থৌশাবিদ্রবা এল পী স্কুলগী চপ চাবা লৈফম থোকপশিং তৌগদবশিং, মরু ওইবা খরমখৈদি খনগৎতুনা নৈনজরি মসিনা ঐখোয় কয়াম শোয়রবগে হায়বদুগী চাং লেপ্পগী পাদম অমা ওইগনি।

অহানবদা হৌজিক হৌজিক ঐখোয়গী লমদা লৈরিবা মহৈ তম্ফমশিং অনি থোক্লা নৈনবা য়াই। মদুদি ইমারোলদা তম্বীবা গভর্নমেন্ট এল পি স্কুল অমদি ইংলিস লোন্দা তম্বীবা লন্নাই চলাইবা স্কুল/ এস.সি.ই.আর.টি. না সিলেবস শেমগ্রবা মতুংদা ক্লাস বান্দা হকথেংননা মীং চনবগী চংনবগী হৌদোকপ্রে অদুগা মসিগী মমাংবুনা হায়বদি প্রি প্রাইমারি (অহানবা অনিশুবা) হায়বসি লৈখিদ্রে। গভর্নমেন্ট এল.পি. স্কুলদা প্রি প্রাইমারিগী থাক অসি মমা মপা ওইবশিংদা পুকশিন শিন্নথোকপ্রে অদুগা লন্নাই স্কুলশিংদনা নসরি, কে জি ১, ২ হায়দুনা তম্বীরি। অসুম্না প্রি প্রাইমারিগী থাক্তা থম্বীগদবা অইবা সেলেবস লৈরব্রা ? গভর্নমেন্ট এল.পি. স্কুলগীদি চপ চানা লৈত্রি লৈবা থেংনদ্রি হায়বা তাই। অদুবু লন্নাই চলাইরিবা স্কুলশিংদা মখোয়গী ত্রেদিসন অমা ওইনা চপ চানা অইবা লৈত্রবসু তম্বীরি অমদি মখোয়না খরা শাফরি। মসিনা লন্নাই স্কুলশিংদা তম্বা অঙাংশিংনা মমাই মমিৎ শিংবা হেনবগী অচৌবা মচাক অমা ওইহল্লি। মমা মপা ওইবশিংসু শেল থোকপা খরা হেনবা অমদি লাইরিক তমহনবগী বাখল্লোন্দা খরা হেন্না মতেং পাংদুনা লন্নাই স্কুলগী অঙাংশিং খরা খিৎ ফবগী মচাক ওইহল্লি। ক্লাস বান্দা তম্বীরিবা লাইরিকশিংসি ইমা লোন্দা মার্ক ১০০, অঙ্কদা ১০০, সাইন্সতা ১০০, এস.ইউ.পি.ডব্লিউ. দা ১০০, আর্ট অমদি ফিজিকেল ইদুকেসন্দা ১০০/ ১০০ পুন্না ৬০০ নি। হায়রিবা লাইরিকশিং অসি শুনবা তম্বীবদা হৌজিক ঐখোয়না উরিবা গোভর্নমেন্ট এল.পি. স্কুল অসি চুশিন্নব্রা চান্নব্রা ? চান্নদে মরমদি :

১। স্কুল লমপাক মীয়ামগী অমদি লৈকাইগা চয়েৎনবা

২। মমিংদা ঙাইবা অথোরিটি লৈবা

৩। মমা মপা ওইবশিংনা স্কুল অমদি লাইরিক তম্বীবগী মঙাৎ খংদবা

৪। অঙভন্নশিংনা খুৎ থিংজিনবা / খুৎ চংবা

**এল.পি. স্কুল অমগী তঙাই ফদবা লৈফম থোকপশিং ঃ**

একর অমদগী তাদনা পাক চাউবা লম, শান্নবুং, হৈ লৈ থফম ইখোল কোইফম, লাইব্রিক লাইব্রিকী ওইবা কাশিং (সবজেক্ট রুম) অমদি মতিক চাবা ক্লাস রুম লাইব্রিক তম্ফম কাশিং, মপাল ইপাল থোকফম, খোংহাম খুৎহামফম অমদি অফবা ঈশিং অসিনচিংবশিংনি । হৌজিক লৈনরিবা ঐখোয়না উরিবা স্কুলশিংসিদা মথক্তা পঞ্জখিবশিং অসি সুনা লৈবা উবা ফংদে (লন্নাই চলাইবগীনা মওং অমদা চগুথ্রবসু) । সিলেবসতা সবজেক্ট রুম তম্বগী চংনবীদা যুম্ফম ওইরবসু হৌজিক হৌজিকতি ক্লাস রুমদা তম্বীবগী মওং অসিদগী করিসু ওহ্মোক্লি । সবজেক্ট রুমদা তম্বীবগী চংনবী লৈহন্নিংই মরমদি সাইন্স হায়রগা তম্বীরিবা খুদিংমক ক্লাস অমদা থম্বীদুনা তম্বীবা, অক্কসু অদুমঙাই অসুমনা লোল, রাইমনচিংবা পুম্নমক লিঙ্গুআফোন অমা এটেচ তৌদুনা লোন পুম্নমক তম্বীবা য়ারবা মতমনি । অসুম্না সবজেকশিং তোঙান তোঙানবা আর্টকী, ফিজিকেল ইদুকেসনগী, এস.ইউ.পি.ডব্লিউ. গী পাইয়া, সুমজিৎ, তঙাইফদবা মচাক খুদিং থম্নবা অমদি উৎনবা কা মথৌ তাই । অসুমনা তৌবিরবদি অঙাংশিংনা লাইব্রিক য়াম্না পুদুনা চৎপগী পোৎলুমসু নোট বুক অমনা শিন্দোকপা য়ারগনি ।

মথক্তা পঞ্জখিবা সেলেবসতা যুম্ফম ওইরগা নৈনবা মতমদা এল.পি. স্কুলশিং অসিদি অয়াম্বা হীরমদা লৌখৎনিঙাই য়াদবা মওংদা শোখহৌরে, অদুবু লন্নাই চলাইবা ইংলিস স্কুলশিংনা খরমখৈ ইল্লি তৌবতবু ফিজিকেল ইদুকেসনগী ওইনদি ইংলিস স্কুলসু ইমান মান্ননা উই । অসুম্না মথং মথং কারকপনা ইলিমেন্টরি/ জুনিয়ার স্কুল হায়স্কুলগী থাক্তদি শান্নবুংনচিংবা লৈতবা অমদি লৈরবসু মমুৎ তানা শিজিন্নবীদবদগী ইনখৎলকপগী অকনবা সেক্স ইস্টিঙ্ক অদু শান্নবদা ওহ্মোক্তুনা সেক্স সবলিমেন্ট তৌহন্দুনা কান্নরবা মহৈ চাবা পোৎশক অমদা ওহ্মোকপিদবদগী থোকহনিংদবা ওইহন্নিংদবা কয়া ওইবগী পাউ তান্নরি । যুথ এফিয়ারস অমদি স্পোর্ট ডিপার্টমেন্টনা থারক্লিবা পি.ই.টি. গী মথৌ ফজনা পাংথোকহনবিনবা শিনবীবা মথৌ তাই অমদি এস.ইউ.পি.ডব্লিউ. নচিংবা হিরমসিগী মার্কশিং সিস্টেম খরা হোংদোক শেমদোক্তুনা খুন্নাইসিগী কান্নরবা কয়া

খুদোল তৌবা হেন্জংহল্লি । অমদি ডিষ্ট্রিক্ট লেভেল, ষ্টেট লেভেল, ইন্টর স্কুল স্পোর্ট টুর্নামেন্টতা চহি হেনবা য়াওবা য়াদবগী অহংকপা চংন পথাপশিং হেড মাষ্টর/ মিষ্ট্রেস/প্রিন্সিপালনচিংবনা ইনবিদুনা মহৈরোই অমদি শায়রোই নেকপগী চংনবী তোকপিদুনা চহি ৬ অমদি ১৪ গী মনুংদা লৈবা মহৈরোইশিং অকবা অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবিগদবনি । গভর্নমেন্ট স্কুলশিংদা পি.ই.টি. গী খরমখৈদি তম্বীরি অদুগা লম্নাই স্কুলদনা এস.ইউ.পি.ডব্লিউ. খরমখৈ তম্বীরি । লুরিবদি কায়রবা হিরম অসিগী ত্রেন তৌরবা ওজা মসিনি হায়দুনা পুথোকপদা কনাবু পুথোক্কদবনো চম্মমনরি । অসুমনা মখোং শেংনা মখাদগী চুম্না ইনখৎলকপদা ঐখোয়গী তুংগী য়ুম্বীরেলশিং মশক থোক্না লেপ্লখিনি মালেমদা, নত্রবদি হায়নগী হায়না হায়ু হায়ু নৈনবগী লোইবা নাইখিরোই ।

# করিগীদমক চাদা ৩৬ তমক ?

হৌখিবা তাং ৭/৬/২০০১ শগোলশেল নুমিৎতা বি.এস.ই.এম. না লৌবা এৈচ.এস.এল.সি. এক্সামগী ফল লাওথোকখ্রে । পুম্না মহৈরোই ৩৯, ২৪৮ শরুক য়াবগী মনুংদা চাদা ৩৬ কী চাংদা মাই পাকখি অদুগা হন্দক্কী চাংয়েংগী ফল অসিগী তোপ তোপ্পা মশক অমনা অহানবা মকোক মথং ২৪ ফাওবা গভর্নমেন্ট স্কুলগী মহৈরোই অমত্তা য়াওখিদবসিনি । গভর্নমেন্ট স্কুলদা পেন্দবা কয়া ফোংদোক্লখ্রে চৈবীবসু য়াওবে, পুংমুৎ মুখৎলসি হায়বসু য়াওনরে । তলব খজিক্তমক চাবা ওজাশিংনা পুথোরকপা মহৈরোইশিংনা চাংয়েংদা কা হেন্না মাই পাকপদা নত্তনা অফবা মহৈরোই ওইনা পুথোরকপদা মথৌ নিংথিজনা তৌজবা গভর্নমেন্ট ওজাশিংদি ইকাইবনা লৈত্রক থিবসু য়াওদবা নত্তে । অদুবু গভর্নমেন্ট স্কুলগী ওজাশিংদা পংশাউ শাউরুবসু য়াদ্রি । অমরোমদা মখোয়দি অৱামল পিদুনা মথৌ তৌবিবা মীশকশিংনি । মখোয়না করি তৌরি কমদৌরিবা, কবমনা তাকপি তম্বীবি হায়না মতম চানা য়েংশিনবা হায়বসিদি লোয়শং অমদি মতম মতমগী লৈবাক ঙাক্লিবা অঙম্বশিং অমদি মীয়ামশিংগী মথৌনি । চপ চাবা ইদুকেসন পোলিসি অমা শেমদুনা মতম মতমগী মীওইশিং হোংশ্রবসু পোলিসি অদুগী মতুং ইন্না চথদ্রবদি হৌজিক পোজিসন য়াম্না পুথোকপা ঙমলিবা লন্নাই স্কুলগী ওজাশিং অসিগা ওন্থোক্লদুনা গভর্নমেন্ট স্কুলশিংদা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা লাইরিক তম্বীবগী মওংসিদা য়েংনবদা লন্নাই স্কুলনা উৎলিবা চাংয়েংগী ফল অমদি মখোয়না ফংনিংলিবা পান্দমগী ফল ফংবা ঙম্লোই । হৌজিক ওইরিবা গভর্নমেন্ট স্কুলশিংগী চাংয়েংগী ফল অসিগী অফ ফত্ত খুদিংমক লৈবাক ঙাক্লিবা অমদি মহৈগী লোয়শংগী মপু ওইরিবশিংগী মথক্তা শাউফম থোকই । শেল খজিক্তং ফংবা হৌজিক্কী পোৎ চৈগী মমলনা অতিয়া পক্লা ৱাংলবা মতমসিদা হিংবা ঙম্লিবরা হায়না ফাওবা হংবা য়ারিবা লন্নাই স্কুলগী ওজাশিংনা পুথোরকপা মহৈরোইশিংনা হেনবগী মবম হায়ববু মপু পান্দবনি নত্রগা মপু মতিক চাদবনি হায়বদা করিবু লাল্লিবগে তৌববুদি অফবা

মহৈরোই অমা পুথোকপা হায়বসি মমা মপা, ওজা অমদি মহৈরোই ওইরিবা মখোয় অহুম অসিনা থোং মান্নরবা মতমদতা ওইথোক্কদবনি। হৌখিবা চহি ২৪-২৫ গী মমাংদ হঙ্গৎনা য়েংবদা হায়জরিবা ৱাফম অসিগী অচুম্বা কয়া চোংথোরক্কনি অদুগা লন্নাই স্কুলশিংগীনা চহি ২৫ গী মথক্তা চেনখৎলকপা থকশি খাসিনা য়োমদুনা ইনখৎলকপা পোৎতুগী মহৈ ঙসি চাজবনি। চেকশিনবা হোৎনবা য়ারিঙৈ মতমসিদা চপ চাবা রিমেদিয়েল মেজর অমা থিদোকপা তঙাই ফদ্রবা মতমনি। নত্রবদি চহি কয়াগী মমাংদগী লৈরক্কবা এম.এস.আর.টি.সি. পুম্মুৎ মুৎখ্রগা লন্নাই বস সার্বিসশিংনা মতমগা চুনবা অফ অফব মশা নানবা গাড়িগা চাংদম্নবা য়াদ্রদুনা ঙসি অঙকপা ফিভমদা লৈরিবসি তারোই হায়নিংঙাই লৈতে অদুগা মমল য়াম্লবা এদুকেসন সিস্তেমগা ট্রান্সপোর্ট সিস্তেমগা কয়াম লাপ্নবগে হায়বদুদি লৈবাক হুপ্না খংবিরবনি।

গভর্নমেন্ট স্কুলশিং অসিগী মহৈ তম্ফমশিং চৌক্রি টেবল ফাল লন্নাই স্কুলশিংদগী হেন্না ফজহন্দ্রবসু মখোয়গা মান্নবা মথৌ তাই। অফবা ফেন্সিং য়াম্না মরু ওই। ফক্লাং হোগাইবদা তম্লকপা মহৈরোই অদুনা ৱাং চাওবা চেকপলনা খাজিনবা ফজবা স্কুলশিংদা মহৈগী চাংয়েং ফম্বদা থক্কৎপা পাখৎপা হায়বসি হৌনশানি। অঙম্বশিংনা ওজা হাপ্না মতমদা অচুম্বা অমদি তরু তরুবা মথৌ তাই। মনিংথোংলমদগী হাপ্লক্লবদি হাপখিবা ওজাশিং অদুগী কথোকপা কদায়দা লৈগদগে ? অউবা খুদিং খুরুম্নরিবা লেম্লবা শিনফম ওজা হায়বসিবু মশক থিহল্লিবদি অঙম্বশিংনা খুৎ চংবা খুৎ থিংজিনবসু অহানবা মরম অমা ওইরি হায়বদা লাল্লোই। শিনফম অসিদা কথোকচরবা অফবা ওজা কয়া অমা মখোং মখুৎ পুনশিনবীদুনা না পংবগুম, মীৎ তাংবগুম থম্বীবা কয়ানি। করি করিগুম্বদা হেড মাষ্টরদগী চাওবা চৌকিদার ময়াম লৈতবা নত্তে।

ওজা লৌবসিবু ফোংনা কাংজৈবুংদা ব্লেক বোর্দ চোক খরা খিন্দুনা থম্লগা নুমিৎতুগী লম্বীদা চৎপা মহৈ লোয়শংদা থবক তৌবা শিনফমসিদা খুৎলোইরবা ওজাশিং সবজেক্ট সবজেক্টতুগী ঙাইহাক্তং পম্বহল্লগা চংবিয়ু হায়জরগা হংনিংবা হংহল্লগা শান্নবা য়েংবদৌনা লৈবাক মীয়াম খল্লা খনবা য়ারোইদ্রা ? মনিংথোংলোমদগী হাপখিবশিং অদুগী মহৈ ওইনা কথোকপা ৱাংপা, খংহনবা

হৈহন্নিংবা ঙমদবা অমদি শিনফমগী লেমজনিংঙাই ওইবা ইথিল্ল ইন্দবা অদুগা কালিটি ইদুকেসন পুরকপবুদি পে ষ্ট্রকচর হেজংপদা থরায় য়াওশিনবা হায়বসি মশানা তাজবনি। মহৈরোইশিংগী খনবা ওজা খরসু মথন্নতা মরম্নাই তাদুনা লৈরে। মহাক মশানা মশাবু থাজবা ঙমদ্রবদা করি অফবনো পুরকদবা, হৌজিক গভর্নমেন্ট স্কুলগী ওজাশিংনা মশানা মশাবু কয়াম থাজরিবগে। থাজৈ হায়রগনা মখোয়না পোকচবা মচা মশুশিং কয়াম য়াম্না মশানা ওজা ওইবা স্কুলদা তন্নিবগে হংনিংলি অমদি খংনিংলি। কনটিনিউসন এন্দ কম্পরেহেনসিভ ইকজাম (সি সি ঈ) হায়দনা সেসনগী, টার্মগী, মন্থলি একজাম, এটেন্দেন্ট চেক তৌদুনা লোইনমক টেষ্ট তৌদুনা য়ারে হায়দুনা থাগৎলক্লিবা মহৈরোইশিংনা চাদা চাম্ম পাস তৌবগী মহুৎতা ৩৬ % তৌবগী মরম করিনো ? স্কুল হিংনবা শেমজিন শাজিনবা ময়াম য়াওই। মহৈ লোয়শংনা মতম চানা চেক তৌহৌদে হায়বা নত্রা। ফার্ষ্ট ইনর্কোমর ওইরিবা স্কুল ওথোরিটি মতিং হাপ্লিবগা লোয়ননা মথৌ হাপ্পীদুনা ওঝাশিংনা মনিং তৌবা থিংদুনা থাকসি খাসি ঙাকপা মথৌ তাই।

হন্দক্কী ফলগী মতুংইন্না অহানবা মকোক মথং অহুম ফাওবা লাইরিক লাইশু হৈবা শেষ্থোক লম্বী লৈবা ডোক্তর ওঝাগী অমদি একাদেমীক এটমোসফিয়ার লৈবা ইমুংগী মচাশিংনি, অতৈ লেমহৌরিবশিং অদুসু ওইরমগনি, মহৈরোয় মশাগী হৈনিংবা অমদি ওজাগী মতেং অহুমসিনা চাং মান্নবা লৈরবা মতমদতা অফবা মহৈরোই থোরক্কনি। তৌবদি গোভর্নমেন্ট স্কুলশিংদা তমহৌরিবা অঙাংশিং লাইরবা লনাই স্কুলদা তম্বা ঙমজদবা, ঙসি করি হয়েং করি হৌজিক করি চাগনি হায়দুনা লৈবা ইমুংগী অঙাংনা অয়াম্বনি। স্কুলগী ইউনিফোর্ম তুবা ঙমদবা লাইরিক শুনা লৈবা ঙমজদবা অঙাংশিংনা ঙসিগী চাংদম্নবগী মতমসিদদি পাক্তক্লনা হন্থবা নত্তনা মকোক মথংদি কয়াম তাগনি। তমনরিবা টেক্সবুকশিং অসিসু খুৎ চংদনা মতম চানা সেসন হৌবগা ফংহনবীদুনা লাইরিক নিংথিজনা পাজবা য়ানবগী খুদোংচাবা পিহন্নিংই। লৈবাক্কী থৌরম ইরাং অমত্তনা মহৈ লোইশংদা অকাইবা পিহন্নিংদে অমদি লৈকাই লৈকাইগী অমদি লৈবাক্কী অহৈ অশিং খোমগৎতুনা হিরমসিদা তোয়না সেমিনার, গ্রুপ ডিসকসন তৌবা মথৌ তাই।

অসুম্না মাইকৈ কয়া থোক্লা নৈনবা য়াবা ফগৎহনবা য়াবা লৈরমগনি

চৈবা ঙাংবনা অযম্বা যম্ন পুরকপা ওইথোক্লোই করম্বা তাক্কতগী হৌরগা কদাইদা করি য়েনশিগে হোৎনহৌদ্রবদি মীয়াম্না হায়বগুম মুৎথিবা য়াই কনাগুম্বা লৌউবা অমনা নত্রগা ইন্দাষ্ট্রিজ তৌবা অমনা চাদা ৩৬ খক হোৎনখিবগী মহে ফংবা হায়বসিবু ইন্দাষ্ট্রিজ নত্রগা ফেক্টরি মুৎথৎলোইদবগী মরম করি লৈরিবগে ? মুৎহন্নিংদ্রবদি অশোয়বা য়েনবা নত্তনা অতৈ উপায় লৈরোই ।

# মকে শেন্বীরবা খেবা চীংনা কপহৌরি

উনবদি কুইরে খেবা চীংগা অদুবু হকথেংননা শকখঙনরকপদি চহি অমা কল্লপ হায়রকলে । নোংম নোংমগী নুংশিবা হেল্লক্লি । নোংমতং উহৌদবদা লৈতাফম খংদবা হায়বদুমক য়ৌরবনি, খোংজোমদা লৈরগনি খল্লুবদা পংহাওদা হরাওজখি। মদুসু খেবা চীং মক্তদা অথৌবা ঈপা ঈপুশিং অদুনা লৈবাক্কীদমক লেপখিবা মফমদুমক্তদা । অতৈ অতৈ ঙমজদ্রবসু য়ামদ্রবদা শেংলবা লমদমদুদা লৈরিবা লাইবক ফরবা মীওইশিংদুগী অনা অয়েক খরদা ওইরবসু মতেং পাংবা ঙল্লগনি, মদুনা লাইওইখ্রবা অথৌবশিংদুগী মফমদা তৌবীমল খরদি উৎপা শকচরগনি খঙ্লখি । অহিং কয়া নুংথিল কয়া য়েংনদুনা লেপমীন্নখি, মরেক য়াওদ্রবা শক্তম ঐখোয় অনিদনি য়েংনখিবা খাংমিন্নখিবা, থাবল ফরবা অহিং কয়াদসু লেপমিন্নখি ফল্লপ ফল্লপ য়েংনদুনা । কালেন ছুটি মতমদা স্কুলগী অঙাংশিং বস থন্না থন্না লাকপা উরগা ঐখোয় অনিনা হরাও হরাও তরাম তরাম ওকমিন্নখিবা ঐসে তশেংনা ঙাউরবনি নোংমা ছুটি ওইদুনা নত্রগা য়ুমগী থবক ইনখাং চিন্দুনা হেক চংহৌদবদা ইম্মিৎসিদা হেক্তা উরকই -

*"মখোয়গী মরুনদি য়ৌরে । ...... ঐখোয়গী মরুনদি য়ৌবা ঙমদরে ....... লৈবাক মচাশা ......চেন্দুনা শিবদি শিনিংদে । ঐখোয় পুম্নমকসু হিংলরোই । মায়সু ওল্লরোই ।"*

*"কোরৌ নোংমদোমা য়াংবরা*
*পন্থৌ ইপানা মহেল্লি*
*মালেম লৈমনা লুম্বরা*
*পলেম ইমানা মহেল্লি ।"*

য়াহেসিমক্লি মতমদুগী ভারতকী রাস্ত্রপতি শ্রীভি ভি গীরিনা ২১/১০/১৯৭২ দা য়ুংখিবা লৈবাক নিংবগী নিংশিং য়ুম্বীদুদা ইহৌবা, কপ্লীংখি, পীগী ইরা চেনখি, নুংশিবনা থুমহৎখি । লাইবক ফবা অথৌবশিংদুনা লেপখিবা মফমদুদা

লৈজবা ফংবা ঐসে কয়াদা লাইবক ফরবা খঞ্জখি । অদুবু মতম অসুক কুইবসে মথন্নতা লেপ্পকলি হাংলবা লমহাংসিদা নোংমতসু নাপি মকা অমত্তা ফোইদংতা, লৈপাল অমত্তা থজিনবীদা, সুপ্নতগী অয়ুক চাকচা মাংদা লোয়শিনগদবা থৌরম অমগীদমক ২৩* এপ্রিলদা পাংথোক্কনি, মদুগীদমকনি পি.দব্লিউ.দি. না নেসনেল হায়ৱেদগী চীংদুম তাবা লন্বী অমদি চীংদুম শেংদোক্লিবা অদুগা আই.এফ.সি.দি. না চীংদুমদগী খোংজোম তুরেল ফাওবগী লৈ শু কংফম লন্বী শেমজিন শাজিল্লি । মসি চহী খুদিংগীনি অদুগা অমুক হন্দোকপিরমগনি মথন্তা মথং কুমওনগী ২৩ এপ্রিল লাকপা ফাওবা তরক তরক অচিকপা লমহাংদা খেব চীংনা লেপহৌগনি ঈচেল কংলবা খোংজোম তুরেলনসু খেবা চীংদোল য়েংদুনা মীরাইমল্লিদা খন্দুনা লৈত্রুক চংতুনা লৈহৌগদবা পুক্লিং নুংশিরোই কৌবতদি ময়াদ্রে ।

মালেমসিদা মীরোনসিগী মীতৈ ঐখোয়গুম্বা ফুরুপ অমা অমুক লৈরমখিগদ্রা ইশাগী ইপোং ইরল চেকশিনবীদবা, ইশাগী ইপোং থৌশাবীদবা, পাম্মুবা খংদবা পেন্থোকপা হৈগনবা কাংলুপ অমা, ঐ থাজদে মীতৈ ঐখোয়না মহেল্লে হায়নিংই। মায়থিরগনি খংন খংন মীথা পোন্না হিংগদবগী শরুক নোংমতা ওইরবসু নিং তম্না হিংলমগে হায়দুনা শিবা কিদনা মায় ওন্দনা লান থেংনখিবা ইমা লৈবাক্কীদমক্লি হায়দুনা কংথোকপ্রবা থব্রায়শিং অদুদা নোংমখক লৈবাক্কী য়াইতোং খমদোংবা খরা লাক্লগা লৈ-শু খরা কংলগা ফজবা ৱাহৈ খরা হায়রম্বদুনা ঐখোয় পেন্থোকলসিরা ? লাইওইপ্রবা কথোকপদনা মশরুক ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংদুগী মফমদা শুপ্নতগী নুমিৎ অমখক এপ্রিল ২৩ তমক লাকপিবা য়েংবীবনা নিংশিংবা শক্লুনা লৈরসিরা ? মীগী লমদা ওইরম্মু নহান্না মগুন শোনবদা নোংদোল মালেম লৈনুং মরোল অহুম থুংলগনি নিল্লনি । ভারত অপুম্বনা নিংতম্বগী লান শোক্লদ্রিঙৈদা নুমিৎ তাবা নাইদবা বৃটিশ লৈঙাক্না মায়োক্লদুনা লাম্থেংনখিবা ঐখোয়গী নিংতম লালহৌগী মতৌ তমদুনা ভারতকী নিংতম লানগী মরু হুনখিবনি হায়না ফাওবা নৈনখিবা ফ্রান্সকী, লন্দনগী পাউচেশিং অমদি ইনাক নক্না মতমদুগী

---

** খোংজোম লানগী তারিখকী মতাংদা চয়েংনবা লৈরি অদুম ওইনমক অক্তোবর ১২, ১৯৮২ দা মনিপুর গেজেটতা ফোংদুনা এপ্রিল ২৩ বু খোংজোম নুমিৎ হায়না লাউথোকখিবা অমদি এপ্রিল ২৩ খুদিংদা ইশানা শরুক য়াজরুবনা উরকপশিংদু পাউদমজবনি ।*

বেঙ্গলদা ফোংখিবা পাউ চেশিংদা নৈনখিবা টিকেন্দ্রজিৎ থঙ্গাল ফাঁসি তৌবগী নৈনরোল কয়াদুনা লেংদ্রবা খুদমনি। নিংশিং যুম্বী য়ুংলম্বদগী করি হেক্সংলক্লবগে অমদি করি হেক্সংনবা থৌরাং লৈরবগে লৈবাক মীয়াম হুপ্লা খংমিল্লবা অমদি হোৎনফম থোকই। খোংজোম নুমিৎ থৌরম মরাং কাইনা মপুং ফানা তৌহন্নিংই। ঙসি লৈবাক্কী লুচিংবশিং অমদি হৌরক্লিবা মীরোলশিংদা মসিগী ৱাহন্দোক খংহনবগা লোয়ননা অসুম অসুম চাউথোকহন্নিংই। হায়জবা শাই পাউনাগী মচানি, টিকেন্দ্রজিৎকী চাদ নাউদানি, থঙ্গালগী মশুনি ঐ শুকথা থাজদে, ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংদুগী মমি কদায়দনো ঐখোয়গী মীরোলশিদা তারিবা? লাকপা ফোইবা ঐতগীনা মরু ওইনবা ৱাখলশিংদুনা ইপা ইপুশিং অদুগী কখোকপগী থৌনাশিং অদুগী মনাক্তা লেপ্পা য়ারিবরা?

হৌখিবা মমাং চহিশিংদা নুংঙাইতবা কয়া উখি, নীংতম লানদা থৱায় কৎপ্রবা অথৌবা কয়াশিং অদুগী মফমদা ইকাই খুম্নবা লাক্লিবা ইনখৎলক্লিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা সলৱার কম্মিজ শেৎতুনা, জীন মকক্লচিংবা শেৎতুনা হেদো হেরাউনদুনা ইকা ঙাগুম নুংশিনফম নুংশি ৱারি শাফম ওম্থোকপা, শেংলবা নুমিৎ এপ্রিল ২৩ অসিখকতি তৌহঞ্জনিংদে। হোয় মদুসু মফমসিদা হুনখিবা মক লৈবাক নিংনবগী মচাক্লি খন্দোকপিরবসু হয়েং নমদা পারি ইমোম পোদুনা মরক মরক্তা লাকহঞ্জনিংই পিক্লিবা ইচাশিং অদুদা লৈবাক নিংবগী ৱাখল্লোন চেলহজনিংই। অমোৎপা থবক্তি তৌহন্নিংদে মফমসে ঐখোযগীদি শেংলবা লমদমনি, শেংলবা নুমিৎনি চারোল শুরোল কয়াগী পুক্লিং লৌশিং ওইনফম, পুম্নমক্কা কল্লকনফম, শেংলবা লমদম মালেমনা মিহৌনফমনি। ইপা ইপুনা ৱারৌখিনি মখোয়দদি লংজগুমসি।

শজিবুগী কুশুমলৈ, কোম্বীবৈ, লৈরি, খোঙ্গুলমেলৈ উরৈ কয়ানা চীংমাই চোন্না শাংপা মতম, উপাল হৈপাল কয়ানা নৌনা মালহৌনবা মতম, লোক্লে পুল্লে য়াইপলনা খুরক হাংদ হৌবা মতম চীংগ্রাউগী ফজবা কুচুনা লোক্লুং থুংনা ঙানবা মতম, নুংশিরবা ইমানা মীথা পোল্লগনি মীনাই য়োংছিংনা পুলহৌরগনি খংলবা ইপা ইপুশিংদুনা কয়াদা পেন্না শিজরমগদবা মতমদুদা ইমা লৈবাক্কীনি খন্দুনা! ঙসি তরক তরক থম্বীবা মীরমগী উপাল কয়ানা চীংমাই থন্না হৌরিবা মরু

মরা অশিন্দুনা নোংমা নোংমগী মশোং ফনবা হেল্লিবা চীংমায় কয়াবুসু কিন্থহনবা ওন্না নাশিক উনচিংবা থাজিনবীবগী মহৎতা ইরমদমগী চীংগু, উনিংথৌ, লৈহাউ, উচান্না চিংনা য়েংদুনা খাংলিবা খংবিদ্রবরা নখোয় ঐখোয়, উচান মনানা লেক লেক লাউনা চৎতুনা নিংথিবী নুজাগী মুর শম্নাংবু শিংনদুনা জুম জুম তা, নামীবনা হুম্বদা কেনা খাংবা, হৈপাল লৈপাল মচু মচুগী উরে কয়ানা মকে শেমদুনা নংনা কৈদা, ঐনা কৈদা হায়দুনা মনিং তৌনা শাংলগদবা, চীংয়ানদি পুংশং শং, তম্পাক্লদি পুম্নৌ নৌ, শহি উয়ুংনা য়েম্নীং চোং, নুংশিবীবা কয়াগী নুংশি লমদম শেমগৎতুনা ইং তপনা পোথাজরিবা নীংতম্নগী নিংশা হোন্দুনা তুমখুল তানখ্রবা থবায়শিং, অথৌবা মপারি কয়ানা মীকপ থোকপা ঙাইদুনা লৈহৌরি, ঙাইহৌরি মকে শেমজিনবীরবা খেব চীংনা নীংঙমদনা থৌশাবীদবদগী মৈচাক খাংদুনা অথৌবশিংগী ঈতনা চাইদুনা লৈহাও চেল্লবা শেংলবা লমদম খেবা চীং নোংদোনথক্তা য়েংদুনা মতমগী অকনবা নুংশিং মরক্তা ।

# তেংবান মহৈকোল হায়হন্নিংই

পুংকক চাউরকঙৈদগী হায়ভুল থাদোক্লবা মতুং কায়নথং ফাওবা ঐনা ঙকপা খঙখিদবা কয়া অমা তানা তানা, উনা উনা, লৈখি, মখোয়শিংদুগী মনুংদা চীফ মিনিষ্টর/ মুখ্য মন্ত্রি করম্না খল্লি, হিন্দি ফিল্মগী সুপর ষ্টার কমাইনা খনবজাৎনো হায়বসিসু অমনি। সাইন্স ষ্ট্রিমদা হৌরকপনরা, থৌবৈ পুবা লৈবাক্কী ব্রাযেল থৌদাদা শরুক য়াবা মীওই তিন্নরুন্দবনরা খঙদে চহি ফনা লৈশিল্লক্লবা ফাওবা খঙবা ঙমখিদে। অদুবু হৌজিক্তি সিক্স ষ্টেন্দার্দাদ য়ৌরবা অঙাং খুদিং য়াম্না তম্বীরে খঙদবা য়াদবা তঙাইফদবা কয়াসু খঙহন্নবা হোৎনরে, শেংনা হায়রবদি হৌজিক্কী সিক্স ষ্টেন্দর্দকী লাইরিকসি থায়নগী ওঝাদি মতমগা চাননা নৌনা বিওরিয়েন্টেসন অমুক তৌদ্রবদি পাক হেক্তো মমুৎ তানা তাকপা ঙমগনি হায়বা থাজদে, খুনাইরোন, লন থুমগী কাংলোন, হকশেল্লোন, লৈঙাকলোন, পুবারী, লম্মিৎলো, কেৎনলোন, পুন্সিরোন কয়া কয়ানি মী অমা ওইনা খুনাইশিদা হিংমিন্নবদা খঙদবা য়াদবা, চংদবা য়াদবা কয়া খঙহন্নবা অঙাংশিংদা তম্বীরি। অদুবু লুরিবদি হায়রিবা অঙাংশিংগী লাইরিকশিংসিদা ঐখোয়গী ইমারোল নত্তনা মীগী মরোল কয়ামা য়াউরি, মতমসিগী অনৌবা মীরোলশিংনা খঙবা ব্রারবা, ব্রাহন্থোক থিবদা মীশক খল্লবা মীরোলগী ব্রাহে কয়া য়াওরি।

ফুরুপ অমগী মশক তাকপা হায়বসি ফুরুপ্তুগী ঙাংনরিবা লোন অসিনা য়াম্না চাওরবা থৌদাং লৌই। লোন অসিনা ফুরুপ্তুগী হৌরকপগী মীহৌরোলগী মরী মখোঙ পুথোক্তুনা হেন্না ময়েক শেংহন্নবগী মিংশেলনি, শকয়েং মিংশেলদা ঐখোয়গী শক্তম চোংথোকপদৌনা ফুরুপ অদুগী মমাংগী ওইবা শক্তমদো খঙগনি। অপং অশিং নাইদনা লোন হায়বসিন মনুং মপান ফাউনবগী, পুক্নিংগী ইথিল খঙনবগী মচাক অমসু ওইহল্লি। লোন হায়বসিনা মীওইবগী হৌরকপদগীনা হৌজিক ওইরিবা ফাউবগী পুবারি নৈনবা য়াই। হৌজিক লৈরিবা পোৎশিং অসিগী মশক মমীং নৈনরগা মমাংগী ওইরকপগী ব্রারী ব্রাখোঙ থিবদা লায়না থোকই

মসি হৌনশানি । ঐখোয়না ঙসি ঙাংনরিবা লোনসি য়াম্না শেমদোক শাদোক্লবা, মোর্দনাইজ ওইরবা লোন অমনি অমসুং মসিগী ৱামিংলোন নৈনরগা লোন অদুগী হৌরকপগী মরী মখোঙ লায়না খঙবা ঙম্মী খুদম ওইনা য়ুম হায়বসি য়েংসি হৌজিক্তা য়ুম হায়না হায়রগসু হৌরকফমদি য়োম (য়োম হায়বদি য়োমশিনবা) হায়রম্বদগী য়ুম লাকখিবনি হায়বসি লোনগী ৱাহৌলোন্না (ব্যাকরন্না) তাকই অসুম্না অতৈ অতৈদসু থিরুবা মতমদা মপান নাইদনা লৈগনি ।

অতোপ্পা লোন্না কুপশিল্লক্লুনা লোন অমবু য়ানশিনখ্রবা লোন অমা ওইহনখ্রবদি লোন অদুগী হৌরকফম থীবদা ৱাই হৌজিক ঐখোয়না ঙাংনরিবা মীতৈলোন অসিদা য়ানশিনখ্রবা লোন খরদি য়াউখরে, খুদম ওইনা পুম্রি, খরা অসিনচিংবা ঐখোয়গী লোন্দা লৈতবা পোং অদো অতোপ্পগীনা মহুৎ শিঞ্জিনখিবদা ঐখোয়গীদু করিনো হায়দুনা থীদোকপগী মহুত্তা মীগীদুনা অদুম মপুং ওইনা চংখি । ঐখোয়গী লোন্দা শেম শাদুনা পুথোক্লবা হোৎনবগী ৱাসু লৈত্রি ।

খৃষ্টগী অহানবা চহিচাদা থোকখি হায়না থাজনরিবা পোইরৈতোন খুম্মোকপগী ৱারী থেংলবদা ৮ শুবা নৎত্রগা ৯ শুবা চহীচাদদি শোইদনা ইরম্লগনি হায়নরিবা, ইশাগী ঈয়েক অঙনবা মতমদগী লৈবা হৌরক্লুনা পুৱারীগী পুদিনগী খুদোল কয়া তম্বীরম্লবা ঐখোয়গী ইরোন অসিদা ঐখোয়না হাল্লি হায়নসু য়ানরবা চাউরাকনা চহীচা ১১ অদুৱাইদগী হৌখিবা অসামী অমসুং বঙ্গলা ময়েক্লা অমদি মখোয়গী লোননা মশা মরেং ফন্দোরকখিবা অদুগুম্বা লোল অদুগী মচল ময়াম্ন অমা ঐখোয়গীদা য়ানশিল্লকপা য়াহনখিবসু ঐখোয়গী লাইবক থিবনি । পোইরৈতোন্না খুম্মোকচঙে পোইনাউতানা খুম্লিংঙে মতমদুদগী হৌনা শা ঙাগী খোঞ্জেল নোং নুংশিৎ, থাকপা লাওবগী মখোল, ঈশিং নুংশিৎকী ইৱাই ইনিলগী অকি অখংগী ওইবা মখোল পুম্নমকশে সুনা ফাউরম্লোই হায়নিংঙাই লৈতে, পুয়া খরনা মীতৈলোন্দা র, বনচিংবা খোম্মোক ইৱাই ইনিল অসি ঙরাংতগী ওইনা উহনবগুম্বা অমা তৌবশিসু খর হেনমনবরা খল্লি ।

ঐখোয় ঐখোয়না ইমুং মনুংদা ঙাংনরিবা কৌনরিবা মীংগৌ লাকৌদগী হৌরগা পুমশেম শেমদোকপা অমা চংলি, খুদম ওইনা কাকা, খুরা, দেদি, মোম, মমি, অন্টি, কজিন, ভাভি.. কয়া কয়ানি । মীঙ্গী মরোলদু ঐখোয়না খঙলুবা য়াম্না

ফৈ অদুবু ইরোলগী মহুত্তা মীগী মরোলনা মপুং ওইনা শিজিন্নদুনা লেমজবোই ফজবোই লৈবাক মীরক তিল্লবনি খঞ্জবা য়াম্না লানবনি অমদি ইকাইনিঙাইনি । অঙাংগী মপী লাইরিক তম্বীবদগী হৌরগা ঐখোয় শেম্বা হৌবা তাই মশীং যীবা মতমদা অমা, অনি, অহুম, মরি... নিপাল, মাপল, অমদা শুন্য তরা হায়বগী মহুত্তা অমদা কাংকোক তরা হায়না তম্বীবগী মতম ওইরে, অসুম্না থাক থাক্কী মহৈ লোয়শঙসিদা তম্বীরিবা লাইরিকশিংসিদা য়াউরিবা মীগী মরোলশিং য়ারিবমখৈ ঐখোয়গী ইরোলদা শিজিন্নরগা লৈতবা, লৈরমদবা অনৌবা লোন্দা পুদাশিংনা মালেম হুপ্পা খংনা ঙাংনরবা লোন্দা অসুম লৈহনবগা লোয়ননা ঐখোয়গী ৱাহৈ লোলগৈ/ ৱাহন্দোক (ডিক্সনারি) ইরিবা ওঝাশিংনসু (থুপখিবসু য়াউরে, হিংলিবসু লৈরি) য়ারিবমখৈ ইরোন্দা শেমদোক পীবম্মু হায়জনিংই। অতোপ্পা অমনা অচৎপা চৎতবা, অবেংবা লেংদবা থৱাই পানবা পান্দবা, লম্মিৎলোন, ৱাংউলোন, ৱাচুমলোন, কয়াগী অৱাংবা থাক্কী লৌশিং তানফম অমদি নৈনফম ওইরিবা, মহৈ তম্ফম ওইবিবা মীতৈ ঐখোয়গী অমত্তা ঙাইরবা ইরমদমসিগী মনিপুর য়ুনিভসির্টিবু তাইবং মহৈকোল হায়বীবগী মহুত্তা তেংবান মহৈকোল হায়হজনিংই, তাইবং হায়বশিগী ৱামিৎলোন মীতৈলোনগী পুদিনদা থৱাই পানববু খঙনৈ অদুবু ঐখোয়গী মহৈকোল অসিদি তোঙান তোঙানবা লোয়শঙ কুনগী মথক্তা অৱাংবা থাক্কী ৱাখল্লোন পীবীরিবনি, খন্নদুনা য়েংবীয়ু, অচুম্বা শিজিন্নবা হৌহৌসি অনি থোক্কনবা ইরমদমসিদা ।

# মাংশিল্লক্লবা ঐখোয়গী অকে অমৌগী লৈতেংশিং

খুঙ্গংনা য়াম্বা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লৌউ শিংউবগী শিনফম অসিগী হেক মথংদা মনিপুরগী খুঙ্গং অয়াম্বা সনা শাবা অমদি ইমিটেসন জুএল্লরি অরুপ্পা হায়না খংনবা শিনফম অসিসু অমনি । মনিপুরদা হৌজিক হৌজিক সনা অমদি অরুপ্পগী লৈতেংগী পোৎ পাকতক্লনা শারিবা লৈকায়শিংদি কোংবা, থম্বালখোং, ঝাখে, কোইরৌ, য়াইরিপোক, থৌবাল, হিয়াংথাং, মৈজ্রাও, মালোম, কাংঙাবম লৈকাই, নাউরেমথোং অমদি পাৎশোইনচিংবশিংনি । হায়রিবা শিনফম অসিনা খুৎশু ওইদুনা হিংলিবা মনিপুরগী লৈকাই খুদিংদা সনা শুফম কোনশং অমমমদি লৈ হায়বা য়াই । হায়রিবা সনা শুফমশিং অসিনা শেন্দান লম্বী অমা ওইনা শিনশঙ অমসু ওইদুনা লম লমদুদা অতেনবা মতম খরদা অকোয়বগী মীওই খরসু মশানা মশাবু থবক পিজবদা মতেং চাওনা ওইরি । হায়রিবা শিনফম অসি হিংমিন্নরিবা ঐখোয় খুদিং নুপী নুপা অঙাং অহল খাইদনা তৌবা য়াবা শিনফম অমা ওইরি । অদুমকপু হৌজিকমক্কীদি হায়রিবা শিনফম অসিবু শুরিবা অপুনবা মীশিংগী তঙ্খায় অমদি নুপীনা ওইরি । অতৈ শিনফমগুম নুপী নুপাগী চাং য়াম্না খেন্নবা হায়বদুদি ওইদ্রি ।

হৌজিক্কী মতমসিদদি অকে অমৌগী ওইবা লৈতেংগী পোৎশিং অসি তঙাই ফদনা হিংবদা চংদ্রবা য়াদ্রবা কুম্বী কালেন নাইদনা লাইর অনং খাইদনা শিজিন্নরিবা পোৎশক অমা ওইরি । হায়রিবা অকে অমৌগী লৈতেংগী পোৎশিং অসি মালেমগী কৈথেলদা য়ৌহনবদা খ্বাইদগী লাইবা পোৎশক অমনি হায়জনিংই । মরমদি ঐখোয়না মীৎয়েং চংলিবা ঐখোয়গী লৈজরম্বা ফিশা লোনশাগী পোখোকশিং অদুদি মী কাংলুপ অমদি মা মানা লৈরম্বা মফমগী নাৎ অমদি লাইনিং লিচৎকী ঈশিং নুংশিং অমদি অঙৈং অশা য়েংদুনা মফম মতম খাইরি । খুদম ওইনা ন্যোংচুপ লমগী নিঙোল অমদা ঐখোয়গী ফনেক, ফিগে, নমথাং খুহৎ, ঝাংখে ফি, ফক্রং শারিগী কান্নবা পাম্বা থোইনা লৈরমম্বা য়াই অদুবু অকে অমৌগী ওইবা

লৈতেংগী পোংশিং অসিদি মীওই কাংলুপ মফম মতম খায়দনা মালেমগী কাচিন অমগী কৈথেল অমদা হেক্তা য়ৌহনবা অমদি চংনবা য়াবা পোংশক অমা ওইরি। শামু মখোংদা কোইরকপী জপান লৈশাবীশিংনা মরৈ পরেং উরগা মখুংনা পাই পাইদুনা য়েংলগা "ৱাট এ ৱান্দরফুল মাষ্টর পিষ্ট ! সনানা শারবদি কয়াম চংগনি ?" হায়দুনা মীতে ঐখোয়গী অদুঙে খুংশা হৈবশিং অদুগী অঙকপা তেক্লিকশিং অদুদা ঙক্লনা হংলি। অদুবু ঙসিদি মরৈ পরেং, ক্যাম লিকফাং, শনরিক পরেং, তেকতব মখোং, হৈবী মপাল, শমন্ত্রেনবী পবেং, থরোই মনিং, হৈক কুপ্পী, হৈক্রু খাইবী, হৈনিংজোম মওং, কোন্দুম পবেং, ঙাঙোই পবেং..... মাংশিল্লক্লে উবা ফংজিল্লক্তরে, হায়রিবা মখলসিগী ওইবা লৈতেংগী লিকশিং অসি মী খুদিংনা শাবা হৈবসু নত্তে অমমমদা হৈনবা ঙাক্তনি। খুংলোইবা অহল খবা হৌজিক হিংলিবশিং অসিসু মতম খরগী মতুংদদি থুপখ্রগনি য়েংশিনবীবা ৱাংপা অমদি মসিনা মবম ওইদুনা শেষ্ফোক লৈজদ্রবা অহলশিংগী মতুং ইনবীনবা নহাবোলশিংসু ৱাংশিল্লক্লে।

অপীকপা শেনফম খবনা খুংলাই লৈজদ্রবসু থংনবা অকোয়বগী কোন্দং অমদগী ৱাইরগা পংৱা ৱাদনা হৌদোকপা য়াবা শিনফম অমা ওইবনা অরুপ্পা শাবগী শিনফম অসিনা হিংনবগী উপাই ওইবা শুফম নোম্ফম লৈজদ্রবা নহারোলশিংগী মশিংদি নোংম নোংমগী ঈচাউগুম হেঙ্গংলক্লি অদুবু মীওই খুদিংমক্লা পায়খংপা য়াবা অসিগুম্লবা ইপা ইপুনা চেকশিন্না থম্বীবম্বা শিনফম অসি তৌকবা মীওইশিংদা থেংনরিবা খ্বাইদগী অৱাবদি নিংতম্না ইকাই ইকি লৈতনা য়োঙ্গনবা মফম অমা লৈতবা অসিনি। ইনখংলক্লিবা নুপামচাশিংদি মাগী ফুরিংখাওদা তুমিন্না হাপ্তুনা পুরক্লগা মচি অমদা শং লৈশিন্দুনা ইকাইজরবসু ইকাইনা মাগী অচিনবা চংননবা লৈতেংগী পোংয়োনফম অমদা থাবা ঙম্বগী থৌনা খরমখৈদি লৈজে অদুবু লৈশাবী মচাশিংদি তনান তনান লাক্লগা নুপানা ফম্বা পোংয়োনফম অমদগী অমদা হাবগী খুদোংচাদবা লৈবনা মনম্মা মন্দোলশিংগী খুত্থাংদা য়োলহনবদগী মতম চানা শেল ফংদবনটিংবা খুদোং চাদবা কয়া মায়োক্লরি। অরুপ্পদমক য়োনফম মফম অমা লৈবাক্কী থৌবৈ পুবা অঙম্বশিংনা শেমগং শাগংপিদুনা অদুগুম্বা মফমদুদা লৈতেংগী পোং মখল শুনা ফংঙি হায়বা অমা

মনিপুরীশিংনা খংবদা নত্তনা অতৈ মপাল লমগী মীওইনা, লম কোইবশিংনসু খংজবা য়াবগী থৌরম পায়খৎপিরবদি শিনফমসিদা হিংনবা লম্বী ওইরিবা মীওইখক্তা নত্তনা লৈবাক্কী শেল থুম ফিভমদসু চাওনা মতেং পাংশিল্লকনি অমদি থবক শুফম নোম্ফম লৈজদদুনা ককণ্ডাওনদুনা লৈরিবা নহারোলশিংগী মতিংসু ফুদোকপা ঙমহন্দুনা লৈবাকসিদা থোক্লিবা তংদু লৈতাদবা চরাং খোইরাংনবা লাংতক্লবা অসিদগী খরমখৈদি কনবা ঙমগনি ।

শিনফমশিনা হিংজরকপা খুৎহৈবা অহলশিংবু শকখঙবীনবা হোৎনবীবগা লোয়ননা ঐখোয়গী লৈতেংগী পোৎশিং অসিগী মওং মরিন, মশক মতৌশিং পেটেন্ট অমদি রেজিষ্টার তৌশিন্দুনা মীতৈ ঐখোয়গী পোখোক্লি হায়দুনা অতোপ্পা কাংলুপ অমদি চাওখৎপা লমশিংনা শেঞ্জাও থাদদুনা য়োৎশিনবীখিগদবদগী কঞ্জনবা থৌরাং অমা পায়খৎপিবগা লোয়ননা মৈনিল তাবা য়াদবা মেক্রুকতা য়োমদুনা শারিবা লিক্লুগুম্বগী তোঙান তোঙানবা তেক্লিকশিং মথায় থায়নদগী হৌদোক্লম্বা ইপা ইপুগী হৈশিংবশিং নিংতম্না পেন্না কোনশং মশিং য়ামখৎহন্দুনা মায়কৈ খুদিংদা মরুওইনা শেল থুমগী মতেংনচিংবা পিবীদুনা য়োকখৎপিরবদি চাওখৎপা অমদি তংদু লৈতানা লৈবা লমদম অমা ওইবদা চাউনা মতেং ওইগনি ।

# অনা লায়েংশং অমদি অকোয়বা

অদুঙৈ মতম অমদা কোলেরাগী লায়চৎ লাক্লগা থোং থোংনাউ চেৎনা লোনশিল্লগা খদাংচেৎ লাকশিন্দুনা ইমুংদগী মপান থোক্লরমদনা ঐগী ইমুংদদি, ইশাদদি হায়দুনা খাংনরম্বা মতমদুদগী অনা লায়েংনা হৌখিবা চহি কুম্থ্রামুকসিদা চাওখৎলকপগী চাং খংহেন হেন্সৎলকপগা লোয়নননা হকশেল লোয়শংগী মখাদা অনা লায়েংশং কয়া অমদি অনা লায়েংগী মহে তম্ফমশং কয়া লিংখৎনবকপদগী মতম অমদা থেংনবম্বা অনাবগী চৈনাখোল কয়া ঙসিগী চাউখৎলবা মতমসিদদি খাঙজরবসু অনাবগী অৱাবা মৈচাকশিং হৃছবে হায়দবা ঙম্লোই । অদুবু অনা লায়েংগী খুদোংচাবা লৈনা লৈনা খুদোংচাবশিং অদুনা পীফম থোকপা চপ চাবা মহৃয়শিংদি চাউখৎলকপগা লোয়ন লোয়নননা তামলক্লি । মসিগী মবম নৈনবকপা তাবগদি লৈবাক মীয়ামগীদমক্তনি হায়দুনা তলব চাওনা চাওনা পিদুনা থম্লিবা অনা লায়েংশঙগী হকশেল্লোইশিং হাযবগা পুমশুপ শুপশিন্দুনা মখোয়না মীয়ামদা পিরিবা মখোযগী থৌদাং নৈনদুনা য়েংলগা অযাম্বা শকক্তি লেপথোকপা য়াগনি, অদুগা লৈবাক মীয়ামগী থৌদাংসু কয়াম মথৌ তাবগে হায়বদু খংদোকপা য়াগনি ।

অনা লায়েংশংদা লায়েংবা লাকপা হায়বসিমক্তবু অৱাবা খোযবাংবা, পাখৎপা নুংনাংবা অমদি লাংতক্লবনচিংবা পুক্লিংগী ঈহুল ময়াম অমা লোয়নদুনা লাক্লিবনি । অনাবগী লায়ওং অমদি তাংকক খেন্নবগী মতুংইন্না নাবিবা মহাক অমদি ইমুংগী মীওইশিংগী অৱাবগী চাং খেন্নবখক্তনি । অদুবু অনাবা হায়বসিদি অনাবনি । মীওইবগী হকশেলগী পরম পথাপতগী হেক নাথৈবদা অরুবা, অবায়বা হায়বা অনাবা অমত্তা লৈতে । চৈনাখোলদি অমত্তনি । অসুম্না লায়েংশংদা লৈবিঙৈদা ডাক্তর, নর্স মান্দবা মশাগী শিনফমগী লেমজনিংঙাই ওইববা ইথিক্সকী ৱাংমদা অমদি মীওইবা খুন্নাইদা পিরিবা মহাক্কী থৌদাংগী ওন্ন তৈনবদা শৌ শৌ লাউবা, ইশৌ লাংবা, লান মতমগী সিফাই মানবা শিনফম ওন্নবা মীওই কয়া থেংনদবা নত্তে । মসিনা অহোইননা খংনবা শাউনবগী মতক অমা ওইহল্লি, করিগুম্বদা

নাইট দিউটি তাবা হকশেল্লোইশিং নুমিদাং তুম্বা লাকপগুম মশাগী মথৌ কাউথোক্লুনা লৈবা লায়েংশংগী ইউনিট অমদা অমমমদি শোয়দনা য়াওরে অদুবু অমরোমদা কথোকপদনা মথৌ ওইদুনা অহিং নুংথিল নুমিদাং খাক্তনা অনাবগীদমক কোইচেন চেঙবা হকশেল্লোইশিং থেংনরুরবদি মী মীগী ওইরমালে হেক হেক খন্দোকহল্লি। তৌবদবু হকশেল্লোইশিংগী ফাগী পুবা ফাগী হৈবা ঙাংথোক্তবা থম্মোয়গী লোন খংবা মীওইনা অনাবা ফগৎহনবগী চাং হেনগৎহল্লি হায়বসি মীৎনা কয়ারক উখ্রে। লায়েংলগা ফবা, লায়েংলবসু ফরোইদবা অনাবশিং পুক্নি চুপ্পা শাগোন্নরগদবা শিবা ঙাইবা লায়নানা নাবা অনাবশিং হায়না খায়দোকপসু চৎনৈ। ফগদবা অনাবদি লায়েংলগা ফগ্রগনি অদুবু ফরোইদবা অনাবশিং ফগৎলক্করোই খংনা খংনা অবোইবা মীৎকুপ ফাওবা পোত্থাজরসনু হায়দুনা অনা লায়েংশংদা তৌবা য়াবা তৌদুনা অয়ো চৈনা ফাওহন্দনা অরোইবা পুংফম ঙাইদুনা লৈবসু কোঙ্গাইনি। অসিগুম্বা অনাবশিংগী মীওইদি য়াম্না ইম্মোসন্নেল ওইবা য়াওই। অসুম্না হকশেল্লোইশিংগা অনাবগী মীওইগা নিঙাই শংদাইনবা কয়া য়াওদবা নত্তে। মরক অসিদা অনা লায়েংগী শিনফম ওইবা ইমুংগী অনাবা কয়াসু লায়েংশংদা লাক্লুনা লায়েংনবা য়াওরিবনি। অসুম্না শিনফম মশেলগী মরক্তা ইকাই খুম্নবা ঙম্নরক্তবদগী পেন্দবা পোক্করক্লুনা খৎনা চৈনবা থোকলক্তবসু নত্তে। অমরোমদদি ডাক্তর, নর্স ফুবগী থৌদোক তোইনা লমদমসিদা থোক্লিবসি অনাবগী মরাল ঙাক্তা ওইগনি থাজদে মরমদি ডাক্তর হায়বসি লাইগী ঙমথৎনি হায়নরিবনি। লেমপ্রবা শিনফমসি পায়রিবা মীওইবু ফুবা চৈবা থোরকপা হায়বসি নাকল অমত্তদা লাল্লোই অনিমক্কী অশোয়বা লৈফম থোকই। ডাক্তর ফুরক্লে হায়দুনা অনা লায়েংশঙ হেক্তা থিংবগী চৎনবীসু মরম চাদ্রবদি শৌগৎপগী মহুৎতা চৈরাক পিকম থোকই।

ঐখোয়গী লমসিদা থেংনরিবা মায়োক্করিবা চৎনবী অমা হায়বা তারবদি তলব চাওনা চাওনা চারিবা হকশেল্লোয়শিংনা তলবকী মথক্তা এন পি এলাওরেন্স ফংনা ফংনা যুমদা অমদি লন্নাই ক্লিনিকশিংদা অনাবশিংদগী ফি চাওনা চাওনা লৌদুনা লায়েংবগী চৎনবীসু অমনি, মসিদা লৈঙাক মপুশিংনা অমদি হকশেল লোয়শংগী মকোক মরু ওইবশিংনা মীৎয়েং চীংশিনবা উদে অমদি চৈরাক পীবগী

চংনবী অইবা লৈজরবসু থবক ওহ্লোকপা উদে। থবক তৌরিঙৈদা অনাবনা কৃক কৃক ইন্নরম্না ডাক্তর কয়া থবক্তগী পোখ্নারবা মতুংদা ময়ুমদা অনাবা লাকপীদবগী ইকায়বগী চৈনা খাংদবা নত্তে। থবক তৌরিঙে মনুংদা বেদ ফংনবা, অনাববু নুংশিনা লোইনবীনবা, ময়ুমদা য়েংবা চংপগী চংনবী কয়াশিং অমদি চবান থাদোক্লিবমখৈ ওপরেসন তৌবীদবনচিংবা কয়া ঐখোয় থেংনদবা নত্তে। হায়রিবা মখলগী প্রোফেসনেলশিং অসিনা অনাবশিংবু শেনফু ওইনা উবা, মরম চাদনা ইনভেসটিগেসন কয়া তৌহন্দুনা মেতরিএলিষ্টিক ব্রান্ডগী চপ চাবী কমিসন কলচরদা হেন্না পুক্লিং লুপ্না লৈত লায়বশিংবু অৱাবা পীবিবা শিনফমসিগী মীওইশিং কয়া য়াওদবা নত্তে। অনা লায়েংলিবা মখোয়শিংবু হান্না লায়েংথোক্লিংবা মতাং হেক হেক অনাবশিংগী অমদি মখোয়গী মীওইশিংদা তোয়না তোয়না ফাউবক্তুনা খংন চৈনবা হেক হেক থোবকপসু য়াওদবা নত্তে।

অনাবগী মীওইশিংসু তপথবা ইংথবা হৈহন্নিংই, খুদক্তা অপাম্বা অনিংবা ফংদে হায়দুনা হেক্তা ফুন চৈনবগী থৌদোকশিং অনা লায়েংশংদা থোকহন্নিংদে। অনা লায়েংশংদা লৈবিবা অনাবগী মীওইশিংগী ব্রাখল লৈবাক মচা য়াম্না তাহন্নিংই অমদি মীয়ামগী খলহন্নিংই। নাতোন খুম খুমদুনা অমোংপা হৈদোকপা, খুনিং কাং কাংদুনা লাকপা মদুদা থংনবা কাশিংদা লৈবিবা অনাবশিংগীসু খম্থবীদুনা অমোং অকাই মফম চানা তৌহন্নিংই, ক্কা কোদাং ওশিনবনচিংবা ফক্লাংদা করিদা খোরি খোবা খোংচিনবা তৌহন্নিংদে। অনা লায়েংশঙ লু-নান্না তক তক্না থম্বদা লৈরিবা অনাবশিং অমদি অনাবা শেন্নবিবা মীওইশিংগী চাউববা থৌদাং লৈ হায়বসি মীপুম খুদিং খংহন্নিংই। য়াম্না নুংঙাইজদবদি অৱাং নোংপোক লমদমগী অমদি লমদমসিগীসু লেমজনিংঙাই ওইরবা অমত্তা ঙাইববা রিমসতা থেংনরিবা অফবা ঈশিংগী অৱাবা অমদি সুলাব তৌরিবা কাংবুশিংনসু মীয়ামদা অফবা ঈশিংনি খলহনবা অমদি পীবা ঙমদবসিনি। অদুগা অতোপ্পা অমনা অসুক লেমজনিংঙাই ওইরবা অফবা হকশেল্লোয় কয়া পুথোক্লিবা মফমসিগী ব্রাদশিংদা ব্রাইশিংব্রাইরমগী থবক হান্নদগীদি য়াম্না ফগংলে হায়ববু লাক্লিবা মীওইশিংগী ব্রাখলদা অনা লায়েংশঙদা চংলগা লায়না অমা পুরগা হলগদবা মানবদু পুমকোক কোক্লি। মরী লৈনবশিংগী মীংয়েং চিংশিনজনিংই।

অতোপ্পা অমনা শেল অমদি পুক্নিংগী অৱাবা মায়োক্লরিঙেদা অনা লায়েংশঙ অমদি অকোইবদা পোৎ য়োল্লিবা কাংবুশিংনা মমল য়াম্না হেন্না হেন্না লৌদুনা লায়েংলিবশিংদা শেলগী অৱাবা মায়োক্লহল্লি। চানবা পোৎ চৈদা মমল হেনগৎপদা নত্তনা মীৎ নাকোং ওইরিবা পাউ চে ফাওবা মমল হেঙ্গৎনা য়োন্দুনা খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্লহল্লি। হায়রিবা মফমসিদা কঞ্জুমরগী ঈহৌ কনখৎহল্লিংই, অনা লায়েংশঙ ঐখোয়গীনি, লু নানবা মীয়ামগী থৌদাংনি, অফবা লায়েংশঙ ওইহনসি।

# শাগেগী মৈতাল অশিবশিং

*তাং ২৩-৮-২০০৩ ইং, থাংজ*

পীক্লবসু পিক্লা ঐখোয়গী লমদমসিদা পংনা থোক্তবা থৌদোক ৱাথোকশিং তত্তনা থোকই । হৌখিবা চয়োলদা তাবদা হঙ্গোইনিংঙাই অমদি নুংঙাইতনিংঙাই ওইরবা থৌদোক অমা থোকখি । মনিপুর গোভর্নমেন্টকী লেমজিংনিংঙাই ওইরবা খ্বাইদগী চাউবা অনা লায়েংশঙ জে এন হোস্পিতাল পোরোম্পাৎতা লায়েংশঙসিদা থবক তৌবা সরকাবগী ডাক্তর অনিথকনা ঈশিং মরীদা নুং লৈবগী ওপরেশন তৌগদবী মীতে পাঙল অমদগী লুপা ৩,৫০০ পীয়ু হায়বদা অনাবীদুনা ঙমজবা শেনফম খরা পীজগে হায়বদা য়াদবদগী হান্না পীবা লুপা ১০০০ হন্দোক্লগা ওপরেশন তৌনবা শেম শাদুনা দেক্সট্রোজ কাপ্লা হৌরবী অনাবী অদু ওপরেশন ঠিএটর মনুংদগী ইস্থোক্তুনা ওপরেশন তৌবিখিদবা অদুগা অতোপ্পা অমনা অচুম অরান চোয় চাং ওনফম ওইরিবা মীয়ামদা অচুম্বা ৱায়েল কাটি থারিবা গৌহাটি হায় কোর্ট ইম্ফাল বেঞ্চকী কোর্ট রুম নম্বর টুদা মফমদুবু শঙলিবা অদুগা লৈবাকসিবু অমদি মীয়ামবু ঙাক শেন্দুনা লৈবিবা এম. আর. সিফাই অনিনা চহী নৌজরিবী অরাপ্পদগী লাকচবী লমদমসিগী চনুরা অনিবু নমজা নমথেকনবিদুনা ইকাই খুম্নবা মাঙহন্নবা হোৎনবিঙেদা পাউমী কাঙবুনা কনখিবদুনি ।

লৈবাক মপুনা শেল চাওনা চাওনা পীদুনা থল্লিবা হকশেল্লোয়না লৱাবা খুদোংথিবা তাদুনা হেদো নাহে খাঙলিবা অনাবী অমবু মরল্লাই শেনফু ওইনা উদুনা মিনুংশি অমদি শিনফমগী ৱাহঙ্থোক অমসুং চৎন-পথাপ ঙাক্তনা লৈবাক্কী য়াম্না মরু ওইবা অমদি মীওইবা খুনাইগী অয়ো চৈনা কোকফম শেংলবা মফম অমবু মাংথোকপিবা অমদি মফমদুদা চৎনরিবা লোনচৎশিং অদু অমুক হন্না থোক্তনবা মকোক মরুওইনা পুবিরিবা মফমদুগী অফ-ফত্ত য়েংশিনবীরিবা সুপরিন্টেন্টকী অকুপ্পা মীৎয়েং চিংশিঞ্জনিংই ।

লৈবাকসিদা লৈরিবা অয়াম্বা হকশেল্লোয়শিং তলব চাওনা পিদুনা

অনাবশিংগী মতেং পাংনবা থল্লিবনি হায়বা কাউথোকচরগা মশানা মশাবু মীপোক মীহিং ঙম্বা অমা ওইনা লৌজে । ডাক্তরদি লাইগী ঙমথংনি হায়নরিবনি, মীয়াম্না ইকাই খুম্নরিবনি অমদি ডাক্তর উবদদা অনাবা মশা অমদি অনাবগী নক্লবা মীওইশিংনা অনাবগী চৈনাখোলদগী পোথাজবা ফংলগনি, ফরগনি হায়দুনা পুক্লিং ইংনরিবনি । অদুবু মীয়াম্না ইকাই খুম্নরিবদি শিনফমদুবুনি মী মশাদু নত্তে হায়বা খঙজবা ঙম্নরকতরে, কাওথোক্লগ্রে । শেলতবু মিহৌবা পুম্নমকসিবু কাওথোকপা মখোয়শিং অদু চপ চানা চৈরাক পিবা চুমই অমদি প্রোফেশনেল এসোসিয়েশনশিংনা মীৎয়েং চংবা মথৌ তাই । অমরোমদদি অতোপ্পা লায়েংশঙ অমদা করিগুম্বা ৱাথোক অমগী মদুসু অচুম অরানগী ৱাংমদা কেজুএলিটি থিংজিনখিবগী পাউ লৈখি । দোক্তরদি লান্দে ঐখোয়দি চুমগদবনি হায়বা ৱাখল্লোন থাদোকপা মতম ওইরে । হৌখিবা চহি খরসিদা লৈবাক্কী ওইনা শেল থুম ফত্তবদগী নন-প্রেক্টিসিং এলাওৱেন্স (এন পি এ) ককপগী ৱাফম্বুদি লৈখি অদুবু গভর্নমেন্টকী ডাক্তর ওইনা ওইনা গভর্নমেন্টকী লায়েংশঙ নত্তবদা লায়েংদুনা শেল তাল্লম্বদগী হেন্দোক্নুনা গভর্নমেন্ট হোস্পিতালদা শেল পিদ্রবদি ওপবেশন তৌদবা, বেদ পীদবনচিংবা অসি তারকপা কুইরকলে । হন্দকতমক মীমাং থোক্লকপগী ৱাতনি । অসিগুম্বা মরাল লৈরবা দোক্তরশিং অসি চুম্না সস্পেন্দথক তৌদুনা অচম্বা চৈরাক পীবগী মহুৎতা রেজিষ্ট্রেশন নম্বর কক্নুনা মপুন্সি চুপ্পা অনা লায়েংগী শিনফম থাদোকহনবা চুমগনি । অসিগুম্লবা এন পি এ গী চৎন পথাপ লৈনা লৈনা অয়াম্বা দোক্তরনা মশা মশাগী ময়ুমদা, লন্নাই ক্লিনিক্তা অমদি লন্নাই নর্সিং হোমশিংদা শেল তাল্লি, লায়েংশঙদা লাকচবা অমদি লায়েংজগদবা অনাবশিং ময়ুমদা নত্রগা প্রাইভেট নর্সিং হোমদা কৌদুনা অমদি লাক্লিংহন্দুনা অনাবশিংদা খুদোংচাদবা হেক্কৎহল্লি । অসিদসু নত্তনা হোস্পিতালদা মিং চন্দুনা লৈরবা অনাবশিংদা হোস্পিতাল অদুদা খুদোংচাবা লৈনা লৈনা লন্নাই দাইগ্নোষ্টিক সেন্টরদা লেবোরেটরি টেষ্টনচিংবা রিফর তৌদুনা কমিশন কলচরদা লুপচবা ডাক্তর লৈবাকসিদা মরাং কাইনা লৈ । করিগুম্বদা অনাবশিংদা নারিবদুগা মরী লৈনদবা দাইগ্নোষ্টিক অমদি লেবোরেটরি টেষ্টনচিংবা কয়া তৌদবসু নত্তে । অনাবদি দোক্টরনা তৌ হায়রবদি তৌনবা হোৎনবা তাবনি, তৌহৌদ্রগা ডাক্তরনা করি [illegible]থিনি, ফজনা

লায়েংবীরোইদ্রা হায়দুনা নুংঙাইতবা কয়া খাংলিবা অনাবশিং য়াওরিবনি । অসুম্না লায়েংশঙদা নিংথি নুংঙাইনা তৌবীদবদগী ডাক্তরদুনা লৈবা শেল পিরগা লায়েংবা য়াবা মকমশিংদা অমুক অমুত্তুং ওইরবসু চৎতুনা অথেমপোৎ কৎলিবনি । বেদ ফংনবা, ফজনা য়েংবীনবা, ডাক্তরশিংনা চানবীনবা, মখোয়গী অপামবা য়াকা য়েংদুনা অনাবনা মরু লুক্না খাংলিবা লমদমনি ।

ডাক্তরশিংনা অমদি হকশেলগা মরী লৈনবা মীওইশিংনা অনাববু লোয়নরিবা মওং অসি য়েংলুরগা ঙসি ঙরাংগী ৱাফম নত্তে লীশাং শিংনা চৎনরক্লবা লু-তোংদা পকপ্পবা চৎনবী ওইনা লৈপ্পবনি ঙসি ঙরাংদা মথি ফোংলকপনি খলহল্লি । মতম খরগী মমাংদা লায়েংশঙসিমক্তদা ওপরেশন তৌবদা লৈখিদ্রবা অদুম্মক ডাক্তরশিং অসিগী শেঞ্জা থুমজা তৌবদু মমীৎতা অসুম উরকপদগী মখা থাবা মতুং ইনবশিংনা থওইদবগী ৱাফমলা চিংনবা পোকহল্লি ।

লৈবাকসিগী লায়েংশঙশিংদা তোয়না থেংনবা অমদি থেংনবা নুংঙাইতবা থৌদোকশিংগী মনুংদা ডাক্তরশিং অমদি হকশেলোইশিংনা অনাবগী ৱা তাবিদবা, করিগুম্বদা হংজরবসু তাথি তাথি তৌবিবা, অনাবশিংবু সেবা তৌরিবা নর্সশিংগী চাওথোকচবা অমদি ইশৌ লাংবগী মতৌ, ফার্মাসি ফম্বা মীওইশিংগা মান্নদুনা দাইগ্নোস ফজনা তৌদনা লাম্বা ফংবা হীদাক ইশিন্দুনা অনাবশিংবু ৱাহনবগী চৎনবী অসিনি । ডাক্তরশিংদি লায়না করম্না লায়েংগদগে তম্লকপনি মী করম্না লোয়নগনি হায়না তম্লক্তবনা ওইবা য়াই অদুবু থোক্লিবা থৌদোক পুম্ন মকশিং অসি মেদিকেল ইথিক্স অমদি এটিকেটকী ৱাংমদনি ।

মনিপুরদা লৈরিবা ডাক্তরশিংদা খুন্নাইসিনা থম্লিবা থাজবশিং অসি তপ্না তপ্না মাংশিল্লকপা হৌরক্লবনি । তঙাই ফদবা উপায় লৈতবগী অদুক খাঙনবা হায়বদুগী থাক্তা য়ৌশিল্লক্লবনি । থাজবা লৈতবা মফমদা অনাবা ফগৎপা হায়বদু ওইথোক্লোই । মশাগী মথৌতবু লাইনিং ওইজবা, শিনফমসিবু পুকচেল শেংনা, মীয়ামগী থৌগল তৌজরিবা হকশেল্লোইশিংগীদমক্তদি য়াম্না লাইবক থিবা থৌদোক্লি । অনাবগা অফবা মরি থম্নদুনা লেমজনিংঙাই ওইরবা শিনফমশিবু অচুম্বা লায়েংতমক চত্থবিদুনা অমুক্তা হেন্না মশক থোকহনবীদুনা মথৌ মশক খংবা মীনুংশি চাওবা নোল্লুকপনা মীয়ামগী ইকাই খুম্নবা, থাজবীবগী লমন শিংবা

মতম ওইদ্রিবরা ?

হিপোক্রেটিক ওঠ, জেনেভা দিক্লারেসন অমদি ইন্টরনেসনেল কোদ ওফ ইঠিক্স হঞ্জিন হঞ্জিন্না নৈনবা মতম ওইরক্লে। মসিগী মথক্তা অচোপ অরেম খংদনা শেলতবু মীকাবা অমদি পামদবা থৌদোকশিং অসুম থোক্লরুবদি হকশেল্লোই ওইবদা মতীক চাদ্রবসিং অদু মীয়াম হুপ্পা হকশেল লোয়শঙগী হকশেল্লোয়শিং হান্না লায়েংথোকসি হায়না লায়েংথোক্লবা থৌরাং লৌখৎলক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে।

# ডি এডিক্সন সেন্টরশিংদা মীৎয়েং অমা

অবাং নোংপোক কাচিন্দা লৈরিবা ভারতকী অরোইবা ওমখৈ ওইরিবা ঐখোয়গী ইরমদম মনিপুরদা ময়াই কাবা নিশাগী (ড্রগকী) অচৌবা অবাবা পোৎলুম অমা মায়োক্লরি । ঐখোয়গী লৈবাক্কী অরোইবা ওমখৈ মোরে ফাওদুনা মনিপুরগী কাচিন কোয়া শিনবা থুংনা হায়রিবা ময়াই কারবা নিশা অসি মরাং কায়না ফংলি অমদি মমল য়াম্লবা লৈবাকসিগী তুংগী যুম্বীরেল কয়া নিশাগী ইপাক্তা তাউদুনা ইমুং কয়াগী মমা মপা, মচিল মনাও, মচে মচলশিং খুদাং পীফম তৈনরি, নিশা শিজিন্নরুবা ইমুংদুতা নত্তনা য়ুমলোন কৈরোন্নবা কৈরোল লৈকাই হুপ্না মিপাইবা পোকহন্দুনা খুন্নাই অসিদা অচৌবা চৈথেং অমা পিরি । নিশা শিজিন্নরিবা মীওইশিং অয়াম্বনা চহি ১৫ দগী ৩৮ গী মনুংদা লৈবা লমদমসিগী য়াম্না মতিং লৈবা চহি কাংলুপকী মনুংদনি । হৌজিক মনিপুরদা মরু ওইনা শিজিন্নরিবা ময়াই কাবা নিশা খবগী মমিং পনবা তারবদি হেরোইন, প্রোপোক্সিফিন, অলকোহল (য়ু), গঞ্জা, সেদেটিভস, ত্রানকুইলাইজর, কপ সিরপ, ইনহেলেন্ট, গুদনাইট অমদি মুক মুথৎনবা ইরেজর ইঙ্কনচিংবনি । হায়রিবা ময়াই কাবা নিশাশিং অসি তোঙান তোঙানবা মওং কয়াদগী ফংলবসু হিদাক য়োনফম দুকানশিংসু কদায়দগী ফংলকপগে হংনরকপদা মফম অমা কল্লি । মচা কায়নরবা মমা মপাশিং, মবুং মৌপ্বা কায়নরবা মচে মচলশিং, নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবী চনুশিং, মশু কায়নরবা মপু মবেনশিং, ময়া মমৌ কায়নরবা মনেশিং, লাইবক থিরবা নিশাশিবু হৈনরুবা নুপা নুপীশিং অমত্তা ওইনা ব্রাহং অমখক হংলি - করিগী থেংনরুই , করিগী হৈনরুই ? নিঙমদনা হংনরি, ব্রানা খাংনরি । লাইচুরিবা পোৎশক (নিশা) অদুদি থোইনা মরু ওইদে শেমদোকপা মথৌ তারিবদি মী মশা অদুনি হায়জরবসু সেক্যুরিটি ওঙ্খোক্লা তাইড ওইখ্রবা চেকশিনখ্রবা ওমখৈ লমদমসিদা করম্না হোৎচিল্লকুনা লৈবাক অসিদা অসুক মরাং কায়না ফংলিবনো ঐখোয় খন্নদুনা থিমিন্নদুনা হিরমসিদা চেন্নবা মীওইশিং মরালগী দন্দি লৈবাক মীয়াম হুপ্না মতিক চানা পিফম থোকই, মীচঙ

শঙ্গ নাইদনা অচৌ পিশক খাইদনা ফংফম থোকপা চৈরাক পীফম থোকই ।

১৯৮২/১৯৮৩ অদুব্বাইদা হায়রিবা নিশা মখল অসি য়াম্না লেম্না অফবা অমগুম লৌনরম্মী । য়ু থকপগা নুংশিনগদবগী শরুকপুদি ফোর চাবগা / কাপ্লগা নুংশিন্নৌ হায়নরম্মী । য়ু থকপদি চমোৎনৈ মনম নমথি অদুবু ফোর কাপ্পদি/ চাবদি মশা নাল্লি, থকসি খাসি খংই হায়নরম্মী । অদুবু কুইদে অঙাং অমা মনাগী সনা থৎতুনা হাৎখিবগী হাকতক্তগী ফোর চাবশিংগী মথক্তা খুন্নাই অসিগী মীওইনা তমথিবা মীৎয়েং অমা য়েংবা হৌরক্লে, মীৎয়েং অদু হেন্না তমথিরক্লি, ঐচ আই ভি এইদস অমদি হেপাটাইটিস বি, সি নচিংবা লায়নাশিং অসিনসু হেন্না হেন্না তমথিবগী অচৌবা মচাক অমা ওইহল্লি । তশেংনমক্তি তমথিবগী মীৎয়েং অসিমক্তি য়াম্না হেন্দোক্লা লানমনবনি । উপায় লৈজদ্রবা অশোনবা অমনা কুপশিনবীখ্রবা মখোয়বু মীচম খুনাই ঐখোইনা তাথি তাওইনা তৌবগী মহুত্তা এডিক্সন হায়বা তপ্পা-তপ্পা খুমাং চাওশিল্লকপা অনাবা মখল অমনা নারবনি হায়না লৌবীদুনা মখোয়গী অশোনবা খংবিদুনা ঐখোয়না মখোয়গী মতেং পাংবীবা য়াবা করি লৈবগে হোৎনবীবনা ঐখোয়গী অচুম্বা খোংথাং ওইগনি । ঙসি লাইবক থিরবা এদিক্সন হায়বা অনাবা অসিনা নারবা মীওই খুদিংমক অফবা অচুম্বা লম্বীদা পুশিনবীবা, লমজিংবীবা ঙম্লবদি লৈবাক অসিগী য়াম্না কান্নরবা মরু চংবা মীওই ঙাক্তা ওইরগনি । অশোনবশিনা তপ্পা তপ্পা চিংশিনবীখিবনা ডাক্তর ইঞ্জিনিয়ার ওজা অমদি শক্লাইরবা কয়া কয়া তমথিরবা অনাবশিংগী খুবামনুংদা তাদুনা লৈরি । চহি কাংলুপ, নুপা/নুপী, অঙাং শিনফম খায়দনা লাই খুৎশাংবিগুম মখুৎ তিংথোক তিংথোক্তুনা চিংশিনলি ।

এদিক্সন হায়বসি তমথিরবা লায়না মখল অমনি হায়দুনা য়ানবা কুইদ্রি। মসিগী মমাংদদি তোঙান তোঙানবা শিনফমগী লাইনিং লিচৎকী লুচিংবা শক্লাইরবা কয়ানা মাগী মাগী অনিংবা অপাম্বা তাথি ব্বাহে কয়া অমা হায়নরম্মী অলকোহলিক এনোনিমসকী (এএ) ছাটিন মখাদা চপ মান্নবা অব্বাবা এডিক্সন হায়রিবা পোৎলুম অসি পুমিন্নরিবা মীওই খুদিংগী নার্কোটিক্স এনোনিমস (এন এ) হায়রিবা কাংলুপসি লৈরকপদগীদি এন এ প্রোগ্রাম ইল্লিবা মীওই খুদিংনা সিক্সরিটি হায়বসি য়াম্না মথৌ তারি অমদি অইবা ওইনা লৈবগী মহুত্তা থবক ওইনা ওক্লোকপা হায়বসিনা

মখোয়গী পান্দম ওইরি অমসুং এন এ প্রোগ্রাম অসিনা অমত্তা ঙাইরবা বিকোভরিগী লম্বীনি হায়দুনা লুনা চানা ইঙ্গরি ।

মনিপুরদা হৌজিক হৌজিক মায়কৈ কয়াদগী শেন্দুং ফংদুনা অসিগুম্বা লাইবক থিরবা এদিক্সন হায়বা লায়না অসিগী লায়েংফম লনাই এন জি ও খক্তনা চলাইবা ২০ গী মথক্তা লৈরে অমদি মসিগী মহৈ ওইনা নিশা চাবগী চাং অসি চাদা ২৫ % গী মথক্তা হন্থরে হায়বা য়াই । অদুবু হায়বিবা লায়েংফমশিং অসিদা অৱাবা কয়া মায়োক্লদে হায়বদি য়ারোই । খুদোংচাদবশিং অদু খরদং পুথোক্তুনা নৈনজরি - ডি এক্সিক্সন সেন্টর হায়বসি সেন্দুং খরা পিবক্লে হায়দুনা হেক্তমক তরাই তরাইনা লিংখৎপা চুম্লোই মরমদি হাইরিবা সেন্টরশিং অসি নিশা শিজিন্নরিবা মীওইশিংগীদমক্তি পুক্লিং হুকচাং ৱাখল পুন্না শেংদোকফম য়াম্না শেংলবা লাইশংনি। অমোৎপা লৈখোম লৈনাং তৈরুবা পুক্লিং হুকচাং ৱাখলবু কুমগী অকনবা নোংয়ৈ য়ৈদুনা চামথোক্লফম ইরু লুজনফমনি । অসিগুম্বা শেংলবা লাইশং অসিদা ফিদম য়াওদ্রবদি লাইশংদুদা চংলুবা মীওই খুদিং অমোৎপা কোকপগী মহুৎতা হেন্না হেন্না মোৎশিনহনফম মফম অমা হায়বদু ওইগনি মসিনা অফবা তৌবদি লাযবদনা ফত্তবা হেনগৎনবা মচাক অমা ওইহনগনি । খুদম অমত্তং পীজবা তাববদা লায়েংফম সেন্টর হায়বসিমক্তবু মীওই খুদিংগীনি অমদি লম খুদিংগী মীওইশিংনা লাকচবা য়েংজরবা য়াই । হায়বিবা লায়েংফম সেন্টর অসিনা অফবা ৱাখল্লোন কয়া, লৈরিবা অনাবশিংদা পীবা ঙমদ্রবদি সেন্টর অদুদগী থোকপ্রগা মায়কৈ খুদিংগী মীওই খংনরক্তুনা হান্না খংলমদবা লম লমগী নিশা য়োনফম খংলক্তুনা অমদি লাইনা ফংলক্তুনা নিশা চাবা হেনগৎনবা মচাক অমা ওইহল্লি অমদি এদিক্সন নত্তবা অতোপ্পা লৌনগনবা লায়নাশিং লৌনরকপা য়াবগী চাংসু য়াম্না ৱাংহল্লি ।

অদুগুম্বা সেন্টর অদুদা লৈরিবা ষ্টাফমশিং অদু মীশক য়াম্না খনবা মথৌ তারি । মীওই অমনা হেক্তা তৌবা য়ারোইদবা থবক অমা ওইরকই মহাক মশাবু মায়গৈ খুদিংমক্তা য়েংবা তারকই । ষ্টাফশিং অদুগী মমি অদু লৈরিবা অনাবশিং অদুনা অফববু ওইরে ফত্তববু ওইরে মতৌ য়াম্না তমগল্লি । অসুম্না ষ্টাফশিং অদু মতম চুপ্পদা মখোয়দগী করম্বা অফবা মতৌ তমহনসিগে হায়দুনা খনবগা লোয়ননা থবক ওইনা পাংথোকপা ঙম্বা অমদি ফখোকপগী থৌনা লৈবা মীওই ঙাক্তনা

পুনশিনবা মফম অমা ওইহনবগী তঙাই ফদবা লৈ । অসুম্না মীশক য়াম্না খনবা মীতিক মীরৌ খংবা, অয়ুক নুংথিল নুমিদাং চুপ্পা অনাবশিংগী য়াইফনবগীদমক অমদি অনাবশিংগী খুদোং চাদবা নুংঙাইতবা, অহোয়ননা মরৈ মরা থাঙনবা অনাবশিংনা শেমজবা কোক শানিংঙাই ওইবা থবক থৌরম কয়া শংদাইননবা লোইশিন্নবা হোৎনবদা মতম চুপ্পদা পাঙ্গল লৌশিং শিজিন্নদুনা লৈবনা মরম ওইদুনা সেন্টরদা লৈরিবা ষ্টাফশিং য়াম্না ৱাজে হায়বা তাই, ৱাজরিবশিগা য়েংনরুবদা ষ্টাফশিংগী তুংগী লম্বীদা করিসু শিংথনিংঙাই চাওখৎনিংঙাই ওইদবা অমদি মতম খরগী খুৎনেক্কী থবক ওইবা, লোয়ননা ফংলিবা অৱামন অসিগা চান্নদবা মরমনা ষ্টাফশিং কুইনা লৈগন্দে, লৈরিবা খরদুসু উপাই লৈতবগী তঙাই ফদবগী লৈবা ওইনা তৌই । করিগুম্বা সেন্টর খরদি সেম্বুং পিথরক্লিবা লোইশং নত্রগা লুপ্তুগী চপ চাবা চংন পথাপশিং ইন্দবা ষ্টাফ মশিং শুনা থম্বীদবা অমদি চাদা ১০ % পুথোক্লগা পিবিগদবা ওর্গেনাইজেসনেল সিয়ার পিবিদবগী পাউ ফংই । অসিদসু নত্তনা অনাবশিংগী মরক্তা ঐচ. আই.ভি./এইদস, হেপাটাইটিস বি, সি, টি.বি.নচিংবা পোজিটিভ ওইবা অনাবশিং য়াওদবা নত্তে । অসিগুম্বা খুদোংথিনিংঙাই ওইবা পুন্সিবু শিংনরকপা কিহন্নিংঙাই ওইবা থৌওংশিং কয়াগা ফংলিবা অৱামনগা চাংদম্নদুনা য়েংবদা হৌজিক হৌজিক হিংবথক্কী নত্তনা তুংগী য়াইফ থৌরাং লম্বী উদবা অমদি ফংনিংঙাই ওইদবনা ষ্টাফশিংনা সেন্টর থাদোক্নুনা চৎনখিবগী মরম ওই ।

এন.জি.ও. শিংনা করিগুম্বা স্কিম অমদা শেল ফজনা থাদবা ঙমদবগী য়াম্না মরু ওইবা মরমদি করিগুম্বা গ্রান্ট খরা ফংজনবা হোৎনবদা মরি লৈনবশিংদা অমদি অতোপ্পদা থাদোক্লিবা চাবানশিং অসিসু খরা খিৎ হেমেন্না চাবান চাবশিং অদুনা চাখিবননি হায়নিংই । মসিদি মফম খুদিংদা থেংনরবা ওপন সেক্রেটনি । ষ্টেট রিকমেন্দেসন হেক মথৌ তাবা প্রোজেক্ট নত্রগা স্কিমশিংদা চাবান চাবশিং অদুগী মনিং থুংনবা হেক থাদোকহৌদবদা থবক পম্বদুনা লৈবা হৌনশা ওইনা লৈখ্রে । লৈবাক্কী থবক তৌজগে হায়দুনা মীয়ামগী য়াইফনবা থোরক্লিবা মীওইশিংগীদমক্তি চাবান চাবীবগী মহুৎতা হেন্না হেন্না পুক্নিং থৌগৎপিফম থোকপনি । হায়রিবা খুদিংমকসি সেন্টর লিংলিবা ওর্গেনাইজেসনশিংদা মায়োক্ন

রম্লোই হায়নিংঙাই লৈতে । ইকুই কুইদ্রিঙৈগী মমাংদা লোইশং অমগী মকোক থোংবা মীওই অমখক্কা এন.জি.ও.শিংদা মাগী মরম্নাইগী ওইবা অচিনবা খরা লৈরে হায়দুনা ডোনেসন লাকলম্মী হায়নখি। হায়রিবা ব্লাফম অসি কয়াম য়াম্না চুমবনো এন.জি.ও. গী থৌবুরেলশিংনা মথা থাবা ষ্টাফশিংদা শেলগী অকিবা লৈহন্দুনা হায়জিল্লিবরা হায়বনচিংবা নাকল অনিমক্তা চপখৎতুনা মরি লৈনবশিংনা থিদোকপদা পংব্না ব্লাবা ওইরোই অমদি অচুম্বদু লাইনা থোরক্কনি । লৈঙাক চুপ্পি পায়রিবশিংনা চুমহনগে হায়রবদি মীৎকুপ ফানা চংলোই । মীরম মচাদা শাউবগী মহৎতা ঐথোয়গী ঈরমদমগী মীওইশিং অমুক্তা চুমহন্নিংই ঐদি, ঈরমনা চুম্লবদি মীরমনা লাল্লকপা ওম্লোইয়ে । পুম্নমক ওইদুনসু এন.জি.ও. না চল্লাইরিবা ডি-এডিক্সন সেন্টরশিং অফবদি তৌরি নোংমা নিশা য়াওহন্দনা হিংবা হায়বসে কয়াদা মমল য়াম্লবা থবকনো ! মরি লৈনবশিংনা খজিক্তং য়েংশিনবীরবা অমদি মতেং পাংবিরবদি লৈবাকসিমক্কীদি অফবা অমদি মহৈ চাবা থবক হায়বদো ওইরগনি ।



যুবোপিযান কম্মিসনগী বিপ্রজেন্টেটিভ মহবুদাদা অমদি এইদস প্রিভেন্সন
এন্দ কন্ট্রোল ভোলুন্টিযাবশিংগা লোযননা চুবাচান্দপুব ডিষ্ট্রিক্টকী সাইতোন্দা অইবা



ট্রেনিং সেসন অমগী হাংদোকপা থৌবমদা ডা  খোমদোন লিশমগা অইবগা ইন্টবেক্ট তৌনবা,
ডা. মঞ্জুল খানা, ইউ এন ও.দি.সি. প্রোজেক্ট ঈ - ৪১ অমদি সি.এইচ. অনন্দ,
পি.দি. ক্রিপা ফাউন্দেসন, ইম্ফাল উবি

# সঙ্গমগী ঈশিং - ১

.. লম চৎকনি হায়বগী থোইদোকপা খোয়রাংবা লৈতে । ইচাতোম্বী পমদুনা লৈথোক্লুই । ইরু লুজরিঙৈদা লাকপা টেলিফোন্না অমুক্তা হেন্না ইশাসে তপথহল্লি, করিবু হায়নিংলিবা ? অয়ুক্কী পুং ৮.৩০ তারে এম এন ০১/০৮৮৫ বিরলানা ময়াম্বু ঙাইদুনা লৈরল্লে । ঐখোয় পুন্না মী ২৪ নি আর্টিষ্ট ২০ অমগা অতোপ্পা আর্ট অমদি ঠিএটরবু নুংশিজবা মীওই মরি অমগা হৌনবী মতুংইন্না লাই খুরুম্বা, ওজা খুরুম্বনচিংবা তৌরম্লগা ঐখোয় ঐখোয়গী লগ্লেজ অমদি ঠিএটরগী তঙায়ফদবশিং হাপচিনবা অমদি মার্কিং তৌবা লোইরম্লগা খোয়রি নাউফম তাফম ইরৈকাই থাদোক্লম্লে । মার্চগী তাং ৫ দগী হৌখিবা এলাহাবাদ নাট্যা সঙ্গনা শীনবা ৩৫ শুবা ওল ইন্দিয়া মলটিলিঙ্গুএল শোর্ট প্লে এন্দ ফোক্ষ দান্স কম্পিটিসন এন্দ ঠিএটর সেমিনার -২০০২ এলাহাবাদকীদমক । অরাং এ ও সি দা পুং ১০.৩০ ফাওবা লৈরম্লগা থৌরকপনা সেকমাইদা গাড়ীগী মীওই অমদি পস্তুং অমমমগী খোঙশাল্লিবা মীওই খরগা চাক এঞ্জাং চারি । সেকমাইদা উবা থোইদোকপা শক্তম অমা হায়রগদি লাক্লিবা অয়াম্বা মীওইশিং সেকমাই নিংঙোল 'তঙৌবী' মগুণনা মালেম শিল্লীবী মহাকপু নুংশি নুংশিনা মোমোন মোমোন নোক্তুনা খোঙলোয় ওইথ্রুসি হায়নদুনা পুথোক্লরকপদুনি । ঐখোয়গী কাওবুগীসু পুনরক্তি । পুং ১১ তাহৌরে সেকমাই থাদোক্লম্বদু ।

চৎলিবা ওফিশলশিং থোইদোক হেন্দোক্লা হকচিনবা উদে অদুগা ইকোম কোমথোকপসু মান্দে অদুবু চৎলিবা মীয়ামগা পাও ফাওনবা ব্রাৎপা মানবা মওং হেক হেক উই । আর্টিষ্ট অয়াম্বা চহি নৌরিবা ঙাক্তনি । ইনথৎলকপগী হৌনবী উনা অমা কেনবগীসু নোকপা খেবা ঈরাংদা লাঙজবা, ইঙাওদা ঙাওজবা অমদি লম তোইনা থোক্তবগী মথোঙ হুকপা ব্রাৎপা অমদি ইরোইতা লোইনরি । মীয়াম পুনবগী হৌনবী মীনা তৌবদা ফৈ হায়বা ঙমদবা অদুগা মশানসু চোংথোক্তুনা শিন্নিংদবা মীওই অমা অনিসু অদুমক য়াওদবা নত্তে । লেপ্তুনা থৌরকপনা মাও

হন্দোক্লন্নে । ঐখোয়গী ওমখৈ লৈহৌরে । অমুক্তং খুরুম্লই পোক্লফম লমদম নুংশিবীবু । মাগী লৈশাদা চাউজরকপা, ঐখোয়গী লৈয়েং, মীৎয়েং নায়েং, খোঙ খূৎ অমদি হকচাংগী শাথেক কয়াৎ খুদিংমক্তা তোংবীদুনা ইমাগী লৈহাওগী মহাও মশক থোক্লা উৎচবা , তংহনবা ঙম্বা পীনবীয়ু, শামান লেংমান্নবা থেংনবদা পাঙ্গল থৌনা লৌশিং হাপ্পীয়ু নিজরুই ।

মতমনা পুরকপনি হায়সিরা মতম অমদা মপাল ফরপ্পী ওমখৈ লমদম নুংঙনবী মাও মণিপুরগী লঙফৈ চৎপশিংনা অমদি লমকোয় গাড়ীশিংনা খুরক হাঙদনা থারম্বা মফম ঙসিদি কনাসু লেপ্পমদরে, ইচীক চীক্লা লৈহৌরে । খোঙলোয় ওইমিন্নরিবী হন্দক্তা নৌনা মপাল থোকচরকপি ইচলদুনা থেক খোইবা চীং লম্বীগী অৱাবা খাংদুনা অসাম য়ৌগদবা কয়াম ৱাৎলি হংলি । ওমখৈদা চেল্লিবা লোকতু থিন্দুনা মফমসিদগী নাগালেন্দ হৌবদা ঙাইরি তাক্লুই । হৌখিবা চহিগী জুনদা থোকখিবা সীজ ফায়র ৱাথোক্কী ৱারী শান্নখি মখোয় মশেল, পুক্লুংদদি ফাওরি, করিসু খেন্নদবা ঈশিং নুংশিংনা হুন্নিবা চীংশাং নাপোমশিংগী উপাল ৱাপাল, নাপী শিংবী অমদি পাক চাওনা থাহৌরিবা চীংমায়গী আলু পাম্বীশিং মাওগী আলুদগী খেন্নরমগদ্রা ?

চপ চপ য়ুংনা হাইথপ্লিবা লুরবা লোক্লুং, লোকয়া নপ্পা হৈখা কাঙলুপকী মানবা উপালশিংগী ঙৌরোক ঙৌনা লৈজবী থাদুনা কেনা চীংমাই থুংনা শাৎহৌবী মপালশিং, শজিবু ঙাইঙমদনা শাৎহৌরবী চীংমাই থুংনা ঙালহৌবী চীংপ্লাও অঙৌবা মপালশিংগী মগুন হাপ্তুনা মরক মরক্তা শাৎলিবী তেরা অমদি কুরাও মপালগী অঙাংবা লৈরাংশিং উরগা নিংশিংলকই মদোম তরক লেপহৌরবী মাগী ৱা - "সমাজগী অঙাওবী ওইরবসু নহাক্কী ওইনদি নমি ওইরবনি কাউবীগনু । নুংঙাইনা চৎপিখো অৱাবা য়াওদনা হনবীরকউ । নেশনল আর্টিষ্ট ওইনবা হোৎনবদা ঐগুম্না অঙাওবী থেংনদনবা হোৎনবীয়ু ।"

অচৌ অচৌবা নুংজাওশিংনা চরী তৎলবা লোক্লুংদা লৈহৌরি চক কয়াগী ৱারী লীদুনা, লৈথোকপগা লৈশিনবগা মীৎকুপ নাহুম শিঙ্লা চেল্লিবা গাড়ী, ঈচল লৈশাশিংনা হৌন হৌনদুনা হন্দোরকপ্পা উরগা দিমাপুর নকশিল্লক্লে খঙহল্লুই । ইকান কান্নদে দিমাপুর ওভর ব্রিদজ লাম্থোরক্লে, নুংখিলগী পুং ৫.৩০ তারম্লে ।

(২)

চেক পোষ্টতা এন্ট্রি তৌরস্লখক নত্তনা লেপ্তুনা গাড়ী তোংদুনা লাক্লে। ঐখোয়না লাইবিক তন্নিঙে মতমদদি দিমাপুরদা চঙদুনা পোখানরম্মী। কনাগুম্বনা চা-থকপসু তৌনরম্মী। মতমদুগী মীতৈ হোটেলশিংগী ইরোনুদা, উংতি মহাও ঙসিসু কাউঙমদ্রি। চীং লম্বী অমদি য়ুমদা হল্লকপগী লমশাং লাকপগী অরাবা খংহৌদনা কাউখিবনি মীতৈ এঙ্গাং মথেলশিংদুদা। ঙাইহাক উরোল উরোল তুমথরুরগা মীৎকপ থোক্লকপদা জখলাবাদা য়ৌরম্লে। মমাঙঙৈদা চৎখিবা কনানা হংঙি নোংয়াই মতুং পুং ১২.৩০ তাববৰা। অদুবু পুং ৯.৩০ তমক তারম্লি। মমলগা মহাওগা চান্নদবা চাক এঙ্গাং চাথোক্লগা গৌহাটি মায়কৈ পাংলক্লে। নোংযাই মতুং পুং ১.৪৫ চৎপদনি ঐখোয়না গৌহাটি রেলৱে ষ্টেশন্দা থুংবদু। মমাঙঙৈগা হৌজিক্কা কয়াদা খেন্নববা। নোংঙাল্লমদাই থুংলম্বা গৌহাটি অহিং নোংয়াইদা থুংবদুদদি মতম মাংহল্লগুমসি হায়দুনা রির্জাভেসন কনর্ফাম ওইদবা টিকেটশিংদু পুশিন্দুনা তোঙান তোঙানবা মরী লৈনবা মীওইশিংগা তান্নরুই। লাইবক ফবা হাযবদুনি বির্জাভেসন চার্টতা থেংপা য়াওদ্রবসু মখোয়না পায়বা টিকেট লিষ্টতুদা য়াওরমলে। আব এ সি ঙাক্তা ঙাইবম্লে। টিকেট কোম্ল কোম্লগা গোদ্রাগী সববমটি এক্সপ্রেসকী ভোগী অনী মৈ থাখিবা খুদোংথিনিঙাই ওইবা কয়া ৱাখলনা লামশিল্লুই। পুম্নমক ওইদুনসু নিংশা খজিক্তং হোন্দোক্লে - নুংঙাইনা চৎলনি। মাংদা থবক অমদি তাদুনা লৈরি মদুদি মীওই মরি হেল্লকপদুগী টিকেট লৌদ্রি, টিকেট ফংগনি অদুবু কনসেসন ফংলোই। শেল য়াম্না তিংবা তাই। অচৌ অচৌবা কাংগী তেঙ্গোলনা ঐখোয়বু অমুক্কা হেন্না লৈতাহন্দে। নোং ঙানবা ঙাইরি, মানা তুবীবা, মানা নুংশিনা থোনবীবা ফুরিৎ খোঙ্গ্রাওনা য়োমলিবা হকচাংদু তহা তহা চুরিবা অকনবা নোংয়ৈ য়েংলগা নোংঙাল্লমদাইগী অহিংবা নুংশিং মবক্তা হেন্না হেন্না নুংশিরকই মহাকপু।

ইনথৎলক্লিবা অমদি চৎলিবা খোঙচৎসি করিনো ময়েক শেংদবা অঙাংশিং রেলৱে ষ্টেসন্দা তোঙান তোঙানবা মী, লংফৈ চৎপা অমদি লমকোয়বা ময়ামগী মরক্তা উবগা করিগী খোঙবু ওইবকপনো হন্দক্কী ঐগী খোঙচৎসি, কবিগী য়াওকবনো হেক হেক খলহল্লি। নুংঙাইতবা ফাওই, অদুবু ঠিএটরনা

ঐচ আই ভি / ড্রগ করম্না মায়োক্লগদগে হায়দুনা লম্বী থিরিবা ঐনা খাংবা তাখি । খন্না খন্না চিন য়া শেংবা লোইশিল্লে । চহিসু নৌজরিবা অদুগা ময়ামগীসু লক্লফম ওইদুনা লম্বীগী অৱাবা কাওনরিবা লভবোয়না নোক্লা নোক্লা হায়রে, "তাত্তা ঈশিং থাধরুববু থোক্লকপদা পৈশা থৌরকই । মখোয়গীসি মওং অমনি ।" ঙক্লুই ঙাইহাক্তি, মানা হায়রিবদু খঙলক্তুনা টোইশ্লেট চঙবদা পৈশা লৌবনি অচোইবা খরা হাপচিন্নবা হাইরুই । ইম্ফালগী সুলাবকা চাংদম্লরুই ।

প্লেটফোর্ম নম্বর ৱানদা নোঠ ইষ্ট এক্সপ্রেসনা লেপ্লবা ঙাইরি । পুম্খাইমুক থেঙবদুদা ষ্টেশনগী তোঙান তোঙানবা হৈনদবা মনম, হঙ্গোইনিঙাই ওইরবা মশকশিংদা নুপীমচাশিং মচীন মনাতোন খুম খুমদুনা খাঙনবি । গদ্রগ গদ্রক লাউবা গাড়ীগী মখোল তারক্লে অমদি ময়াম কোযচেন চেন্নবদুদা নিনখৎনরক্লে । ঐখোয়গী কোচ অহুম্নি । পুমচাই চাইদুনা কাখৎনরক্লে । অচৌবা হায়বা ইনবা অপংবা তীল অমগুম মবুক চোন্না চাশিল্লগা নোমহৌ নোমহৌ তৌদুনা নোর্ঠ ইষ্ট এক্সপ্রেস চেনবা হৌগৎলক্লে । ত্রেনগী চীঞ্জাক, অনৌ অনৌবা মীওই খরা শকখঙ মায়খংনবা, খরা কাখৎলকপা, খরা কুমহৌবা অমদি পোৎ হাদুনা য়োল্লিবা মীওইশিংগী অয়াকপা খোঞ্জেলনা গাড়ীগী খোঞ্জেল নমহৎপা নত্তনা থোইদোকপা শত্তমশিং শীংথনিংঙাই ওইদে । ঙরাং অহিং তুমদবগী তুম্বা ঙাইহাক থেমগে খন্দুনা ইতোমতা মথক থংবা বার্ঠতুদা তিংথোক্লুই । কদায়দগী খল্লকপা ৱাখলনো পুন্সি চুপ্পা অসুম্না লংফৈ চৎতুনা হিংলবসু ঙমগনি খল্লি । তুম্বদি লায়রদনা অদুঙৈগী ৱাফম অমা নিংশিংলকই । অঙকপনি ৱাখল অমদি নিংশিংবা হায়বসিসু করম্বা মতমদা করম্বা মফমদা করি নিংশিংলক্কদগে করি খনগদগে অরেপ্পা লৈতে । ওম্বোক্লা মনিং তমখ্রবা হায়বদুনি ।

অদুঙৈ ১৯৯৫ জুন থাদনি খাদিগী মীওই খরগা পুল্লিঙৈ খাদিগী পোখোকশিং চাওখৎনবা হোৎনবগা লোযননা মনিপুরগী লৈশাবী খরা অরুনাচলগী দোইমুখতা থিনবা চৎপদা থেংনখিবী নম্বোল চনু সঞ্জনা (মমিং অশেংবা নত্তে) নীংশিংলকই । গৌহাটিদগী মাগা ঐগা ফমফম পুনমিন্নখি, নুমিদাংগী চাকচা মাঙ ফাওবদি ইকোই কোইনা হঙ্গোইননা ফম্মীন্নবম্মী । করিগীসু হঙ্গোইনরোই - মাগা ঐগা শকখঙনবকপসু নত্তে, মনিপুবদগী খোঙবু ওইবকপা খক্তনি । খোঙচৎতুদা

পুল্লুবা খক্তনি অদুগা অহীংদুদা মাগা ঐগা ফমফম তিল্লরুবখক্তনি । লমশাং লাকপগী ব্রারবা মখোয়শিং হোটেলদা নুংঙাইনা পোত্থাহল্লল্লগা ঐদি মখোয়গী নোমিনিগী করিগী লোইশিন্দবা চে চাং ময়াম অমা জি. এন. ভি. রোড অন্বারিদা লৈবা কে ভি আই সি ওফিসতা নুমিৎচুপ্পা অমা কোয়চেল চেল্লুরিবনি । নুমিদাং চাক চাবা মফমদু নীংশিংবা থোকত্রে । নোং চুখিবগী লৈখোমগা থোকপনে মম্‌গা মন্বনে থোইদোক্লসু পুক্লিং চঙখিদে । চাক হেক চাশিল্লুবদগীদি তুমথখিবা খঙহৌদরে। নোংঙাল্লমদাই কল্লা থৌরিবা গাড়ীগী চোংথোক চোংশিন্দা মীৎকপ থোরকখি অদুবু ইমীৎসিদি থৌনা ফনা পাঙথোকপা ঙমখিদে । মাগী থোৎলবী মথানুংদা ঐগী ওয়থংবা খজাইনা মোনখাংনদুনা কয়াদা নুংঙাইনা তুম্নুরবা । লমশাং লাকপগী অব্রাবসু খঙলুদরে অদুবু শাংলবা অহীংদুমা মাদি করম্না লেল্লমগনি । মানা ঐবু করিনি খল্লমগনি । ঐ মাবু য়াম্না উনিংখি অদুবু ব্রাখল লাক্লবা মতমদুদদি হৌগৎপা ঙমখিদরে, ময়াম কোইরাং লাঙনরকই - বন্দরদুব্রা - বন্দরদুব্রা ঐখোয়গী পম্ভুং নকশিল্লক্লে । ঐখোয় হৌগৎলে ।

৪০৭ অমদা ঐখোয়সু কাখৎলে । অরুনাচল পুলিসনা চেক তৌরি পাস হংলি । ঐখোয়গীসু য়াওদবা খরা য়াওবদগী গভর্নমেন্ট নোমিনীগী চেদু পুথোক্তুনা ঙাঙনরি । নোংসু অঙকপা ফংনা চুরি । নোংজু থাগী চীংলম্বীগী অব্রাবা মফমসিদসু থেংনরি, নীংখাইদুনা লৈরিবা চীং লৈবাক, থৈবিবা লম্বী তুজুংনিঙাইনি । গুব্রাহাটিদগী বস পুল্লকপা অরুনাচল মচাশিংগী মরক্তা ঐখোয়না চৎকদবা মফমদুগী মীওই য়াওরম্মী কয়াদা লাইবক ফখ্রবা ! ইকুই কুইদনা নোর্ঠ ইষ্ট রিজনেল ইন্সটিট্যুট ওভ সাইন্স এন্দ তেক্নোলোজি (নেরিষ্ট) উরক্লে, মিরিজুলি য়ৌরে, ডোইমুখ লমখায়দা কুমহৌরে । খোঙ লম্বীদুদা গাড়ী, রিক্সো ফংদে কিলোমিটর অহুম মখায়মুক ওইগনি ঐখোয়গী পম্ভুংফম । পোৎলুম ময়ামদুগা চৎলি মীতৈ লৈশাশিং। মখোয় করি খল্লমগদবনো খংদে ঐদি খল্লি খাদি ইন্সটিট্যুটতগী ফংলক্কদবা মহৈ ইরৈবাক্কী লন ওইগনি অদুবু ঐখোষগী ইরমদমদা অসুক ব্রানা তম্বা লাকচবিবা ইচল ইচেশিং চন্নফম পীবীগদবা ? দিক্রোং তুবেলনা মবূক চোন্না চেল্লি সস্পেন্সন ব্রিদজগী উপাক্লা নোম্থু নোম্থদুনা চুপ চুপ লুপতুনা মবুক পেন্না থক্লি । অকনবা ঈচেল অনৈবা ঈপাক অমদি থোং অহাইবীদুনা মিপাইবা হেক হেক পোকহল্লি ।

তপ্না তপ্না ঐখোয পক্কুং তম্নী । নোংজু থাগী অয়ুক্কুদা হুমাং ঈরিক কারি । বস পুন্নকপা তম্নদুদা হংলুই, 'য়ৌগদবা কয়াম ৱাংলি ?' শম্না পাউখুম পীরকই, 'য়ৌরক্কদৌরে।'

মাঙদা থৎলিবা লোকচাও অমদা ঈশং কারবা নুংজাওশিংনা তারি অশম্বা লম্বীনি । নৈশাবী ১২ দুগা ঐগা বসকী মরুপ্পুগা লানবদি লান্নিংই নুপা ঐখোয়'নী হায়ফেৎ য়েংনৈ । লাল্লসি লাল্লসি হায়নরে । থুনা য়ৌনবা, লানবদা তারে । খুৎ অমমম শম্নদুনা লাহোক্লে । নাম্বুবসু য়াওরি । ঐনা চেৎনা পায়রি নম্বোল চনুদুগী খুজেং অতোপ্পা চীংমায় তম্না... মহাক ঈচেন্না চেম্বুগে চেম্বুগে তৌরি । ঈশংনা নালহন্নবা নুংজাও নেৎলুঙে পুন্সিগী থাদোক্করোইদবা মতাগুম চেৎনা পায়রি মাসু......। পুন্সিগী মরুপ ওইসি হায়নিংলুববু শুপ্নতগী অহিং অমগী খোঙচৎনা পুন্সি চুপ্পা কোনশিল্লকই হায়খিগদবা ?..... মীকুপ অমত্তা ওইরবসু নথানুংদা পোখাহনখিবী নংনা করিগুম্বদা থেংনদুনা ৱারিসি পাবিরবদি অহিংদুগী লমন শিংবা শকচরবনি । নত্তে মহাকসু অচীকপা মতমদা করিগুম্বদা ঐবু নীংশিংলমগদ্রা? খল্লিঙে মিকুপ্তো ৱাখলসু তপথরকখি ৱাখলদা নত্তনা চেল্লিবা গাড়ীসু তপথরক্লে । এলাহবাদ রেলৱে ষ্টেসন য়ৌরম্লে । তাং ১২/০৩/০২ অয়ুক্কী পুং ১১.৪৫ তারম্লে । নুংশাসু হায়গৎলম্লে ।

(৩)

ঐতিহাসিক ওইরবা এলাহাবাদ হায় কোর্টকী নাকন্দা লৈরিবা পোলোগ্রাওন্দা ঠিএটর ভিলেজনা টেস্ট ময়াম খন্দুনা ঐখোয়বু লাকপা ঙাইরম্মী। এদমিনিষ্ট্রেটিভ টেস্টতা ঐখোয় থুংলবগী রিপোর্ট তৌবগা লোয়ননা ঐখোয় ঐখোয়গী টেস্ট তম্না চৎলে । ফক্লাং ওইনা খারিবা কর্নাটতো থাদোক্নুনা হকচিক লাংনবা হোৎনরি । টেস্ট অনিমক শীৎতোক নাহোক্নুনা চাইরিবা খুদিং শেমজিন্নগা লমশাং লাকপগী অৱাবা পোখানবা চরু অমদি কাপেটিনচিংবা লৌদুনা ফম থানবা হোৎনরি । ঠিএটব ভিলেজগী মেস ইন চার্জনা ঐখোয়গী অচা অথক্কী অমদি থবক ইনখাং মতেং পাংনবা মী অনী থারক্নুনা ঐখোয়গী অয়াং অপা খুদিং মতেং পাংলি । টেস্ট মনুংদা লৈবম্বা চাউর চঙববা কাঙশিং অক্নুনা শাওবু শাউন্না নুংথিল

পোবোপতুন্দা কোইপাই পাইরি । মখোয়গী লৈফমদা চঙলকই হায়রিব্রা ? লাকপা মিকুপ ওইবনরা উকুল হৌবা চৎশিংনা মোম্পাক ওইদুনা হীকপদৌরিবদু হাইফেং নুংঙাইতবা পোক্লকই । বি দি এ গী মিংদা পীবা বার্ল্টিন পায়দুনা ইরু লুজফমলোমদা কাঙবু কাঙবু থোক্লরক্লে । খরনা টেল্ট মনুংদা পোখাহৌরি ।

ইরুজথোক্লবদগী রাই খজিক্তং শংঙি । ঐখোয়গী ঠিএটরগী থৌবুরেলনা ঐখোয়না উংকদবা প্লে "খোঙ্গুল" গী সিনোপসিস নম্লুসি হায়বকপদগী ঐগা মাগা থোকমিন্নরক্লে । এদমিনিষ্ট্রেটিভ টেল্ট মনুংদা থোক্লক্লিঙেসিদা তাং ১৪/০৩/০২ ফাওবগী চান থক্লবা চঙফম থোকপা শেল পীথোক্লপগা কম্প্যুটরাইজ প্রিন্টর লৈবা মফম থিবা থোরক্লে । আটিষ্ট ইনাওচানা হায়হৌই ঐনা পঠান সুট শেংপা উরগা "তাস্তা পাঙলনি হায়দুনা ককথংচখিনিকো ।" ঐখোয়গী থৌবুরেল খৌতক চাবা মাল্লি । হায়কোর্ট নাকনদা ফল্লিবা দুকানশিংদগী ঐখোয় অনিদা য়েংলকপা উরগা মানা হেন্না হেন্না পাখংলি, ঐদি মীনৌনি হায়দুনা য়েংজবা ওইরিনি খনবদগী করিসু লুনা খঞ্জিল্লুদে । থৌবুরেলদি তশেংনা পাখংপজাংনি । ঐখোয়গী টেল্ট য়ৌবদা হোন্দোরকপা নিংশা শ্বরনা ফোঙদোক্লি অদুবু ঐদি গোলোগ্রাওন্দ নাকন্দা লৈরিবা মসজিদকী মুমথক্তা যুংখংলক্লিবা মিনারশিং তাম্না য়েংলি ।

ঠিএটর ভিলেজগী দাইরেক্টর চলচলজিনা কেল্প ফায়রদা শরুক য়ানবা অমদি করি পর্ফোমেন্স পীগদবনো খঙহল্লক্লবা মী থারক্লি । ঐখোয়দি তশেংনা ব্বারিবনি অদুবু পীবা হৌরসি হায়বদগী অইবা ওইনা পীরক্লগে হায়দুনা থাদোকস্ত্রে। মদুগী শীন্দোক শীঞ্জিন্দা ঐখোয় ইথৌ চিল্লি । রিহারসেলসু ঙাইহাক তৌসি হায়নবদগী ঐখোয় পুম্নমক থবক চিল্লি । রিহারসেল চখরি । ওজা য়াওরক্তবগী হৌনবী পঙাঙ ঙাঙনরি। পুন্নাং লাঙঙি । মব্রা চংহন্নিংবশিংগী মনীং তম্বা মতৌ ঐখোয়গী ইরক্তা উংথোক্লরক্তবা নত্তে । অদুবু কনানসু ব্বারৌনখিদে । লাকমিন্নরিবা ঐখোয় খংন-চৈনদনা, ঙাঙনদনা খঙনদবা কনাগা ঙাঙনরুনি । পুম্নমক মরম চারগা লোইবে, বন প্রু লোইশিল্লে । চাক্বী পাউসু লাক্লে ।

দাইনিং হোলদা মনিপুবদগী লাকপা তোঙান তোঙানবা ঠিএটর গ্রুপ মরি অমগসু থেংনরে । আটিষ্টশিং হান্নলা ইম্ফালদা থেংনখিবসু য়াওরে, থেংনদবসু য়াওবে, পুন্নাং লাঙলি দাইনিং হোলদো । অতোপ্পা লমগী মীওইনা ওক্লা য়েংলি,

মীতৈ মচানা মোরোক চাবা উরগা মীতৈ মচা ময়াম কোয়লাঙ লাওদুনা হুরাওনা চৎরি । চাক তোক্লগা কনানো মচীন চৎপা অমা লাক্পি হায়দুনা কেম্প ফয়ারগী প্রোগ্রাম হৌদ্রি । মতমদু থেঙজিল্লক্লে । মেহটা ওদিএটরিয়মদা উখিবা ঠিএটর এক্টিভিষ্ট কয়া চোন্না তিল্লে ।

ঐখোয়গী ইরমদমগী আর্টিষ্টশিং পর্ফোমেন্স ফজনা শিরবসু অতৈ হিরমদদি অরাংপা য়াম্না লৈরি । লোন লিগী করিগী খুদোংচাদবা য়াম্না থেংনৈ লোয়ননা ঠিএটরিকেল লেঙ্গোইজ নত্তনা অতোপ্পগা ঈ-পাউ ফাওনবা থীক্লি অমদি অতোপ্পা মীরমগী আর্টিষ্টকুম চাওজবা হৈজদে । প্রোফেসনেল ওইবা ব্রাংপা, ঠিএটরনা চাগনি ঠিএটর তৌরগা করিগী মশক থোক্লা হিংবা য়ারোইদৌরিবনো হায়না খনবা ব্রাংপনা অচৌবা মরম অমদি ওইগনি । মীওই খরগী পেন্নবা নোক্লবা নুংঙাইনবা ঐখোয় ঠিএটর তৌবা নত্তে । ঐখোয়গী শিনফমনি খন্ন তৌবা মী য়াম্না ব্রাংলি । ঐখোয় করিগী হঙ্গনা হিংগদগে মালেমসিগী থৌদোক ব্রাথোক খুদিংমক হাপচিনবা চল্লবা অদুগা অদুগুম্বা হাপচিল্লিবা পোখোক্তো অমুক হৈদোক্লনা মীওইবা খুন্নাইগী অফবা হায়বদুতা ওইহন্নবা হোৎনরিবা খুৎলায় মালেমসিবু অচুম্বা মায়কৈদা পুদুনা অয়েংবা কাংবু খুদিংবু পুনীংবা মায়কৈদা পুদুনা হোয়দুনা চৎপা ওল্লিবা আর্টিষ্টশিং করিগী তোম্বনা হিংফম থোকপগে ? ঐখোয় চাওথোকচগদবনি মালেমসিবু খঙলিবা মীওইবগী পুক্নিং খংলিবা শিনফম কাংলুপনি ঐখোয়। ব্রাখলসিনা ঐগী কোক্তা চঙশিল্লকপদগী ঐ কেম্প ফায়র প্রোগ্রামদা চঙলুদরে । ঐখোয়গী টেন্টতা চঙলক্লে । চরূ মথক্তা থাবা কার্পেটটুগী মথকতা তুম্ফম শেমদুনা হিপথরে । কনা কনা কদায়দা ঐ থোইদোক্লা নিংশিংলুদরে ।

## (৪)

ঠিএটর ভিলেজগী অহানবা অম্বুক্তো ইথক্তা ঙায়বদৌনা তৌই । পুম্নমক ইশি শিনা তুল্লি । তরং তরং থোরক্লিবা নুমিৎ উরগা টেন্টতা লৈনিংঙক্লরে । এলাহাবাদকী লৈমায়দা অনৌবা ব্রাখল পুদুনা ইথক্ত্র খুমদা পাউ অমত্তং পিখিবনা চুম্বরা খন্দুনা মেন গেটতা থোঙ পান্নরিবা নুপাদুদা ঙাওনরিবা কোন তৌগে হায়দুনা থোরক্লে । হায় কোর্টকী নাকলদা লৈরিবা হনুমানগী মন্দিরদা লাই খুরুম্না

য়াওরুই । নাকলগী পিসিওদা য়ুমদা ট্রক্সোল তৌরুই, লাইনদা মাগী খোঞ্জেল তারগা অৱা নুংঙাই পুন্নমক পাউদমলুই । লাইনিংথৌ সনামহিদা য়াইফবতা ওইহনবীনবা খুরুমজনবা হায়খি । এলাহাবাদ আইনগীদমক ফাওই অদুগা থুংলুবা মফমসু হায় কোর্ট নাকন্দনিনা ইনাওনুপানা তপ্পকপা লো দিক্সনারি থিরুই । ইংলিস টু হিন্দিনা অয়াম্বনি, ইংলিস টু ইংলিস, হিন্দিসু য়াওবমই । হিন্দিদা লুপচবা মীয়ায় চল্লবা অহলশিংদুগা ঙাইহাক ৱারি শারুই । অয়ুক্কী ৱার্কিং চৎনবিবশিংদু উরগা রেলৱে ষ্টেসন তাবা লম্বী হংলগা ষ্টেসন তম্মা খোংনা চৎলুই । ষ্টেসন মনীংগী মসজিদশিং উরগা রাম্মা কদাইদা অল্লাহনা কদাইদা ? ঈশ্বর/খোদা অমত্তনি হিংমিন্নরিবা ঐখোয়সু অমত্তা ওইগদবনি অদুগা মসিমক এলাহাবাদ ময়োলগী হিংমিন্নরিবা পুম্বনা ঙাক্না চৎপরা খল্লি । কনাসু করিসু হায়নদে ঐখোয়নদা পনখন খনবনি ।

অয়ুক্কী ফিজোলদুদা হৈনদবা ফাওরকখি । ঈকারকপগুম তিনখৎলক্লিবা সহরগী মীয়াম মরক্তুদা হৈনদবা ফাওদুনা থুনা হল্লক্লে, ঐখোয়গী লৈফমদা ঈরু লুজথোক্লগা ঙাইহাক ৱারি ৱাতাই খবরনচিংবা পাবিথৈদা অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্টকী পাউ লাক্লে । পুং ৯ দা চাক চাবা ঐখোয়না পুং ৯ দা ব্রেকফাষ্ট পিরবনিনা দাইনিং হোলদু পুমনিল নিল্লি । ময়ামগী পেন্নবা তৌরিবা ৱেটরশিং বিদিএ গী মনাক্তা তোয়না তোয়না লেপ্লি, অৱাং অপা হংলি । দবলরুটি, জিলিবী, সোস অমদি নিমকিনচিংবনা ব্রেকফাষ্টকী মথেলনি । ঐখোয়গী মরক্তগী খরনা ৱেটরশিংদা মোরোক হংলি । ময়াম ঙক্লে চরা ৱানবদা মোরোক চাবগী অদুবু ৱেটরদুনসু পুরক্তুনা হরাও হরাও পীরৈ মরমদি ঙরাং নুমিদাং সেকমাই নিঙোলনা শুমহৎখ্রে মখোয় খুদিংমক । ৱেটরদা নত্তনা চাইগোন্নুংদুদা লৈরিবা ফিজু ফিজামলিবা ধোবিশিং, হাজামশিং বি দি এগী আটিষ্টশিংগীদমক ৱানা হোৎনজে । ঙম্মীদকো শকহেনবী নঙবু নুংশিজবদগী নঙগী মপু ওইরিবা ঐখোয়দা তুদবা কনা লৈরিবগে ?

মার্সিএল আর্টকী ওজা রাজেন মঙাঙগা ঐগা মীতৈশিংগী টেস্টশিংদা চংদুনা অমমমতা ওইনা উন্নরুই । নম্বোল, হৈরাঙ্গোইথোং, এলাংলৈকাই, নিংথৌখোংগী ঠিএটর গ্রুপশিং ওইরম্মী । ওজা রাজেনগী কেম্প পার্ফোমেন্স ফজে ফজে হায়দুনা

থাগৎনরকপয়্ব য়াওই । ঐখোয়গী টেস্টতা ব্রা খন্নরি কেম্প ফয়ার থংন থংননা নুম্বিৎ হুম্নি উৎলবদি স্পেশল প্রাইজ অমা লৈ, হোরেলদি করি উৎকনি ঐখোয় খন্নরি । ওজা রাজেনগা তান্নরুই ঙসিদি মীৎ পুনশিল্লগা কোকথক্তা থম্বা শেমগী মথক্তা থানবা মোমবতি চকুনা মুখ্থৎপা অদুগা শেম থুগাইবা অমনা অহীপ্পা মী অমগী মবুক্তা থম্বা খোংদ্রুম মম্বিৎ পুনশিনবা নুপা অমনা ককপা । কনানা হীপকনি হায়বসু লৈরে, লুরিবদি য়োৎপাক লৈতে । নালা খোৎপগী মীওই মীতৌ শুদবা মানবা ঠিক নেম্বা অমা লৈরিবদু শিজিন্নবা য়াগদবা ওইরবদি মখোক পান্দুনা শেল্লসি হায়দুনা শেম্নবা হোৎনরি । মোরা নৎত্রগা টুল মচা অমদি শিল্লি লাংলিবা মখোয়না পিরগনি লোয়নননা চংগদবা শেম, খোংদ্রুমনচিংবা মখোয়না লৈরগনি হায়দুনা গাড়ী মচা অমদা চৎমিন্নদুনা দরকার লৈবা খুদিংমক লৈরুরে ।

ঙরাংদি চৈগী জগোই, থাং লৈতেং হাইবা, চীঙ্গোই মরোল অমদি মরাম অচৌবা খৌশাবা উৎখিবনি । মদুনা তিল্লিবা মীয়ামগী পুক্লিং ফাথ্রবনি অদুবু ঙসিদি ইশানা ইশাবু থাজজবা, পুন্না থবক তৌমিন্নবগী অচেৎপা মরি অমদি খুদোংথিবদা য়ুম্ফম ওইবা মীৎ পুনশিল্লগা খোংদ্রুম ককপা, কোকথক্কী শেম থুগাইবনচিংবা পুম্নমক্না য়াল্লবা ওদিএন্সকী পুক্লিংবু নিক নিক লাওহন্দুনা কয়াদা কি হঙ্গোইনখিবা । কেম্প ফয়াবদা লেংশিল্লিবা জর্জ খবদি পাখৎতুনা ফি মাংগে তৌই, মদু তৌবা হৌনদে হিপ্লিবা মীদু অঙাওবনি হায়বনচিংবা কয়া হায়রকই হায়দুনা ওজা শর্ম্মনা তস্মী । অদুবু য়াল্লবা কুস্মে য়েংলিবা ভাবোক্কী খুবাক মখোলনা ঐখোযগী আটিষ্টশিং অকি অখং লৈহনখিদে । বাশিখোং ড্রামাটিক এসোসিয়েসনননা মথংদা করি তৌবক্কদগে ব্রাহংশিতনি হংনখিবা ঠিএতর ভিলেজ অমদি ঠিএতর ভিলেজসিদা লাকপা মীওই খুদিংগী ব্রাহং !

চাবা থকপা নুংঙাই, মৈ ঈশিং নুংঙাই, নুংঙাইতবা হায়ববু চক মথক্তা তুম্বসিতনি খল্লম্বদু তাইওন্নরকলি । তপ্না তপ্না মদুগী মহাও খংবা হৌরক্লে । লোল খেন্নবা, নাৎ খেন্নবা কাংলুপ জাৎ খেন্নবা তোঙান তোঙানবা ভারতকী মফম কয়াদগী ঠিএতর ভিলেজসিদা লাক্লুনা ঐখোয় অমত্তা ওইনা খেন্নবা কয়াগী মরক্তা মান্নবা ঙমখক উরি । শক্লাইরবা লম লমগী ঠিএতর আটিষ্ট কয়াসু য়াওবি । ঐখোয় চপ মান্ননা নুংঙাইমিন্নরি । মফম খুদিংদা চেন্থরকপা অওনবা খুন্নাইগী মশক খুদিং

শকয়েং মিংশেল অমদা খিন্দুনা য়েংমিন্নরি । মদুদি মেহতা ওদিটোরিয়মদা লৈবাকসিগী মমায়দা তৈরিবা অমোংপা কয়া উরি । হিংবগী লানফমদা থেংনরিবা খুদিংমক ইমান মান্নরম্লে । হিংবা হৈবমুক লুবা লৈরমদ্রে । হিংবা তল্লিবা ঐনি । য়ুমগী ওফিসকী পুম্নমক পুমকাও কাওথোক্লি অমত্তা নিংশিংলুদে, অদুনরা মপোক্পা ঙৌরবা চহিনা লুমথরবা অহল কয়া চরু মথকসিদা অরাবা খংদনা ওল্লল্লিবা ?

(৫)

*মার্চ ১৪, ২০০২, শগোলশেল*

ঙসিদি ঐখোয়গী প্লে উৎকনি নুংথিল পুং ৫.৩০ দা অদুগা অতোপ্পা অমনা পপাজি হায়না খংনবা বিরেন্দ্র শর্ম্মাগী শিবা নুমিৎকী অয়ুক চাকচা মমাংদগী হৌগদবা নিংশিং থৌরমদা ঐখোয়গী কেম্প ফয়ারদা পিবা পর্ফোমেন্সতুমক উৎপিদবা য়াদে হায়রকপদগী কনা কনা চৎপা হায়বনচিংবা খরা খন্নরবা মতুংদা থৌবুরেল, বঙ্কিৎ, ইনাওচা, মোহেন অমদি পুংগী দ্বিজমনি শর্ম্মাগদমক চৎলগা অতৈনা প্লেদা অরোইবী পুক্লিং লুপশিল্লসি লেপ্লবে । মদুগী তঙাইফদবা পুম্নমক ঐগী থৌদাং ওইবা তাবদগী ঐসু ফবে হাযদুনা আর্টিষ্ট ময়ামগা লোইননা লৈহৌবদা লেপ্লরে অদুবু ময়াম চৎত্রিঙৈদা মেহতা ওদিটোরিয়মদা ষ্টেজ মশক খংদোকপগা লোয়ননা মৈ পানবনচিংবা তৌহৌকসি হায়দুনা ঐখোয় খুদিংমক লেপ্লরে । ব্লোক্কিং, এরিয়া লাইটনচিংবা পুম্নমক নিংশিংমিন্নরগা থুনা ঐখোয়গী কেম্পতা হল্লক্লে । বল্ব অমদি টেষ্টতর লৈনি হায়দুনা লাইট পাইবা অমদি ষ্টেজ মেনেজর লৈহৌবে । হেক য়ৌরকপদগী মার্কেটিং তৌখৎলকপদুনা হৌজিক ফাওবা মার্কেটিং তৌবা লেপ্লদ্রি । শেল য়াম্না পুন্নরকপসু অদুম য়াওবজাৎনি । ঐখোয় খরখক নত্তনা অতৈদি অয়ুক্কী চারা ৱানবা লোইবগা মার্কেটিং তৌদ্রবা য়াদ্রবা মথৌ অমগুম তৌবি । ঐখোয় অনি অহমগী ৱাখলনা প্লে, প্লে নত্তনা ঐখোয় অতৈ চংদ্রি । নিংশিং থৌরম চৎকদবা মখোয়গী পুনবা পোৎ চৈ য়োমশিনমিন্নরগা মখোয়গী গাড়ী লাকপদগী চৎহনপ্রে । লৈহৌবা ঐখোয় খরসু ঈরু লুজথোক্লগা পারা নিংশিং নিংশিংনা চাক ঙাইরি । ঐখোয়না ফল্লিঙৈদা প্রেসমেন অমা ইন্টরভিয়ু লাকই হায়দুনা মেস ইন চার্জগা চংমিন্নরকই । পাউ চে মমিংদু হায়রকপনি হিন্দিদা ফোংবনি । থোইনা

নিংশিংলুব্রে। ইন্টরভিয়ু লৌরিবা পাউমীদু ইংরাজি ফজনা ওাংই, ঐখোয়গী দাইরেক্টর কনানো হংলে । ঐখোয়গী ওজাদি খুদোংচাদবা খরদগী ঐখোয়গা লোয়ননা লাকপগী খুদোংচাবদু লৈখিদে অদুবু মহাক্না খংনিংলিবা প্লেগী মরমদা ৱারি খরা শান্নিংই হায়বদগী ঐনা ৱারি লিরুই । ঐখোয়গী লিলাগী মমিং খোঙ্গুল 'ফুট প্রিন্ট' কৌই । হিন্দিদদি "পঠছিল" হায়বা তারে। মহৌশাগী খুৎশেম্মা থল্লবা ফজরবা খুঙ্গং অমদা লাই য়েকপা মতৌ মনাও অনি লৈরম্মী । নোংমা ইখং-খংহৌদনা লাই য়েকপা নুপা অদুনা খুঙ্গং অদুগী শক্তমদা নুপীশিংগী মকোকপু ইহাং হাংহল্লম্মী। মান্নবা খুন্নাইদা হিংমিন্নবা পাম্বা লাই য়েকপগী নুপীনা লাইয়েকসিবু য়ানিংদে । মখোয় অনিগী মরক্তা য়ান্নদবা হৌরকই । লাইয়েকপা নুপানা মাগী নুপীগী মকোক্তা কেনভাস থোঙ্গৎতুনা য়ুমদুদগী তাম্থোরকই । লাইয়েকপী নুপীসু নুপাগী মখা থাদুনা হিংদবা অনৌবা মীপাল তাংদবী নুপী খুন্নাই থিবা থোরকই । নুপানা নুপীবু মনুং থিৎনা উবা ওম্বা, নুপানসু নুপীবু ইকাই খুম্নবা খুন্নাই অমগী নুপীশিং য়েকলকই । লাইয়েকপা নুপা নুংগী মিৎ পাংলকই অনৌবা লাইয়েকশিংদু উরকই । নুপানতা নমথদুনা থমলম্বা খুন্নাই অসিগী নুপীশিং নত্তবা অমনা অমবু ইকাই খুম্নবা মান্নবা খুন্নাই অমগী লাইয়েক অদু লাইয়েকপা নুপা অদুনা য়ানিংনা অনৌবা মচু শংলকই। মসিনি লিলাগী ৱারী । চাক্কী পাউসু লাক্লে মাসু বেষ্ট ওফ লক হায়রম্লগা চংখ্রে ।

নুপা খুন্নাইনা খুল্লিংদুনা পানবা খুন্নাইসিদা নুপী ওইবীশিংনা লিশাং শিংনা মওক নোনখংচবা ওমদনা মীরোল মীরোল খুদিংদা হিংলকলি ৱাহং অমত্তা হংওমদা । হৌখিবা পুৱারিগী লমায় কয়াদসু নুপী ওইবীশিংবু হে লৈগুম পং পং থংতুনা নাপ্পগী লৈতেং ওইরক্লি । অৱাবতনা মশরুক ওইদুনা হিংলকলি নুপী ওইবীশিং । অদুগা অমুকসু নুপানা নুপীবু ওংলি । পাপ কয়ানা তুংশিন্দুনা নুপী শারকপনি য়াজরি । মালেমসিগী সাইন্টিষ্ট কয়ানা মখোয় মখোয়গী লেবোরেটরিদা নুপীগা নুপাগা করি খেন্নবগে থিজিল্লক্লি । মদুগী মহে ওইনা হ্যমেন ব্রেনদগী হৌরগা পুম্নমক নুপীগা নুপাগা মান্নে শুপ্নতগী লাইগী খুৎশেমদা নুপা নুপী ওইবগী শক্তমখক নত্তনা অমদি চাদা নাওদা শন্দোকপগী হকচাং কায়াৎ খেন্নবখক নত্তনা অতৈদি চপ মান্নে হায়না মালেমগী নুপীশিংনা ওসি ময়েক শেংনা উংলি । মমিং পন্দুনা কৈদৌরুনি ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, পোলিটিসিয়ান, দিপ্লোমেট, সোশেল ৱার্কর,

সাইন্টিষ্ট, সোশেল সাইন্টিষ্ট, অইবী, শান্নবোই কয়া কয়া মশিং লাকওমদনা লৈরি । ইরমদমগী হায়রুরবসু নুপী লাল, মৈরা পাইবীগী থৌদাং অমদি মহেংগী চাংয়েং খুদিংদসু নুপীনতা হেল্লি ।

নুপীনা নুপাদগী হেনবা কয়া লৈ । খাওবা কনবগী, ঈং-তপথবগী, চিক্কোন নাউকোনবগী, শেমগৎ-শাগৎপগী, লোইশিন খমজিনবগী কুপশিন্না য়েংশিনবগী, য়োক থাকপগী চাদা নাউদা শন্দোকপগী.... অসিনচিংবা লোইনাইদবা মগুন কয়ানা য়োল্লিবা নুপী ওইবীনি । মহৌশাগী খুৎশেমগী শাইওন ওইবীনি । লৌউ শিংউবগী, মরু-মরাং অমদি চান থক্লবগী কাওলোন মহেসি নুপীনা হৌদোকপনি, নুপীগী অচৌবা খুদোলনি হায়নফাওবা য়ানরিবনি । অদুঙৈ মীওইবা খুন্নাইনা হৌরকঙৈ মীহৌরোলগী মতমদা নুপী নুপা ওইবনা পুন্না উমং ব্রামংদা চান থক্লবা থিবা চৎপদা নুপী ওইবীশিংগী হৌনবী মকুম মথা শুরক্লুনা উমং-ব্রামং, চীংনুংদা নুপা ওইবশিংগী মতুং ইনবা য়াদদুনা লৈহৌবা মতমদা পাম্বীশিংগী মহৈশিংনা হৈজিং ফাদুনা কেল্লকপা, কেল্লকপা মহেশিং অদুগী মরূশিং অদুদগী ময়োল চোংদুনা হৌরকপনচিংবা কয়া উবদগী মীওইবা খুন্নাইনা মরু মরাং লোকপা হৌরকখি অমদি লৌউ শিংউবগী থবক তৌবা হৌনরকখি । অচৌ অচৌবা তুরেলগী মমিং অয়াম্বা নুপীশিংগী মমিং ঙাক্তনি ।হায়নবা অমসু লৈ ইন্দিয়ান সিষ্টেম ওফ মেদিসিন আয়ুর্বেদগী হিদাক্কী মমিং খুদিংমক নুপীশিংগী মমিংদগী লৌদুনা থোনবনি অসিমক্তদা নুপা ওইবশিংনা নুপীশিংবু ফাজিন পুনশিন্দুনা শিজিন্নবা য়ানবা পাঙ্গল শোনবীনি, লৈনাদগী হেন্না থোৎপীনি হায়জিনবীদুনা মতম কুইনা তাদুনা লাকপদগী নুপী ওইবীশিংসু য়াজরি । নুপী খুদিংমক মীৎকপ থোক্লসি, শান্তিগী লাইরেশ্বী য়াকাইরসি ।

(৬)

য়াদবা মফমদা মীতৈ পুং চৎনদে ।

মরাক্কা ময়ুংগা মরাক্লা ঙমতক তৌবা প্লষ্টর তৌবা লিলাগী ফম্পাক, থাও হায়নবা , চোং ফনবদা উপাক্কী ফম্পাক নত্তবনিনা নানবদগী শোকপা পন্দনবা ঐখোয় চেকশিননা পুকমেন পাউমেন্নরগা স্কৃপ্ট, ফম্পাক অমদি ঐখোয়বু

লুটিংলক্লিবা অহল খুরুমদুনা আর্টিষ্ট মশেল খুৎ শোক্লদুনা পার্ফোমেন্স ফজহন্নবা পাও ফাওনবগা লোয়ননা ওজা য়াওরক্তবগী পুক্লিং নুংশিবা খাংমিন্নরিঙৈ মিংকুপ্তুদা কাষ্টিং লাওথোকপা লোইরক্লুনা বেল পিরক্লে। ইম্নর র্জজশিং ফন্নি। য়াম্না চেকশিন্না তৌই। মখোয়না লেপ্লা মতম চপ চানা হৌই। মসিমক মনিপুরদা ওজা রতন থিয়ামনা তৌই হায়। রুপমহল্সু কম্পিটিশনদদি তৌই। অতৈ ঠিএটর গ্রুপশিংদি খরা তাংনা থোকই। ঠিএটর তৌরিবনি হায়দুনা মতমগী মীহুল খংদবা তারবদি ঐখোয় খুদিংমক অরেম্বদা মীরেম তাদুনা তোক্লনি। হান্নগী হান্না ড্রামা য়াওবা, লিলা য়াওবা কাংবু হায়দুনা য়েংলিবা মীৎয়েংদু হোংদোকহনবা ঙম্লোই। হন্দক ঐখোয়না এলাহাবাদ চৎলমদাইদা লেদিজ আর্টিষ্টশিংগী গর্জিয়ানশিং অমমমতা উনবদা লিলা য়াওবা ড্রামা য়াওবী হায়বদুদগী করিসু হোংদোকপা লৈত্রি। ইন্টেলেকচুয়েল ময়াম লৈবা ইমুং মনুংগীসু অদুম ময়াউরি অদুনদি ঠিএটর তৌরিবা, খুন্নাইসিবু অফবা অচুম্বা মাযকৈদা লমজিংনবা অচৌবা পান্দম লৌরিবা ঐখোয় য়াম্না মতিক চাবা তাই। খুন্নাই অসিগী শকয়েং মিংশেল ওইরিবা অমদি অমোংপা কয়াদু শেংদোক্লুনা পাউজেল কয়া, পাউতাক কয়া পিরিবা ঠিএটরগী মফম লিলা ফম্পাকপু লীলা তম্ফমবু লাইশঙ অমনি য়াজবগা লোয়ননা নিশা চাবা, ময়াই কাবা পোৎ শিজিন্নবা মীশিং চংহন্দবা মতম লেনবা মাংবনচিংবা অমত্তা তৌদবা তাই। লিচৎ শাজৎ ফজবা তাই। হ্যুমেনিজমগী চাউরবা মোদেল ইন্সটিট্যুট অমা ওইহনবা তাই।

ওজাগা মহৈরোইগা উনবদা কোক নোন্দুনা খুরুম্লিবা অদুগা ওজানসু কোক্তা নাম্থবীদুনা মায় পাক্লবা তাকপী তম্বীরিবা অসিমক্তদা মপানথোংগী মীৎয়েংনা উবদা লান্না খনবা হায়বসে ঠিএটর তৌরিবা ঐখোয়গী অশোনবা খরা লৈরম্বা তাই। অশোনবশিং অদু থিদোক্লুনা ঐখোয় মদুদগী কন্নবা হিদাক থাদোকপা মথৌ তাই। হিদাকসি অতৈ ওইরোই মতম মাঙহনদবা, মীনা মীৎ নাবা থবক তৌদবা, নিশা চাদবা, লমচৎ চুম্বা, ইথৌদা পুক্লিং চংবা অমদি অহল-লমন, থক-খা মশক খঙনা চৎপা অমসুং মীওইবা খুন্নাইগী অফবা তৌবনা ওইগনি।

ওপনিং করটেন হেক চিংথোকখিবগা ঙাল্লিবা মৈত্তালদা ঐখোয়গী এক্ট উবদগী মথং মথং লেপ্তুনা খুরক্লিবা খুবাক মখোলতনা ঐখোয়বু পুক্লিং থৌগৎপিখি।

ওপনিং করটেন হেক চিংশিনখিবগা ঐখোয় ব্রা ঙাংনদনা ওভ ষ্টেজ লান্দুনা ঐখোয়গী গ্রোপশিং পুথোকপা লাক্লরি । ইন্নর জর্জ অমদি চেনশিল্লক্নুনা ঐনা থাংদোরক্লিবা কেনভাস নান্দুনা ঐখোয়গী খোঙ্গুলদু কমদৌবনো হংলে । ঐনা হায়বা লোইদ্রিঙে অতোপ্পা নুপা অমসু চেনশিল্লক্নুনা ঐখোয়গী ব্লোকিংস কনানো হংলে । য়াম্মা ফজে হায়দুনা খুৎ শোক্লে । ঐখোয়না উৎচখিবা খবা ফজে হায়বদো ঐখোয় হরাওরি করিগীসু হরাওরোই অদুবু নীং তম্মা এক্ত তৌখিদে হায়বা ঐখোয় খঙজে । চাংদম্নবা হায়বসিমক্তবু শম্না অমত্তা শোয়হন্নিংদে ।

ওদিটোরিয়ম মমাঙদা ফোটো অমা কাপ্লগা ঐখোয় হল্লক্লে । অতোপ্পা কাঙলুপকী লিলা য়েংলমদরে, টেস্ট তম্মা ঠিএটর ভিলেজ চৎপা গাড়ীদা থুনা য়াংনা কাখৎলে । হৌজিক্তা চোকথবা ফাওবক্লে । নহালমখৈ ঐখোয়গী প্লে উৎত্রিবা ফাওবা নিংশিংলুদে য়ুমগী ব্রা ওফিসকী ব্রা । ঙসাই চাবা নংদ্রবা টিফিন লৌনা লৌনা পুম্নমক নীংশিংলক্লে দাইনিং হোলগী টেবল মরক্তুদা কমদৌরমগদগে ?

ঐখোয়গী আটিষ্টশিং টেস্টা চংনখিবা য়াও, কোইথোক্লখিবা য়াও মাগী মাগী থোকপা চৎনখবে । ঐখোয়গী প্লে উৎখ্রবনিনা ৱাই খরা শংনবে । ঈংথবক্লবা নুমিদাংৱাইবমদুদা ইথন্তা ফমহৌরে দাইনিং হোল মমাঙদা থাবিবা চৌক্রিদুদা । পঠান সুট শেৎপা ইথন্তা ঙাই ঠিএটব ভিলেজদুদা মদুসু লৈঙাং মচুগী । অদুবু খংহৌদনা ওফিসিয়েল রেসিদেন্সতগী দাইনিং হোল ফাওদুনা ৱাং চাউবা চন্দন মচুগী পঠান সুট শেৎপা চহী ৫০ মুক্কী জেন্টলমেন অমা ইমাঙদা লেপ্লদুনা, "হল্লো, আই এম রামকান্ত ফ্রোম ভদোদ্রা, মে আই জোইন বিঠ ইয়ু" ঐগী ভিংথোক্লিবা খোঙ কোনশিন্দুনা "ওভ কোর্স, প্লিজ বি সীটটেদ, মাইসেল্ফ ডাঃ এস কুমার, বি দি এ, মনিপুর" হায়দুনা খুৎ শোক্ল শোক্লদুনা চৌক্রিন্দা ফমথদুনা ৱারি ময়াম অমা শারি । মহাক থুংলবতা ঙাইহিরি গুজরাটগী রোয়েল ফেমিলিনি । হায়দ্রবাদতসু চৎলুরে নোংয়াই মতুং পুং ২ দা অমুক গুজরাটতা হনখিগদবনি । গোদ্রাগী থৌদোক্কী মতুংদা কাংলুপকী ইরাং কল্লি । য়ুম কুইনা থাদোকপা য়াদ্রি মহাক মমাঙ চহিদা নাট্যা ভুষন পিদুনা ইকায় খুম্নরবা মীশকনি । ঙসি অহিং মনাদু লৌরগা মহাক হনখিগদবনি ।

চাউরবা ঠিএটর ভিলেজদুদা তরক তরক ঐখোয় খরখক নত্তনা অতৈদি

ড্রামা য়েংখিবা য়াও, কৈথেল কানখিবা য়াও, কোইথোকখিবা য়াও ইচিক চিকলদনা কয়াদি নুংঙাইরে নুমিদাংদো। "কুমারজি ঐ ঠিএটরদা মায়পুননা মায় ওনশিল্লকপা কুইদ্রি চহি অহুম্মুক্তা ঙাইহরি ঐদি পার্ম্দম অমগা লোয়ননা চংশিল্লকপনি। মদুসু ঈশ্বরনা উবীরে। ঐখোয়গী তৌগে হায়না খনবা পোজিটিভ এটিচুদতুনি মন্ত্রী তারিবা। হন্দক্তি ঐগী প্রদক্সন পুথোকহৌদ্রে মথংদদি শোইদনা পুথোক্ননি, হন্দক গোদ্রাদা সবরমটি এক্সপ্রেসগী ভোগি অনী মৈ থাদুনা অহিংবা থব্রায় কয়া চঙনা চঙনা হাৎপা লাইবক থিরবশিং অদুগী মতুং তারকপা ওইনা থোক্লিবা মীশি মীনা, মরাল লৈজদ্রবা কয়াবু ব্রাহল্লিবা মযুম মকৈ থাদোক্কুনা নাতৈ চাবা মফম য়েং য়েংদুনা লৈনরিবা, কাং খোং চাইরিবা, কাংলুপকী অখুবা মীৎয়েংদা ব্রাহৌরিবশিং মীওইবা সমাজনি। মথঙদা উৎকদবা প্লে মসিদা য়ুম্ফম ওইগনি। হিংমিন্নরিবা মীওই খুদিংদা ঐখোয় মশেল অমত্তনি নুংশি চান্নন হিংমিন্নসি হায়বা পাউজেল পিগনি।"

"মীওইবা কৌবা কাঙলুপ অমখক্তনি মালেমসিদা, মীওইবগী ধর্ম্মনি নুংশিনবা, হিংমিন্নবা ঐখোয়গী ইথৌনি। রামাকান্তজি, ঠিএটর নত্তবা অতৈসু তৌবীব্রা, করি করি তৌবীরি?"

"ঐ এম এ সোসিওলোজিনি, ইথন্তমক হিংলিবা সরকাবগী থবক তৌদে। ইমপোর্ট এক্সপোর্টকী বিজিনেস তৌরি, অদোমদি?" হায়দুনা নোভিনো বেটরি দীল তৌবগী কার্দ অমা পীরকই।

"ঐদি ফিজিসিয়ান্নি, হৌজিক হৌজিক ভারত সরকারগী মিনিষ্ট্রি ওফ সোশল জষ্টিস এন্দ এমপাব্বরমেন্টনা চলাইবা মযাই কাবা নিশাদা লায়চুরবা মরায়বক থীরবা কয়াগী লায়েংফম অমগী দিরেক্টর ওইরি। ঐ পোত্থারসিরা খল্লি।"

"য়াম্নদি ব্রাবা অদুগা মমলদি য়াম্বা থবকনি"

"খঙদে মীনদি নোবল সার্ভিসনি হায়বি।"

"কুমারজি ঐখোয় ময়াম হিংমিন্নবা য়াবা থবক তৌবা পামজে, ইমা ইপাগী মরল নত্তবা ঙসি ঐ য়ুম শারে। কার অমত্তং হায়না নিংলম্বদু এ সি কার অহুম শুরে। হায়বীয়ু তাসি মনিপুরদা করি করি পোখোক্তি ফংই ইন্দষ্ট্রিগুম্বা

তৌবা য়াবা ।"

"মনিপুরগী মরুওইবা পোত্থোক্তি লৌউ শিংউবগী পোত্থোক্নি । অপূনবা মীশিংগী ৬৬ % দি লৌমীনি । অদুগা অপূনবা পাক চাউবা লমগী ৯২ % উমং রামংনা কুপশিনবা চীংগী লমনি । রা মরাঙ কায়না ফংই, মরু ওইবা মহৈ মরোংদি ফৌনি । চুজাক, গেহু মফম খরদা থানৈ । কিহোম, কোল্লা, উহৈ মরাঙ কাযনা ফংই । ট্রান্সপোর্ট সিষ্টেম ফত্তবা, হঞ্জিনবা মফমদা লৈবা অমদি কোল্ড ষ্টোরেজগী খুদোং চাবা লৈতবনা পৎ পুমদুনা মাংই । ইয়োং ফিগী পোত্থোকসু মরাং কাই অদুগা ঐখোয়গী লমদি মহৌশানা শৈদাংবা কলচরগী লমনি । পোলোগী হৌরকফম, সঙাইগী ময়ুম, শিবোই লিলিগী শাংফম, নুমিদাংরাইরমদা লোক্তাক উরবদি বামাকান্তজী অদোমসু ঐখোয়গী লমবু পামগনি।"

"ঐসু অমুক্তং লাক্লিংই, য়েংনিই, অদো ফূদ প্রোসেসিং ইন্দষ্ট্রি অমা তৌশিদনা, মী ময়ামসু হিংমিন্নবা য়াবা ।"

" হোয় ঐখোয়গী কিহোম, কোমলা, সোইবুম, চাকহাও, শিং, উ-মোরোক মপাল লমগী মীনা য়াম্না পাম্নে ........ ।"

রারি কয়া শামিন্নখি ঐখোয়গী টেন্ট মমাংদা ঐখোয়গী আটিষ্ট ময়ামগা ফোটো অমা নম্মীন্নসি হায়দুনা নম্মীন্নরে অদুগা অতোপ্পা মনিপুরদগী লাকপা ঠিএটর গ্রুপ খরগসু উননিংই হায়দুনা চৎমিন্নরে । চাক্কী পাউ লাক্লে, পুং ৯ তারমলে ।

(৭)

ঐখোয়গী টেন্টতা ঐখোয়গী পর্ফোমেন্সকী রারী শানরি । হয়েং মার্চ ১৫ গী অয়ুক অমদি নুংথিল ফ্রীনি । নুমিদাংদি প্রাইজ দিষ্ট্রিব্যুসন লৈ । হান্না লেপ্ল খিবদি পোৎ-চৈ খরা লৈবা অদুগা য়েংবা য়াবা মফম খরা য়েংবা তঙায়ফদনা এলাহাবাদতা লাক্লবনিনা সঙ্গমদি বি দি এ না য়েংহনগনি হায়বনি । অদুবু হয়েংসে রামজন্মভুমি মন্দির শাবগী লাইশোল তিনশোল পাঙথোক্কনি করিগুম্বা লাইশোল পাঙথোকপা য়াদ্রগনা রাম ভক্ত লাইনিংবা অমা মথন্তা পুং ২ দা শিজগনি হায়বা পাউ তায় । অদুনা য়ু পি সরকারনা চেকশিন থৌরাং লৌখৎখ্রে । অমরোমদা কর্ফিয়ু নৎত্রগা বন্দচিংবা তৌবা য়াই পংহায় হায়নৈ । ঐখোয়না খন্নবনা কোয়থোকপা

চৎলবদি অয়ুক চাক চাররোই অদুনা মপালদা চারগা য়েংবা য়াবা খরা য়েংলগা নুমিদাংগী চাক নংনবা হল্লক্লসি ঙাঙনরিঙৈ মীৎকুপ্তা মী অপীকপা মেস পান্নবদু, মমিং কাওখ্রে লাক্লগা হয়েং অয়ুক চাক চাগদরা, হয়েংদি মথোং খঙদে ঙসি চানা থক্লবা পূম্নমক লাংশিনগনি হায়রে ।

ঐখোয়গী থৌবুরেলনা হয়েং বন্দ ওইরবদি চাগনি ওইদ্রবদি চারোই হায়রম্মী । মাসু বন্দ ওইগদ্রা ওইরোইদ্রা হায়বা ঙমদে চানি চারোই হায়বদুতং খঙহল্লু মদুগী মতুং ইন্না থৌরাং তৌগদবনি হায়রকপদগী হয়েং অয়ুক ব্রেকফাষ্ট ফাওবগী মনুংদা খঙহল্লক্লগে হায়দুনা য়ানদুনা চৎখ্রবা মতুংদা মনিপুরদগী ঠিএটর গ্রুপ অমগী মীওই অমগা লোয়ননা লাক্লুনা অমুক হংলে । ঐখোয়গী থৌবুরেল শাউগৎলক্লে । "ঐখোয়বু লোন ফাওদরা ঙসাইনা হায়নখিবা ৱাফম অমুক হংবা লাক্লিবা করিগীনো ? মীনা করি খল্লমগনি" হায়বনচিংবা খরা শাউরপ হায়নবদগী মীতৈ মচাদুসু ইকায়রে অদুগা মেস পান্নবদুনা চাক পীজরোই' হায়রল্লগা ফিংগৎতুনা চৎখ্রে । ঐখোয় পুম্নমকসু ফিংগৎতুনা ফমহৌরে । ঐনা ৱা শমজিনবা মওংদা ঐখোয় ৱাসি তেনশিনসি হায়বরা নৎত্রগা চাউথোকসি হায়বরা অমা খল্লগা হায়বীরো অদুদি নত্তনা ঐখোয় মশেল ফিংগৎনদুনা কান্নদে মাগী মথক্তা ওফিশল ময়াম অমসু লৈরি মানা অরোয়বসু নত্তে হায়দুনা থেমজিল্লি । তৌবদি য়ুম্লুনা চাক পীজরোই হায়রবদি থুংলুরিবা মীদুদি (অতিথি) করি ওইফম থোকই । পুম্নমক তুমিন্না টেন্টতা হীপথনখ্রে । পেন্নদ্রদুনা তুমিন্নদি তোক্লুমসি, মনা ফংলবসু য়াই ফংদ্রবসু য়াই ঐখোয়গী উৎফম থোকপা কেম্প ফায়রগী পর্ফোমেন্সতি উৎলসি হায়না পুক্লিং ফাথনদুনা রঙ্গমঞ্চলোমদা থোরক্লে । অশাউবা করম্না ফাথগদগে খনবদা ৱাখি । লৈরে, অমদি লৈরে, থাবল চোংবা । কেম্প ফায়র হেক লোইবগা ঐখোয়গী টেন্ট মমাঙদা থবল চোংবা ।

ঐখোয় নহা অহুম মরি তান্নরে, পুংগী দ্বিজমনি, বাঁশিগী নাউবদা পাউ পীরে - থাবল চোংদবা য়াদ্রে ঙসিসে । তৌবদি ঐখোয়না মরম ওইদুনা চৎন পথাপ কায়বা থবক্তি তৌগুমসিকো তপ্না তপ্না পীক্লা হৌসি মী উশিৎতরা কাঙবুদি তাহলগুমসি ধোন মখোলদা কনানা কনাবু ৱারৌনবা লোইনা হুমাং ওইনা চেম্ব্রগদবনি । ঝাল লৌথোক্লে, লাংদেং লৌথোক্লে, ধুলোক লৌথোক্লে,

ঐখোয়না থিনগৎপা হৌরে । থাবল মখোল তাবদা য়াম্লবা টেন্টশিংদগী অমা থোরক অনী থোরক ঠিএটর ভিলেজদা লৈরিবা মীপুম খুদিং, ওফিশলশিং মখোয় মখোয়গী ফেমিলিশিং লোইনা থোরকতুনা য়াওররে । ঙসাই শাউখিবা খুদিং কাউথোকখ্রে । খুজেং খুজেং পায়নদুনা চোংবা থাবলদুদদি পুম্নমক নুংঙাইবগী নুংঙাইবা ঙাক্তা ঙায়খ্রে, অশাউবা খুদীং মাঙখ্রে । শিব যাত্রা কম ড্রামা এসোসিএশন হৈরাঙ্গোইথোংগী কাঙবু চহী হুম্ফুগী ময়াগী ইমা হনুবীশিংনা চোংবা থাবল, হনুবা ময়াং ওফিশলশিং পূক্কংবশিংনা হৈত হৈতা তমদুনা চোংবা থাবল, ওজা শর্ম্মনা মমান্নবা অহলশিং তাক্কুনা চোংবা থাবল অমদি ওরিষ্যা নিংঙোল কেবদা মচুম তাজবী তমুবী পায়দুনা ঐনা চোংখিবা থাবল সিবু পুন্সিগী মহাও ওইরোইদ্রা ? নোংয়াই মতুং পুং ২ তারে থাবল লোইশিল্লসি হায়দুনা লোইশিল্লে । হুমাং ঙাইহাক হন্দোক্লগা চঙগে খন্দুনা ফন্নিঙৈদা বিমল ত্রিপাঠি চঙশিল্লক্কুনা ঐগা চৌক্রি মায়োক্লদুনা ফমদুনা বারী শারি । অদুঙৈ লৈশেমঙৈদা লাইনিংথৌ সনামহীনা কুরুগী য়াথং মতুং ইন্না মালেম কোযরুরগা হল্লক্কুনা ফম্বাল পীবীরো খুরুমজবদা কুরু ফম্বালদদি মনাওনুপা পাখঙবনা ফমদুনা লৈরম্লবদা শাউদুনা মালেমসি লোইশিল্লগে, লৈথক লৈখা ওল্লগে মতাগুম হোৎনরক্লবদা পাখঙববু লাইনুরাশিংনা কোয়শিন্দুনা

কে ক্রে ক্রেক মো মো
য়াঙ্গেন শম্বা শ্যাও শ্যাও
তোকপগা কাম্বগা কৈগা য়েনগা
য়েনখোং ফততে চাশিল্লু ।
লাইগী য়েননি চাফদে ।.......

মীতৈগী বারীদা লুপ্লিঙৈ লম্পাক নাকলদগী মসজিদতগী অজানগী খোঞ্জেল তারক্লে । ইরমদমগী লাইনিংথৌ সনামহীগী পেনাগী য়াকাইরোল মরক্তা গোবিন্দগী কাংশি খোঞ্জেল অমদি অজান্না পুন্দুনা মীকপ থোক্লবদু কয়াদি নীংশিংলক্লে । নোং ঙাছোরক্লে মহাকসু ময়ুমদা চৎলুখিগে, হোরেল পুং ১১ দা উনসি হায়বদগী ঐখোয় অনী হৌগৎমিন্নরে ।

(৮)

মীৎ কল্লা অমত্তা উইশিন্দনা হৌখিবা অহীং হায়বদু ঙরাং অহীংসিনি। ফনা লুবা থবক, গাড়ীগী খোঙচৎ কয়া, খুদোংথীবা মতম কয়া, ঈপাল থাগী ঈচাও থেংনখীবা অহীং কয়া, লাইওইখ্রবা ইপানা হকচাং ইবদা, ঙাইহাক ঙাইহাক্তুং ওইরবসু তূমখি। অদুবু ঙরাং অহিংদি চৎলগা ফম্লগা অমদি ৱারী শারগা নোংঙানখি। পুন্সিগী অহানবা অহীংদুসু ঙাইহাক্তি তূমখিদা। অতে আটিষ্টশিংনা ঐখোয়বুদি খরা থক্লুরবনিনা ফরে অদুবু শুকথক থক্তনা ঙাওরি তান্তাদি লাক্লো ঙাইহাক্তুংদি তুমহৌরো লাউ হায়না কৌবদো নীংশিং নীংশিংনা নুমিৎ খরা ৱাংখৎলকপদুদা ঙাইহাক্তুং তুম্বা য়াবরা য়েংলুই অদুবু ঐ উনবা মী লাকই হায়বদুদা হৌগৎলে বিমল ত্রিপাঠি ওইরম্লে। বন্দ ওইদ্রবদি বেলবে ষ্টেশনদা চৎলগা বিজার্ভেশন কনফার্ম তৌমিন্নসি হায়নখিবনি বন্দ ওইদে চৎপা য়াগনি হায়ররে।

গঙ্গা যমুনা সরস্ততী অহুমগী ঈতিনফমদা তারিবা হিন্দুশিংগী অরীবা তীর্থ এলাহাবাদ মমাঙঙৈদা প্রয়াগ কৌরম্মী। প্রয়াগ হায়বদি কখোকপগী লম হায়বনি। মীয়োক মীচান ফৈ, মৈ ঈশিং মরাঙ কায়, চাবা নুংঙাই। ইমা লৈবাক নীংশিংলকই। চায়োক নাউয়োক ফবী মীয়োক মীচান ফবদা হায়নরিবনি মনিপুর। ঐখোয়সু চাউথোকচবিবনি মনিপুরী ওইবগী। অদুবু ঙসিদি কদায় অমনা অমবু থাজনদবা, মানা মানা অনীংবা অপান্বতা তৌনবা মপু য়াম্বা লমদম ওইররে। ঙবাংসু শক্তকহৌদরে বিমল ত্রিপাঠি চার্টর একাওন্টেন্ট তল্লিবা লমদমদুগী মীনা ইকায় খুম্নবা ইমুং অমগী নহানি। মহাক ঠিএটর ভিলেজদা হেক হেক লাকই অমদি ৩৫ শুবা ইন্দিয়া পুম্বগী তোঙান তোঙানবা লোনশিংগী অতেনবা লিলা অমদি জগোয় চাংদম্নবা অমসুং ঠিএটর সেমিনার ২০০২ মেনেজমেন্ট কমিটিগী সেক্রেটবিগী মরী অমা থোক্লে। নুমিৎ খরনিসিদা মাগা ঐগা ইখঙ খঙহৌদনা থম্মোয়গী মবী লৈনখি। ঙক্ত্রা! মহাক ঐগী অমদি ঐখোয়গী বি দি এ গী মতেং পাংবা লাক্লি।

ঠিএটর ভিলেজগী মপান্দা থোক্লবা থোং ঙসি হাংদে। কনাগুম্বা অমত্তবু মপাল চৎপা য়াবগী অয়াবা নুংথিল পুং ২ ফাওবদি পীদে। কনাগুম্বনা মপান থোকপদা থোক্লকপা অফ ফত্তগী থৌদোক মশা মশাগী মরল্লাই ওইজগদবনি, অদুবু থোকহন্দে। মীতৈ লৈশাবী খরদি খঙদবগীরা নৎত্রগা লম হেনবগীরা,

কিদবগীরা চৎনবা য়াওখি । মীরমদা কর্ফিয়ু নৎত্রগা বন্দ হায়বসি কময়দৌবনো ঐখোয় খণ্ড্রি । খণ্ডবা পোৎতা লাইনা লৌবা য়াদ্রি । ঐনা হংলুই,

"চৎকে হায়ববু য়াগদরা"
"য়ানি, ঐ লাক্লিবসিদি ।"
"অদুদি ওর্গনাইজিং ইন-চার্জদা হাইফেৎ হংলুসি ।"

ইবান্নি চৎমিন্নরে । য়াদবা ঙমদদুনা য়ারক্লে তৌবদি হল্লকপদা ঐবু শিন্নরম্মু হায়বসিনি । চায়োক নাউয়োক ফবী কখোকপগী লম এলাহাবাদকী নুংশিৎ য়েহনবা মাগী গাড়ীদুদা ঐখোয় অনি থোরক্লে । মানা কোয়রুনবগী ৰাদা ঙাঙই, ঐনা কোযদনবা ৰাদা ঙাঙই । তৌবদি মরমদম য়েংহন্নিংবনি ঐঙোন্দা । ঐসু খনখিদবদি নত্তে লৈবাকসিগী প্রাইম মিনিষ্টব অহুম পুথোকখিবা ইমুং, নেহরুগী পোকফম অনন্দ ভবন অমদি মহৈ তম্ফমশঙ খরদি য়েংগে হায়দুনা অদুবু খংহৌদনা থোক্লকপা লৈবাক্কী ঈরাংদা কবিসু চৎনিংদবে ।

রিজার্ভেশন কাউন্টরদা চঙদুনা টিকেটশিংদো য়েংহল্লে লাইবক ফবনা টিকেট ২০ মক কনফার্ম ওইরল্লে । সীট নম্বরগা কোচ নম্বরগদি হয়েং গাড়ী তোংলমদাইদা পীরগে হায়বক্লে । ঐখোয় অনী রেলৱে ষ্টেশনদগী থৌদোরক্লগা মাগী দুকান প্লোটনি হায়বা মিনি মার্কেট কমপ্লেক্স অমগী মমাঙদা লৈবা কোফীষ্টোল অমদা চঙলগা কোফী অমমম থকমিন্নরে । শেল ঐনা পীগে য়াদরে অদুমকপু মানা পাম্বা করিনো অমা লৈনবা শেল লৌথোক্লে হায়দুনা য়েংলুবদদি ঐগী পর্স য়াওরমদ্রে । ঙসাই থোইবনা সুইটকেস লৈনবা পীরকপা লুপা ৫০০ বুদি য়াওরি । ফি শেৎপদা হাথু হাথু তৌবদুদা চিথহৌবজাৎনি । মঙোন্দদি করিসু হায়দনা ঐ ঠিএটর ভিলেজদা থুনা চৎনীংলকপদগী হল্লসি হায়দুনা হল্লকমিন্নরে । চাক চাখিসি হায়বসু য়াদনা ঙসি নুমিদাংদি আক্লরোই হয়েং লাক্কে হায়রল্লগা মহাক চৎপ্রে ।

মহাক চৎখ্রবা মতুংদা নাওবগা ঐগা অমুক্তুং ঈরুজগে হায়দুনা ঈরুজফল্লোমদা চৎলে । মীতৈ লৈশা খরা লৈরম্মী মমিংসু খঙনদে করম্বা গ্রুপকীনো হায়বসু তাংদাংবা খণ্ডে । ঈশিং য়ারিঙৈ ঙাইহাক্তু ৰারী শানরুই । ঐনা ঙরাং থাবলদা পাইখিবী লৈশাদুনা "হোরেলসু থাবল চোংসি হৌবীরকউ" হায়রকখি ।

ঐনা খঙহৌদনা হায়দোকখি, "ঙরাংদি য়াম্না চাওথোকই, খুৎ কল্লোক্লগা চেনখিবদো। ঐনা থাবল পায়বদা অশাউবা মী য়াওবরা ?" "অদুগী নত্তে, হোরেল নুংঙাইনা চোংসি অদুদা মরোল হায়গে।" পুন্সিগী ইনখৎলকপা অয়ুক্তা লমতা থাগী মতমশিংদো নীংশিংলকই। হৌজিকপু ঐবু থাবল চোংবা চৎখিসিরা লমতা নত্তবা থাবলগী মখোল থম্মোয়দা চঙভু য়াদবগুম তৌই।

ঐখোয় ঙাইঙমদনা নুমিদাং ওইশিল্লকপা ঙাইরি। রিজল্ট আউট তৌবগা লোয়ননা প্রাইজ য়েম্লোক্কনি ঙসি নুমিদাং। হয়েংদি য়ুমদা হল্লগনি। য়ুমগী ৱা নীংশিংলুবদগী নুমিৎ তাখিবা খঙহৌদে। অনৌ অনৌবা ৱারী, অম্বা নুংঙাইগী ৱারী কয়া লীরুনি। হয়েং নুংশিবী শঙ্গাইদা পোখারুনি লংফৈ চৎলুবগী চোকথরবা হকচাংনা। তেকখৎলক্কনি পল্লৌ হিঙ্গোল চাইগোইনুং উবদা অদুগা ঐনা হল্লকপা উবদা নুংঙাইবা কয়াগী মায়থোঙ উবগনি। অদুগা রিজল্ট ফজরবদি মোমোন্নবা মায়থোঙশিংদুদা তল্লুগনি মায পাকপগী ৱারী।

"ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিং লৈজবা কেনা শেৎ শারগা প্রাইজ দিষ্ট্রিবুশন য়েংশি। ঐখোয়না লৌবসু য়াই অতোপ্পনা লৌবসু য়াই অদুবু প্রাইজ লৌবা খুদিংগী খুবাক মকা লাম্না খুশি। লৈবাক মচা তানা লেম্না ফমশি। মীনা তৌবা অফবা থবক্তা ফৈ হায়বা ঙমদবা লায়না অমনি অদুনা ঐখোয়দি কাঙলুপ অমা নৎত্রগা অমনা মনা লৌবা খুদিংগী ঐখোযগী কাঙবুনা খুবাক মকা লাম্না খুম্মীন্নশি" হায়নবগা রঙ্গমঞ্চলোমদা থোরক্লে। অনীশুবা পবেংদা থারিবা চৌক্রিশিংদুদা ঐখোয় ফম্লে মথঙ মথঙ পুল্লপ ওইনা। অয়াম্বা মীওইশিংসু তিল্লম্লে। মথঙ মথঙ লাউথোরকপনা খুবাক খুবদা খুবাকসে শাগৎলক্লে।

মরক মরক্তা ময়াম্নু নুংঙাইহন্নবা পর্ফোমেন্স মতেক মতেক শক্লাইবা আর্টিষ্টশিংদগী লাম্লোকই। ঙসাইদগী অসুক য়াম্না লাউথোরকপসিদা ঐখোয়গীদি অমত্তা য়াওরক্তে। ঐখোয়গী নৌজবিবা আর্টিষ্টশিং হৌগৎতুনা চৎখিগদ্রা মিপাইবা পোক্লক্লে। অতে লাইরি ঐবু মমাঙদগা ফমজিল্লুরে হৈনদবা ফাওরক্লে। ইকায়রিঙৈ মরক্তুদা ইখঙ খঙহৌদনা - বেষ্ট প্লে এৱার্দ ফোর দিজ ইয়ার গোজ টু "খোঙ্গুল" বাশিখোং ড্রামাটিক এসোসিএশন, মনিপুর হায়না লাউথোরকপদা তুংদা ফল্লিবা নুপীমচাশিং লাউ খোঙদুনা চোংখৎনরকই। মথঙ মথঙ লাউথোরকই হন্দক্তি

ঐখোয়গীতা ওইরে। ওসাইমখে ঐখোয়গীদি খাক্তুনা থল্লম্বজাৎনি - বেষ্ট দিরেক্টর, থার্দ বেষ্ট মেল আর্টিষ্ট, বেষ্ট ফিমেল আর্টিষ্ট, সেকেন্দ বেষ্ট ফিমেল আর্টিষ্ট, সেকেন্দ বেষ্ট স্ক্রিপ্ট রাইটর, বি দি এ গী ওাক্তা ওায়গ্রে। নুপীমচাশিং কপ্পবসু য়াওরি। ওসাইমখে ইকায় নুংশি য়াম্নরুবগী মীৎকী পি ওইনা হৈদোরক্লে। অওকপনি পুক্লিংগী ইথিল- হরাওবদসু মীৎকী পি শিন্থে। বেষ্ট ফিমেল আর্টিষ্টতগী পর্ফোর্মেন্স অমা উৎনবা অমদি মোত পীনবা কৌথোরকপদগী মহাক ওাওলি, "....ওজাগী মপান, কো-আর্টিষ্টশিংগী মপান...."

মাগী দাইলোগ দিলিভরি তৌরি

"...হন্দক্কী অওাংসিদি নুপীনি.... হে নুপা....

নওনা নুপা ওইবা ফংজরিবদো নওগী নমাদু নুপীনি।"

ময়াম খুবাক খুরি। ঐদি তুমিন্না চওলক্লে। নুংওাইবা অমদি অব্রাবদা ঐগী পুক্লিংদি অমত্তনি। ওরাং তুমহৌদবগী তুম্বা থেল্লে।

(৯)

ওসি নুংথিল পুং ৪ গী গাড়ীনি। ওরাংসু চরাওনবা লৈবদগী করিমত্তা চৎহৌদ্রবনিনা অপুনবগী ওইনা শঙ্গম য়েংবা চৎসি হায়দুনা ঐখোয় ময়াম ঠিএটর ভিলেজগী মপান্দা থাবিবা শগোল গাড়ী অহুম ব্রায়দুনা কাখৎলে। নহালমখে করিমত্তা চখোক্তবনিনা য়ুমগী করি করিনো খরদি লৈনিংই। য়েংলুবা হল্লক্লগা লৈবা হায়বদুনি। ঐখোয় ব্রারী শারি- জগোয়গী এক্টিংগী মরমদা, শান্তিনিকেতন্দা, কাশিদা চৎলুবা পুংগী দ্বিজমনি শর্ম্মনা মহাক্না উরকপা খরা পাউদম্লি। করিগুম্বদা ঐখোয়না তোংলিবা শগোল গাড়ী পরেংদুদা ময়াম মুন্না মুন্না য়েংহৌবসু য়াওই। হোয় ঐখোয়গী শক, শেৎলি ইম্লিবা ফিরোলসিদা ওইরম্বা য়াই। সরস্বতি ঘাটতা ঐখোয় কুম্লে। ঐখোয় পুন্না ২৪ নি অদুনা হি অনীদি চৎতবা য়ারোই হিগোকওই শংবান্নবোই শন্দোকখিবা যমুনা তুরেলগী চাউরবা ঈপাক মথক্তা নুংশিৎনা হুম্বগী কারক্লিবা ঈপোম মচাশিংসিনা থম্মোয়সে নীক নীক লাউহল্লি। অদুগা ওমচাক্লবা খরা ফবগুম তৌই। হি হোনবশিং অদুনা হি অমদা লুপা ৯০০/৯০০ লৌগনি হায়রকপদগী ঐখোয় তোক্লসি লাপ্পা অদুম য়েংলগা হল্লসি হায়নবদগী

কাখৎলক্লে অদুবু শগোল্দ গাডী থৌরকপা অহলদুনা অমুক ঙাঙনবদগী মী অমমদা লুপা ২০/২০ দা চৎলসি হায়দুনা চৎলে । হি হোনবা অনীমা ঐখোয় খুদিংবু তপ্না কাখৎহল্লগা খোঙউপ লৌথোকহল্লে, য়াম্না হাই-হুন্না তৌদনবা ঐখোয়দা হায়বগা লোয়ননা ঐখোয়গী হি অনিখক হিথাংফমদগী থৌদোরক্লে ন অশঙবা ঈপাক মথকত্তা পুক্লিংসে হাইফেৎ য়াই শংবগুম নীংই ।

কোকথক্তা নুংশাগী মৈশা কন্না য়ৈরি । "আক...আক......." হায়দুনা খোংলিবা উরোক মানবা অঙৌবা উচেকশিংনা পুল্লপ পুল্লপ হৌনদুনা লমকোইবশিংনা তোংলিবা হিগী মথক্তা হরাওনা পাইদুনা তরাম্না ওক্লি । কবি উচেকনো হংবদা হিহোনবনা 'নমকীন' কৌই খুল্লকই । মনিপুরদা করি কৌবগে খঙদে । ওজা ডাঃ শামুঙৌদা হংলবদি খঙবসু য়াই । হিদা য়োল্লিবা বুজিয়া মকুপশিংদু থাদুনা ঐখোযনা কৌরি । মখোয়সু হরাওনা পাইরক্নুনা চারি । নমকীন কৌবী চেক্লানা শঙ্গমগী ঈশিং মথক্তা কোইপাই পাইদুনা " আক... আক...." খোংদুনা লমকোয়বা কয়াবু ওক্লি । মখোয়দি কাঙলুপ খায়দে, লাইনিং লিচৎ খায়দে, হিন্দুনি, সনামহিনি খায়দে, মীতৈনি হায়রক্তে ময়াংনি হায়বক্তে । তাইবং মীনি ঐখোয়না অদুগা মখোয়না উচেকনি অদুবু মহৌশাদগী হিংমিন্নরক্লি ঐখোয অমনা অমগী মতেং লৌদুনা । ঐখোয়না থাবা মচীঙ্গাক হরাওনা চারি । ঙসিদা খঙনজরবসু ঐখোয়না কৌবদা মখোয় লাকই অকিবা য়াওহৌদে । ঐখোয়গী ইথক্তা কোইপাই পাইদুনা ঐখোয়বু লমজিংলি । ঈশ্বরগী খুৎশেম্লি নীংশিংহল্লি । গঙ্গা যমুনা অনীগী তিন্নফম অনৈবা অমদি অরুবা ঈশিংগী তিন্নফমদা ময়াম লুপ্নরি, খুরুম্নরি । লৈশিন্দুনা চেল্লিবা ঈচেলদুদগী ঈশিং শোক্লরি ।

ঙসিগী মীরোলনা মীরায়বীরবা ঈরৈবাক্কী ইম্ফাল, ইরিলগী ঈতিন্নফম লিলোংগী নোংখ্রং ঈরুপফম অমদি খানা চাওবা ইবুধৌ বাংব্রেলগী মশাইগোন্দা ইম্ফাল চকপী তিন্নফম লম্লেন লমনুংশি সেরৌ অমদি শুগনু নীংশিংলকই । ঐসু লিটর অনী চনবা বটলদু হিদগী লামদুনা শোক্লুই । ঈশিং ল্যাম্বগী চেপ্পপ তৌবদুদা হিদা তোংলিবা ময়ামদু পাখৎনৈ । সরস্বতি ঘাটতা ফি থুংদবা লাইনীংবা নুপা অমনা ঈরুজহৌবা অমদি লিন মচাশিংনা লৈরায় ঙাক্লিবা নুংপাকশিংগী মরক্তা লৈহৌবা থোইদোক্লা হৈনদবা শক্তমগুম লৌনৈ, ময়াম হক্লোইনৈ তুজুংনৈ । ঠিএটর

ভিলেজ য়ৌরকপগা য়ুমদা লৈহৌবশিংগী করিনো খরদি লৈবীগে নহালমখৈদি করিমত্তা লৈবা চংপা নংদে হায়দুনা থোরক্লে । অতে আর্টিষ্ট ইনাওশিং ইচলশিং ইন্নরক্নি সোপিংদা মতম চঙহন্দনবা মখোয় মখোয়না লৈগদবা পোৎশিংগী লিষ্ট অমা শেমদোক্লগা থুনা লৈরগা হন্নবা অকনবা পাউতাক পীরুই । ঐখোয় ঠিএটর ভিলেজদা পুং ২ দা য়ৌদবা য়াদে, চাক চাথোক্লগা থুনা রির্জভেশন নম্বর লৌবা চংকদবনি অদুগা পুম্নমকসু পুং ৩ দা ঠিএটর ভিলেজ থাদোক্কদবনি । ঐখোয়গী ট্রেন নুংখিল পুং ৪ দনি । হৌজিক পুং ১১.৩০ তারে চংলসি হায়দুনা শগোল গাড়ী অনী ফাবে । ঙাইহাক্কী মমাঙদা হায়নখিবা খুদিংমক নীংশিংমিন্নবগা গাড়ী থৌবা হৌবে ।

গাডী তোংনা তোংনা ঐনা লৈনিংবা, খবা শেমদোক্লুই । লৈ মচুগী শাড়ি অমা, অতোপ্পা মচুগী শাড়ি খরা, লুহোংবা চংপদা পুবা য়াবা লেদিজ বেগ অমা, ঈচলশিংগী ফি কক্লবা কাটি অনী অহুম, ইচানুপাগী শান্নপোৎ খবা ইনাওশিংগী ফুবিৎ খরা, অতে অতে অপাম্বা খবা । ঐগী পোৎ খুৎলৈদি অতৈগা মান্নরোই । অহানবা উবা পোৎতো ঐগী পামজবনি । খন্দোক খঞ্জিন তৌবা কন্না মমল ঙাঙনবনচিংবা কয়া হৈতে । লৈশাবীশিংনা অমা অমুক খল্লি, অমা অমুক য়েংঙি নুপামচাশিং অদুসু লৈনিংবা লৈরো হায়নখিবা পুংফম অদুগা ঙাইনফমদা থেংনরসি, ঐখোয়না তোংগদবা ট্রেনসি পুং ৪ দনি কাউগনুকো হায়বল্লগা মানা মানা থোকপা অপাম্বা য়েংনখ্রে । ঐগী অপাম্বা পোৎ লৈবা লোইবদা পুং ১.০৫ চংলে । ঐখোয়গী ঙাইনফমদা চংলে পুং ১.৪৫ ফাওবা ঙাইবা য়াই খন্দুনা ফম্লে । ঐখোয় অহুম ব্রাবী শানদুনা লেল্লে । হনবগী লম্বীদা ঐনা অপাম্বা পোৎ অমা লৈহৌই মদু লৈগদবসু ব্রাংলি । ময়ামদু লাক্তবসিনা লাক্তবসিনা মতমদি থেঙজিল্লক্লে, দিলিগী কবম্বা ষ্টেদিয়মদনো কাউখ্রে মীতৈ মচা শান্নবা লাকপদা শান্নরমদাই ফাওবা হল্লক্তদুনা কোচতুনা কয়াদা ব্রাখিবা,শান্নরোইশিং হল্লক্লগা ব্রারুবগী হৌনবী চাক পীক থন্না চাশিল্লগা ব্রার্মিং অপ তৌবোই তৌদবোই জরসি নম্বরগা মথোং খঙদনা শান্নবুংদা চেনশিল্লগা শান্নবদা মীনা থোইখিবগী চাক পীজখিদবদু নীংশিংলকই । মাঙদি মাঙলোইকো লোন খঙবা য়াওরি । উচিন নাচিন্না অমা অনীদং ঙাইরক্লে । ঙাইমিন্নরগা লাকমিন্নরো হায়দুনা ঐখোয়বু ঙাইরিবা

শগোল গাড়ীদা কাখৎলে । লম্বীদা পোৎ অমত্তং য়েংগে হায়দুনা থৌদোরকপা হৌরে। পোৎ য়েংলিঙৈদা মখোয়সু থুংলদুনা পূল্লপ লাকমিন্নরে ।

চাক চাথোক্লগা ঙাইহাক পোত্থারিঙৈ, পোৎ য়োমশিল্লিঙৈ প্রেসমেন লাক্তুনা ইন্টরর্ভিয়ু তৌরি । ঐখোয়না ওভর ওল বেষ্ট প্লে ফংলকপগী মায় পাকপগী মথম, মণিপুরদা চত্থরিবা নিংতম লালহৌগী মরম অমদি অরোয়বদা ঐখোয়না পীনিংবা সজেশন ....। নুংঙাইবা ফোঙদোক্লুই এলাহবাদকী মীয়োক মীচান ফবা, চাবা নুংঙাইবা, শীন লাঙবা পুম্নমক ইপেন্দা পেল্লি । অদুম ওইনমক মথঙ চহীদদি টুরিষ্ট গাইদ অমদি কাউন্টর অমত্তং হাংবীয়ু মসিমত্তং হাপ্পীরবদি লমকোয়বিবা খুদীংমক ৱারী ৱাখোং খঙনা হরাওনা চৎপা ঙমগনি হায়রুই । খুদাং ঘড়ী য়েংলুবদা মতম য়াদ্রদুনা মঙোন্দা শাউদনবা হাযরগা হৌগৎলে, মানসু ঐখোয়গী এদ্রেস লৌহৌই মাগী পাউচে থারক্কনি হাযদুনা ঙসি ফাওবদি য়ৌরক্ত্রি পাউচেদো লমথুং ওন্নখ্রবরা ?

মথঙ চহীদা ঠিএটর ভিলেজদা অমুক হন্না উনসি হায়দুনা হরাও হরাওনা খুৎ শোক্লদুনা ঐগী পোৎয়োম লৌখৎ লৌখৎনা কায়নরে । অমুক উনগদ্রা কনানা খঙবা । ঠিএটর ভিলেজদা লৈমিন্নরম্বা খুদীং খুৎ হাইন হাইনদুনা কায়নরে । ঙসিদগীদি অমা চৎখি অনী চৎখি পুমহাং হাংহৌরগনি । শগোল গাড়ী খাল্লগা দাইনিং হোল মমাঙদা নহালমখৈ শীন লাঙবদা ৱাজরবা ঐখোয়গী পার্ফোমেন্সপুদি য়েংখিবা মীওই খরনা থাঙগী ওজা রাজেন্দা লম্বীদা করি করি খরা চাখিনবা লুপা ১০০ লৌথোক্লগা পীরকপদু য়াম্না মমল য়াম্না লৌই। রাজেন্না অমুক ওজা শর্ম্মদা কৎলি কয়াদা নুংশিখ্রবা ঠিএটরগী লোল !

## (১০)

রিজার্ভেশন কাওন্টরদা কোচ নম্বর, বার্ঠ নম্বর হংলল্লগা চেনচৎ-চৎতুনা লাক্লে । ঐখোয়গী খোঙবু ওইগদবা খুদীংমক প্লেটফোর্ম নম্বর ফোরদা লৈরম্লে । মতম চানা শেংদোক্লিংবা অমত্তং লৈ । ৱারেংসি ইবগী মরমসু ইপ্পোক্লম্বা ঙমদদুনা ময়াম মান্নদুনা মীনম্মীনখিবা লৈবাক মমাঙদা শেংদোকচনিংবগীনি । প্লেটফোর্মদা তোঙান তোঙানবা লমগী ঠিএটর এক্টিভিষ্টশিংনা ঐখোয়গা

কাইনরমদাই খুৎশোক্লবি । অমা লাক, অনি লাক ফন যাম্না তিল্লবে । ঐখোযগী ইনাক্তা লৈবিবশিংদু ঐনা মশক খঙবসু যাওই, মশক খঙদবা, লাকশিনবা ঙমদবসু যাওই । নুংশিদবা মশাগী পোৎয়োম অতোপ্পা প্লেটফোর্মদা হুন্দোক্লম্লগা ঐখোযগী নাক্তা লাক্লি । মখোযগী ট্রেন মতম ৱাৎলি । নুমিৎ খবনিখক্কুদা ঐখোয়গী থম্মোযদা নুংশিনবগী লীপুন অমনা পুনশিনখ্রে । মসি নৎত্রা তাইবং মীওইবগী অমত্তা ওইনা হিংমিন্নবগী মচৎ ! পৃংখায়মুক্কী মতুংদা ট্রেন লাক্লে । ভোগি অনীদা কাঙলুপ শেমদুনা কাখৎনরে, মীগী মী ঙাক্তা ঙায়রম্লে । খোঙ থাফম লৈতবমখৈ চিল্লম্মী । হোলিগী ময়ুম মায়কৈ পাংনবকপা মীওইশিংনা ট্রেনদু পীক থল্লম্মী । লগেজশিং অদুগা ঐখোয়গী ফমফম যৌবা নংদ্রিঙৈ ট্রেন চেনবা হৌগৎলক্লে । টি টি ঈ না ঐখোয়গী টিকেট হংলকপদা শাউনিংবদগী ওনশিনদুনা চৈকই, "টিকেট কক্তবা মযাম অমা ঐখোয়গী বিজর্ভেশন সীটতা ফম্লি অদুগা ঐখোয়দা টিকেট হংলিবদু ইকায়দ্রা । য়েংগে হায়রবদি য়েংঙু অতোপ্পা ভোগিদা ১২ অমগা য়াওবিবনি । মহাক খৌতক চায় ঐখোয়সু খৌতক চায় । কমদৌনি বিহার য়ৌবফাওদি অসুম্না চৎমিন্নবা তাই মসিনি নোর্দন রেলবে । অতোপ্পা ভোগীদা চঙনিংলম্বনি অদুবু মী চিনবনে হুমাংগা শৌবনে চৎকদবগী শরুক শারবসু শানা মথক্তা তিংথোক্লু রগে হায়দুনা কাখৎলে৷ বোক্সর য়ৌরবদি ক্লোম্লগনি । চাকসু ঙসাই থেঙনা চাবনিনা চানীংদ্রে । চিল্লিবা খুচিনসিদা অতৈগীসু চাক্কা মথোঙ খঙলম্লরোই, তুমদুম তুমথোক্লগে খন, তুম্বা থেন্নে ।

মীৎকপ থোক্লকপদদি চিল্লম্বা মীয়াম হন্থ্রম্লে, ঈশিং খৌরাংবনা গৎ গৎ লাউনা থকচিল্লে । ঘড়ীগা য়েংদে অমুক হীপথরে । অমুক মীৎকপ থোক্লকপদদি নোং ঙাল্লম্লে । চীন-য়া শেংদোক্লগা ঐখোয়গী কাঙবুগী ফমফমশিংদা মথঙ মথঙ চৎতুনা উনরে । ঙরাং নুমিদাং ট্রেন মনুংদা মী চিনবগী ৱারী, চাক চাদবগী ৱাবী অয়ুক্কী চরা ৱান্ন ৱান্না শন্দনরি । ইনখৎলকপা অঙাঙশিং পঞ্জাবী খরগা অন্তাকশ্রী তৌনদুনা লৈখিবদগী মী অতৈনা ট্রেনদা চখোক চৎশিনগী লম্বী থিংলে অদুগা অতোপ্পা খরনসু শাউনরে হায়দুনা দ্বীজমনি শর্ম্মনা পাউ পীরকপদগী মখোযগী মনাক্তা চৎলগা লোইশিন্নবা হায়কই । য়ুমদা হনবদি থুনা যৌই হাযনৈ অদুবু ঙসিদি ইয়ৌ য়ৌদবগুম খল্লি, ট্রেনদুসু খরা তপ্নসু যৌই ।

নুমিদাং পুং ৮ তাশিল্লক্লে কামখ্যা য়ৌরকপদা । মণিপুর চংপা বসকী দলালিশিংনা গাড়ী মনুংদা পেসেঞ্জর ফাবা লাক্লরি । ঐখোয়না লাকপা বসতা তোংনবা ঐখোয়গী থৌবুরেলনা কাংলৈপাক্কী সেক্রেটরিদা ফোন তৌনগ্রবনিনা ঐখোয় মাথা ইশা শারুদ্রে । নেটৱর্ক অমদি ৱু হিলগী মীনদি গাড়ী লৈহৌদ্রে মখোয়গীদা চংগ্রসি হায়জবনি অদুবু হান্না হায়নগ্রে পাউ অমত্তং লৌনখিগে হায়দুনা ঐখোয় অরেপ্পা ৱা হায়দ্রে । ঙাইহাক লৈরগা ঐখোয় ওকপা কংলৈপাক্কী দলালিগা উনরে গাড়ী লৈহৌরি হায়নসু হায়বদগী অতে থাদোকখ্রে ।

দলালি মশাদি ঐখোয়বু মীওই খরদা শিন্নরল্লগা ষ্টেশনদগী চংখ্রে । কুলি লৌরিঙৈ ঐখোয়সু মতম ঙাইহাক লৌরগা কংলৈপাক্কী কাউন্টরদা য়ৌরকপদদি মী থনবা বস অমখক নত্তনা অতৈ লৈরমদ্রে । ঐখোয়গী কাঙবু শাউনরকপদগী ঙসাইগী দলালিদু থিবা হৌরক্লে । মসি তোয়না থোকপজাংনি অদুবু নুমিৎতুদি মী ২৪ না অমুক্তদা মীওই অমদা শাউগংলক্লে । দলালিদু মা মশা নত্তে হায়দুনা ওইদ পাদবা ঙাঙবা হৌরকপদগী শাউনরক্তুনা ৱা ঙাঙননবা কাউন্টরদগী চিংথোরকপদা ওজা শর্ম্মা অমদি থৌবুরেলনদি য়াম্না কন্না খামজিনবা হোংনৈ অদুবু অঙাঙদুনা মচীন থীদুনা চেনখ্রগা খুংলায় পায়দুনা লাকপদগী থাঙ চকু লৌথোক্লদুনা মাগী মতৌদুদা কোয়তান তানবা হৌরক্লে, ঐখোয় খরনা ঐখোয়গী কাঙবু ফারি । ঙাইহাক্তি মী পুমতাক তাকই নেটবর্ককী ট্রেনদা থেংনবা অঙাংদুগা মখোয়গী কাউন্টরদা লাক্লে । ঙসি মানা লৈফম চাফম শীল্লগনি পুংসু থেঙজিল্লক্লবনিনা চান থক্লবা শীল্লুগে হায়দুনা ঐখোয়বু পোত্থাহল্লল্লগা মহাক চংখ্রে।

করি লমগী মীতৈনো, কনামত্তা অশেঙবা খঙলমদে । মীতৈ মশেল মপানদা লিংজেল মাল্লগদরা হায়রগা মফুরুপকী মীওইবু ফৌমাই চানবা লল্লোনপোৎ ওইনা উবদি পূকচেল পীকমন্দ্রা ? কমদৌনি লাইনা তম্বনি চরা অহ্মগী মী ২৪ গী লুপা ২০০০ মুক্তি তঙায়ফদনা হেন্না তিংবা তাই । ইন্দিয়া নোর্দন রেলৱেলদা মী মরিগী টিকেটলেস ট্রেভেলর ওইরম্বগী মহেৱা ? তাঙ্গাদুদা কংলৈপাক্কী চৌকিদারনা পুলিস পুরক্তুনা ঐখোয়গী ঠিএটরগী তরং অচৌবদু হাংঙু হায়রবদুদা ঐখোয় ইঙক ঙকই । থাঙ ময়াম উবদা মী য়ানগে তৌবন্না হংলে । ঐখোয় ঠিএটরগী পুবনি কনাদসু শীংনরুবা তৌরুদে হায়না ওজা শর্ম্মানা খুম্বদগী

এস আইদুনা ঐখোয়দা নখোয়না পুথোক্তুনা চৌকিদারনা করম্মা খঙলিবনো হায়দুনা পুলিসকী বাহং তৌররে ।

ঐখোয় খুমদবা ওল্লক্রে । বারী খুদীং লীরে । ঐখোয় ইশা ঙাকথোকচনবা ঐখোয়গী অঙাঙ খরনা পায়রম্বা য়াই ঐখোয়দি খাম্নবা লাক্লরিঙৈদা কনা কনানা পায়বনো খঙহৌদ্রে হায়না খুম্নুই । ওনশিল্লগা চৌকিদারদা মশক খঙহৌবরা হংবদগী হায়দোরকপা মীশিংদু অদুম পকই হায়বা তাই । অকোনবদদি এস আইদুনা ওজা শর্ম্মদা ইপাগুম্বনি অচুম্বা ঙাঙবীয়ু হায়না হায়রকপদুদা ওম্থোক্লা ইকায়খি । নেটবর্ককী অঙাঙদুদা ঐখোয়গী চান থক্লবা, লৈফম চাফম ফজনা শীন্নবা হায়রল্লগা চংখ্রে । এস আই অমখক্লা ঐখোয়গী ওজাদা পাউতাক পীরম্বা হায়বসি ঐখোয়গী অঙাঙশিংনা থকশি খাশি বাৎপদগীনি । ওজাসু শাউখিদে, ওজাবু নুংশিবা হেল্লকই ।

পুং ১১ তারক্লদৌরে । কাউন্টবগী অঙাঙনা হোৎনদুনা হোটেলগী মপু হৌদোক্লুনা থোংহনবা চাক্তো কয়াদি হাওরে । য়োংচাক শিংজু, শৌগ্রী থোংবা, য়োংচাক ইরোনবা, চরা অনী চাক চারক্লবনিনা ঐখোয় ২৪ গী চাক এঙ্খাং হাপ্পদা হোটেলগী অঙাংশিং হুমাং কাংলি । অদুগীসু মথক্তা নুমিৎ খরনিগী মতুংদা চারিবা মীতৈ এঙ্খাং মথেলশিংনি । অয়ুক পুং নিপালদা চাক পীনবা মেনেজরগা হায়নরল্লগা ঐখোয় হল্লক্লে । মী তাক্লবা এ টি রোদতু ঐখোয় ২৪ চংপদা পুমথন থল্লি । মী য়ান্নবদি বা য়াম্মী । ময়াম পুল্লাং লাংলি, ঐখোয় তুম্বা থেল্লে ।

অয়ুক চীন-য়া শেংদোক্লগা য়ুমদা ফোন তৌবা, ঐখোয়না উৎখিবা পর্ফোমেন্সকী ফোটো খরা য়েংমিন্নবা অমদি অতৈ অতৈ মীনৌ খরাগা শকখঙ মায়খঙনদুনা চাক ঙাইরি । চাক চাথোক্লরগা হল্লক্লে । য়োংচাক মনম হৈনদবা য়াওনরম্বা য়াই অদুবু মীতৈ মচা অমা ওইনা য়োংচাক শিংজু, ইরোনবা, হঙ্গাম থোংবা চাক্লুক মচীদগী চাদনা করম্মা হৌগৎলক্কদগে । ঐখোয় ২৪ গা অতোপ্পা মীতৈ মচা শাম্নরোয় খরগা হোটেলদো পুয়োম নোম্মী । চাক চারুবা হল্লক্লগা ঐখোয় ঙাইহাক পোখানরগা মথঙ মথঙ ঈরুজথোক্লে । টিকেটকী শেল সুনা থিনিংঙাই লৈতবনা ঐখোয়বু ওফিস য়ৌবা ফাওবা থিল্লগা বসতা অবাৎপা শেনফম শীন্নরকপা হায়না য়ানবগা লোয়ননা ঙরাংদগী চাবা থকপগী শেল পীনরকপনি ।

বি দি এ গী ওফিসতসু লুপা ২০০০ মুক থমলম্লবা ফোন তৌখ্রবনি । পুং ১২.৩০ তারকপা অদুৱাইদা কাউন্টরদা শেল থিননবা অমুক হায়রকপদগী ঐখোয়গী অহল ওইরবা ওজা অমদি থৌবুরেলগা ঙাওননবা থারে ।

(১১)

নুংথিলগী পুং ১ তারকপদা গুৱাহাটি থাদোক্লম্লে । চাক্লা লুমথরবা পূক, চেক্লিবা গাড়ী অমদি য়ূম থাদোক্লকপা নুমিত্তগী অহীং ফজনা তূম্লক্তবগী উইনবা য়াও, তুম্লবা য়ও, নুমিৎ তাশিনখ্রে । নাওগাওঁন বাজার লোইশিল্লকপগা চাশিনখিবা য়োংচাক শিংজু, ইরোনবগী মহৈ পানবা য়াওনরমাম্লে । ঙাইহাক্তা লেপখিসি হায়দুনা দ্রাইভরদা হায়নদুনা অমম্বা লমহাংদুদা লেপ্লে । মথঙ মথঙ কুমথনখি । উইরুবগী মীৎ মায় ঙাইহাক শিংনবা মখাদা হকচিক লাংলুগে হায়দুনা কুমথরে । ঐনা কাখৎলকপদদি ঐগী এয়রবেগ নাকন্দা য়াওবা সঙ্গমগী ঈশিং লীক্লিদু য়াওরমদ্রে । সঙ্গম চৎপা ঙমজদবা হিন্দু বৈষ্ণবীশিংদা খরা খরা য়েনগে হায়দুনা পুরকপনি অমম্বদা থক্লখ্রবজাৎলা, নৎত্রগা মায় মীৎ তাথোক্লখ্রবজাৎলা ময়ামদা লৌশিন্নবা য়াওবরা হংগে খন্দুনা গাড়ী মনুংদা ফম্লা ফম্লা ময়াম কাখৎলকপা ঙাইরি । কনাসু খঙবা য়াওনদ্রে ।

সঙ্গমদগী ৱানা শোক্লকপা ঈশিং, খোঙ থাফম লৈতনা ট্রেনদা পুরকপদু য়ুম য়ৌরমদাইসিদা মফম খঙদনা মাঙখিবগুম ইন্দিয়া পুম্বগী লেমজনিংঙাই ওইরবা বেষ্ট প্লেগী মনা পুদুনা হল্লক্লবা আর্টিষ্টশিংসু ইরমদম য়ৌরবদি চীকমাঙনখ্রনি । অদুবু নুংঙাইতবদি ফাওই লৌথোকপা অমদি শোয়দনা য়াওরমগনি । থক্লবগীবু ওইরবসু, হকচাং, মায়-মীৎ শেংদোকপগীবু ওইরবসু মাঙখ্রিবা ঈশিংদুদি মহয় য়াল্লবনি মরমদি ওইনিংবা মরম অমা ওইদুনসু মীওইবগী কান্নবগীদমক্তনি হায়বদি শোয়দ্রে । লাইশঙ, মন্দির, মসজিদ, গুরুদ্বার, চর্চতদা ঈশ্বর লৈবা নত্তে ঐখোয়গী হকচাংদসু ঈশ্বরনা মতম চুপ্পদা লেংদনা লৈরিবনি । অরাম খৌরাংববু কোকহল্লবসু, হকচাংবু শেংদোক্লবসু ঈশ্বরগী পেন্নবা ঙাক্তনি । নোংঙাল্লমদাই খরখত্তিদা থাউ খরা হাপ্লগা লেপ্তনা থৌদোরক্লে । উইথরুরে ঐসু । নাগালেন্দগী অঙাংবা নুংশিৎনা চীংমায় অমদগী অমদা হুমদুনা ঈং ঈং লাওহন্দুনা ঐখোয়বু মীৎকপ থোকহল্লে ।

ড্রাইভরনা মফম চাবা অমা য়েংদুনা খাল্লগা মায় মীৎ হুকচাং শেংদোক্লবা ঙাইহাক নাগালেন্দগী অয়ুক্তুগা শকখঙনহল্লে । চীংনুংগী চীক্লবা মফমদুদা কনাবুসু কিরুদে ইয়ুম লমদমগুম খলহল্লি। অসিগুম্বা লমদমসিদগী সাওথ নাগালেন্দ নৎত্রগা গ্রেটর নাগালেন্দগী ৱাফম থোরক্লমগদ্রনে ? ঐ থাজদে, অদুগা করিগী হৌখিবা চহিদা জুন ১৮ দগী হৌদুনা ঙমখৈ কনবগা মরি লৈননা মীওই ১৮ গী থৱাব মাঙখিবা অদুগা কয়ানা অশোক অপন নংদুনা শোইনায়হনখিবা, চরাঙনহনখিবা ! পাউথুম ফংলোই, গাড়ী হোর্ননা ঐখোয়বু কৌখৎলক্লে ।

চহী ২০০০ গী মথক্তা কাঙলুপ কয়া খুন্দামিন্নদুনা, নুংশি চান্ননা ইচীল ইনাও ওইদুনা হিংমিন্নরকপা ঙম্মমক কাউথোক্লখ্রে হৌখিবা চহী খরসিদা । পুৱারীগী তাক্কক্তা অহোঙবা খবদি লৈখি মদুমক্লা তুং কোয়না চৎখিবদি নত্তে । চীংমীনা হায়, "তম্মীনা ঐখোযবু হম্বনা য়েংবী, অমাং-অশেঙগী পল খায়, চাওখৎ-থৌরাং তৌবীদে, হম্বনা য়েংবী, ইপা-ইপুশিং চৈনাসি খাঙদুনা শিখি ।" কয়া কয়ানি অদুবু হায়নীংলিবদি মসিদি পুৱারীগী খোঙচৎনি । চীংদা লৈবদি লাপথোকখ্রবনিনা খববু ফবিবনি । তমদা লৈবা কয়াসু নিংথৌ পাল্লিতৈঙে মতমদা কয়াদা ৱাখিবা - শোক্ল - শম্নবীদবা কয়া, ইম্ফোকপীবা কয়া, চন্দন শেলখায়গী, পাৎশেল হাবগী দোলাইরেংগী, পীয়ন চাকথাক্কী কয়া কয়ানি, মীতৈসু নাৎকী ওইবা ঙক কনবা লমকেৎ লমহাইবগী মতৌ অমদি লৈতবা নত্তে, অসিগুম্বা ঙক কনবসে তোকপা তাই অদুগা ইকুই কুইদ্রিবা গ্রেটর নাগালেন্দ নত্রগা সাউঠ নাগালেন্দ হায়বা ৱাহৈসিগী ফমুং সেনাপতি দিষ্ট্রিক্টতগী থাংদোক্তুনা মনিপুরগী ৱাংমদা হোংদোকহন্দুনা অপুনবগী শক্তম থুগাইনবা হোৎনরিবা মরাল লৈবা মীশক থিদোকমিন্নদুনা অফ-ফত্ত হৌখিবা কয়া নৈনমিন্নদুনা চুমথোক্লদুনা অপুনবগী শক্তম শাগৎপনা খ্বাইদগী মরূ ওইবনি । ফমুংসিবু ডিষ্ট্রিক্টসিগী মীওইনা থাজরিবরা নত্রগা অতোপ্পা মীওইনা নমদুনা থাজিনবীরিবরা খল্লিতৈঙেদা নাগালেন্দ করম্বা মতমদা লাম্ফোকখিবনো খঙহৌদ্রে, মাও য়ৌরক্লে ।

ইরমদম য়ৌরকপদা কয়াদি নুংঙাইবা, কয়াদি নুংশিবা, কয়াদি ফজবা । লশিং মফোলগুম্না পাইরিবা লৈচিল, অমুক্লা ঐখোয়বু য়োৎপা মানবা, অমুক্লা ঐখোয়বু ঙাদুনা শানরম্বা, অমুক্লা লাম্নে থানবীগুম কোরৌগী মঙালদা খ্বাই খ্বাই

মাঙদুনা ঐখোয়বু লাঙতক্লহনখিবা । পায়-পায়দুনা কয়াদি শান্নজনীংবা ! অসিগুম্বা ফজরবা চীংঙোলসি কাঙলুপকী ঈরাংদা তাইবং মীগী ঈগী মহাও তংগ্রবনিক্নে অদুগা মরাল লৈজদ্রবা কয়াগী মীকপ মীরাওখোলসু তাপ্রবনিকো ।

সেনাপতি লাম্বোয়রক্লে, কাংপোকপী কৈথেল মীকপ থোক্ত্রি নোংঙাল্লমদাইসিদা তুন্নি নুংঙাইনা । লেপ্পুনা থৌজিল্লকপনা কৌরু লাইখা, সেকমাই লাম্বোয়রক্লে; খোংহাম্পাৎ চীঙোল লৈখৎলকপদা উরেশিংদু হাইফেৎ য়েংখৎলুই নঙসু লমদমসিগী ফজবা শক্তাক্লিবা তাঙলবা মহৌশাগী খুদোলনিকো ! মথঙ মথঙ থৌজিল্লকপনা খোয়দৌনি হায়নরিবা কংলাগী সন্নাথোঙ উরক্লে । অথৌবশিংগী নীংশিং য়ুম্বী মতোনগী কংলাশা তম্মা য়েংখৎতুনা পাউদম্লুই সনথোঙ মপাদুদা ইমা নচা ঐখোয় হঞ্জরক্লে ঐখোয়না ঙমজবা নঙগী নতিক নগুন খরদি শকচ শোঞ্জরম্লবনি । নহালমখৈদি খঞ্জিল্লুদে নীংতম্বা লৈবাক অমগী মনীং তম্লবা ইনিংথৌশিং অমদি সনা ঈশিংদুনা মঙাল নাইনা পাল্লম্লিবা লৈবাকসিগী হিয়াই পুম্বনা লৈতেংলবা মফম্নিকো অদুবু ঙসিদি নুংশুক-নুংজাননা উপাল ৱাপাল খুদিংসু তুম্পক তুম্পক মরূ লুক্লা লেপ্তুনা করম্বা লৌশিং লৈবা, মপাঙ্গল কনবা মমা নীংবা মপারি মমোমদু ঙাইরিবা ?

ঐখোয়গী খোঙচৎ হৌখিবা মফমদুমক্তদা অমুক অয়ুক্কী পুং ৮.৩০ দা থুংলরে । বি দি এ গী ওফিশল খরগা আর্টিষ্ট খরগা ইমুং মনুং খরগা ঐখোয়বু ওকপীরম্মী । তরক তরকপা ৱাখল পুক্নিংদা ফাওই । লমদমসিগী ইনাক খুঞ্জরবা ইনাৎ অমদি কলচর হিংহনসি, য়োকখৎসি হায়রবদি মসিবু নুংশিনা শাঙজরিবা আর্ট তৌজরিবা আটিষ্টশিং য়োকখৎপীগদবনি অমদি শকখঙবীগদবনি । পুং-ঈশৈ তৌবা খরখক লাইনীং লাইশোলগী রিচুএলদা শৈদাংফম লৌদুনা হিংঙি অদুবু অতোপ্পা মখলগী আর্টশিং হিংনবা থৌরাংদি কদায় ? চিকমাংনপ্রবা মতীং লৈরবা লমদমসিগী কুমহেরোয় কয়া পেন্দবা, নীংবা কায়বা কয়াগা লোয়নন্না লৈবাক পোলাং অমদি য়োৎপাক্কা মরূপ ওইখিবা, নম্মো থাবা পোদুনা লংফে চৎখিবা পামজবা শিনফম থাদোক্তুনা য়াচঙলকপা পুন্সি নুমিদাংৱাইদা মফি তাখৎতুনা চাকখুম মৈ মুৎতনবা কখোকচরক্লবা শিনফমদুগী মহয় চাবা ফংদনা তুপোন মাশোয়্নবা তাঙলবা থৱানমিচাক কয়া তঙ্গুপ তরং মমি শাম্লক্লে । অশেঙবনি

কুমহৈরোয় অমদা শোয়দনা থেংনবা পুন্সিগী এক্সপরিএন্স অমদি ইমানা য়ুম্বুবীনা, ইচীল-ইনাও, ইচে-ইচলশিংনা চাক থ্রায়নিংদবনি অদুগা অপোকপা, ইপা শকপনায় থৌরেম্মি হায়না চৈবীবদুনি ।

শক্লাইবা কনাগুম্বা অমা লেংলকপদা লৈবাক্কী মায় ওইনবা কুমহৈরোয়শিংবু ফম্পাক্তা পুথোক্লুনা উৎপীবথক নত্তনা হিংবা যাবা শিনফম অমা ওইহনবীদুনা মকা লাম্লা, পেম্মা থেক নৌদুনা লাউ খোংদুনা হাইনা হুম্লা নীংতমনা মীয়ামগী থৌগল তৌজনবা থৌবাং শিনবীদুনা চাকখুম মৈ মুৎতনবা অমদি ইজ্জৎ লৈনা লৈবাক মচা তানা হিংনবা থৌরাং পায়খৎপীগদবনি। ঙসিদগীদি অমুক আটিষ্টশিং চাকখুম অমদি ইজ্জৎকী লায়ক্লেংনবা চৎনখ্রগনি । শিনফমসিদগী পূক থঙবা ইজ্জৎ লৈনা হিংবগী মীশিং কৈদৌঙেনো য়ামখৎলক্কদবা ?



খোঙ্গুলগী শিন অমা : তোনদোনবী, নোনিবালা অমদি কৈলানি



খোঙ্গুলনা বেস প্লে ফংলকপগী থৌবমদা অহৈবী, দাইবেত্তব অমদি আর্টিষ্টশিং ওকপা

# হিংবা হৈরবশিংগী মনাক্তা

পাশ্চর ইন্সটিট্যুট, পেরিসতা ইং ১৯৮৩ দা ইহান হানবা ওইনা এচ আই ভি গী মহিক শক খংখিবা নুমিৎতগী মালেম শিনবা থুংনা হিংমিন্নরিবা মীওই কাংলুপ খুদিং, নিপা-নুপী, অঙাং, লাইরবা ইনাকখুনবা, ফজবা, অথিবা খায়দনা মহিকসিনা এইদস হায়বা অনাবা অসি ওইহন্নকপদগী অরোনবা লায়চৎনি হায়দুনা মালেম হুন্না মহিকসি চংদনবা, লায়েংনবা অমদি লায়চংসি থিংনবা হোৎনরি । লায়চংসিনা মরম ওইদুনা খুন্নাক-লানসিবগুম লৈরবা লময়মশিং, মন্না-মপুরোইবা কায়নরবা নৌজরিবী কয়া, অরোইবা মথৌ মগুম পাংথোকপিনবা কনাসু লৈজন্নবা মচা কায়নরবা মমা মপা কয়া, মশু কায়নরবা অহল কয়া অদুগা মমা মপা লৈজন্নবা মচা কয়াগী নুংঙাইতবা, নুংশুন্নবা, ওমচান্নবনা পিক থন্নবা, হিংনা হিংনা শিবা ঙাইরিবা অদুগা শিবসু ওন্নবা কয়ানা মীনোক মীচে খাংদুনা হিংলিবা মালেম অমা হায়বদু ওইররে ।

ইন্দিয়াগী ওইনা ইহান হান্না এচ আই ভি হায়রিবা মহিক অসি ইং ১৯৮৬ কী মে থাদা চেন্নাইদা ফংখিবগা লোয়ননা টামিল নাদু, মহারাষ্ট্র অমদি মনিপুর স্টেট অহুম অসিবু এচ আই ভি / এইদসকী শন্দোকপা হৌবকক্ষমবি হায়না ফাওবা খংনখি। মনিপুরগী ওইনা ১৯৯০ গী ফেব্রুবারি থাদা এচ আই ভি ফংবগী ওফিসিয়েল রেকোর্দ লৈখি । নুমিৎতুদগী হৌজিক ফাওবদা এচ আই ভি হায়রিবা মহিকসিনা অরেপ্পা লৈতনা এখোয়গী মীয়ামবু শোকহন্নরি ।

মালেমগী ওইনা এচ আই ভি হায়রিবা মহিক অসি শন্দোকপগী থৌওংশিং অসি মহিক চংলবা মীগা চেকশিন্দনা যুন্নান মরি থন্নরুবদগী, ঈদগী ঈদা, মহিক চংলবা মমাদগী নৌনা ফংজরবা মচাদা শন্দোকই হায়না য়ানরি অমদি অথং অহেনশিংনসু ভাকপিরি । শন্দোকপগী থৌওংশিং অসি মীওইবগী পুন্সিদা কয়ারক হন্না তৌররোই হায়বা য়াদবা অমদি অতোন্ননা মহৎ শিনবা ওমদবা থৌওংশিং ওইমন্নিনা ইচম চমজরবা মীচম কয়াগী পুন্সিদসু অচৌবা চৈথেং পিরি । লোয়ননা

ঐচ আই ভি শন্দোকপগী অয়াম্বা থৌওংশিং য়েংলুরগা অয়াম্বনা খুন্নাইদা য়ানিংদবা লিচৎ শাজৎশিংগা য়াম্না নক্রবা মরম্না মইকসিগা লোয়ননা হিংলিবা মীওইশিংবু ইস্পোকপিবা, তাথি তাওইনা তৌবিবা, হত্নুনা য়েংবীবা, তিন্ননিংদবা, মীওইবগী মীনুংশিগী ৱাংমদা ফংকম থোকপা অমদি মীওইবনা হিংজবগী হক মৎশিবা থৌদোক কয়া থোক্লি।

চাংয়েং কয়া চখ্রবি। লায়চৎসিগী মরমদা লেপ্তুনা থিজিল্লি। লায়েংনবা, ঙাকথোক্লবা কয়া কয়া লেপ্পা লৈতনা হোৎনরি। ঙাকথোক্লবা হিদাকসু লৈত্রিবা, লায়েংনবা হিদাকসু লৈতবা, মদুসু ঙাইনা ঙাইনা মকপলোই কয়া, মতারোই কয়া, নুংশিরবা মচা মশু কয়াদি নোংমা নোংমগী উন্না নুংশা মঙালদা তুমখিবগুম উনা উনা মীৎমাংদা তুমশিল্লকলি। তশেংবদি ঙসিমকতি অশুম্নদি কিদবা য়ারে; অনা লায়েং চাওখৎলকপগা লোয়ননা লেপ্তুনা থিজিনবনা মরম ওইদুনা লায়েংদুনা ফহনবমক ঙমদ্রবসু অতৈ অবিবা অনাবগুম পুন্সি শাংদোকহনবদি য়ারে। অসিমতন্দা শোক্লবিদবা, শম্নবীদবা, মীয়াম পুনবদা চামিন থকমিন্নবদা য়াওহন্দবা, লাইরিক তম্ফমদা, শান্নবুংদা, থবক তৌফমদা, লায়েংশংদা, ইমুং মনুংনা ইস্পোকপিবা তুক্কৎচবা, হঙ্গোইবা, তোঙান্না থগ্নীবা, লায়েংবিদবা, ওপবেসন টেবলদগী ইস্পোকপিরকপনচিংবগী থৌদোকশিংদি লেপ্পা লৈতনা নোংমা কাংদনা থোক্লি। লায়চৎসিগীদমক থবক তৌরিবা, মহে মচুম চাবিবা মশক থোক্লবা দাইত্যা লৈরবা মীশক ফাওবনা কয়ম কুইনবু হিংগবনো হায়না ঙাংবদা হালেংবা লৈত্রি। কপকদ্রা, লোৎশিনগদ্রা, লাইবক্ত তমলম্বনি খন্দোকসিরা নত্রগা থোক্লক্লনা থেংনগদ্রা? ৱাহং কয়া কয়ানি থোবক্লিবা! ইস্পোকপা, তুক্কৎচবা হঙ্গোয়বা কয়ানা থল্লবা মীরকসিদা মশা অনাবগীসু খল্লিবা, ইমুং অমা পুবগীসু চাওরম্না পোৎলুম থোঙ্গৎলিবা লুপ্রাশিং, লায়চৎসিনা শোকহল্লবা মীওইশিং, শিঙনবা কয়াবু হঙ্গোয়বা হত্নুনা য়েংবিবা, ইস্পোকপিবা কয়াবু থেংনদুনা হিংনবা হোৎবিবা, হিংবা হৈরবা থৌনা ফরবশিং অদুগা মীকুপ খরদং উন্নদুনা ৱারি ৱাতাই শারুবা, মখোয়গী অন্নাবা অমদি নুংঙাইবা কয়াশিং অদো খরদং ওইরবসু শরুক য়াজনিংলুবা অমদি তাথিবা, হঙ্গোইবিবা, ইস্পোকপিবা, হত্নুনা য়েংবীবা মরম অদুদা হায়জনিংবদগী ৱারেংসি ইজনিংবনা লৈতাফম খংহল্লক্তে হৌথিবা পুন্সিগী মীকুপ কয়া।

মখোয়গা লোয়নরই, মখোয়গা চৎমিন্নরই, মখোয়গী মনাক্তা লৈরই, মখোয়গা ব্রারি শাররই । মীনোক মৈশা কয়া লাংখি, অখিবা ব্রাহে কয়া ইনাসিনা তাখি, তাখিবা মীংয়েং কয়া য়েংবিরকখি, ইরাল কয়া শিরকখি, অথিবা মীং কয়া শিরকখি ..... অদুবু পুক্নিংদা ফাওরিবা অচুম্বগী মঙাল অসিম্নতংদি কাম্থোক্তুনা চংকে শুকওম ওমদ্রে, মঙালদুগী মায়কৈদা ইশাসে চেনশিল্লি মদুদি হঙোইবা, তুক্কংচবা, ইম্থোকপা, তাথীবা অমদি য়েংথিবনদি লায়চংসি হেঞ্জিল্লকপা নত্তনা করিসু তৌবা ওল্লোই, পুন্না খংমিন্নবা নত্তনা ।

পুন্না খংমিন্নবা হোৎনরি, খরামখৈদি খংলে, চুপ্নে, অয়াম্বা মীওই খংলে হায়বসিখদি য়ানিংদ্রি; লাল্লি হায়নিংই, লাম্লে হায়বসি চুম্নবনি । মালেমদা শাফোংলকপা চহি ২৪/২৫ হায়রক্লবা ফাওবা হিদাক লাংথকী ওাথোক্লবা পাম্বৈদি লাপ্না থমপ্রগা মহিকসি করিনো; করম্না শন্দোকই, করম্না শন্দোক্তে হায়বসি হায়বা ফাওবা খঙলমদবা চুম্নগী মীওইনা খংদবদি লায়রদুনা মহিকসিগা লোয়ননা হিংলিবা মশাদা চৈথেং ফংলবা অমদি মহিকসিনা শোকহল্লবা অব্রাবা মায়োক্নরিবা মীওইশিং অসুক্কী মতিক য়াল্লিবা অসিনা তাক্লিবদি খংদে হায়বনি । অদুগা খংদ্রিবমখৈ ইম্থোকপা তাথিবগী চাংসু নেমথরে হায়বা য়াদ্রি । নৌনা খংলকপা মীকুপশিংদা ইম্থোকপা, হঙোয়বা, তাথিবা হেঙ্গৎলকপগী অনৌ অনৌবা যৌদোক কয়া থোরক্লি । ইম্থোকপা হঙোয়বা তাথিনা তৌবনা এইচ আই ভি মুৎথৎপা ওল্লোই মসিগী চৈথেং হম্থরোই অমদি ইম্থোক্লিবা হম্থনা য়েংবিরিবা তাথিনা তৌবিরিবা মখৈ লায়চংসিদি অশুম অশুম লেপ্তুনা হেঙ্গৎলকখিগনি হায়বা থাজজবসিগা লোয়ননা লায়চংসিবু মুন্না খংমিন্নদুনা, লায়চংসিগী মরমদা লান্না থাজনরম্বা কয়া, মরম চাদনা কিহনবা, কিবনচিংবা পুম্নমক থাদোকমীম্নহল্লগা নখোয়না থেংনরিবা অব্রাবশিং শরুক য়াজরি হায়জবগা লোয়ননা নখোয়না তম্নকপা পাওদম কয়াশিংদুদগী খরদং লৌখৎচরি ।

(২)

"মীওইবনা য়ুম পাল্লিবা অসিবু অরানবা লম্বী ওইরিবজাংলা ? জানুয়ারি ১৭, ২০০৩ দা এইচ আই ভি টেষ্ট তৌবদা পোজিটিভ রিজল্ট ওইনা থোরকখি ।

মসিবু য়ুম পান্নে হায়দুনা পাল্লুবা ঐগী ইয়াল ওইগদরা ? ঐ থাজদে য়ুম পানবগী চৎনবী অসি লৈরমদ্রবদি ঐচ আই ভি গী চৈথেং অসি ফংলম্লোই, য়ুম পাল্লুবা ঐনা লাল্লবরা ?"

পিক্লিবা মচানুপী অনিদো মখুৎ নাম্মা নাম্মা শন্নদুনা মখোয়শিংদুগী মরক্তা ঐনা নুংশিনা কৌজবা লাংলেন্না হংখিবা ৱাহংনি । য়ুমদা হল্লক্লবা ফাওবা ৱাহংসে ঐগী নাকোংদা শুরু শুরু নৈশিন্দুনা লৈখি ।

মহাক আশা কয়াগা লোয়ননা হৌরকখিবী পলেম পছৌগী নুংশি মীৎয়েং খাদা চাওরকখিবী মচিল মনাও নিপালগী মরক্তা অৱাবা খংদনা হৌজরকখিবনি । মনিপুরগী তম্পাক্কী কলেজ অমদসু মেগাজিন সেক্রেটরি ওইরম্মী । কয়াদা নুংঙাইনা হৌরকখিবা মহাক্কী লৈশারিঙৈ মীৎকুপতো ! পছৌ শঙ্গায় নিঙোল কাগী মীহুৎ থোং ময়াদা লেপ্তুনা ময়াল শুরবা চেংহী শম্বাল লাংলুঙৈ, চোৎলবা শল্লাং তৈথোক তৈথোক্লা নুংশি মায়কৈ য়েংদুনা হায়নখিবা মতমদু য়ৌরকপনা হানখিনি খন তহা তহা ঙায়জখিবনি । অদুবু ইখং খংহৌদনা চেকশিলহৌদবা মীকুপনি হায়গদ্রা লাইবক্তা তল্লকপনি হায়শিরা ইখং খংনদবা নুপা অমদা মাগী পুন্সি ৱাইথুংখি । মাগী মপুরোইবদু নুপী অঙাং খায়নদুনা লৈবা ওইরমখি । মায়থিরবা লাম্বী অমগুম খুৎশা থেক্তুনা খাংখি । অহল লম্মন অমত্তা লৈতবা য়ুমজাওদুদা তরক তরক লৈরিবা মপুরোইবগী মতৌদুসু নুংশিখি । মীনুংশিনা থল্লবা থম্মোয়দুনা পুন্সিগী তল্লমলবনি খন চেল্লুরবীগী মীংথোল ফংদুনা কনানসু উশিংতনা লৈগদবগী শরুক মমা-মপানা য়াদ্রবসু লুহোংলগে লেপখি । ইং ১৯৯৩ দা লুহোংখি । ওল্লকপা চহিদা মচানুপী অমা ফংজখি । মচানুপীদুনা থা অমা হায়রকপা অদুৱাইদা মপুরোইবদো মহৌশাগা ইমান মান্নদবা নিশা চাবগী চিংননিংঙাই ওইবা খুদম খরা ফংখি । মদু হায়রুরবসু ফুবগা চৈবগা অহল লম্মনগা লৈতবনে মফম খংখিদে । য়ুম পানবগী নুংঙাইবদু অসিরা ? ৱাহং কয়া হংজখি । মচানুপীনা থা মঙা হায়রকপদা কোক্কী অরুবা অনাবা অমা মপুরোইবদা নারকখি অদুগা নোংমা মচা কোন্দুনা ফমুংদা তুম্লিঙৈদা শীংজংনা হায়থরকখি, লাইবক কয়া হায়গদরা থিবা হায়গদরা মঙোন্দা পালহৌদে । ইকুই কুইনা নপামদা [illegible]কখি । মতম খরগী তুংদা মপুরোইববু লাদেংলিবা দাক্তরদুনা মঙোন্দা চে [illegible] হংম্না থারকখি

অদুগা মপুরোইবসু ফগৎলক্কুনা মপামদা তোয়না লাকখি, অহিং কয়া লেকখি। মবুংশিংগী মমাংদা ইকায়জখি। অমরোমদা মাগী মতৌসু য়েংবা নুংঙাইখিদে। মদুনা মরম ওইদুনা মহাক মপামদা খংহল্লমদা লোন্না অমুক লাকখি।

ইং ১৯৯৭ তা অঙাং নুপী অমা অমুক ফংজখি। মতমদুদা মপুরোইবগী হকচাং খর খর শোক্সবা হৌরক্লে। ঐচ আই ভি গী মরমদা করিমত্তা খংখিদে তাবদগী হেন্না কনাদা হংগনি করম্না শন্দোকই, কদায়দা টেষ্ট তৌগনি হায়বনচিংবসু করিমত্তা খংলমদে। ইং ১৯৯৮ দা মপুরোইবদু ঐচ আই ভি টেষ্ট তৌই অদুগা কোন্দোম খরসু পুরকই। মদু শিজিন্নবদি পামদবা মাল্লি। মহাক্কী অপাম্বা অনিংবা থুংদ্রগা মহাক্না হায়বা য়াদ্রগা মাবু ফুবিখি, ওৎপিখি, মখুড অনিমক থুগায়বিখি। শেল পিনবা হায়রকপদা মহাক্না করিদা শিজিন্ননবনো হংলুবগী মমা মপানা উনবীরকপা মহাক্কী শেম্ছোক লম্নী ওইজরিবা য়োঙ্খম অদুদা য়াওরিবা মরাক তায়বী থাগুজৌনা শীংজংনা মতুপ মতুপ ককথৎখি। মপামদগী উল্লকপা পোৎ কয়া লোন্না লোন্না য়োল্লমখি। অদুক য়াম্না ওৎপা নৈবা তৌখিবশিংদো মপুরোইবনা তৌরিবনিকো হায়দুনা করিসু শাওনিংখিদে। লায়চুদুনা হল্লকখিদবা অথেংবা অহিং কয়া লাল্লবা পুক পায়দুনা মঙোল উখোকতেন্দা ঙাদুনা মপুরোইববু ঙাইখি।

এপ্রিল ৪, ১৯৯৯ দা মপুরোইবা সংসার থাদোকখি। পুন্সিগী অবা নুংঙাই খুদিংমক মায়োক্লবা তাখি। অমম্বা সংসার অদুদা খুৎ নাকল অনিমক্তা মচা অমমম শন্নদুনা পাল্লবা পুন্সিগী ঈপাক্তা মায়কৈ খংদা পঙ্খুং লৈতা আশা অমত্তা উদনা মহাক লেনখি। মশাগী চহি ২৬ তা ঙায়জরিবী মহাকনা কালেনগী শারবা নুংশা, শজিবুগী কল্লবা নুংশিৎ, ইঙাগী অকনবা নোংলৈ, ৱাকচিংগী খ্রং খ্রং লাওবা উলেনলক্তা মশাদা ঐচ আই ভি য়াওরমগদ্রা য়াওরমলোইদ্রা হায়বগী চিংনবা মরক্তা নোংমা নোংমগী চেঙকোক তকপা, মীগী ফদিগোম ফোইবীবা, অফং অফংবা থবক শুদুনা লেনখি। মমা-মপাগা তান্নগদবসু কিজে, লমসু লাপনৈ, চাওরাক্লা কিলোমিটর ৪৯ মুক লাপ্লে। পুন্সি মায়কৈ খুদিংমক মমখি। নোকপতনা মশরুক ওইনা হিংজরম্বা মহাক্নি অদুবু মতমদুদা ঙম্মক কাওথোকখি। মায়কৈ খংদ্রবা পুন্সিনি, লম্বীদি য়াম্মী, মশানা চৎকদবা লম্বী ফাওবা খংদ্রবা লম্মুকনরবা

মতমদুদা নোংমা ডাক্তরদু থেংনখি । এচ আই ভি টেষ্ট তৌখি, নুমিত্তু জানুৱারি ১৭, ২০০৩ নি ।

মাইক্রোবাইওলোজি দিপার্টমেন্ট, রিমসকী কাউন্সেল্লরদুনা এচ আই ভি পোজিটিভ ওইবা মীওই খক্তগী মনিপুর নেটৱার্ক ওফ পোজিটিভ পিপল কৌবা গ্রুপ অমা লৈবনি মদুদা চংলু তাকপিখি । মহাকসু হরাওখি, চংকদবা পুন্সিগী লম্বীসু খঙদোকখি । মখোয় লৈকায়গী লুপ্তাবীশিংদগী ওইবা সেল্ফ হেল্ফ গ্রুপ অমা শেমখি । হোংনবা লেপখিদে, চংখি, থিখি । ফেব্রুৱারি ২, ২০০৩ দা এম এন পি প্লসকী মেম্বর ওইনা মিং চনখি । মহাক দিষ্ট্রিক্ট লেভেল নেটৱার্ক, থৌবালগী জোইন্ট সেক্রেটরি ওইনা থৌ পুখি । মীতিন কয়া চংখি ।

লুপ্তা ওইহৌরবী কয়াবু খুন্নাইসিনা চুন্না খনবা ঙমদে, চুন্না উবা ঙমদে । নৌজরিবী কয়া লায়চংসিনা শোকহল্লি, লায়নাসিনা নারি । মতারোই কনাগী মনাক্তল অমদি অনা লায়েংগী মীওইশিংগী মনাক্তা চংচবা, মখোয়গা ঙাইহাক ৱাবি ৱাতাই তৌবদা খুন্নাই অসিনা মমিং নাই । পুংবা কায়দবা কয়াগীদি ঙাংননিংঙাই লৈতে, মখোয়গীদি নুপা লৈরি অদুনা করিসু ঙাংননিংঙাই লৈতে । খুন্নাইসিদি নুপাশিংগী ওইবা খুন্নাইনি হায়বা য়াবিবনি নুপা ওইবশিংনা নুপী ওইবীশিংবু মচল মচে, মমা মনে, মন্দোলগুম খঙবা ঙমদে অদুনা অকাম্বা নুপা খুন্নাই অমা লৈ হায়না লৌবমক য়াই । নুপাশিংনা মতম চুপ্পদা নুপী ওইবীশিংবু হপ্পবা মীংয়েংনা য়েংবী অমদি খুদোংচাব য়েংদুনা মবুক লাল্লবা শা অমগুম ঙাইদুনা লৈ । মঙোন্দসু হায়বিখি তাবা ঙমদবা ৱাহে কয়া কৈবোল লৈকায়না মচানুপা থিবা চংলিবনি ফাওবা হায়বিখি । থম্মোয় মচেং কয়া থোক্লা কায়খি । নুংঙাইমন্দদুনা খরা ফগদরা খন্দুনা এচ আই ভিগী ষ্টেটস হায়দোক্লববু পুন্সিদগী ঈশিং শোকহল্লকতে,লায়না পকপীনি হায়দুনা শুমাং ফাওহনখিদবা, মতিন শিংচিল্লকখিবা, মঙকশম পায়দুনা ইনখিবা, য়েন্নাখাদা তাবা হিদাক লিক্লি লায়না পকপনা থকপগীনি হায়দুনা মাঙোন্দা লংশিল্লকখিবা, মখুৎতা তুম য়ুববদা হনবিনবা কনা অমত্তা লৈখিদবা, গ্লুকোজ কাপ্পগী রেত্তুম শংশিনবা লৈখিদবা, নোং ফাদোক শিংজু চাখিল্লবদা মানা থক্লবা ঈশিং গ্লাস থকখিদবা, মচাশিং কাওবা লাইরিক তম্বদা, শাক্কুদা ইত্থোরকখিবা কয়া.... । পুম্নমকসে নোংমা নোংমা থেংনরক্পনা চৈনা মন্নমক্কে থাংবা ঙমদদুনা

মথন্তা শিজরগে ফাওবা থনখি, শিরগে কয়ারক হোৎনখি।

এম এন পি প্লসকী ভোলুন্টিয়ার ওইনা ওইনা লম্বীগী মৈরা ওইখিবা ডাক্তরদুগা মরক মরক্তা ঐচ আই ভি গী লমদা থবক তৌমিন্নখি। মহাক্লা হোৎনজখিবা কয়া খংবিরকপদা নত্তনা গৌহাটি দেল্লি, মুম্বাই অমদি ইন্দিয়াগী মপাল লৈবাকশিংদগী ফাওবনা শকখংবিরকখি অমদি থন্ন নৈনবশিংদা য়াওরনবা খংহনলকখি।

পুন্সিনা মহাকপু চাংয়েং মথল মথল তৌখি। অব্রা নুংঙাই শরুক খরতা ওইরবসু পুমিন্নরম্বী মাবু খংবিখিবী অপোকপী মমা নারকপগী পাও তাবদা মহাক হায়ফম খংখিদে। মপুরোইবা লৈখিদবদা অদুক কনবা মৈচাক ফংখিদে। মাগী ষ্টেটস হায়দোকখিবা নুমিৎতুদগী অপোকপী মমাদো নাখিবনি। অদুবু অশুক লম হেনগ্রবা লমহেনবী মাবুদি মহাক্লা মিৎচিনা ফাওবা কন্না য়েংখিদে। ফগৎলকপা কৌবা লৈতনা লৈখিদে। মতমদুদসু মহাক অমুকসু শিনিংখি অদুবু অপোকপী মমাবু মহাকনা মরুওইবগুম মচা অনিসিনা মমা মহাকপুসু মরু ওইকো খল্লুবদা হিংনিংখি। পেন্না হিংখিগে খল্লকখি। য়াওশংগী নুমিৎ অমদা হৌগৎ কাংখৎপা ঙমদ্রবী মমাগী ফমুং মনাক্তা মাবু নমদুনা কেহল্লগা, "ইচাসে ঙসিদি য়েংবগী পেনবা নাইদে" হায়না মমানা হায়খিবদো তারুরগা কয়াদা চাওথোক্লা হিংনিংখিবা! লায়না পকপী মীয়াম্না ইস্থোক্লবী মাবু মমানা হিংবা তম্বীরম্লে।

মুৎশি মুৎশিবা থাওমৈগী মৈঙাললক্তা ভৌরোক ভৌনা তুম্লিবা মচা অনিগী মায়থোংসিনা মঙোন্দা ব্রাহং চাম্মা চাম্মা হংলি। ঙসিগী মালেম সংসার অসিদা অইবা কয়ানা শৈথারি পুর্নিমাগী অহিংদা লুপা মচু মাল্লবা থাবলগী মঙালবু ফজে হায়না অদুবু থাশিগী অহিংসিসু য়েংববু হৈরবদি ফজবনা পিক থল্লি। অমম্বা অহিংগী থব্রানমিচাক লিশিং লিশিংলক্তগী তরং তরংবা থব্রানমিচাক অমগী পাংথক লৌদুনা অমম্বা সংসারলক্তা ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইদুনা লৈরিবশিংগী মরক্তা মশক থোকপা পুন্সি অমা ওইদুনা পুন্সি মতেক অসি লেল্লগে খল্লকখি মহাক্লা। নোংবু ঙানগ্রবদি পুর্নিমাসু থাসিসু চপ মান্নবনি। হৌজিক্তি মহাক হিংবগী আর্থ করিনো খংলে। থৌনা কয়া অমসু হাপ্পীররে। পুন্সিগী মমলদি পুন্সিদা মায়থিদুনা লাক্লবা মীনা লেপ্পা ঙমগনি হায়বসি মহাক চপ চানা থাজরে।

থুগচিল্লুরবা পুন্সিগী চেনাশিং হায়গংলুবা অহিংদুমদি তুম্বা য়াররোই মহাক্কী সি দি ফোরনা কয়া লৈরমগদবা হায়বা গুমদে হায়না লাংতক্লহৌরি অদুবু মহাক্কা গুসিগী হিংলিবা মীয়াম অমদি ইনখংলক্লিবশিংদা হায়নিংবা অমখকতি লৈহৌরি মদুদি 'হৌগংলক্লিবা নহারোলশিং মরুওইনা লৈশাবীশিং য়ুম পানবা হায়বসে তরাই তরাইনা লৌবা চুস্লোই, চৈথেং ফংলগা খংবনি চৈনা, অতোপ্পা অমনা লুপ্পা ওইহৌরবিশিংবু গুসিগী খুন্নাইনা ওইহননিংবা অমা হেক্তা ওইহনবা, মীবু শীনিংবা অথিবা মীং অমা হেক্তা শিশিনবা অচুম্বা নত্তে । মীবু খংগে হায়রবদি মীগী নুংগী ৱাখল্লোন মনুং থিংনা উহল্লিংই ।' হায়বসি মাগী নুংদগী থোক্লকপা ৱাহৈনি । গুসিগী লুরবা তানকম অসিদা ইমুং অমগী দাইত্য লৈরবা ইবুং ইপ্পাশিংনা মাগী মাগী নুপী নত্তনা নুপী খুদিংমকপু ইমা, ইনে, ইন্দোন, ইচে অমদি ইচলগুম খনবগী মতম ওইবে হায়জনিংই হায়বা থস্মোয়গী ওইবা ৱারোলসু মহাক্লা অরোইবদা ফোংদোরকখি। মসিনা লায়চংসিদগী ঙাকথোকপদা অচৌবা মতেং ওইগনি অমদি মরাল লৈজদবা কয়াবুসু চৈথেংসিদগী নাথৈদুনা থম্বা গুমগনি হায়বসি মহাক্কী চপ চাবা থাজবনি ।

মহাক্কী ৱারি তাদুনা মীয়ামদা পাওদল্লিবা ঐমক্লা অসুক ওল্লাংলবদা পুন্সিগী ৱারিবু লিরিবা থুগচিল্লুরবা চেনাশিং হায়গংলিবী মহাক্তি করি ওইরমগনি ? মাবু তুমহন্দনা থম্বগীদমক করিগুম্বদা ঐবু ৱারৌরম্বা তারবদি মদু পুন্সিগী মমলনি হায়নিংই । পুন্সিগী মমল ফংবা মীংকুপতি পুন্সিবু মশক খংলবনি হায়বদা লাল্লবরা ? শক খংলবা পুন্সিবু পান্মুদরা, হিংশিগদবনি পুন্সিগীদমক ।

অদুবু মানা হায়রিবা থাসিগী অহিংদো করম্বা থাসিগী অহিংনো ? ঐদি থাসি খুদিংমক্তগীসু নোংজু থাগী শুক শুনা মম্বা অকিবনা থল্লবা থাসিগী অহিংশিংদুনা অমম্বা অহিং পুম্বা শিংনদুনা নোং ঙাল্লকখিবা অহিংশিংদুনি ঐনা য়েংনিংলিবা । মথোয়দুগী পুন্সিনি ঐনা থিরিবা, মদুগী পাওখুমনি ঐনা মঙোন্দগী থিরিবা ।

(৩)

"ইচাবু হিংনবা পোক্লগা শিনবা থোরক্লবা । ওহ্ ! ঐখোয়সে কনবা গুমদবা লায়না অমুপা পুন্সিসে লোইশিনবা তারবা ! অসুক নুংঙাইনা শাম্নয়োয়

অমা ওইনা হৌজরকপা পুন্সিসে অসিগুম্বা লায়নাদুদগী পুন্সিসে কেম্বা অরবা। অদুবু মখোয়না হিংলরোই হায়রবসু ঐনা ইচাবুদি ওন্নিবমখৈ হিংহনগনি। ঐগী মীৎমাওদা থমখিগনি।"

জে এন হোস্পিতালগী কাদুদা মহাক চাক্কা চাদনা নুমিৎ চুপ্পা অমা পংকপ্তা কপখি। ওসিদগীনা চহি ১০ মুক্কী মমাওনি মহাক্তা ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইরম্বদো। ওসিদি পোজিটিভ ওইরবা, হৌরক্লিবা ইচা ইনাওশিং য়াম্না লাইবক ফারবনি। ডোক্টরশিং, নর্সশিং ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইরবশিংগী মশা লায়েংবা চৎপদা য়াম্না ওল্লে। মহৌশাগুম তৌদ্রে।

ঐনা পৃক্লিংদা থাগৎচরিবা শান্নরোয় অমা ওইনা হৌরকখিবা লাইরিক লাইগুসু নীংথিনা তম্লকখিবা ইচে প্রমোনা হৌজিকসু নীংশিংলগা পিরাং শীজ্বুনা পীরকখি। "মনিপুরদা টেলিভিজন থোরকপা কুইদ্রিঙেগী মতমনি। লৈকায়দুদা ইহান হান্না টিভি লৈবসে ঐখোয়গী ইমুংনি। নোংমা নুমিৎ অমা ফাগী জুগাইসু তৌনবা লৈকায়গী পাখঙ অমনা ভিদিও কেসেট পুরক্তুনা শুমাঙদা পুল্লপ কাপ্তুনা য়েংমিন্নবদগী মৈ মৃৎখিদুনা ময়াম্না চাক চানরিঙেদা মনাওনুপী থোকপা অমগা ঐগী ইপুরোইবা ওইরিবা নুপাসিগা মখুরাগী মাঙ্গোল থাড়ীদা ফম্মিন্নদুনা মৈ লাকপা ভাইমিন্নখি। মনাওনুপীদুনা ইমুংদা চঙত্রিঙেদা মখুরাদু য়ু ভাওরগা চঙলকখি, ঐখোয়দা টোর্চ লাইট কাপশিল্লকখি। ঐখোয়বু করি ওইনা উরুরবনো খঙদে, ঐখোয় অনিমক যুমদা অমুক চঙবা য়ারোই চৎমিন্নখিগদবনি হায়দুনা অকনবা য়াথং তাউথরকখি। নুপাদুবু কপখি ঐসু কপখি। নমদুনা ঐখোয় অনি পুক্তি লৈপুন ওইহনখি।"

মানা থুংজনিংলুবদি অমনি অদুবু লাইবক্কা নাথৈবীরমখি। অনকপা চেক্কোন অমদা মখোয় চঙশিন্দুনা পাউ পীনখি। অহীংদুদা নুপা ময়ুমলোমগী অহল লমনশিংনা মাবু ময়ুমদা থিল্লকখি অদুগা নোংঙাল্লগা অহল মশেল য়াশিন্নদুনা মতম খরগী মতুংদা ব্বারেপ্পবা হায়না য়ানখি। নুপাদুনা ইম্ফালগী য়ুম্নাম লৈকায়দা লৈখি। মানা লাইরিক মখা তমথখি। চহী অমা শুকউ উনখিদে, মবা-মপাউ অমতসু হংনখিদে। চহী অমদুদা নুপাদু করি তৌখিবনো মহাক খঙখিদে। পঙলিবা হায়গদ্রা মহাক্কী মরমদা করিগুম্বা অমত্তা থিবসু থিখিদে। মনিপুরদা নুপী চেম্লুরগা মথোং খঙদনা লৈবশিং অহকপা চৈরাক পীনরকপা মতমদুদা নুপা ময়ুমগী ইমুংদু

কিবগুম্বা অমা তৌবজাংনি । অহল লমন লাক্নুা ৱারেপ্পদুনা মে, ১৯৯০ দা লুহোংখি ।

মপুরোইবা ওইরিবা মহাক্তো নিশা শীজিন্নরমগনি হায়বদি কনানা খঙগনি ? মশা মউসু অদুম ফনা উই, মহাকসু নুপা নহাগা পংলোই লোয়নরকপসু নত্তে, শান্নবনা লাইনীং ওইদুনা লাইবিক তমদুনা হৌজরকপীনি । মুম পানবসু থেঙলবনি । জানুৱারী ১৯৯২ দা মচানুপা অমা ফংজখি । পোক্লকপদদি অঙাংদো মশা মউ ফনা পোক্লকখি । অদুবু অৱাবদি থা অহুম্লোম লৈরগা ফুরিনা মশা পুম্বা থুংদুনা নারকখি । খরা লৈরগা অমুক পোন্নকখি । অসুম্না তোয়না তোয়না নারকখি। নাবা খুদিংগী ডাক্তরদা লায়েংখি । তোয়না নামনবদগী অঙাং অদু চাউবা অমসুং লুম্বা শুকহেন হেনগংতে । মখোঙ হামথবা, লায়হৌ হৌবা তোয়ন তোয়না হৌরকখি, সুম লায়েং, সুম লাযেং হায়ফম খঙলক্তে । ফুরি ফুরাং থুংবা, মঙক্তা শেগ্রাক্তা পোমথোরকপী, মতুম লৈবকপী, মখোঙদা মখুৎতা মৈপোকপীনি হায়দুনা ঈশিং হান হানদুনা পোক পোক পোকথোবকপী কয়া তৌরকখি । গ্লান্দ টিবি, হারপিস হায়বদু ওইবজাংনি হৌজিক্তা খঙলকপনি ।

মাগী মবুং থোকপা অমা জে এন হোস্পিটালদা ডাক্তর ওইনা লৈ । মানা হায়, "করিনোনে ইবেম্মা নঙনা পোক্নিবা অঙাংসিবু ঙাইহাক লৈবগা নাই, ঙাইহাক লৈবগা নাই, হোস্পিটালদা পুখৎলসি," হায়দুনা হোস্পিটালদা পুখৎখি নুমিৎ খরনি লাইওংসু খঙদা, থারিবা হীদাক্না কান্নবসু ফংদ্রবদা নোংমা ডাক্তর অমনা মবুংদুগা চঙমিন্নরক্লগা অনাবদু হেন্না কুপথনা য়েংখি । মদুদা ডাক্তরনা চিংনবা অমা লৈরে হায়দুনা মমা মচা অনীসে মপাগা পুল্লগা টেষ্ট অমতা তৌগে হায়রকপদগী টেষ্ট তৌখি । নুমিত্তুদদি টেষ্টতুগী মতাংদা থোইনা খনখিদে অদুবু থংনবা মথংগী নুমিৎতদি "মমা-মচা মখোয় অহুম্মক ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইরে অঙাংসিমদি কনবা ঙম্নরোই অদুবু মমা-মপা নখোয় অনীদি নশা নঙসু ফরিবনিনা করিসু তৌরোই," হায়না হায়রকখিবদুদদি তাইবংপানসি মকোক্তা নম্থরকশগুম ফাওখি । নুমিৎতো পংকপতা কপখি, মবুং ডাক্তরদুসু কপখি । অঙাংসে এইদসনা নারবনিনা লায়েংবা ঙম্নরোই ময়ুমদা লৈরুরো হায়রকখি । মপুরোইবা অমদি মহাক হায়ফম খঙদবা অৱাবা ঈপাক অমদা লুপখি । মথংগী নুমিৎতা

হোস্পিটলদগী দিচার্জ তৌরক্লম্মী । উপায় লৈতদুনা যুমদা হল্লকখি । কৈশাম্পাৎ পার্কিং ফাওবা মবুং ডাক্তরদুনা থিল্লকখি । গাড়ী মনুংদা য়া অমত্তা ঙাওনখিদে । ইম্ফালদগী খোংজোম য়ৌবা বসতুদা মখোয় পুন্না মপান্দা কোয়বা চৎমিন্নরগা গঙ্গাদা চোংথদুনা শিগ্রসিরা হায়রকখি । মতমদুদা মাদি থাজবা ইঙম ঙল্লমদে মরমদি পোষ্টর খরা নপ্পা, লম্বী লমজাউদা ঐচ আই ভি থাবা চে খরা উবা নত্তনা ঐচ আই ভি গী মরমদা থোইদোক্লা খঙলমদে । য়ুমদসু কনা অমত্তা খঙবা নত্তে । অঙাংদু ফরগা পুরকপা ওইরবদি ময়াম হরাওগদবা অদুবু মঙং অমদা পুখরক্লবনিনা ইঙক ঙক্লা য়েংনখি । মনেম্বোক্কুদা মানা মখোয় অহুম পুন্না হৌজিক মতমগী শাথীরবা মীয়াম্না কিনরবা ঐচ আই ভি হায়রিবা মহীক্তো চঙলে, অঙাংসিমদি কনবা ঙল্লরোই হায়না ডাক্তরনা হায়রক্লে । মখোয়না হায়শিন্নবা ওইরমগনি অঙম্বা উপায় পুথোক্কুনা অঙাংদুবু হিংহন্নবা হোৎনখিনি হায়রম্মী । মসি হায়রুবদগী লৈকায়দুদা খুল্লক লৈরক্তা মখোয অহুমদা অঙকপা অমা ওইনা য়েংনখি, মীশিংনা লমজাওদা লেপ-লেপ্পুনা য়েংনখি । মশা খরা পাজবা মাসে ঐচ আই ভিননি হায়দুনা য়েংনখি । মনেম্বোক ফাওবা চামিন থকমিন্ননীংদবগী মতৌ উৎলকপদগী মখোয় তোঙান চাজরগে অদুগা হিংনবা হোৎনজরগে হাযদুনা তোঙান চাখি ।

মাগী নুপাসু থবক অমত্তা শুরকপা নত্তে । মশাসু থবক শুবা হৈরকপা নত্তে, করি তৌরগা হিংগদবনো লুবকখি । মাগী নুপাসু লায়ওং খরা ফুদোরকপা হৌরকখি, য়াইরোংনি হায়বগা যাইবোং ওইরমদবা, অপোম অতংনচিংবা উনশাগী অনাবা খরা হৌবকখি । অমরোমদা মচানুপাসু নোংমা কাংদনা নারি । অনাবগীবু হোৎনগদরা লৈতা লায়বগীবু হোৎনগদরা, য়ুম পানবগী অন্নাবা চপ চানা মায়োক্লরে । ডাক্তর তান্নবা তোয়না চৎপা হৌরে । ডাক্তরনা নখোয়দি অকনবা অন্নাবা থবক্তি শূবা ঙল্লরোই, দুকান ফম্নগুম্বা হৈগদবা হংলকখি । মপামদসু দুকান খরা খরা ফল্লকপনা দুকান ফল্লগে খল্লম্মী অদুবু শেল্লেপতি কদায় ? নুপাগা তানদুনা মখোয়গী লৌথুং শরুক্তু মনেম্বোক্তা পীবীরো মদু য়োম্বোক্লগা লায়েংবদা চঙখিবা শেন্দোল খরা কোকথোক্লগা অতৈনা দুকান ফল্লগে হায়রম্মী । মনেম্বোক অমদি ইমুং মনুংনা পুম্মাংঙ মাঙহল্লগে হায়রিবরা হায়দুনা য়ারমদে । মখোয় শুকয়েৎ য়েৎচরক্লরোই, লৌথুংদুদং থাইবীরো হায়নদুনা অঙকপা লাঞ্জাউ অমগী

মতুংদা লৌথুংদু পীরক্তুনা দুকান ফম্বা হৌখি । মতমদুদসু এচ আই ভি মতৌ মনাওগী দুকান্দগী পোৎ লৈরগা চাগদরা হায়দুনা চিবোন চিবোন ঙাঙনখি । পোৎ অমত্তা লৈবীখিদে । মখোয়না লৈবীদ্রবসু তৌফমদি লৈতবনিনা দুকানদি অদুম হাংলম্মী । ইমুং মনুংদসু লোন্না লোন্না মখোয়গী মরমদা ঙাঙনখি মখোয়দি থুনা শিরদৌনি কয়া কয়া হায়নখি । অদুদগী তপ্না তপ্না লৈকায়দুদা নিশা শীজিন্নরম্বগী নুপীশিং লোন্না লোন্না মাগী মনাক্তা লাক্তুনা হংবা হৌরকখি । মানসু ঐচ আই ভিনিবু হায়রবদি পাউচেদা করিদা য়াওবশিং পানবা হোৎনবদা নত্তনা মফম অমদা ঐচ আই ভিগী ব্রা অমা ঙাঙনহৌরে হায়রবদি লুমদুনা তাজরুবা নত্তনা ফোংনা থোকপদি ঙমখিদে ।

অনীশুবা অঙাং অমা থা লেপখি । হোস্পিটলদা চৎতুনা মাগী অনীশুবা অঙাংসিদি কমদৌবা ডাক্তব হায়দুনা তানখি । ডাক্তবনা মাগী অঙাংদু হোস্পিটালদা ফজনা পোকসি হাযদুনা চেকশিন থৌরাং লৌখি অদুগা লায়েংশঙদা পোকখি । লায়েংশঙগী নর্সশিং ডাক্তরশিংনা অতৈদদি য়েংদ্রগা মাগী ফমুং মপা যৌবগা মুনা মুনা চেপথ চেপথ যেংলমখি । ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইবীনি হায়দুনা লোন্না লোন্না ঙাঙনখি । ঈ চিংলগা য়েংসিরা হাযনসু মখোয তুমীন্না হায়নখি ।

নর্সশিংদা মহাক্না লোন্না লোন্না ঙাঙনদ্রবসু মহাক ঐচ আই ভি পোজিটিভনি মঙোন্দগী খঙবা য়াবা লৈরবদি খঙহৌনবা তমহৌনবা হায়খি । তাথীবা হঙ্গোয়বদি লোইবা নত্তে, ইকায় হঙ্গোয়না হায়রবদা অঙাং উনবগী ঈশিং লৌবনচিংবদা ইহান হানবা বেদতা হীপ্লিবা মাবু কাল্লম্লগা ইরোয় লোইবদা হেক হেক তৌরম্মী। কবিগুম্বদা কাউশিন্নরম্মী মখোয়না কিরগা মা তৌজগে হায়বদা মবুং ডোক্টর অমা লায়েংশঙদুদা লৈরিবনিনা৷ কিন৷ কিনা মখোয়সু তৌরম্মী । মখোয়না তৌনীংদা - তৌনীংদা তৌবদুদা মা মশান্না লৌজরম্মী ।

মতম খরা লৈরগা মচানুপাদুসু, মপুরোইবসু পুন্না নারক্লম্মী । অব্বাবগী পম্খে হায়বদু য়ৌখ্রে । চহী তরুক হিংলম্লবা মতুংদা লিভর চাউথোরক্তুনা মচানুপাদো অরোইবা য়াহিপ তানখ্রে । মপাসু চহী অমা লৈরগা অদুম লৈখিদ্রে । মচা লৈখিদবগী অব্বাবা পি কংদ্রিঙৈদা মপুরোইবা অমুক লৈত্রবা । মসিবু কনাগী লাইবক্তা ওইহৈবনো ? মা হিংনিংবা ফাওখিদে । মানা শিরুবদি মাগী নৌনা ফংজরিবা

মচানুপীদুদি কমদৌবা, মমা-মপা লৈত্রবা মচা হায়বদো ওইগদৌরিবনি । মহাক হিংবা তাখি, মচানুপীগী ব্রাখলদা হিংবা তাখি । মচাদুগী ব্রাখলদা নাদা য়েক্তনা লৈনবা ডাক্তরগী পাউতাক কয়া লৌখি । মপামলোমগী মবুং মৌপ্পাশিংনসু অব্রাৎপমখৈ য়েংশিনবীদুনা মাগীদমক হোৎনবিখি ।

মহিক্তুদি হকচাংদা লৈখ্রবনিনা নোংম নোংমগী মশা অশুম অশুম শোঞ্জিল্লকখি অদুদগী খোং হামদুনা নারকখি । লায়েংশংদা পুদুনা লায়েংবা তাখি। মীপুম খুদিংনা হায়নখি মাহাকসু শিবনি, লৈহৌরিবা মচাসু শিরনি । ইমুং তুম্না নাবা লায়নানি সিদি হায়দুনা ঙাংনবা হৌবকখি । লায়েংশংদা লৈবা মতমদা মহাক্তি ঐচআইভি পোজিটিভনি খর মুন্না য়েংবীনবা হায়জখি । মদুদগী ডাক্তবসু নর্সসু মুন্না যেং যেংদুনা চৎখিরম্মী । মসি পুম্নমকসি উরুবদা থম্মোয়দা নুঙাইতবা কয়া ফাওখি । ডাইরিয়া নাদুনা লাযেংশংদা লৈরবা মতুংদগীদি মাগী পুক্সিদা অচৌবা মাইওন অমদা ওল্লকখি । ঐচআইভি লায়েংবা ডাক্তরদা থাবিখি । সি.দি. ফোব কাউন্ট তৌখি শুপ্পতগী ৮১ তমক লৈবমখি, এ.আব.টি. চাবা হৌখি ।

লাইবক ফবদগী রিমসতা লেম্না পিবা এ.আর.টি. ১২ এপ্রিল, ২০০৪ দা ফংজহৌদুনা হৌজিকসু চারি । সি.দি. ফোবসু হেঙ্গৎলে, ৪১৮ ওইরে । মশাসু কল্লে । শিনিংদুনতা লৈবম্বা মহাক শিগদবা মাল্লক্রে । অকোনবা মচানুপীদুসু ইকুই কুইদনা ঐচআইভি টেষ্ট তৌবদা নেগটিভ ওইবমখি । পোকপা মতমদদি অনা অয়েক ময়ামদুগী মরক্তা ইপান থাবিখিদবনা মচানসু মপোক নুমীৎ পাংথোকপিযু হায়জবদগী চহি ৩/৪ পাংথোক্লকপনা হৌখিবা তাং ১৪/০৮/২০০৫ তা ১২ বক শুবা মপোক কুমওন পাংথোকখি । মচানা চহি ২৪/২৫ শুদুনা মপুং মরৈ ৰুাদুনা ময়ুম মকৈ পান্দুনা মফম অমা খংদ্রিবাফাওবদি হিংখিগনি হায়হৌরি ।

বিআক (আর আই এ সি) গী নুপা অমা থেংনদুনা মাগী ময়ুমদা ঐচ আই ভি না শোকহল্লবা কয়াগী লায়েংশঙগুম ফমুং থাখি । খুন্নাইনা ইম্থোকপীরবা তাথী তাওইনা তৌবীবা কয়া মাগী য়ুমদা লাক্তুনা লৈমিন্নখি । লায়েংখি । লায়চৎসিনা শোকহল্লবা মীওইশিংবু করম্না মতেং পাংগনি, মখোয়গী অব্রা নুংঙাইদা করম্না শরুক য়ামিন্নগনি অমদি মালেমসিবু করম্না কলহৌসিগে খনবদা মহাক্কী ব্রাখল ককঙাওনরম্মী । নীংবু নীংলবদি লন্বী অমা লাকই হায়বদুনি এম এন পি প্লসতা

মিং চন্দুনা পিঅার ইদ্যুকেটর ওইরি । মাগুম্না কয়া থেংনরে, মখোয় ময়ামগা থেংনরুবদগী অমুক্তা হেন্না হিংনিংবা পোকহল্লি। মঙোন্দগী হেন্না খুদোংথিবা তারবা, হেন্না নাভৈ চাদবা কয়া হায়দোকচবা কিজনা, ফোঙদোকচবা ঙমদনা মশীং খঙদনা লৈরল্লি হায়বা মাসু খঙজরকই ।

মনিপুরদা ঐচ আই ভি গী ব্রাফমসি লায়না লৌথোকপা য়াদ্রি । সেপ্টেম্বর ১৯৮৬ তগী জুন ২০০৫ ফাওবদা মেক্সকী রিপোর্ট মতুং ইন্না মী ১,২৬,০৩৬ তগী ঈ লৌদুনা টেষ্ট তৌবদা মী ২০, ২৯৭ তি ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইরে হায়রি । পোজিটিভ ওইবগী চাং হেনগৎলক্নি, নোংম নোংমগী লেপ্তুনা লায়নাসি শন্দোরক্নি । ঐচ আই ভি থেংনবগা লোয়ননা হৌজিক হৌজিক খুন্নাইসিগী মাঙদা তাদুনা লৈরিবা অরুবা ব্রাফমদি চহী নৌজরিবী, নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবীশিং অমদি ঐচ আই ভি না হুকথেংননা নৎত্রগা নাকোয়ননা শোকহল্লবা অঙাংশিং অসিসুনি ।

মতম মতমগী নত্তবা তুং কোইগদবা মীৎয়েং শানবা থৌরাং অমা মীয়াম হূপ্পা পায়খৎমিন্নবগী তঙায়ফদবা অমদি ঐখোয়গী খুন্নাইসিদা থোঙ্গত্তুনা লৈরবনি । লৈঙাক্লোয়শিংদা লোইনা ইম্বোক্তুনা থম্বনা পোৎলুমসি থাংথবা ওইথোক্লোই । শিনফম খুদিং, মীপূম খুদিং, লুপ খুদিংগী চপ মান্নবা অপুনবগী থৌরাং অমা য়াম্নমক মথৌ তারে ।

এম এন পি প্লসকী মতম্বাক্তা পোথাজদুনা মখোয়গুম্বা কযা থেংনদুনা মখোয় ময়াম পূন্দুনা মীরক তিনবগী নুংঙাইবা ফংজরবদুদা মহাক্না ফোঙদোরকখি, “ইমানা ইপানা পোকপদা য়াওরক্তবা ঐচ আই ভি হায়রিবা মহীকসিনা লায়চৎ ওইনা শন্দোক্তুনা তুরোই ঙাল্লোই হিংলিবা কয়া, মীনোক মৈশা খাঙলিবা কয়া, মচা য়োকপা ঙম্মবা হোৎনরিবা কয়া, খুন্নাইনা ইমুংনা ইম্বোকপীবক্লবা মখোয় ময়ামগী পুনফম নুংঙাইবা য়ুম অমা ফংজরে, য়ুম অমা লৈজরে ।” ইম্বোকপীরবা, তাথীবগী চৈনা খাঙলিবা কয়ানা নুংঙাইনা হরাও মোমোন মিনোক তম্মিন্নবা য়াবা য়ুমদু ফংজবদা পেঙ্গরি অমদি মোমোন মিনোক নোকহৌরিবী মহাক্ন । ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইরবা মীয়াম অমদি লৈঙাক মপূগী মমিৎ পাঙহনবা য়াবা ব্রাফম ওইনা ফোঙদোরকখি, “ঐচ আই ভি না শোকহল্লবা লুখ্রাবীশিং অসিনা

মায়োক্লরিবা অৱাৱশিং অমদি মচা য়োকপা ওম্নবা ইমুং মনুংগী লৈত-লায়বা কয়াবু মেনখৎনবা হোৎনবদা নত্তনা উপায় কয়া তৌদুনা শেন্দাল লম্বী খিবা হৌবকই, শেল তানবা হৌবকই, মসিনা ঐচ আই ভি শন্দোকপদা মতেং ওইবকই ।"

হীবমসিগা মরী লৈননা গভর্নমেন্টকী মীৎয়েং চিংশিল্লক্লিবদি ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইৱবা লুপ্তাবীশিংগী শেম্ভোক লম্বীগী মতাংদা থৌবাং অমা পায়খৎহন্নিংবগী অপাম্বদুনি । অতোপ্পা অমনা মীওইবগী পুন্সিদি পোক্লবদি শিগদবনি । শিদ্রিঙৈদা মীয়ামগী যাইফনবা খৱা হোৎনফম থোকই । মখোয় ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইজববসু চম্না অমদি চুম্না হিংজবিবা মীওইশিংদা খক লায়না অসি শন্দোকহনখিবোইদবনি । নাবিবা মশা মশাগীতা ওইজগদবনি । মখোয়না লাইবক থীবে হায়দুনা মীবুসু থীহনবা চুমদবা থৌওংনি । অখাঙ কনবগা লোয়ননা ঐচ আই ভি মহীকসিবু মায়থিবা পীদুনা মচাশিং যোক্তুনা মতম শাংনা হিংবা ওম্নবা হোৎনফম থোকই হাযবা চপ চানা খঙমিন্নসি ।

মহাক্লা লাযেংশঙদা লৈবিঙৈ ডাক্তৱ নর্সশিংনা মুনা মূনা য়েংখিবদুদা কবিগীনো মখোয়না লোন্না লোন্না যেংলিবসিবু হায়না খনখি অমদি মতমদুদদি মখোয়না যেংখিবদুগী মৱম খঙলমদে । হৌজিক্তি খঙলক্লে ষ্টিগমা অমসুং দিস্ক্রিমিনেশন হায়বনি হায়বদুনা নোকফেৎ তৌদুনা কবিসু নাচুংদনা হায়বকখি নঙনা । ঙসিদি ঐসু হায়বি "ইচে নফমদা হস্থনা তাথীনা তৌবা খুদিং, হস্থবা ওইবসনু, কোক্লসনু, নচানুপীগী ১৩ শুবা মপোক কুমওনদা ঐখোয অমুক থেংনখিসি ।"

(৪)

"ইচাশা চাক লাম্লবসু মীগী মযুমদা চাকনুকো, খোঙ হাম্লিংলবসু, ঈশিং থক্লিংলবসু যুম তম্না চেল্লকউকো," ইবেমচানা মচাশিংদা পাউমেন্দুনতা লাকখিবনি । মহাক্লা মখা তানা মথম্মোযদা খাঙলক্লিবা চৈনাশিংদু ইতিং তিংনা তম্লকই, "ইচাশিংবু ঐখোযনা খুন্নাইদগী তোঙান্না থল্লিববা অদুগা খুন্নাইনা ঐখোয়বু ইম্ভোক্লিববা ? ঐখোযনা অসুম্না ইচাশিংদা তাক্লিবসিনা পীক্লিবা ইচাশিংগী কোক্তা চুথ্রবদা মখোয়না অমুক হয়েং কবি ওইহৌবা ? অদুবু পুম্নমকসে হাযনীংদুনা হায়কবদি নত্তে, যুম্লোন-কৈবোন্নবশিং অদুনা পীক্লিবা অঙাংশিংদুদা চৈবীবি,

ঙাঙবীরি, মহীক মতাংগী মচাদা করিগী ঈশিং পীথক্লিবা, করিগী শাম্নমিন্নরিবা, করিগী চঙহল্লিবা, করিগী ফদি সাপোন পায়রুবা হায়দুনা চৈথীখিবা কয়াদু তারগা পীক্লিবা ইচাশিংদুনা তুমিন তুমিন হল্লকখি । মতু ইপোন পোল্লদুনা করিদি হায়রুনি, করম্মদি চোংথোক্লগা ঙাঙনরুনি । নাম্মা হাঙলবা লায়না পক্লবী ঐনা, ইচানা থব্বায় নুংঙাইতনা ফামুংদা তুমিন হীপখিবদো য়েংবা নত্তনা ? চাক খরা থোংনি, অমুক ফমুংদা চঙদুনা হীপচনগনি । কৈরোল লৈকায়নসু চঙননীংদবা, ঙাঙননীংদবনিনা করম্নসু মখোয়গা ঙাইহাক পুল্লুনি ? ঐখোয়বু মী নত্তবরা খোঙ পাল্লি, খুৎ পাল্লি, মীৎ-না শুনা পাল্লি, ঐখোয়সে হঙোইবনা থল্লবা অতোপ্পা থব্বায় পানবা অমরা ? ইশাসে শিরুরে, শিরুরবমক্লি ।”

মহাক মচিল-মনাও নিপালগী মনুংদা ইতোন তোনবীনি । লাইরিক খরা তন্নগা ফিশা-লোনশা তৌরকই । ঙসিদি নিঙোল পুন্সিদো হল্লক্লরোইকো খল্লুবদা করিগুম্বদা নীংঙমদবা পোকচখিদবা নত্তে মহাকসু । ইনখৎলকপগী মতমশিংদো খুনগী লাইবুংগী হবাওবগী খোঞ্জেল মরক্তুদা ইঙাও ঙাওখি । মীৎকুপ্তুদা থেংনখি। লম্লানবা মাগা; চহী অমা চুপ্পা তাউথমিন্নকই ঈপাক্তুদা । অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা পম্থুংদুনা মমাঙদা ঙাইদুনা লৈরম্লে । ফেব্রুৱারি ১৯৯৪ দা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদামিন্নখি । মপুরোইবদু ইম্ফাল গৌহাটি চেনবা বস অমগী দ্রাইভরনি । ওক্টোবব ১৯৯৫ দা মচানুপা অমা ফংজখি । মতম খরা লৈরগা ১৯৯৮ তা অনিরকশুবা ওইনা অনীশুবা অঙাং অমসু নাউপুখি । থা অহুম হায়রকপা অদুৱাইদা মপুরোইবদু কন্না নারকখি ।

মহাক্কী মতে অমা লৈজরম্বদুসু এইদসনা শিখি; মহাকসু দ্রাইভরনি । মপুক্নিং ঈরাং লাঙখি, মওল মওল খল্লকখি । অরৈবা শেল, মাল চাং কায়দুনা ফরকখিনি খন্দুনা গুৱাহাটিদা লায়েংবা পুখি । মপুরোইবগী হকচাং থোংদা পোম্বদগী থাঙ থানবা ঈ টেষ্ট তৌবদা ঐচ আই ভি য়াওরমখি । থাবীয়ু য়ারকখিদে, লায়েংবীরকখিদে । অমরোমদনা অমুক মহাক্না ঐচ আই ভি য়াওরম্লিবসি অতোপ্পী নুপীগা লোয়নরব্বদগীনিকো খল্লুবদা মনাক্তা ফাওবা চঙনীংখিদে । মচানুপা অনীথক পোকচবদা অনীমক ঐচ আই ভিগী চৈথেং ফংলবদা মনেম্বোক্তুসু কয়াগী মতীক নুংঙাইখিদবা ! সেপ্টেম্বর ২৭, ২০০১ দা মহাক লৈখিদে । মৈ চাকপদা

মহীক মপৈ মপৈ পাইথোরকই হায়নখি । পোলোইবগী থাংদোকপীনবা ফাওবা লৈকায়দুদা লৈখিদে । খুঙ্গংগী পুন্সি অমরোমদা য়াম্না নুংঙাই অদুবু লাইরিক লাইশুগী মঙাল নীংথিনা ফংদবা অমদি ৱাখল তাত্রিবাশিংগী মরক্তা এইদসকুম্বনা নারবা মখোয়দা য়েংলিবা মীৎয়েং অসিগী খল্লুরবদি অৱাবগী মশক্কি ।

লৈকায়গী মীনোক মৈশা, চামিন-থকমিন্ননীংদবা, তিন্ননীংদবা কয়াদুগী মরক্তা ইমুং মনুংগী লৈত-লায়রগী মৈশাবু পুগদরা, ইম্বোকপা হৌঙ্গোইবগীবু খনগদরা, লায়নাদুগীবু খনগদরা মহাক্কী পুন্সি অসুক্কী মতিক ৱাখি । মতৈগীসু মচানুপা অমা থন্নম্মী, মচেদুদি মফম খঙখিদ্রে । মাসু এঁচ আই ভি পোজিটিভনি, মানা থুংলুবা ইমুংদুনা কমদৌবা ? পীক্লিবা মচাশিং অদুগা শুপ্নতগী চাক চখোম অমত্তং ফংনবা হোৎনবদা কয়াদা ৱাখিবা । মচানা লাই থোক্তুনা নারবসু ইম্খোলনুংদুদা ফুদোরকপনি হায়দুনা পাউথোকপীখি । মহাক্না নীংঙমদনা পাউদম্নকখিবা ৱাফম অমদি "ইমুংগী মৌ ওইদ্রিঙৈদদি এঁচ আই ভি য়াওরকপা নত্তে, অদুবু মবুং-মৌপ্বাশিংদুনা শেল তিংনা তিংনা লৈরগা মহীক্তু য়েল্লম্বনি, অনাবদু পীবম্বনি হায়বসি ইমুং মনুংদা খঙখিদবা অসিনি ।" মহাকনা মখা তানা হায়, "লৈখিদবা মহাক্তি ফরে, মৈচাক খাঙহৌরিবদি হিংহৌরিব ঐখোয়নি; পোৎলুম ওইহৌরিবসু ঐখোয়নি । অকুপ অপা হংবীদুনা য়ুম লেপ্পা ওম্নবা পুক্লিং লৌশিং পীবীগদরা হায়রগা মদুগী ওন্ন তৈনবদা নুপা ময়ুমগী মীশিংদুনা, ইনম্মা ইচলশিংদুনা করিসু খঙজদ্রবা মচা অনীমক কায়নবগী মৈশা লাংলবা ইনেম্বোক্তুদা কয়াম কুইনবু হিংগবনো ইম্খোল য়োম্বোক্লসি তকশিনখি । ইপাম্লোমদসু অদুমঙাই ইনম্মশিংদুনা হৈনদবদু উবদা ইপামগী চাক চখোম অমত্তা চানীংলুদে, ইবুংশিংগা লোয়ননা হরাও নুংঙাইনা চামিন্নবা কুমগী অমুক্তং থোকপা নিঙোলশিংনা খৌরাংনা ঙাইজবা হিয়াঙ্গৈ নিঙোল চাকৌবা লাক্কনি হরাওরুদে লাকসু লাকহন্নীংদ্রে ।"

মহাক্কী থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইরবা ৱারী মরকতা পাউদম্নকই, "পুম্ন মক অসি মায়োক্লদুনসু হিংদবদি য়াদবনিনা মহাক চেক শাবা য়াওখি । অপেৎপা লৈখোমশিংদু নৈদুনা তোৎতুনা, মৈ য়াইশিন্দুনা অকনবা মশক থোকপা পোৎ অমা হায়বদু ওইহন্দুনা নীংথিবা ফজবা য়ুম কয়া শাপ্রে, লোয়শঙ কয়াসু লিংখৎপ্রে। অদুগা ঐগীদি কদায়, ইচাশিংগীনা কমদৌবা ?" মহাক্কী পোখাফম খঙদ্রবা ৱাখলনা

চেক্কোলগী চেকফুন্দগী কারকপা মনীং তম্না নোংদোল তম্না পাইখৎপ্রিবা মৈখুশিংদুগা অমুক অমুক চৎমিন্নরুই । ব্রাখলদি তুমিন তুমিন নোংথক্তা য়েংখৎতুনা, খাঙখি । কয়ারক্কসু মদোমতা হংখিবনি, "শিগ্নসিরা ?"

মহাক্কী পুন্সিগী ব্রারী মখা তারকখি, "ইং ২০০৩ দা এম এন পি প্লস থৌবালগী জোইন্ট সেক্রেটরি ইনাক্তা লাকখি । হংলখি, 'ননাক্তা লাকপসে নুংঙাইতবা ফাওবরা ?' মখোয়না হায়বদগী ঐচ আই ভি টেষ্ট তৌখি । পোজিটিভসু ওইরমখি । চহীদুমক্তদা এম এন পি প্লস থৌবালগী মেম্বর ওইখি ।"

পুন্নমক ওইদুনসু অমুক্তং পোকপা মীওইপোকসিদা ব্রাখল চাউথোক্লা হিংনীংলকখি । মীওইবসে ব্রাখলগী মখা য়াম্না পোল্লম্লে । এম এন পি প্লসকী মেম্বর ওইদুনা লৈরকপদগী পুন্সিদা চৈনা চৈথেং নংলবী মীওইসে মাখক্তা ওইরমদ্রে হায়না ফাওরক্লে । মাগুম্বী কয়া লৈরম্লে; পুন্সিগী পোৎলুম পুরিবীসি মথন্তা ঙাইরমদ্রে । মাগুম্বী কয়াগী পুনফম অমা থেংনদুনা ঙসিদি হিংনীংবগী মহাও তপ্না তপ্না ফাওরকখি । মচাশিংনা নোংম নোংমগী শারেপ ফাগৎলকপদা মথম্মোয়দা তপ্না তপ্না হিংনীংবগী ইনিল কারক্লি । পুন্সিগী ব্রারবা তানফম অদুদা পুন্সিসে কান্নদ্রে খন্দুনা শিরল্লবদি মচাগী ফোং ফোং শারবা নুংশিবসে থম্মোয়দা ফাওরল্লোই মতমদুদা লম্ফাংলবা ব্রাখলশিংদো লাকশিঞ্জবা ঙম্নগী নুংঙাইবা ফাওরক্লে অমদি পুন্সিসে হেন্না হেন্না হিংনিংলকখি । অসিগুম্বা পুন্সিগী হিংনিংবগী ময়াইনা কনখৎলকপা, হিংনিংবগী, থেংননিংবগী থৌনা অসিগা লোয়ননা ঙসিগী মীয়ামদা পাউজেল অমত্তংদি থল্লক্লি "ইনখৎলকপা নুপীমচাশিং ঐচ আই ভি গী মরমদা মুন্না খঙহন্নীংই, পুন্সিগী খোঙলোই ওইগদৌরিবা মহাকতো তহা তহানা খলহন্নিংদে অদুগা মতমগী চৎনবী য়ুম পান্দ্রিবঙদা য়ুম্বাল মরী লৈনবগী থৌদোক করি করিগুম্বদা ফোংনা নৎত্রগা লোন্না তৌনরিবা অসি খক তৌহন্নিংদে ।"

অঙাংদি নক্কবা অমদি অকোয়বদগী মতৌ তম্বা মখোয়গী মচৎনি অমদি মহৌশানি । নুংশিবীবা, থৌজালগী মীৎয়েংগা লোয়ননা লোয়নবীবগী মহুৎতা তাথিবা, য়েংথিবা, অশাওবা, হঙ্গোইবা, ইম্থোকপনা থল্লবা মীৎয়েং কয়া করিসু খঙজদ্রবা নৌজরিবা মখোয়দা উৎলক্কবদি মখোয়না পীদোন্নন খাঙই । লৈখোমগুল্লবা পেৎলবা ওইনীংবতা ওইহনবা য়ারিবা, শেন্নিংবতা শেন্বা য়ারিবা

পীক্লিবা মখোয়না মখোয়দা উৎলক্লিবা লীচৎতুমক অচুম্বনি খল, অতৈদসু উৎলকই । অদুনদি অদুগুম্বা অঙাংশিংনা হেন্না লৈরক্লবদি খুন্নাইসিগী মায়ওনদি কদোমদা চৎপা তারিবা ? খোয়রাংবা, অশাওবা, তিঙক মায়ঙক্লরবা ঐচআইভিনা নাকোয়ননা নৎত্রেগা হকথেংননা শোকহল্লবা ঙসিগী অঙাংশিং অসিবু খুন্নাইসিনা নাথৈদুনা মীৎয়েং চঙবীদনা থমখিবা তারবদি মখোয়না মপুং মরৈ ফারকপা মতমদদি ঙসিগী মীরোলনা পীবা খুদোল ওইনা তপথবা লৈতবা, চরাঙনবনা থল্লবা খুন্নাই অমা ওইরক্লোই হায়নীংঙাই লৈতে । মদুদগী কনসি হায়রবদি ঙসিদগী হৌদুনা শেম শাবা তারি ।

(৫)

"ঙসিসে লাংবনগী ১১ নি পানবনি, নঙ লৈখিদবা অহানবা চহীগী কুমওন ফিরোই নুমিৎসিদা ঐদি নঙগীদমক করিমত্তা কৎচবা ঙমজদ্রে । নঙ ঐবু ব্রারৌবীগনুকো, ইনেম ইকু অমদি নঙগী শাগে নাতৈনসু ঐঙোন্দা কবিমত্তা তান্নবীবা হায়বীবসু তৌদ্রবনিনা ঐগীদি উপায় লৈজদে । ইপামসু লায়রবনে নঙগী শাগৈনা ঐবুসু ইহ্বোক্তুনা থম্বীরবনিনা অয়ুকসিমদি চরা হেঞ্জরগা নঙবু নীংশিংদুনা নঙগী থব্রায়না ইংনা লৈতানা লৈনবা মপুগী খূয়াদা চঙজরি । নঙনদি ঐবু খঙবীয়ু । ঐদি নঙগী নফমদদি লান্দাবনি ঙসিসু নচাশিংগীদমক হিংলি, অদুগা হিংসু হিংখিনি ।"

বলানা থম্মোয় শোক্লা মথম্মোয়দা নীংজখিবা কয়াদু তম্লকখিবনি । মপুরোইবগী ফিরোয়গীদমক করিসু তৌবা ঙমজখিদবা কয়াদু নীংশিংলুরগা অদুগা অমুকসু মখা তারকখি, "ঐনা শিথ্রবদি নঙ ইমুংসিদা লৈবা ঙল্লোই, অঙাংসিংসি পুরগা নঙ নপামদা হনখোকো,' হায়বসি মানা তোয়না হায়রম্বা ব্রাহৈনি, মচীনদা লাই তোংবগুম ঙসি থোক্লরে ।'

মপুরোইবদো ইলেক্ট্রোনিক্সকী দিপ্লোমা পায়রগা টি ভি, রেদিও শেম শাবা মীনি । ময়ুমগী মাইকনচিংবসু লৈ । য়াওশঙ স্পোর্টসকী মাইক খোংবা বালাখোয়গী লৈকায়দা লাকখি । মদুদা খঙনখি । পাখঙ লৈশা ওইবগী হৌনশা নুংশি হায়না ফোঙ্গদোরকখি । বালানদি য়াজখিদে । মতম কুইরবগী তুংদা নোংম

শকখঙ মায়খঙনবগী অহানবা কোয়বা চৎপা নুমিৎতুদা মখোয় অনি থুংনখি। ইং ১৯৯৬ তা মশাগী চহী ২১ শুবদা মখোয়নি লুহোংখি। ইং ১৯৯৭ অমদি ২০০১ দা মচানুপা ঙাক্তা অনি ফংজখি। ইং ২০০১ গী জুন ২৮ দা মপুরোইবদু থাঙ থাদুনা এপেন্দিক্স লৌথোকখি। ইকান কান্নদনা তোয়না তোয়না লাইহৌ হৌবা, খোঙ হান্নবনচিংবা তৌদুনা রিমসতা হেক হেক পুখৎখি। থাঙ থারুবগী শোল্লিবরা খনখি। কোন্নথংদদি রিমসকী ডোক্টরনা জে এন হোস্পিতালদা রিফর তৌরকখি। মতমদুদা মহাক ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলি হায়বা খঙলকখি। মহাক মশাসু জুন ১৬, ২০০৩ দা ঐচ আই ভি য়াওরম্বা থেংনখি। মতমদুদা মহাক শিনিংখি। মতম খরা অৱা নুংঙাই খাঙমিন্নদুনা পানমিন্নখি। ইকুই কুইদনা ইং ২০০৪ গী সেপ্তেম্বর তাং ২ দা মপুরোইবা লৈখিদে। চহীদুদা মখোয় ইমুংদা মী মঙা শিখি। মনাওনুপাগা মপুরোইবগদি শোরাৎ পুন্না শোনমিন্নখি। মখোয় পুম্নমক ঐচ আই ভি না মরম ওইদুনা লৈখিদবনি।

ইন্থোকপা হৌরকপা অমদি তাথীবা হৌরকপদি মনাওনুপানা নারকঙৈদগীনি। মনাওনুপানা লৌবা মনাওনুপীদু অঙাং উননবা লায়েংশঙদা পুগে হোৎনরিঙৈদা থোঙ্গালদা অঙাং উনখি লৈকায়গী মী অমত্তনা মনাওনুপীবু পুশিনবীদ্রবদা মা মথন্তনা থাংদুনা পুশিনখি। মদুদগীদি ঐচ আই ভি লৌননিংঙাই লৈতে, মতমদুদা মঙোন্দা অশোক অপন অমত্তা লৈতে, মপুরোইবদগী লৌনবনি হায়বসিমদি শোয়দ্রে মখোয় নুপাদো যুদি থকই অদুবু দ্রগতি কাপখিদে। মঙোন্দা ঐচ আই ভি লৈরম্লিবসে কদায়দগীনো? মীনদি ঙাঙনখি নিনফুং-নিনফুং নুপীদগীনি হায়দুনা অদুবু মাদি খঙহৌবা নত্তে, মীনা হায়নবনিনা চুম্লমবসু য়াই, নুপীদগী ওইরম্বা য়াই। মপুরোইবনা মাবু অসুক্কী মতিক লুনা তৌই। অদুবু মানা হংখিবা ৱাহংশিংগী পাউখুমদি পীরমখিদে, মদুগী ওন্ন তৈনবদা শমজিন্নৌ য়াদবা ৱারী কয়া মানা নাকোয়ননা লীরম্মী। পুম্নমক ওইদুনসু মঙোন্দদি ঐচ আই ভি য়াওরম্লে। তাথিবা হঙ্গোয়বা লেপ্তুনা থেংনরে। মতৈগা মচেগগী মচাশিং শাগৈ মৃৎপা য়াদে হায়দুনা বোরদিংদা থমখি অমদি মপামগী মখুরাদা অমদিঅতৈ মীওইশিংদা ৱাহৈসিমক হায়রকখি। মপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুং থা অমা / অনিগী মতুংদা য়ামনা চাউনা শেগাদা পোল্লকখি। ইমুংগী মী অমত্তনা থৌশাবীদবদগী

হোস্পিতালদা মথন্তা চৎখি; থা মখায়মুক লৈখি। নুপা ময়ুমগী মী অমত্তনা মনাক্তা মীৎকুপ অমা ফাওবা লেপ্লীখিদে, চাক ফাওবা থিনবীরকখিদে। মমান্নবীগী মনাওনুপী অমনা মাগী চাক থিন্দোক থিঞ্জিন তৌবীখি অদুগা নুমিদাংদা মবুংশিংনা লায়েংশঙদা য়ারেকখি। ময়ুমদা হল্লক্লবা মতমদসু কনামত্তনা মনাক্তা চঙবীরকখিদে। লায়েংশঙদা শীজিন্নরুবা ফিদো ঙমদা ঙমদা শুজখি। মদু উরগা মঙোন্দা হায়রকখি, "থৌওইনা লাকওই হায়দুনা লাক্লিবনি।"

মখোয়না চামিন থকমিন্ননিংদবদু উবদা তোঙান চাজরগে হায়দুনা মচা অনীদুগা চাখি। হিংবদা শেলদি মথৌ তাবনিনা শেল খরা তান্নিংখি। অদুগা মনুংদা সুম লৈশিনবসু মথব্রায়দো নুংঙাইরমদে। মপূরোইবা লৈখিদবগী অব্রাৎপনে, ইমুংনা ইন্থোকপীবগী নুংঙাইতবনে, নুংঙাইত্রগা ব্রাস্থবগী অনাবা অমগা লৈবনে খরা ময়াম পুল্লগা খরা ফগদ্রা খন্দুনা মপূরোইবা লৈখিদ্রবা লুখ্রাবীশিংগী সেলফ হেলফ গ্রুপ অমগী কেটরিং সার্ভিসতা য়াওরম্মী। মদুসু মকুবোক্লা য়ারমদে - 'বাজি ঐ বাজিগী ইজ্জৎ শোক্কদবা থবক অমত্তা তৌদ্রি, তৌসু তৌজরোই ঐগুম্বী ইশুং ইমান্নবী কয়াগী লুপ অমা লৈ। মখোয়শিংদুগী মরক্তা তিন্নরগা মখোয়গা পুল্লগা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা পোকচৈ মখোয়গা পুঞ্জগে' হায়বদা তাবীখিদে। মদুদা চৎলবদি নপামদা চৎথ্রো হায়দুনা মচাশিং লৌহৌরগা মাবু তাস্থোকপীরকখি। মপামদা হল্লকখি।

লংফৈদা লৈরুবী মবোক হল্লক্লগা নুপা ময়ুমগী মীওইশিংদা করিগী হল্লক্লিবনো হংলুবদা মাগী মরমদা অকাম্বা ব্রাহে ময়াম অমা হায়রকখি। লুখ্রাবীনিনা পকসু পকখি। লমচৎ শাজৎ ফজদে হায়বদুদা য়ুমগী অহল লমনশিংনা মাবু শাউখি। মবোক্তুসু ব্রা খুম্ফম লৈতদুনা মশূদা হংলুগে হায়দুনা লাকখি। নুমিদাং মনম্মশিং য়াওনা নুপা ময়ুমদা থিল্লকপা মতমদা মকুবোক্লা কবিগী লাক্লিবনো হংলকখি। মাসু মখোয়গী মতৌদুদা ফিরোল খরা লৌরুগে লাকপনি খুমখি। মতমদুদসু মী থারকউ য়াদরা হায়রকখি। মানা শাজবস্বা ইয়োংদো কোনশিল্লিঙৈদা মচানা কেন্দল অমা পায়রগা 'ইমা নঙ কদায় চৎলুরিবনো হন্দক্তি নঙ হেক চৎপদা ঐ লাক্কনি' হায়রিঙৈদা মনেমবোক্লা মচাগী মখুৎতগী কেন্দল কন্থদুনা ইমুংদা থাংজিল্লগা থোঙ লোনশিনখি।

'নঙদা লৈবীরনু, নঙদা খরা থুনা শিগ্রো, শোরাং শোনবীগে' হায়দুনা মতৈদুনা হায়রকখি । মদু তাবদা মবোক্তুনা 'ইশুসে শেংনা চংখিবনি নখোয়না তৌবীরিবসে করিনো শোরাং মঙা শোনখিবগী পোংয়েংদুনা পেন্দ্রবদি পোংয়েংদো ঐখোয় খায়নরগা পীরক্কে' হায়দুনা চীন্দা পাউদানদুনা খংনখি । মাসু মঙোন্দা য়াওরিবা লায়নাসি লৌথোক্কদবনি হায়দুনা ঙাঙনখি । মপামগী মীওইশিংদুনা মফমদুদা লৈরবদি শিবা তারে, পুন্সি তেল্লনি হায়দুনা মপামদা পুরকখি । নুমিৎতুদগী মপামদা লৈরি, অঙাংদি পীরকখিদ্রে ।

"ঐ ইচাশিংদু লৌশিন্নীংই, শেম্বীবা থোক্কদবা অঙাংনি অদুবু হৌজিক্তি রেঙ্কসু হন্থরক্লে । ইশাদি লাইরিক হৈহৌদ্রে, ইচাশিংদি য়াম্না হৈহন্নিংই, ঐসু হৌজিক্তা হৈনিংলক্কি । ঐনা হিংলিঙৈ মতম খরশে ইচাশিংদুবু ঐগী ইনাক্তা থম্বা য়ারোইদ্রা ? ঐগা পুন্না হিংমিন্নবা য়ারোইদ্রা ? মখোয়নদি পীরোই হায়বা তারে অদুবু আইনগী মতেং লৌদুনা থেংনগে খল্লি । সি দি ফোরসু ২৪১ খক্তং ঙায়রে, হীদাকসু লৈবা ঙমদে, হিংলিঙৈ মনুংদা ইচাগা লৈমিন্নজবা য়ারোইদ্রা ?" ম্নাহংসিনি বালানা হৌজিকসু তোয়না হংলিবা ।

করি পাউখুম পীগনি ? মমানা মচাগা হিংমিন্নজগে হায়বনি । নুংশিবা মচাবু মাগী মীৎয়েংখাদা থমজগে, মচাবু কোন্দুনা তুমিন্নজগে হায়বনি । মসিবু ওইথোক্লোইদ্রা ? মমা ওইবীনা মচাগা লৈমিন্নজবা হায়বসিবু ওইথোক্লোইদ্রা ? মসিদি মহৌশানি, মহৌশাগী খুৎশিনদি থুগায়বা ঙল্লোই । মনিপুর খুন্নাইদা মপূরোইববু লৈত্রবদি য়ুমগী মৌ অদু মরু ওইদ্রবরা ? মীতোপ মীয়ানগুম পিদোন্ননা খাঙলিবী কয়াশিং ইমুং মনুংনা তাশিন খোমজিনবীফম থোক্তবরা ? মখোয় কনাসু নত্তে, ঐ ঐগী শাগৈগীদমক পুম্নমক থাদোক্লমদুনা লাক্লবনি । য়ুমগী মৌবু নুংশিফম থোক্তবরা, মখোয়বু ইকায় খুম্নমা তৌবীমল খঙবা উংফম থোক্তবরা ?

ইম্ফাল ইষ্টকী সেল্ফ হেল্ফ গ্রুপ অমগী শিন্নাইশঙদুদা নঙনা নাতোন নাকচীদা নীংঙমদবা, পেন্দবা, শাউনীংবগী হুমাং মরীক কয়াগা লোয়ননা ফোঙদোকখিবা নচাগা হিংমিন্ননীংবগী অপাম্বদো ঙসি ঐখোয় ময়াম চঙদুনা কেম্পেন তৌরি, পাউ চেল্লি নঙগী নতেং পাংনবগীদমক । ময়াম শেম শাদুনা লৈরি । অদুবু নঙদি হিংখিবা তারি পাউজেল পুরী অমগুম ।

(৬)

"মমা পোলোইবগী মৈরকসিদা এইদসকী মচাশিংসে লংশিনখোনে। নুপীশিংদুনা কল্লক পেন্না ঙাঙখি ইমৌ পোলোইবগী মংদুদা। ইচা লৈখিদবগী নুংঙাইতবনে, ইমৌ পোলোইবগী মৈশা মরক্তুদা মালেমসিদা হিংলীবী মবোক ওইবী কনানা ব্রাহৈসিবু তাবা ঙমগদগে ? ইশু অহুমসিমদি মীৎনা কন্না য়েংগ্রি, ইমানা হান্দোইরা, ইশুশিংনা হান্দোইরা ? ইশুশিংসি চঙশিন-চঙশিন চুপ্লিবনি।"

এইদসনা হাৎপীখ্রবা মচা অমদি মমৌনা হন্দোকপীবল্লবা করিসু খঙজদ্রবা পীক্লিবা মশু মঙা য়োক্লিবী ইমাদুনা কয়াদি নুংঙাইতনা পেন্দনা তল্লকখিবা। ইকং মনুংদা ব্রানা পানখিবা লৌদা থাজদবা ঈচাওদুগী হাজিল্লকপা ঈশিংনা পুশিল্লকপা লৈঙোয় শেংলুবগী চোকথকরবা মশা তেকখৎলকখি ঐখোয়গা ব্রারী শাখিবা নুমিদাংদু - মশুশিং হিংখিনি খনখিবরা ?

অহলসিগী মচাদো, মমা মপাবু কয়াদা কিনা লুনা তৌজখিবা! ফোর কাপ্লবসু মমা-মপা, ইমুং মনুংদা, নুপীদা ওৎপা নৈবা তৌখিদে। ইমুংগী মাল চাং অমত্তা মাঙহল্লমদে। ইং ২০০২ গী এপ্রিলদা ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইদুনা লৈখিদে। মমা মপা ওইবা মখোয় অনীনদি ঐচ আই ভি/ এইদসনা শিবা ওইরমগনি হায়বসি শুকযা য়ানীংখিদে। ইকোন কোনবা মশুদুদি মচানুপানা লৈখিদবা মতমদুদা মমৌনুপীগী পীবুকনুংদা থা তবেৎতা ঙায়হৌরিবনি। মতম খবা লৈবগা মশুনুপা অমা ফংলম্মী। কয়াদা হবাওখিবা। মশুনুপী মরিগী মনুংদা মশুনুপা অমা য়াওরকপুদা। অদুবু নোংম নোংমগী মমৌনুপীগী মশাদি শোঞ্জিল্লকখি। মদুমক্তেদা ঐচ আই ভি টেষ্ট তৌথোকহনবগী ব্রাখলদি লাকখিদে। মশাসু চৈথেং ফংলবী, হীরমসিদা মরী লৈননা থবক তৌরিবী লৈকায়গী মচলশিং অমা তোয়না তোয়না অনাবা হংবা লাক্তুনা ব্রারী-ব্রাতায় শাবদগী ইং ২০০২ গী দিসেম্বরদা ঐচ আই ভি টেষ্ট তৌথোকখি, ঐচ আই ভি গী মহিক য়াওরমখি। মমৌদুনা চৎপা খুদিং মতুং ইন্নখি মাদবু হিংলবদি খন। হিংহন্নিংদুনা অখঙ-অহে কয়া তান্নখি। "ইমৌদো ইম্ফালদা লৈরম্লবদি শিরমদবা য়াই। লম্ফেলদগী হীদাক ফংলগনি, হীদাক চারবদি

ইমৌ কনখৎলক্লনি খঙখি ।" তশেংবনি রিমসকী এ আর টি কার্দ ফংলবা মমৌদো মীনিংজাইটিসনা নারকখি । এ আর টি চানবা ইম্ফালগী লায়েংশঙদা হঙ্গৎ হন্দা চৎপদা মশা অদু শোকচিনখি । বস তোংদুনা অনাবা অমনা তোয়না চৎপদা অসুক্কী মতিক ৱাখি ।

নোংমা য়ুমদা হনবগী বসতা মাগা থেংনখি । মশা শোকচিল্লমখি, সি দি ফোর ৫০ তমক ঙায়রে হায়রমখি । লশ্বীদুদা ৱারী শানখি সি দি ফোর ১০ দা ঙায়রবা ঐখোয়নদি শিঙ্গবরা খনবা মৱা মপাউ তাখিদ্রবী লৌ য়েবা য়াওরম্বী অমখক্কী ৱারী শানখি । মহাকসু নোক্নুনা তাখি । অদুবু লায়থেৎ ময়াম্না যোমদুনা ফামুংদা তাদুনা লৈরবা অনাবা অমদা এ আব টিগী চন্নফম লৈখিদে ।

খুঙ্গংগী মনুং খরা চঙশিল্লগা লৈবা ঐচ আই ভি/ এইদসনা নারবা অনাবা অমদা থেংনরিবা খুদোংচাদবশিংদি লোইবা নাইবা নত্তে, হায়রুদুনা কৈদৌরুনি? এ আব টি ফংনবা ইনভেষ্টিগেশন খরা অদু তৌবা চৎপমক্তদা অনাবা অদু শিবা ঙম্মী হাযবদা হায়মনবা থোক্লবরা ? ঐচ আই ভি/ এইদসকী মবমদা মমুৎ তানা খঙবা ডাক্তব অমদি হকশেল্লোয় তাঙনা থোকই । অদুগা ঐচ আই ভি হায়বসি খঙলগদমক যাদবা হকশেলগী অচৌবা শরুক অমা লোয়নদুনা মতুং ইন্দুনা চৎলি হাযজনীংই । খুদোংচাদবশিং অসিনা অচৌবা চৈথেং ওইদুনা মহাকসু ২০০৪ গী মেদা লৈখিদে । ইম্ফাল ময়োলগী নত্তবা অরাপ্পদা লৈরিবা লায়েংশঙশিংদা ঐচ আই আই ভি / এইদসপু মুন্না খঙবা হকশেল্লোয়শিং অমদি লায়চৎসিবু লায়েংবদা চঙবা মথৌ তাবা খুদিংমক থম্বীবা অমদি থৌরাং তৌবীদুনা মসিগী খুদোংচাবা ফংহনবা য়াম্নমক মথৌ তারক্লে ।

হিদান্নরিবা ঙসিগী মালেমসিদা মমা-মপা অনী চঙদুনা য়োকপা অঙাংশিং ফাওবা খুদোংথীবা ময়াম অমা মায়োক্লরি ' অহল মতম ওইরবা মপৃ মবেন অনীনা অঙাং মঙাবু মতৌ করম্না য়োক-থাক্লিবা । অদুগীসু মথক্তা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবা অঙাং অহুমদুগা কয়াদা ৱানা লেল্লিবা । য়াচঙলকপা পুন্সিগী নুমিদাংৱাইরমদুদা লৈত-লায়রগীবু হোৎনগদরা অঙাংশিং অদুবু য়েংশিনগদরা মবোক অদুদি অঙাওবীগা চপ মান্নহৌরে । অমসু অমসু নংননা হোৎনবদা অঙাংশিং অদুদা অশৌবা লুমথোক্লবা ঈশিং ফাওবা চাং নাইনা শীথকপা ঙমহৌদে ।

ইমাদুনা মমিৎতা মপী শীম্বদুনা হায়রকখি, "খজিক্তং নারবসু মমাগী লায়নানি, হৌরক্লে হায়নবীবা; অঙাং মশেল শান্নমিন্নরবসু শোক্ল পন্ননি চৎলু-চৎলু হোয়জিনবা, য়ুন্লোন কৈরোন্নবশিংগী মমাঙদা ইশুশিংসে লমজা শরা ওইহৌরনি। সরকার কায়বগী পাউ ইমা তাদে, শেম্বগী পাউসু ইমা তাদে। মসিগী হীদাক ফংলে, হৌজিক হীদাক তৌনরে, রেদিওদা হায়বা তাবদা চাক চাফম খঙদে; হীদাক ফংঙে তাবদা পংহাউদা হরাওই, ইশুশিংসে হিংলনি খল্লুবদা।"

মপা শক্লবা মপুবোক্তুসু হায়হৌরি, "মমা-মপা লৈরগদি চহী মতাঙসিদা ঐখোয়না অঙাং চেনগদবা নত্তে। ইশুশিংনা মমা-মপাদা ওইনজবদো উরগা ঐখোয়না নুংঙাইনা লৈগদবনি। মীওইবগী পুন্সি ব্বাখলগী মখা পোল্লি হায়নৈ, ব্বাখল নুংঙাইত্রবনিনা পুন্সি তেনশিনগদরা ? ইশুশিংসিনা মপুং মরৈ ফাবা ফাওবদংদি হিংনীংলি। ঙসি থোংনবা, হয়েং থোংনবা ব্বাখল নত্তে, পিদোল্লবা অঙাংশিংসে য়োকপগী ব্বাবগীদমক ব্বারী তৌফম থোক্তে। চীন্দা মহৈ মশিং, লাইরিক হায়জবনি; লাইরিক নত্তে হিংহনবদুনি। ইশুশিংসিগী পুন্সিনা হিংবদুনি, হিংবু হিংলবদি লোংদা খোল্লবসু ঙখা অমত্তসু লাক্কনি। শৃফম-নোমফম ফংগনি।"

লমদমসিগী মমা-মপা ওইবশিংদা অমদি মচা-মশুশিংগী মফমদা মবুক ফবা মচাদো নীংশিং নীংশিংনা পাউজেল্লক্লি, "ঐখোয়না ব্বারিবসে লৈবাক মীয়ামসু ব্বাগনি, অয়োগী চৈনা ফংলবা মতমদা ইচাগী থোঙ্গুল লীববুদি মতম লৈরিঙৈ ইচা কনাগা তিন্নরি, করম্বা মীওইগা পুল্লি, কনাগা সঙ্গ ওইরি হায়বসে মমা-মপা ওইবশিংদুনা থিগৎহন্নিংই। মচা ওইবশিংদুনা অফবা মী ওইনীংলবদি ফত্তবা সঙ্গগা শুক্লপ নপ্লোই। মমা-মপাবু হনবা মচা হায়বদু ওইহন্নিংদে, মমা-মপানা য়াবা লম্বীদা চৎহন্নীংই, মমা-মপানা হায়বা ইলহন্নিংই। ইমান্নবনা হায়বা খুদিংমক য়াগদবা নত্তে, অফবা সঙ্গ তিন্ননবা হোৎনগদবনি। য়োৎপীগ্গা উগা মরুপ ওইবদগী ঈশিংদা তাউবা, লৈ মরক্তা লৈরগা লৈনম চেনবা, লৈখোম পায়রগা লৈখোম তৈবা হৌনশানি চুমদুনতা অদুম লৈরগদবা, ঙক্লিংঙাই ওইদবা ব্বানি। নহারোলশিং অফবা চীঙ্গাক, অফবা মীৎয়েং, অফবা ব্বাখল পীবা ঙম্বা মফমদা মায় ওনশিনবীয়ু। খুন্নাইসিনা তীঞ্জং-কায়জংদবা মরীল ফুনবা নহারোল কয়াগী মথৌ তারে। ঙসিগী লম্বীসিদা চৎলবদি শোকচিল্লকফমদা ওইরগনি, অফবা, মাঙলোমদা চৎখৎপা

হায়বদুদি ওইথোক্লোই ।”

মচা মশু ওইবশিংনা পুন্সি চেংজেল লোইরবা মমা মপা ওইবশিংগী থবায় য়াওদ্রবা হকচাং লৈকায়গী খুনগী মঙফমদা পুদুনা মঙগুম্বা, পোৎলোইবগী মৈ চুবা, লৈবাক মতুম অমত্তা ওইরবসু হাপচিন্দুনা লৈরোল চনবা, অরোইবা মথৌ মঙম পাঙথোকপা হায়বসি নীংশিংবা থোক্তবা মতমদগী চাওখৎলবা মীওইবা কৌবা থবায় পানবা কাঙলুপশিংনা চৎনদুনা লাক্লি । মদুগীদমক মচা মশু লৈবগী চাউথোক্লরি । অহল মতম ওইরক্লবদা ইমা-ইপা শক্তুনা নাউকোনবীগনি হরাওজখিবনি অদুবু ঙসিদি মদুগী ওন্ন তৈনবদা মচা মশু কায়নরবা অহল কয়ানা মনুং মতম চাদনা লৈখিদ্রবা মচা মশু কযাগী অবোইবা মথৌ মঙম পাংথোকপগী পুক্লিং নুংশিনীংঙাই ওইরবা, থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইবা চাউববা পোৎলুম অমদি অহলশিংদুদা লাযচৎসিনা থোক্নৎপীবি । মসিবু মতমনা পীবা খুদোলনি খন্দোকপা য়ারিববা পেম্থোকপা চুম্লিববা ?

ঐচ আই ভি/ এইদস হকশেলগা মরী লৈনবা খক নত্তে, অনা অয়েকখক্কী রাফম নত্তে । মসিদি খুন্নাইসিগী রাফমনি, খুন্নাইসি পুংমুৎ মুৎখিবা যাবা খুস্তাক লানশিহনবা ঙম্বা মায়কৈ শলাই খঙদনা হুমজিল্লকপা মীওইববু পুল্লপ ফুক্তোক্তুনা হুমদোকখিবা ঙম্বা লায়চৎ অমনি । তাথীনদুনা, হঙ্গোয়নদুনা, ইথোক্লদুনা অচুম্বা শানদুনা লৈথোকপা য়াবা মতম নত্তে ।

ঙসিমক মীৎয়েং চঙহৌদবা য়াদ্রবা অচৌবা রাফম অমদি অঙাংশিংশিনি। হকথেংননা নৎত্রগা নাকোয়ননা শোকহল্লবা অঙাংশিং অসিবু কন্নবা ঙসি মীওই খবখক্লা হোৎনরি । মীওইশিংসিগী রাখল্লোনসিদা মতেং পাংশিনবীবা মতম ওইরে । মনিপুরদা মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাংশিংগী লৈফম, মহৈ মশিং তমহন্দুনা থম্বীবা খরাদি লৈবে অদুবু হায়রিবা মফমশিং অসিদা ঐচ আই ভি/ এইদসনা হকথেংননা নৎত্রগা নাকোয়ননা শোকহল্লবা অঙাংশিংদি হরাও তরাম্না লৌশিনবীহৌবা তাঙনা থোক্লি । হীরমসিদা পুক্লিং লুপচবা, অদুগা চৈথেংসি ফংলবা মমা নৎত্রগা মপা ওইবশিং, নক্লবা মরী মতাশিংনা মখোয়না লৈখিদ্রবা মতমদা অঙাংশিংসি মফম খঙহৌররোই হায়দুনা পুনশিন্নবা মফমদি লৈরে হায়ববু মদু মীমাঙ থোক্লা পুথোকপা য়াবা হায়বদুদি ওইদ্রি ? চীঙ্জাক্কী, মহৈ মশিংগী, অনা-

লায়েংগী খুদোংচাদবা কযানা পীক থল্লি, পূকচেল চাউববা মীয়ামগী মতেং নিবা মথৌ তারি ।

তুপ তুপ লাউবা নুংশিরবা মশু মঙাদুনা ফক্তুদা মণি মতুম খিনবগুম খিন্দুনা হৌনদুনা তুমখুন তানখিবদো য়েংলগা ঙসাইমখৈ মশুশিং উখিনি তাখিনি কিজদুনা থিঙ্গৎলম্বা পি খাম্বা য়াদ্রবোই । মশুশিং তুমখিবা ঙায়বম্বোই । ইপা শক্লবা, ইমা শক্লবী নখোয় অনিবু কপহল্লুনবা লাকপা নত্তে । ঐখোয়দি নখোযগী নতেং পাংবা লাকপনি । মখোয়নসু থাজবীবি, নুংশিবীবি । মখোযগুম্মা পোলোযবগী মৈ চুবীনবা লৈত্রবা, লৈবোল চনবীনবা কনা উদ্রবা কযা খুন্নাইসিদা শিবা ঙমদনা লৈবি । ঐখোয লেপ্পা তাবি পুনশিন্নদুনা অমত্তা ওইনা লাযচৎসিগী মবমদা খঙমিন্নদুনা । ঙসি লৈবিবা থৌনা অদু মযেং তাহনবা যাদ্রি । মশুশিং চাউবা ফাওবা হিংখিনি হায়বগী থাজবদু হেন্না হেন্না চেৎশিলহনবা ওইবসনু ।

(৭)

"মচাশিনা মবুক লান্নদুনা, মবুক থবৎ তৎলদুনা শিথ শিথ কপ্পবাফাওবা মচাসি মবুক পীথকউ হায়বা যাদে, হিংচাবীনি মসে । ইবুংঙো ডাক্তব ইশুসি মবুক পীথকউ হাযদুনা অমুক্তা হাযবীযু ইমৌদা" মনেমবোক ওইবীদুনা মমৌবু ৱাবৌবি, মনেমগী মফমদা কবম্মদি ফোংদোক্লনি, থম্মোযদদি কপ্পিবনি খোম নঙথবকপা খুদিং, মচানা কপ্পকপা খুদিং ওলাং ওনশাউবিবনি মপুক মনুংদা, লৈতাফম খঙদ্রিবনি, মচানা কপ্পা লেপত্রিবা ফাওবা মযাদা ঈশিং মবীক অমা ফাওবা তাদ্রিবনি ।

হকশেল্লোইশিং ইঙক ঙকখিবনি বোমাদা কবম্মা ঐচ আই ভি গী মহিক চংলল্লিবনো, মহাক চমজববী খুঙ্গং চনু অমনি। হৌখিবা মাগী পুন্সিদা ঐচ আই ভি চংলকপা যাবা খুন্নাইনা যাদবা চৎনবী কাল্লকপগী ৱাফম অমত্তা লৈতে । অদুগীসু মথক্তা মপুবোইবসু ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইবমদে অদুদি কবম্মা বোমাদা ঐচ আই ভি গী মহিক চংলল্লিবা ?! থিখি হকশেল্লোইশিং ঐচ আই ভি চংলকপা যাবগী ওইথোকপা যাবা মবম খুদিংমক - লৈত লাইবগী চৈথেং ফংলবী চমজববী খুঙ্গং চনুদো পিক্লিঙৈদগী লৈখি ইম্ফালগী ইনাক কৈবাক খুনবা ইমুং অমদা

তেংবাংবা নুপীমচা অমগুম অপিকপা শেনফম খরগীদমক । ইমুংদুনসু নুংশিনা তৌবী পুমকক চাওরকঙৈ ইমুংদগী নৌনা ফংজবা অঙাংশিংবু পিজ পিথকপা অমদি স্কুল চংলমদাইগী লোইশিনবীবা, ফিজু ফিজাম্বনচিংবা মাগী মথৌনি। লৈশাবী মচা ফারকখি মাসু ইমুংদুগী থবক থৌরমশিং ফৈগাক ফৈনা পুরকখি । যুম্বুরেম্বীনা অনৌবা অঙাং অমা ফংবা হাক্তকনি । মৈনিং কুপ্লিবদুগী ফিজু ফিজাম মহাক্না তৎতনা তৌখি । মহাক নোংমতা থৌশারুদে ব্রাইখুমীৎ থোকপা থাংজিং তিংখংনা যুবা, মখুৎ মশা তৎপা, পাইখি মৈনিং কুপ্বগী ঈ অমদি অতৈ তৈরবা ফিশিংদো কয়ারক হন্না পায়খি অমদি ফিজু ফিজামগী মহিশিংদুনা মখুৎ থুপ্লা নাবা ফাওরবা ফাওবদা লেপ্তুনা শুখি । হকশেল্লোয়শিংনা খংলকখি ইমুংদুগী মৌদু চহি খরগী মমাংদা এইদসনা লৈখিদ্রে ।

অঙাং নাউয়েক হৌরকঙৈদগী চেকশিন থৌরাং লৌখৎতুনা মমা ওইগদৌরিবী অমদি নৌনা পোক্লক্কদবা অঙাংদা পোকপা ইকান কান্নদনা এ আর ভি প্রোফাইলেক্সিস পিজবনা অঙাং উনবদা ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইবা মমাদগী মচাদা ঐচ আই ভি লৌনবগী চাং খরমখৈদি হন্থহনবা ঙম্লে অদুবু মসিমক্লা তুং কোইনা অঙাংশিংবু ঐচ আই ভি দগী কিনিঙাই ওইদ্রে, পুমঙাক ঙাকথোক্লে হায়বদি য়াদ্রি । মরমদি খোমজিংবদগী ঐচ আই ভি লৌনবগী চাংসি চাদা ২০ % নি হায়না পানরি। চাদা ২০ % ঐচ আই ভি শন্দোকপগী থৌওংসি করম্বা মমা ওইবীনা করিসু খংজদ্রবা মচাগী মফমদা মবুক থলহল্লিবনি হায়দুনা পান্লমগদগে ? অদুগা লোয়ননা হকশেল্লোইশিংনা ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবা মমা অমদা নৌনা ফংজবা মচাদো মবুক পিথকপা অমসুং পিথক্তবগী পাউতাক পিবা ঙমদে । তৌইগুম্বসুং মমা ওইরিবী মহাক্কী ফিরেপকী মতুংইন্না মতেং পাংবীবগা লোয়ননা ফিরেপশিং অদু লৌবদা অঙাং মবুক পিথকপা অমদি পিথক্তবা অনিমক্কী মাংজবা তোংজবশিং মরিক চুম্না হায়বিবা তাই ।

যু এননা হায়বগী মতুংইন্না মমা খুদিংনা থা তরুক্তগী চহী অনি অমদি অনীদগী হেনবা ফাওবা মমাগী খোল্লাং পীথক্লবদি মমা অমদি মচা অনিমক্কী ওইনা হকশেল, মচি ওইবা অমদি লৈবাক খুন্নাইগী ওইনা ফগৎহনবা ঙম্মী হায়বসিনি । থা তরুক ফাওবগী মমা ওইবীনা মচাবু ভিটামিন, মিনরেল অমদি হিদাক নত্তনা

মমাগী খোমলাংতমক পিথক্কদবনি মসি নত্তনা করিগুম্বা চিঞ্জাক অমত্তা ঈশিং ফাওবা য়াওনা করিমত্তা পিথক্লোইদবনি হায়বসিনি । থা তরুক্কী মতুংদদি মচি ওইবা হকচাংদা কান্নগদবা অফবা চীঞ্জাকশিং অঙাংনা চহি অনি শুরবা ফাওবা অমদি মসিগী মতুং তাবা ফাওবদা মরাঙ কায়না পীজবীবা তম্বীগদবনি । তোঙানবা মহাওশিং খঙহনবীবগা লোয়ননা মমা ওইগদৌরিবশিংবু থা শুজিল্লকপা মতম অমদি মচাদা খোল্লাং পীথক্লিঙৈগী মনুংদা ঐচ আই ভি চংলকপা য়াবগী মরমশিং অমদি ঐচ আই ভি চঙই চংদে খংদ্রিবা মীরোনবীশিংবু ঈ টেষ্ট তৌদুনা খঙদোক্লবা পুক্লীং থৌগৎপীগদবনি ।

মথক্তা পঞ্জখ্রিবসি ঐচ আই ভি চংদ্রিবা মমা অমদি ঐচ আই ভি চংই চংদ্রি খংদ্রিবা মমা অমদা পিবা পাউতাকনি । অদুবু ঐচ আই ভি গা লোইননা হিংলিবা মমা অমদদি খোমজিংবা মতমদা মমাদগী মচাদা শন্দোকখিবা য়াবগী অকিবা লৈবনা হীরম মঙাখক নৈনদুনা ঐচ আই.ভি.গা লোয়ননা হিংলিবা মমানা মচাদা খোল্লাং পিথক্কদ্রা নত্রগা খোল্লাংগী মহুৎ অতোপ্পনা শিনগদরা হায়বদু ইমুং মনুংগী মীওইগা তান্নরগা লেপহল্লি ।

হীরমশিং অদুদি -

১) মমা ওইরিবী মহাক্লা খোল্লাংগী মহুৎতা অতোপ্পনা মহুৎ শিন্নবা খঞ্জবা মতমদা চৎনবী অমদি খুন্নাইনা করি হায়রক্কনি অমদি ঐচ আই ভি গা মরী লৈননা ইম্হোকপা তাথীনা তৌরক্কদ্রা হায়বগী অকিবা অথিংবনচিংবা খুদিং খঙবা তাই ।

২) মমাগী খোল্লাংগী মহুৎতা মহুৎ শিন্দুনা অতোপ্পনা মবুক থলহন্নবা হোৎনবা মতমদা মমা ওইবীদুগী অমদি ইমুং মনুংগী মীওইশিংগী মহুৎ শিনগদৌবিবা চীঞ্জাক অদুগী শেম শানবা মতম মরাঙ কায়না ফংগদরা, শেম শাবগী লৌশিং নীংথিনা লৈবরা, কবম্মা পীথককনি হায়বনচিংবা ফজনা খঙবা অমদি ইমুংনা লৈকায়না খুন্নাইগী তোঙানবা মীৎয়েং খুদিংমক থেংনদুনা খোল্লাংগী মহুৎ শিল্লিবা পোৎ অদু শেম শাদুনা পীথকপদা মতেং পাংহনবা ঙম্বা তাই ।

৩) মমা ওইবী অমদি ইমুংনা মমাগী খোল্লাংগী মহুৎ শিনগদবা পোৎ অদু পীজবা মচল শুবা চীঞ্জাক্তা নত্তনা মদু শেম শাবদা লোনবদা শীজিন্নগদবা, মৈ, অশেংবা অফবা ঈশিং ফাওবা নৈনদুনা য়েংগদবনি ।

৪) মমা ওইগদবী অদুনা খোল্লাংগী মহুৎ শিনগদবা পোৎশক অদু লেপ্তুনা চাং নাইনা অঙাংনা পাল্লিবমখৈ পীজ পীথকপা অমদি

৫) খোল্লাংগী মহুৎ শিল্লিবা পোৎশক অদু চুম্না অমদি লু নান্না থম্বগা লোয়ননা অঙাং অদুনা মবুক থনগদবা চাং অদু শেম শাবা অমদি তরু তনান্না মদুদগী লায়না শন্দোরকপা থিংবগা লোয়ননা অঙাং অদুদা পীজ পীথকপা তৌবা তাই ।

মথক্তা পঞ্জখ্রিবা মখল মঙা অসি ঙাকপা ঙল্লবদি ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবী মমা অমনা খোল্লাং পীথক্তবা য়ারে, খোল্লাংগী মহুৎ শিন্দুনা পীথকপা য়ারে । পুম্নমকসিগী খুদোংচাবা লৈত্রবদি ইউ.এন.না অঙাং অদুনা থা অমা ফাওবদি মমাগী খোল্লাং মপুং ফানা পিথক্লবা হায়রি । খোল্লাং পীথকপদগী মমাদগী মচাদা ঐচ আই ভি শন্দোকপা থিংনবা মথক্তা পঞ্জখ্রিবা অসি হেক ঙম্বগা লেপহনবীগদবনি নত্রগা অঙাং অদুনা থা মরি শুবদগী তরুক শুবা ফাওবগী মরক্তা মমাগী খোল্লাং পীথকপা লেপ্লগা লোয়ননা নৈবাক্কী ওইনা শেল্লিবা চৎন পথাপ, লম লমদুগী , মশা মশাগী য়েংদুনা অমদি খোল্লাং মহুৎ শিন্না পীথকপদগী ঐচ আই ভি নত্তবা অঙাংদা নাগনবা অনাবশিং খোঙ হাম্বা, ন্যুমোনিয়া, মচল শুবা চীঞ্জাক চাবা ব্রাৎপদগী নারকপা য়াবা অনাবশিংগী মরমদসু কুপ্লা খন্নদুনা মমা ওইবীদুবু খঙহনবীগদবনি । পুম্নমকসি নৈনদুনসু মমাগী খোল্লাং পীথকপা লেপ্পা হায়বসি মমা অমদি মচা অনিমক্কী চেকশিন থৌরাং লৌবদা অরুবা অমদি ওইরি ।

মসিগা লোয়ননা খন্নগদবা ব্রাফমদি ঐচ আই ভি গা লোয়ননা হিংলিবা ইমুংদুগী মীওইশিং অমদি মরি মতাশিং করম্না ঐচ আই ভি দগী ঙাকথোক্কদগে অমদি চৎনবী ওইনা লৈখ্রবা থৌশারুদবা থৌদোকশিংদা করম্না মশাবু চেকশিন্না ঐচ আই ভি চংলবা মীওইশিংবু মপুক্কিং নাহন্দনা লোয়নগদগে অমদি মতেং পাংগদগে হায়বদু পাক শন্না খংহন্নবা থৌরাং লৌখৎপা তঙাই ফদনা মথৌ তারি ।

# য়াইরিপোক লমনুংশি

তা দেবান্না হেক তন্নকপদগী খোইদৌ শাউগৎপা হৌখ্রবনি । ঐবু তেংবাংগনি হায়দুনা লৈরিবা মখোয়শিংদুনা ঐগী ইনাক্তা লাকপা হঙ্গোইবা, লাকনিংদবা হায়বসে ঐগী অশোইবা খরা লৈরম্বা যাই । অশোয়বদুনি ঐনা লাম্বা ফংদ্রিবসে । ঙসিনা য়ুমদা হল্লনি হয়েংনা ফ্রি হেলথ কেম্প কোংবা ইরোংদা, অদুগা হংচিৎনি য়াইবিপোক্তা ড্রগ অমদি ঐচ আই ভি গী এব্বারনেস কেম্প অমা তৌসি হায়বিবসি । য়ুমগী টেলিফোন য়াদে ওফিসকীসু অশিৎ অব্বানথাগী নুংশিংতা য়াওখ্রে । থাদোইখোয়দা চৎলগা হংগদবসু ইশাদা ইকোই কোইবা ফাওই মরমদি মহাক চহি নৌজবিবী মচাশিংগা লোয়ননা মীনোক মৈশা মবক্তা হিংজবিবী মপুরোইবনা নৌনা হন্দোকপিবম্লবী অমনি । অপোকপা মনেম মকু লৈতে, নুপাগী মচিল মনাও লৈতে যুম্লোন কৈবোন্নবশিংগা হিংমিন্নরি অমদি মখোযনা য়েংশিনবিরি । মাগী মনাক্তা ঐ তোয়না চৎনিংদে, মহাক ঐখোয়গী ওফিসকী মীসু নত্তে শুপ্পতগী লমসিদা থবক তৌবি অমদি মাগা তৌমিন্নসি হায়বসিদংনি মাগা ঐগগী ঐনা খংবা মবি । মানদি কবিগুম্বা মতমদা ঐঙোন্দা অমদি মীয়ামদা হায, মানা অসুম্না মীযাম মবক্তা চংদুনা মীযামগী মতেং পাংলিবসি ঐননি হায়দুনা অদুবু ঐনদি শুকয়া য়ানিংদ্রি । মশানা হোৎনজদনা ঐনা মাগীদমক করি তৌবিখ্রদনা ? মাগী মগুননা মশাগী লেপফম অমতং খোঙফম অমত্তং নৈহৎপিরবী তুহৎপিববী অদুগা হঙ্গোয়বা য়েংথিবনা থল্লবা মীরকসিদা মহাক হিংলক্লিবনি । ঐনা মাবু হন্দক্কী প্রোগ্রামশিদা হৌকবগী মরমদি মঙোন্দা মী লোয়নবা হৈবা অমদি মীয়াম মরক্তা চংদুনা থৌনা ফনা থবক তৌবগী মতিং অমা লৈরিবদু য়োকখৎপা পাম্বদগীনি। অদুবু হন্দক মরক মহাক হায়নখিবা ঙাক্তবা লমদমসিগী অনৌবা হৈনবী কম্মিটমেন্ট ঙাকপা ঙমদবা, মীগী অশোয়বা য়াম্না উশিনগবা করিগুম্বা খরা লোইনবগুম ইউত উই ।

তেনখ্রবা মতম খরসিদা মানা ঐবু মতম য়াম্না মাংহনখি, করিগুম্বদা ঐবু

কৌরগা, করিগুম্বদা লাক্কনি হায়রগা, অদুগা কবিগুম্বদনা মাবু মযুমদা ভাইবদা । তৌবদি ঐগা উন্নবদা মঙোন্দা অকায়বা লৈববজাংলা নত্রগা মাগী ঐঙোন্দগী হেন্না লুবা থবক কয়া লৈরম্বসু য়াই অদুগা মাগী অদুগুম্বা থবক অদু ঐঙোন্দসু লোইনা হায়দোকপা ঙম্লমদবা য়াই । মরমদি মহাক হৌজিক্তা মপুং ফারক্লিবী নুপীনি ঐগা উন্নবদা মহাক্কী খুদোংচাদবা খরা লৈরবরা ? পুম্নমকসি খংনবা য়ারি শারবা মাগী লৈকাইগী মৌপ্পা অদুগা ঐগীনা ষ্টাফনা ঐগী ইনাক্তা লাকনিংদবা হায়বসে প্রোগ্রামসিদা থরায় য়াওদবা ওফিসকী থবক্তা খোইজংদবা ওইনা হেক হেক উরকই । মাগী খুদোং চাদবা করি লৈদুননো হেক হেক খলহল্লি, ডিসিপ্লিনরি এক্সন লৌরসিরা হেক হেক খল্লকই, সুম খল্লম্বদগী তা দেবান্দা তেনজিং হেক লাকপগা কেম্প তৌফম, পুঙ, টার্গেট গ্রুপ, টোপিক খঙদোক্লগা হেড ওফিস অমদি ঐঙোন্দা পাউ পিরক্লবা খংহনলল্লগা য়ুমলোমদা হায়গৎলক্লে ।

য়ুম্না য়ুমগী ওফিসনা ওফিসকী করিগুম্বা মতাংদা ওফিসকা য়ুমগা শুকয়েং য়েংশিন্নহন্নীংদে, য়েংশিন্নদনবা ফনসু হোৎনবনি । ওফিসকা হেক মরি লৈনবা খুদিংমক ওফিসতা লাকপিয়ু হায়না থাদোকখিবা অদুগা য়ুমগী অচিনবা খুদোং চাদবা অমত্তা ওফিসতা খংহনদনবা অয়াম্বা মতমদা হোৎনবনি । অদুবু হন্দক মরক ওফিসকী থবক্লা ঐবু য়ুমগী ওইবা থবকশিংদা হেক হেক খুৎ থিংজিল্লকই । অঙাংশিং, ইমুং মনুংশিং য়েংশিনবা ঙমদে, পুম্নমক ইরাপ লাপ্পবদৌনা তৌই ।

হায়নখিবা মতম য়ৌরক্লুনা ঐ, ধনবীর, তা দেবান ওফিসতগী হেড ওফিস তম্না লাকলে । তেনজিংনা হায়বনা মাবু লৌবা লাকপিয়ু থেংনদ্রিবা ফাওবা ঙায়নসি পুন্না চৎমিন্নগ্রসি হায়বসিনি । মরমদি কেম্প তৌগদবা মফমদো মমিংতমক নত্তনা ঐখোয় অমত্তা চান্ননা খঙদে । হেড ওফিসতগী মথৌ তাবা চে চাংশিং কেমেরা অমদি তা জুগেশ্বর হৌনবা চৎলে মতমদুদা অয়ুক্কী পুং ১১.০০ হেল্লে । ঐখোয় মাবু লৌরুরসি হায়দুনা থোরক্লে অদুবু মযুমদা চঙলুবদদি মহাক থোকখিবা ঙাইহাক কুইরে হায়বদুদা ঐ থৌদোরক্লে, তন্ন-তন্ননি চঙলুবদো অদুগা মহাক লৈরমদবদুগা অঙাংদুগী মরোল শুদবদুগা ঐ মানা চৎকনবা লম্বীদা থেংনবসু য়াই হায়দুনা লাক্লে । থৌবাল কৈথেলদসু , মাগী ওফিসতসু থেংনদ্রে পিরম্লিবা মমিংদো ফংনবা থিরসি হায়দুনা থৌরক্লে ।

থৌবাল য়াইরিপোক লন্মী থৌজিনবগা লন্মী শেন্নগী লৈঙাংনা পিক থন্দুনা নপ নপ লাউদুনা লৈরম্মী । গাড়ী মচাগা ওইবনে নানগা নানবনে তুরবদি পুমতৈ তৈগনি কয়াম শাংনা লৈঙাং থারিবনো হায়বসু খঙদে । ওজা ধনবিরনা ক্ষেত্রি লৈকাই তোর্বানদা চৎলসি হায়দুনা চৎলে । ফাওদোকপদসু লোইরমদ্রি । ফৌদেল খজিক্তং হেন্দোকপগা অমুক হৌরল্লে লৈকায়গী মীওইশিংনা য়াইরিপোক য়ৌগদবা ওইরবদি কেনেললোমদা চৎপিয়ু হায়রকপদগী রোলর চাকাদা নপ্লিবা লৈঙাংদু য়েংনীংমন্দদুনা কেনেল্লোমদা থৌরক্লে ।

উচিন নাচিন্না য়াইরিপোক য়ৌরে, লন্মী মতাদুদা য়াম্না তল্লুরবনি । কেম্প তৌফমসু হংবা য়াবা থিবা য়াবা থিবদা ফংদ্রে । ফরে অদু মণ্ডায়রে বামোন লৈকায়দা সনা ময়ুম তাবরা হংলগা য়েংলুরসি হায়দুনা ঐখোয় মরী থৌজিল্লে । য়ুমদি থিবা খঙলে ইচীক চীক্লম্মী অদুবু চঙশিল্লুবদদি চৌক্রিনচিংবা থাদুনা থৌরাং তৌদুনা থনল্লে । মীদি অমত্তা উদে অহল অমখক ফমদুনা লৈরম্মী ফম্মুসু হায়দে কৌসু কৌশিল্লক্কে, ইহৈ হৈনিংদবা ফাওই অদুবু অতোপ্পা মী থোরকপা ঙাইবা ওইনা ফমজিল্লগা ঙাইহাক লৈরুই । ফন কুইনা ফল্লবদসু মী অমত্তা থোরক্তবদগী অহলদুদা হংলুই "পাবুংবু ইবেমহলহোইগী অহল ওইবিরবরা ? " ঙক হায়ফেৎ নোল্লকই, ব্রা ঙাংথোকপা ঙমদবগী অনাবা অমা নারম্বা য়াই খন্দুনা করিমত্তা মখা তানা হংলুদরে ।

ঙাইহাক ফল্লম্বদগী থোরকপদা মৌ নহা অমা য়ৌশিল্লক্তুনা অঙাং খরা লৈরিবশিংদুদা ""ইবেমহলগী মচারা, নমা কদায়দা চৎখি ?" হংনা হংনা ইমুংদা চংখরে ঐসু হৈনদদুনা থোঙ্গলদা ঙাইহাক থোক্লখিগে হায়দুনা থোরক্লে । মহাকসু থোক্লকতুনা ঐখোয় থেংনরে । মাসু ঐসু পুন্সিগী অহানবা থেংনবনি, ইকোই কোইনগুম নমহায় তৌরদুনা হায়রকই " নুপী অমা লাক্লমদুনা মী খরা থোল্লুনি হায়দুনা থোকখি " হায়রকই । ঐ মানা হায়বদু খোয়জঙলুদনা অহলদুগী মবমদা হংলুই । অহলদু ইবেমহলগী মকুবোক্লি । পেরলাইশিস তৌবদগী ফগাৎলকপদা লোনদি থোকখিদরে । ইশাশে হিকথবগুম তৌখি । মচানুপা ড্রগ চাবদগী লৈখিদবা অমদি মমৌনুপীনা লুপ্না ওইহৌবদা অহলদুদা চৈথেং পীবীরবরা ? হোই খরগী মখৈদি চৈনা ফংফম থোকই ।

মমিং খংদবা চীংদুমদো ইরাপ লাপতরে, হৈনিংদবা মরক্তুদা ঐ য়েংনিংনা য়েংলুই নুংঙাইতবা খজিক হন্থবগুম তৌই অদুবু মনুংদদি চৎনিংদরে মীয়াম খর তিল্লবা মতুংদা চংলগে খন্দুনা উখাদুদা ঙাইহাক লেপ্লুই । ময়াম লাকপা হৌনরে । মখোয়শিংগী মরক্তা থাদোইসু য়াওরকই, ইনাক্তা চংশিল্লক্তুনা মাগা থেংনদবগী মরম কয়া হায়রে । ঐ থোইদোক্না ঙাঙলুদরে চঙমিন্নরকলে । ময়াম মিং ইশিনবা লোইনরদুনা থৌরম হৌরে ।

রিসোর্স পার্সনশিং ৱা ঙাংলি । ইবেমহল, সনাতোম্বী, নীতা অদুগা অতৈ কযা অমসু মপুরোইবনা নৌনা হন্দোকপীরল্লবী ঙাক্তনি । তশেংবদি হন্দে দাকপীরম্বী নত্তে, ড্রগ অমদি ঐচ আই ভি কৌবী খুৎশাংবী হিংচাবীদুনা মুন্দুনা পুবীখিবনি মখোয়গী পুন্সিদগী অমদি মচাশিংগী লাইবক্তগী, নমদুনা ওইহনবীবনি করিসু খঙজদ্রিবা লাইগা পান্থক ওইববা অঙাংশিংদু মপা লৈতবা অদুগা মতম খরগী তুংদদি মমা মপা অনিমক লৈতবা লমজা শরা অদুদগী ঐচ আই ভি গী তমথিরবা মীৎয়েং । মরায়বকশিংদা অমুবা চন্দন নম নমদুনা থিলহল্লগা খবনা ঐচ আই ভি গী খুবামনুংদা মপাগী মমাগী পোলোইবগী মৈ চুগদবা মচা পীবাশিংনা হন্দোকপীরল্লবা মমৌশিং, মশুশিং, কপ্লাক কুরু কারবা পাঙ্গল মযেং তারবা ইপা শকপা ইমা শকপীশিং মচাগী মঙগুমলিবা, মঙ্গাবকপগী ফি কংদ্রিঙৈদা হোংলক্লিবা অওনবশিং, মতু মমল পোল্লবা অহলশিং মখোযনা হয়েং থুপ্লবা মতমদদি কনানা মখোযগীদমক মৈ চুবীগনি, লৈতুম অমতং হাপচিনবীগনি, কনানা পোলোযবীগনি?

ঐচ আই ভি না মালেমদা শফোংলক্লিবা চহি ২৫/২৬ শুরক্লে । ঐচ আই ভি করিনো, করম্না শন্দোকই হাযদ্রবসু য়াবে খল্লুবনি মদুগী মহুক্তা হৌজিক হৌজিক হোংলক্লিবা ঐচ আই ভি গী মরমদা থীগৎপদা ফংলিবা মওং, হিদাক লাংথক নাদ্রিঙৈদা ঙাকথোক্লবা ভেক্সিনগী মরমদা থিজিল্লিবশিং ঙাংনিংবনি । মদুগী মরমদা পাউ শন্দোক্লীংবনি । অদুবু মদুগী ওন্ন তৈনবদা ঐচ আই ভি করিনো এইদস করিনো করিদা য়াউই করম্না লৌনরকই করমনা লৌনদে, চংশ্রবদি করি তৌবা তাই হায়বনচিংবা কয়া কয়া ৱারী শাদবা য়াদরি অদুগা ৱারী শারিবা মফমদুদা হঞ্জিল হঞ্জিল চংশিন্দুনা নত্রগা মখোয়না ঐখোয়বু উনবা লাক্লীংনবা নৎত্রগা ঐচ আই ভি গা মরী লৈনবা অতৈ মফমশিংদা চৎনিংনবা হন্না হন্না ৱারি ৱাতাই শানবগী

থবক থৌরম পারখৎপা তারি ।

মীওইবগী লায়না তিন্নাদগী ঙাকথোক্লবা পাঙ্গলবু মাংহনবা ঙম্বা মহিক ঐচ আই ভি না এইদস হায়রিবা লায়নশি নাহল্লি । মহীক য়াউবা মীগা চেকশিন্দনা ফমদিন্নরুবা, ঈদগী ঈদা অমদি মহীক য়াউবা মমাদগী মচাদা সুপ্লতংগী মওং অহুমশিদা শন্দোকপা ঙম্বা লায়নাশি অমদগী অমদা শন্দোকপ্রি অরোনবা লাইচং ওইনা মায়কৈ ফাংনা চাকশিল্লক্লি । কেন্সর য়াওরিবা অহলশিং অহাঙবগী অহাঙবা ঙাক্তনি, মখোয়গী মায়থোঙ, খুল্লিবা কোকখুম ফি পাংলিবা মীং অদুগা ঙাঙলিবা বা অকিবা, নায়তোম তাবা, তুহৎপীবা অমদি মকা লামজব্রবা ঙাক্তনি । মখোয়না তৌরিবশি করিনো য়েংলুশি লাকপা খরদুসু খংনীংবনা থুমহৎলবা ঙাক্তনি । লানমৈগুম চাক্লক্লীবা লায়চং নহাল মখৈদি কয়াদা তরায় তরায়না লৈথোক্লম্বা ঐগী ইমুংদা থোক্তে, ঐগী নুপা, ইচাদি কৈ অশিগুম্বা থৌরম করিগী য়াউজরুনি খল্লম্বা কয়া ঙসিদি ঐখোয়গী বারি তারগা মচি লেংঙু য়াদরে । ঙসিদং ময়েক শেংনা ফাওরকপা পূক্লিংগী ঈহুল অমদি উপাই লৈবা, ফীভম ফবা মীশিংশিনা শিনিংদবা খ্বাইদগী হেল্লমলে ।

ঙসি লুপ্পা ওইহৌরিবা কয়া মৱা মপুরোইবশিংদু ঐচ আই ভি গী খুবামনুংদা তারমগনি হায়বদি কনানা খঙবা অনৌবা পুন্সি, অনৌবা য়ুম, অনৌবা য়ুমদুদা নুংশিনা ফংজবা খুদোল ফিজিগী লনশিং অদুগা য়াইফবা পুন্সি অমা ওইগনি খঙদুনা কুন্দো পরেংনা পুন্দুনা পুরকখিবা নংত্রা ? অদুবু ঙসিগী মচানুপীশিং লেনমসু কোক্লিগৈ কুন্দোগী লৈকা ফাউবা খুইথদ্রিঙৈ নায়তোম হিংহৌরবী পুন্সি কয়াশিং অমুকসু পুন্সিশিংদুদা খুংশাংবী কোংচাবী হিংচাবীদুগী মখুত্তুনা কোংতৈ কোংতৈ তৈশিনবীরম্নবা পুন্সি, কয়াদি উপাই লৈজদা কনাদা তাইনগদবনো খঙদনা হিংহৌবদা থেংনরিবা অৱাবশিং অতোপ্পদা থেংনহল্লোই খন্দুনা থোরক্লিবী থৌনা ফরবীশিং নখোয়বুদি ঐনা জোয়নায়দনা থাগৎচরি নখোয়গীদমক করিসু তৌবা ঙমদ্রবসু নখোয়বু অয়ো ঐনা ফংহন্দনা মতম কুইনা পুন্সি নুংশাংবা পীনবীয়ু হায়দুনা তাইবং শেম্বীবা মঙোন্দা নিজরি ।

অদুবু অমরোমদদি লাইবক থিরবীশিং খরদি অশাওবনা মাঙওইনদুনা ইচম চমজরবা ঐখোয়বু মখোয়শিংদুনা বাহল্লম্বনি, নিশা খরসু বাহনবা তাই হায়দুনা

চংনবী শম্বল কানখিবশিং অদুদি কমদৌবা ? উপাই লৈতবদগী হিদাক লৈনবা, মচা য়োকপা গুম্নবা হোৎনবদা লোয়নখিবা মপূকচেল ম্নারকপা গুমদবা করাম্বা নুপাশিংদুদী কমদৌবা, নুপাশিংদুগী ইমুংদুনা অমুক কমদৌবা ? লমনবু শুম্নবসু, হিংনবা উপাইবু থিরবসু খুদোংথীবদি অম্মাগী অম্মানি চপ মান্নে । হিংনবা উপাই থিবা কাওবুশিংদুনা পাখৎচদুনা নৎত্রগা লাঞ্জনিংদদুনা কোন্দোম পুথোকপা অমদি পম্লুবদা করাম্বা, লীচং নাইদবা নুপাশিং অদুনা তাবীরমগদরা ? তারমদবা থোক্লবদি লাইচংসিমদি ম্নাংখৎলকপা তাবনি অমদি মরাল লৈজদবা কয়াদি চৈথেংশি ফংবা তাবনি । ঐগী ম্নাহৈদুদা লাইবক থীরবী কয়া পাখৎনখীবরা ? মরমদি মতারোইশিং মখোয়না হায়বা তাবীদনা লম্বীশিদা খোঙ থাংজিনখিবা য়াওগ্নে, মসিমক্লা মশা মশাবুসু লায়চংশিগী খয়াংতা তাশিনদুনা অশি লমদম থুনা পাংনবা মচাক ওইবি ।



ঐচ আই ভি গী থৌরম পাংথোকমিন্নখিবী খুল খুলগী লুচিংবীশিং অমসুং অইবা

মীচমদি লায়বদনা চৈথেং ফংলবা মশাসু মহিকশিগা লোয়নদুনা হিংলিবা, মপুরোয়ববুসু মুনবীপ্রবা চহি নৌরিবী নুপীজা কয়া ফাউবা মহিকশিগী মরমদা করিসু খওদ্রি লায়থেংসিগী মরমদা করিসু খওদ্রি । মখোয় নুংঙাইনা হিংলি, হেন্না মতারোই খরশিংদুগী ম্নাখলদা পুলিসে ম্নামল্লে নুংঙাইথোক্লে, নুংঙাইবা হায়রবশিদা পুম্নমক ম্নাউরে, পুম্নমক য়াউরবনি, অদুদি কমদৌবা ?

থেংনরুবা, উনরুবা, লোয়নরুবদগী মীওইবগী মরী অমগা অমগা হেন্না

হেন্না নকশিন্নরকই, চৎনবীগী পল অমা লৈকো, মতাং চানা য়াদে, য়াদেকো, খঙহৌবা খনবা খরতনা পলদু লানখিদবনি, অদুবু লমহেনবা পুক্লিংশিমদি লাকশিনবা অরায়বা নত্তে, মদুনা নৎত্রা ফাউরবা অৱাংবা থাক্কী ৱাখল্লোন কয়া নৈনরিবা মহাভারত্তা বন পর্ব্ব হায়বা তাক্তুদা সতি দ্রৌপতিগী মতাংদা হৈনৌ কেন্নকখিবা ? সাইন্টিফিকেল্লি য়েংলবসু চহি ১৫ দগী ৪৫ ফাউবগী মনুংদা অপাম নুংশিগী অপাম্বশি ফাউদরে হায়রবদি মীনম্বনি নৎত্রগা ফিজিওলোজিকেল ফঙ্কসন তৌদরে হায়বা নৎত্রা ? লায়না অমা লৈরে হায়বা নৎত্রা ? মী খুদিংদি লায়না লৈবদি ওইথোক্তবনিনা মতারোইশিংগীদমক ৱারিবদো চুমকম থোক্তবরা ? মহিকশি হকচাংগী মহি খুদিংমক্তা য়াউই অদুবু খ্বাইদগী হেন্না ঈ, ফশী অমদি সেরোব্রো স্পাইনেল ফ্লুইদতা য়াওই ৱাহৈসি তারুবদা নৎত্রা মখোয় মথক্কতা ঐবু ঐবু হায়না লোম্না হংজখিবা ? মখোয়গী ঙাঙলিবা ইনাক্তা খর-খরা নকশিল্লকখি অদুগা হংখি পাখৎনা ৱাহং কয়া ......। তশেংনমক্তি কিবনদি য়ারোই অদুগা কিহনবসু ফত্তবনি, হৌজিক শিজিন্নরিবা খোল্লাউ নাবু নারবদি হীদাক লৈত্রি, লুহোংদ্রিঙৈদা ঐচ আই ভি টেষ্ট তৌথোকপীয়ু, লুহোংদ্রিবমখৈ য়ুম্বাল মরী থশ্বীগনু..... হায়বনচিংবা কয়াশিং অমুক্তা হন্না কোক চুংশিন্নরগা লোন্দা পুদাশিং শেমদোকপা মথৌ তারি । অদুগা কয়াম য়াম্না ঐখোয়গী পুন্সিদা থবক ওইনা ওন্থোকপা য়ারিবগে হায়বদু য়েংবা তারি । মহিকসিনা ঐখোয়গী হকচাংদা শন্দোকপগী থৌওংশিংসিদি পুন্সিদা ঐনা কয়ারক তৌররোই হায়রবসু [illegible] অমদি ওইরি, পুন্সিদা য়ুম পাঞ্জররোই, ঈকাপ্লোই, অঙাং লৈজররোই হায়বদুদি য়ারোইদবনা ঐনা লুহোংগদৌরিবা মীদু ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইবরা হংবা ওন্বা তাই ঐঙোন্দা থিল্লিবা য়েত্তুম অফবরা নত্রগা কাপ্লিবা ঈ টেষ্ট তৌরবরা হায়না হংজবা ওন্বগী পাঙ্গলদি লৈবা তাই অমদি হংবা তাই ।

মোরে, তেংনৌপাল, তেম্বা, তেরাফাই, পলেল, পুরুমখুলেন, নুংঙৌরোক, কুম্বী, কায়না, ককচিং, কৈবী, খোংজোম, লংথবাল, সাইতোন, সলুংফম, সোরা, সামারাম, সঙ্গাইয়ুম্ফম, সগোলবন্দ, মোইরাং, মাইরেনখুন, ফৌদেল, খোংজাও, নুংঙৌরোক, ৱাংঙু, ৱাংজিং, লমদিং, ইরেংবন্দ ..... মথং মথং কেম্প চৎলুবা মফমশিং মীৎশিদা উরকই । ঐনা চৎলুবা মফম খুদিং

ইচম চমজরবা করিগুম্বা খংজদ্রিবা ওাক্তা ওইনা উই নুংঙাইহৈত্রিবদি ঐচ আই ভি না মালেমসিদা শাফোংলকপা চহি ২৫/২৬ শুরবশিদা চংলুবা মফমশিংদুদা করিসু খংলমদবদুনি। মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাং কয়া উরকই অমরোমদনা অমুকসু ঐচ আই ভি না শোকহনবীরবা ইমুং কয়া মশাসু ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইরবা সি ডি ফোর ৫০ মুক্তা ওাইরবা মশা নারবা চানিং থক্লিংঙাই লৈত্রবা পিক্লিবা হয়াওনা কোইচেন চেন্দুনা মচাশিংদুনা স্কুল কাদুনা মহৈ মশিং তমদুনা চেন চোংদুনা শান্নজগদবা মতমদুদা অঙাংশিংদুনা লৈকাইদগী নিরুবা অমদি ফংলকপা চেং খরদুনা চরা নোংখন্নবসু য়াওরি। মসিবু তমথোক্তনা অশুম পুক্নিংদা ফুমজিন্দুনা থমলসিরা ?

খংদ্রে হায়দুনা ঐচ আই ভি না শোক্লমলোইদ্রা ইচম চমজরবা খুঙ্গংশিংদা খল্লুবনি অদুবু খংদবা, চমলুবদুনা অমুক্তা হেন্না শোকহল্লমলে। কদায়দা, কমদৌনা, কনাদা তান্নগনি ? শিবা ওাইনা মীনোক মৈশা মরক্তা লেপ্লিবা, ইচম চমজরিবা খুঙ্গং চনুরাশিং, নিকাহ শোনবীরবা পাওল চনুশিং অমদি ইনখংলক্লিবী লৈশাশিং মিপাইখিবা নত্তরা ঐখোয়গী ৱারিদা।



১৯৯৬ অ মশক উবদা কোন্দোম য়াউরিবরা করেম্নবীগুবী ঐচ আই ভি খিংবদা চয়ামিন্নখিবি লৈশাশিং অমদি খোংজংসিদ্য শরুক য়ামিন্নখিবশিং

অঙাওবা মচানুপাশিং ঙাওবা ফনবা মৌ থিজিনবীয়ু হায়দুনা মতমগী ইহুল খংদবা ইমাশিংদুনা পাওতাক শিরুরে পাওতাক্তু লৌদুনা করিসু খংজদ্রবী

নৌজরিবী কয়াবু য়ুমগী মমৌ ওইহল্লুবে, মদুগী চৈথেংদি মপুং ওইনা য়ুমগী মৌদুনা ফংহৌবি । মচানা লৌরম্বা মমৌশিংনি কাওথোক্লি, য়ুমতাক কৈতাকপী ওইনা লৌবিরি, মচানা, মবুংনা, মৌপ্পানা থক্লম্বা চা গ্লাস ফাওবা চামবীনবা, ফেংবিনবা লৈতবা অঙকপা খুন্নাই অমদা নৌজরিবী য়ুমগী মৌ কয়াদুনা চৈনা খাংলি, ইচ্ছোকপা তাথিবগী মৈচাক্লা কাহৎলি ।



ঐচ আই ভি / এইদসনা মমা মপা অনিমক মুনবীগ্রবী পীদোল্লবী নব্রাশিং অমসুং অইবা

নোংমা ফাদোক মপা যাওদনা য়োকপা মচানি হায়বিখিগল্লা কিজদুনা চৈজ থাংজকবা, ব্রাবক ব্রাতেমজকবা মতমদসু ফনা উবীবগী মহৎতা নয়ুম পাল্লিংদুনা নচা ওৎলিববা হংবিবা, মচা নিঙোল ঙাক্তা ফংজবী লুখ্রাশিংনা নচানিপা থিবা চৎলিববা হায়বিবা, অব্রাবা মান্নবা মতাবোইশিং মকপ্লোইশিংগী মবক্তা তিনজদুনা তুংদনা কবি হায়দুনা হোৎনজববসু মকোক মরু পান্দবগী মীচৈ, পাওথোকপিদবা, কপ্লতনা মোল্লাং লুপনা চোৎখিদবা, তুমদনা নোং ঙাল্লম্বা, মাই মিৎ পোমদবা কবম্বা ঐচ আই ভি না শোকহল্লবা লুখ্রা কনা লৈবিবগে ? মপাম লমদমগী মীওই কয়ানা ইচাসে লাকচনা তৌবিখ্রেদা হল্লক্লো হায়খিদবা মপা, মমা, মবুং, মৌপ্পা কয়া লৈরিবা লমদমসিদা ? অদুবু য়ুমগী মৌ ওইবিবী মহাক্লদি অব্রাবা চৈথেং কয়া অমা ফংদুনসু মপুবোইবগী শঙ্গাই, নুংশিবা মানা লৈবম্বা মফমদু

থাদোক্তুনা শুকচৎ চৎনিংঙ্গ্রি, করিগীনো অসুম লৈনিংঙ্গি, কবিগীনো খংদে সুম লৈনিংঙ্গি অহাংবা মক্কমদুদা । অদুগুম্বা অহাংবদো কিনিংঙাই য়াওদনা অশেংবা অফবা মফম ওইহুনসি হায়ববদি মনেম মকু, মবুং মৌপ্পা, মচল-মনিং খুদিং নৈনবদা য়াওহন্দুনা খঙহনবা, খঙমিন্নবা য়াম্লমক মথৌ তারি । মখোয়না তৌজবিবা খরা খংবিবগা লোয়ননা শৌগৎপিবা য়াম্লমক তঙায় ফদ্রি । শৌগৎহন্দুনা অচেৎপা অমদি নুংশিবগী মীৎয়েং মখাদা ৱারক ৱাতেমদুনা কোনশিনবীবনা লায়চৎসিগী চৈথেং হন্থহনগনি । মীতৈ ৱাহৈদা মচা থাকপা ওম্লবা খবা উশিন্ন খবা উশিন্নদ হায়বদু ঐচ আই ভি দদি য়াদ্রি । উশিনবা তাই, য়েংশিনবীবা তাই, কোনশিন্দুনা থন্নীবা তাই ।

মপান থোকপদগী পাম্রা, লুখ্রাশিং, নুপী নুপাশিং তাহৈদবা, চৎহৈদবা চৎতববুদি নত্তে অদুবু খংদ্রে ঐসে যাম্না উশিনমল্লববা ? লৈবাকসিগী চনুবা খবনা ইমুং পুবা ওম্লবা কৈবোল লৈকাই লান্না লুথোং পুদুনা, নামহৎ শুদুনা শেল তানবা থোক্লকপা উবদা যাম্না হবাওজরুবনি । শুনিং নোম্লিংবনা থল্লবা নখোযনি হাযদুনা থম্মোয়দা থাগৎচকবনি অদুবু ঙসিদি হবাওবগী মহুৎতা কপ্লিংলকলে । কৈথেল লাইবেন্থী ইমা নংনা শাওগদবা, ইমা নংনা যাবা তমজনিংঙাই ওইববা ইমা পুন্নবুদি ঐনা ইকায খুম্নজবি । মপাবি মমোম থাকপা ওম্লবা চাওববা ইমুংগী পোৎলুম পুবদা লৱাই কোক্লেন তাংলবী, খুবাক কুবোন হুববী ইমা নখোয়গী নফমদা ইকোক নোঞ্জবি, নচাবু ঙাকপিগনি ৱাহৈশিংসে পনবগীদমক ঐ ঙাওববগুম্বনি - তগৎ তগৎ তেকপা ইঞ্জাং নাপী, চিংহি ময়ালশিং, ফ্রুং-ফ্রুং চোংলিবা ঙাশিং ফংনিংবা শেল ফংবা য়াবা অচৌবা কৈথেল ওইবল্লে । রেষ্টুরন্টকী সিট মখাদা কোন্দোম ফংবা লমদম নঙগী নবাইবকসে কদোমদা থোক্লগবা ? ডেটিং লৈবা নুমিৎতা মবোকনা মশুদা কোন্দোম পুহনখিবা লমদমশিংদুগী থাকসু য়ৌহৌদা নঙগী তুংগী যুম্বীশিংনা কমদৌবা ? ঙসিদি নুপী অমদি অঙাংদা শন্দোকপগী চাং হেঙ্গৎলক্লি অদুবু ঙসিদগী চহি মঙাগী মতুংদদি নুপাদা শন্দোকপগী চাং অশুব্বী মতিক হেনগৎলক্লগনি, মীওইবগী পুন্সিবগী চাং হন্থবক্লগনি । শিবগী চাং ৱাঙ্খৎলক্লগনি।

য়াইবিপোক লমদম লমনুংশি, চীং উরে নুংশি নংশে, তুবেল উরে য়েংনিংঙী, নংগী লবুক লমহাংশিং লোয়নমক মরাল লৈত্রবা ঙাক্তা ওইনা উই

অদুনা নংত্রা মথৌ চিল্লবা কৈথেলনা নোক খেনা ঙানথোইরিবা ? অদুবু হিংচাবিসিনা মখুৎ থিনদোক্লুনা কোইলাম লাক্লি, নংগী নশাইগোলদা ঐনা লাক্লমবগী বা অমা হায়য়ু হায়রবদি অসি মঙাইরে । নংসে লৈহাওসু চেনবীনি য়ানিংই, কৈথেলদুগী শুমাংদা থেলহৌরিবা মপোপ মতাং ফরবা মনা মশিংশিং, মনা মশিংনা তাংজফম ওইরিবী, শক চু চঙখোল্লবী নংগী নচা নিঙোলশিং অমুবা চন্দননা লাইবক্তা থিলহনবা নঙবু পেল্লিবরা ? পুবারিনা খংসনু নচা নিঙোলশিংগী থৌনা হাপ্লীয়ু, ইচম চমজবী নঙগী লৈশাদা ইচম চমজরবী মখোয়গী মীৎলুদগী পিরাংনা তারকপা নংবু খাংবা ওল্লিবরা ? মখোয় থৌনা ফনা থোরকসনু অদুগা মনিং তম্মা পোংনা হায়জসনু মখোয়গুম অতোপ্পদা অমুক ঐচ আই ভি গী অৱাবা নংহল্লরোই ।

ঙায়হাক খল্লুবনি অরাম খৌরাংবা পুকসি থলহল্লিবা য়াইরিপোক কৈথেলগী বোরা অশাবদু চানা চানা । থেঙজিল্লক্লে মতমসু নুমিৎ তাশিল্লক্কদৌরে । ঙসিগী কেম্প হৌদ্রিঙৈদা থাদোইনা সনাতোম্বীগী ফমুংদা কেম্প শোয়রগদরা পাখৎচদুনা কপখিবা, হৌজিক্তি নুংঙাইবা ওইররে । মাবু ময়ুম তান্না থিনবীরম্লবা হায়জখিবা সনাতোম্বীদা ঐনা ফাগি তৌরুই ইনাক্তা পুখ্রগে হায়ববু বা থোক্লরক্কনি । মখোয়সু ঐঙোন্দগী করিসু তারমদ্রে, মখোয় করিসু হায়জরোই পুবিখো ! অদুবু ঐদি নখোয় লোয়নমক নুংশি নখোয় লোয়নমক পুনিংই ঐগী মঙলানগী চগোয়নুংদুদা । কৈদৌঙৈনো নখোয় ময়াম ঐগা মতম খরদং ওইরবসু হিংমিন্নগদবা ?

# দাদর ব্রারেপ

ছুটি নিরুবনি পীরক্তে । অদুবু চৎতবা য়াদ্দুনা ছুটি ফংদ্রবসু থোরক্লে । ৩০/০৪/২০০৬, থাংজ নুমিৎনি মুম্বাইগীদমক ইম্ফাল্স থাদোক্লম্বদো । ঐ শাউখিদে, মতাংননি । অদুবু মী লমদম্নরকনি হায়বা ব্রাহৈসিদা ওইরে নুংঙাইতবা পোকখিবা । ঐখোয়না ওফিসকীদমক তূম্বা চাবা খঙদবা অদুগা ওফিসসিবু চলাইরিবা মকোক মরূ ওইবশিংনা ঐখোয়বু খঙবীদবা হায়বসি অফবা নত্তে । থব্রায় ব্রারবা অনাবগী ইমুং, অনাবা মশা অমদি ইনাওনীপা অতোম্বগীদমক য়েংলগা ঐ মুম্বাই চৎপা তাখি । মসি নত্তবা অতোপ্পা মরমসু পঞ্জরক্কে । পুম্নমক অফবা ওইগনি, ঐনা থাজে পুম্নমক অফবা ওইগনি। পুক্লিংসে থেমজিঞ্জখি অদুবু লন্বীদা ওফিসকা মরী লৈনবা ব্রাদমক খনখি । থবক তৌরিবা ঐখোয়গী অব্রাবা খঙদবা হায়বসি অফবা নত্তে । শিন্নীনা ব্রানা লেল্লবদি থবক পীরিবা মপুসু নুংঙাইবা য়ারোই । মীয়াম্বু নুংঙাইনা হিংহন্নীংদবা মহাক্তো মশামকসু নুংঙাইনা হিংবদা মতীক চাদ্রবনি। ব্রাহৈসে অসুম অসুম নীংশিংহন্দুনা লৈরে । মতমসে য়াম্না ওল্লবনি । অওনবদো খঙদ্রবদি খঙহনবা তাবনি । ঐখোয়গা নাইজেরিয়া মচা পিটরখক নত্তনা অতৈদি থোইদোক্লা ব্রা ঙাঙনদে, মহাক রঙ্গিয়াদগী ঐখোয়গা খোঙবু ওইমিন্নবনি ইকনোমিক্সতা মাষ্টর তৌরি, ইন্দিয়া কোয়বা লাকপনি । মুম্বাইদগী শিলোং কোয়বা লাকপদা শিলোংগী হোটেল অমদা মাগী পাসপোর্টনচিংবা পুম্নমক হুরানখীগ্রে, মুম্বাইদা হল্লগা তান্নরগে হায় । শিলোংদগী হাওফিনা তুবা ব্রাষ্টকট ১৫০ লৈরকই হায়দুনা ঐঙোন্দা য়েংহল্লি । আরপিএফ কাঙবুশিংদুনা মঙোন্দা হেক হেক চেক তৌই, মশা পায়দুনা চিংই, থোইদোক্লা নুংঙাইতবা উদে । অকোনবদদি শাউরক্লমালে মতুংদা অমুক হন্না লাকচররোই হায়দুনা মাসু ঙাঙই, মশা শোক্লক্লনু । নখোয়না হায়নীংবদো, অদুম হায়য়ু মপান্দা থোকপা ওল্লোই হায়দুনা মাগা শাউনৈ । আর পি এফ কী পর্সনেলশিংদু চৎখিবগা ঐখোয় অনী নোকমীন্নে ।

মুগোল সরাইদা ঐবু হৌদোরকই । টিকেট হাইফেৎ পীপ্রগা তূম্নীংমন্দুনা

অমুক তুমশিল্লি অদুবু ঐগা চৎমিন্নরিবা অনাবগী মপা ইবাইনা অমুক ইশা নোমদুনা হৌদোরকই, অমুক্তা কুমথরকখো হায়দুনা কুমথরে, আর পি এফ কী সিভিল ড্রেশ শেৎপা ওফিসারদুনা কদায়দা চৎতোইনা হায়দুনা য়াম্না লুজদবা মতৌ অমগা লোইননা হংলকই। তন্না খুন্নুই নুপীমচাসে অনাবনি ঐ দোক্তরনি, কবি মতেং পাংগুগে হায়দুনা হংবদগী মা ঙাইহাক ঙকচাননা ঐঙোন্দা অমুক য়েং, অনাবা নুপীমচাদুদা অমুক য়েং লৈরিঙৈদুদা অনাবগী চে চাংদু মঙোন্দা লানশিল্লে, ঐখোয় টাটাদা চৎলিবনি। পোখ্নাবীরো হায়বল্লগা ঙাইহাক লেপ্পল্লগা অতোপ্পদা ওনশিনখ্রে। শক-চু মান্নদবা নৌজরিবী নুপীমচাদো মীয়ায় চল্লবী নুপী অমগা ঐখোয় নুপা অনীগনা মুম্বাইদা পুবদো চিংনরুবজাৎনি ইবাইদুদি কুইনা শাউনিংখি। হৌদোক্লম্বদগী তুমথবা য়াদ্রে, ওফিসকী ৱা অমুক নীংশিংলক্লে অহিংদুদা।

ঐগা হৌদোকমিন্নরকপা কয়া মথং মথং চৎখ্রে অদুগা ঐগী তুংদা চঙলকপা কয়াসু মথং মথং চৎনখ্রে। খাঙহৌবিবা হায়ববু ঐ ইথন্নতা ঙায়হৌরে, অনৌ অনৌবা খবা খাঙমিন্নবা, খাঙবা ঙমদ্রগনা মখোয় অমুক চৎখিবা অদুগা অনৌ অনৌবা মায়থোঙনা অমুক ওফিসতুদা ঐগা চৎমিন্নবা শেম শাবা মসিনি ঐনা হৌখিবা চহী তরুকমুকসিদা মফমদুদা লৈরক্লিবা মওং। ঐনা নীংশিংবদা ওফিসতু থাদোক্তুনা চৎনখিবশিং লৈমিন্নরম্বগী হিংমিন্নরম্বগী চৎলমদাইদা, নুংশিনা, করিগুম্বা খরদং চামিন্নরগা ঙমজবা লৈ অমত্তং, কলম অমত্তং, ফি অমত্তং খুদোল তৌনদুনা, য়াইফ পাউজেল পীনদুনা কায়নখিবা, হন্নখিবা থবক তৌমিন্নরম্বা মীওইশিংগী মরক্তা নীংশিংবা ঙমদে। শীঙনবগী লমন খুম্নিংবগী, পেন্দবগী, নুংঙাইতবগী পিরাং শিন্থহনদুনা নাইতোম হন্নখিবা ঙাক্তা উখি। ঐসু মখোয়গুম্না নোংমা ওইরবা য়াই খনখিবনি, অদুগা মসি হন্দক মরক তোয়না তোয়না খলহল্লি।

কনাসু লৈতবা ইহাঙ হাঙবা ইংখোল লমহাংদুদা অচৌ অচৌবা শঙশাং অহুমগী ময়ায় থংবা শঙদুদা নর্স অনীখক্তা মীয়ায় চল্লবী এটেন্দেন্ট অমগা, চৌকিদার অমগা মখোয় মরিনা নুমিৎমুংবা মতম ফাওবা লমদুগী অনা অয়েক খরা য়েংবীবা, হীদাক লাংথক খরা পীবীবা দোক্তর লৈতবা লমতাগী নোংমা নুমিৎ ধারি কুল্লকপা নুমিৎয়ুংবা মমাঙদা ওফিসতুদা ঐ থুংলখি। মতম অমদদি গাইনিগী দোক্তরশিং লাক্তুনা মায়কৈদুগী অনাবশিং চীক্লা চায়না ঙমদনা তিল্লম্মী হায়, হৌজিকসু

নাউরোল লাওনবা, য়াইফ য়ুন্নালনচিংবগী তান্নবা, এন্টিনেটাল কিয়ার, মীয়োনবী নুপীশিংগী চেকশিন থৌরাং লোংমগী মঙা অমা তরা অমা লাক্লি নীংথিনা ট্রেন তৌহৌরবী নর্সশিংদুগী মনাক্তা।

ঐবু মখোয়না ওকপীখি, খেন্নবা খরদি অদুম লৈখি, মরমদি মখোয়না নুপীগী লায়নাশিং য়েংজরম্বনি অদুগা ঐনা ময়াই কাবা নিশাদা লায়চুরবা মীওইশিংগী লায়েংফম অমা ইনৌ নৌনা চলাইবা লাকপনি। নিশাদা লায়চুরবা মী অমা লায়েংবা হায়বসি শুপ্নতগী হীদাক লাংথক খরা পীরগা য়াদ্রি মদুগা লোয়ননা পুক্লিং অমদি ৱাখলগী মখা পোন্দুনা ইথৌ লাংবা কয়াশিং অদু হুম্বনবা অমদি কোক্ল বা ৱারী ৱাতাই, তান্ন তীক্লবা অমদি মতেং কয়া চঙলি। থা খরদি পুন্নমকশিং অদু শেমগৎ শাগৎপগা লোয়ননা খুঙ্গং খুঙ্গংশিংদা চৎমিন্নদুনা হকশেলগী, বিপ্রদস্টিভ হেল্‌ঠকী, ঐচ আই ভি এইদসকী কেম্পেন কয়া পুন্না চৎমিন্নদুনা পাঙথোকমিন্নখি। এম্বুলেন্স উবদা হন্দোক্লীংবা নুমিৎ য়াওখি অদুগা ঐখোয় মশেলনা তপ্না তপ্না অমনা অমগী মগুন খঙনরক্লুনা নুংশিননা থবক তৌমিন্নখি। অকোনবদদি মখোয় খুদিং ঐগী দিপার্টমেন্টতা এটেচ তৌখি। ঙসি ঐনা মসি য়াম্না কন্না নীংশিংলক্লি। শঙজাওশিংদু নত্তনা করিমত্তা লৈরমদবা মফমদুদা ফমুং ১৫ লৈবা অনা লায়েংশঙ অমা চলাইদুনা ঐগা মফমসিগা অঙকপা অচেৎপা মরী অমা শাগৎখি। লম্বী মাঙলুরবা লম্মাংনরুরবা মীওই কয়া লম্বী তাক তাক্লুনা ইমুং কয়াগী মমা মপা ওইবা, অহল ওইবশিংদা কুচু কুমেন থোক্লমদ্রবা তুরোই ঙাম্লোইনরবা কয়া তীক তীক লাউনা, অফবা ৱাখল খরদংগা ওইরবসু লোইননা শিন্নপ্রে।

নুংশিবা মমানা, মপানা, নুপীনা, মচলনা, মচেনা, মচানা মখোঙ কোন কোন্দুনা নিশাসিমক্তা তোকপীয়ু হায়দুনা মপী ওরো ওরো শীন্থনা হায়জখিবা নোঞ্জখিবা মীৎকুপশিং নোংমত্তসু তাবীখিদবা, অনা লায়েংশঙগী ফম্মুংদা থরো থরো ওন্দুনা খাঙহৌরিবা মচাগী হীদাক লৈবা চৎখিবা, হীদাক লৈবগী মহুত্তা শেলদুনা পামজবা নিশাগা ওন্নথোক্লুনা অনাবা মচা কাউখিবা মমা ওইবীশিংনা মিপাই মিপাইনা খুনিং কাঙ কাঙদুনা চৈনা খাঙলিবা অনাবা মচা অমুক য়েং, হীদাক লৈবা চৎখিবা মপুরোইবা অমুক হল্লকপা ঙাই, শুকহন হল্লক্তনা অনা লায়েংশঙদগী পুথরকখিবা কয়া ঙসিদি ঐখোয়গী লায়েংশঙদা লায়েংঙৈ মচা

নুংশিবা ফাওরক্লি, ইমুংগী মীওইশিং উননিংবা পোক্লকই, মখোয় মখোয়গী লোয়নবীশিংদু ফংজরুবগী মরাইবক ফরবা মীওইনি খঙ্গরি, কনাগুম্বা নিশা তোক্লবা মতেং পাংবা মীওইশিংনা, মতম মতমগী মতেং পাংলে, ইমাশিংনা করিগুম্বদা চেঙ, ঙামু, পুদুনা অনাবা হংবা লাক্লি অদুগা হায়রে, ইচাশা ইমাখোয় ইচাশিংগী অনাবা হংবা লাক্লিবনি, মীতৈদি অনাবা হংবদা চেঙ পুদুনা লাক্লে । পুল্সি চেংজেল পুদুনা লাক্লি, ইমাহোয়না পুরক্লিবা চেঙসি চারগা নশা নউ ফগংলক্লো, কনখংলক্লো, পূক্লীং, হকচাং, ব্রাখল ফগত্তুনা তীঞ্জও কায়জঙদবা হায়বদু ওইদুনা লৈবাক্কী কান্নবা মীশক ওইবা ঙমজবো, নরৈবাক্কীদমক হিংজবো হায়দুনা মকোক মকোক্তা নাম্বুবীখিবা মীৎকুপশিং ও খোংনা কপ্তুনা অফবা লম্বীদা খোঙ থাংজিল্লক্লি, হিংমিন্নবদা চঙবা অঙম্বা খরমখৈদি তৌরগনি হায়বা ব্রাখল্লোনগা লোযনা শিন্নবা মীকুপ্তুদা ইমুং মনুংশিংদুনা ঐখোয়দা খুৎ লোম্না লোন্নদুনা নুংশিনা থাগৎ ব্রাহৈগা লোযননা চৎচরগে হায়না মচা ওইবা কয়া মপুরোইবা কয়া মমাঙ থাদুনা নৎত্রগা খম্ব্রাংননা পোৎয়োমশিংদুগা লোয়ননা পুখিবা মীৎকুপ্তুখক ইখৌ লাংবনা ঐখোয়না তুমদ-চাদনা, অব্রাবা খুদোংথীবা খুদিং মায়োক্লদুনা মফমদুদা খাঙলক্লি হায়বসি লায়েংশঙসিবু চলাইরিবা মখোয়শিংদুগী মরক্তা কনানা খঙবীখিবা ? দাম শাবা, ঈশিং ইথিং পল থিংবা, উ থাবা, লফূ থাবা, খুঙ্গং শেমগৎ শাগৎপদি মখোয় য়াম্না হৈরে, ঐসু খবমখৈ য়ানিংই । কোবি ফুল অমা, উ ব্রাংখৎলকপা, ঈশিং থিঙ্গৎপা, অতোপ্পদা উৎপা লাই অদুবু ঐগা চপ মান্নবা মীওইবা অমা মীবু মীনা, শেমগৎপগী অসুক নৌবা, থোৎপা, তৎকনবা, কাযগনবা মরীসিদি মখোয় য়াখিরোই য়াম্না ব্রাৎলি হায়নীংই । মী অমা ফগৎলক্লি, ফগৎলক্লে হায়বসি উহনবা খঙহনবদি অবায়বা নত্তে । মসিগীদমক লৌবুক লমহাং, তুমিৎ কাঙ মরক্তুদা লৈকায় অমদা অমমম লৈবদা ওক্লবা ১৪ / ১৫ মতম অমত্তদা ঐখোয়গা লৌমিন্নদুনা মখোয়না ফগৎলক্লবা হোৎনবদা তেংবাংলিবা ঐখোয়দা য়েংলিবা মশানা মশাবু অহৈবনি, অচৌবনি খঞ্জবশিংগী মীৎয়েং, থল্লিবা ব্রাখল্লোন পেন্নীংঙাই ওইদবা, খন্দুনতা লৈনিংবা ঙাক্তনি । অসুম্না ব্রানা হোৎনরকপা ঐখোয়গী লায়েংশঙ ঙসিদি লৈবাক্লা শকখঙবা লায়েংশঙ ওইরে, মখোয়না খঙশিন্নদবদৎ মঙায়রে । অসিগুম্বা নুংঙাইবা মীৎকুপসিদা থবক তৌমিন্নরিবা ঐখোয় অয়াম্বদি থাদোক্তুনা চৎনীংই,

উপাই লৈতবগী, লায়েংশঙসি নুংশিবগী অমদি নিশাদা লায়চুরবা অনাবশিংগী, মখোয়গী ইমুং মনুংগী, খুন্নাইসিগী খল্লগা থাদোকপা ঙমদবমদমক মঙাম্লরে । পেল্লা, পেস্থোক্লা, মরেক মহাও থোক্লা লেমজনিংঙাই ওইরবা শিনফমসিগী চাউথোকচনা তৌবা থবক মতৌদুদি ওইদ্রে ।

কোলুদা চপখায়রবা মীওইবা, চাদা ককপা অপীকপা খুৎশুমল থরগা মীয়ামগী থবক তৌরি হায়দুনা হিংলিবা লৈবাকসিদা লৈবিবা নন গভর্নমেন্টেল ওর্গনাইজেসন কয়াগী থৌমী শিম্মীশিং অমদি মখোয়গী ইমুং মনুংশিংগী মরমদা লৈবাক মীয়াম হুপ্পা মীৎয়েং চঙবীবা মতম ওইরে। থবক ফংনদবা, ইন্দষ্ট্রি লৈতবা লৈবাকসিদা এন জি ও না অৱাৎপা থরা মেনখৎমিন্নদুনা শুফম নোম্ফম পীরিবসি পূক্নিং থৌগৎনিংঙাইনি । অদুম ওইনমক মখোয়গী থবক থৌবমশিং পেস্থোকপা য়াদ্রি য়েংশিনবা চুমথোকপীবা তঙায় ফদনা তৌদবা য়াদবা ওইবি । মরমদি এন জি ও শিংগী মবক্তা চেঙজঙবা মবাং কায়না য়াওরি । ইমুং মনুংতগী ওইবা ফেঙ্গো, মী অমত্তগী ওইবা ওমেনগো, লৈঙাক চুপ্লি পায়রিবশিংনা চলাইবা গেঙ্গো....... অসিনচিংবা এন জি ও মখল কয়া মবাং কায়না লৈবাকসিদা লৈবি ।

ওইজবা তান্দবা, নন প্রোফিট মেকিং বোদিগী মিংদা চত্থরিবা থৌওংশিং কুপ্পা য়েংশিনবা মথৌ তারে। কখোকপগী মিংদা মীবু ফদিগুম শুল্লিবা, হায়দা হায়জিল্লুরগা মীয়ামগীনি খরা কখোক্লসি মহায়বা । কখোকপা ঙমদ্রগা মহাউ তংহন্নবা অতৈ য়াম্না লৈরি হায়বা মানবা থৌওংশিং, এন জি ও দা থবক তৌরিবা মীওই খুদিংমক কখোক্লবা মীওই ঙাক্তা নত্তে হায়বসিমদি এন জি ও তৌরিবা মীওইশিংনা লেপশিল্লিবা চীংমুক ৱাংলবা মরল মথুম, তোংলিবা গাড়ী, অরিংবা অফবা মহৈ তম্ফমশঙশিং খন খন্দুনা, শেল চঙনা তমহল্লিবা মচা মনাওশিং, ৱাংখৎলক্লিবা য়ুম লেপশিল্লক্লিবা লৌ ইংখোলশিং অমরোমদনা মদুদা থবক তৌজবিবা অপীকপা খুৎশুমলগা লোয়নননা নোংমগী নাক্কৎতা শুরিবা নুংশুক নুংজাননা খাঙলিবা মখোয়গী মায়থোংশিংনা উৎলি । লৈত লায়র অমদি খুদোংচাদবা, শোখহৌববা মফমশিং, খুঙ্গংশিংদা য়ৌগদবা শেম্বুং কয়াদি এন জি ও গী লুদা থুমদুনা লোইনা কাইথোকপ্রে । মীয়ামগী লৈবাক্তীদমক খনবা এন জি ও খবা মশক খঙদোকপা থিদোকপগী তঙায়ফদ্রবা মতম ওইরক্লে । এম এস দব্লিউগী

মহেরোয় কয়া অনৌবা মীৎয়েং অমদি ব্রাখলগা লোয়ননা লৈবাকসিদা লেপ্তুনা থোরক্লি । অদুবু অনৌবা এনজিও চলাইবদি অরাইবা ওইদ্রি । মখোয়শিংদু মশক খঙবা মক্কমদা থাজিন্দুনা লৈবাক্কী, মীয়ামগী অফবা থবক থৌরম তৌরকসনু খাঙেনফম য়ৌরবা খুন্নাইশি কল্লকসনু । হৌজিক ওইরিবা মওংশিদি য়াম্ন নীংবা কায়নিংঙাইনি । মতীং লৈবা থবক তৌবা ঙম্বা মী থোক্লকনি হায়বদা চিংনবা লৈ মরমদি প্রোজেক্ট প্রোপোজলদা য়াওবা ব্রার্ক প্লান্দা তৌগনি হায়বদু তৌগে খন্না তৌদে, এন জি ও দা থবক তৌরিবা মীওইশিংগী চাদা ৯৯.০ % দি য়াইফ থৌবাং অমত্তা পায়খৎপা উদে, থবক্তুগা মরী লৈননা শোকপা পনবা, লৌনগনবা লায়নাশিংনা নারক্লবা পুম্নমক মরন্নাইনি, নোংমগী খুৎশুমল ফংলগা হিংলিবা মীওই ঙাক্তনি । ছুটি লৈতে, থবক্কী মতম লৈতে, হেন্না শুবগী অহেনবা শেল লৈতে । এন.জি.ও. শিংনা কবি মরমদগী মসি পুম্নমকসি তৌবা ঙমদ্রিবনো, মসি পুমনমক পাঙথোক্লবা হোৎনবদা কনা কনানা অয়েৎপা পীবিবগে হায়বনচিংবা কয়া থিজিনবা চুমগনি অমদি তৌগনি হায়বশিংদু তৌহন্দুনা তশেংনা কান্নবা ফংহনগদবশিংদু ফংগদবা মীওইশিংদা ফংহনবা, পুম্নমক মান্ননা চৎমিন্নবনা যাইফবা ওইগনি ।

ফৎত্রবা ব্লাখল অমবু ফগৎহনবা চুমথোকপা অবাইবা নত্তে, হুই মমৈ অকোনবা চুমথোকপগুম্বনি । কবিগুম্বা মতমদা ঐখোযবুসু হেক হেক মখোয়না থাকপা লাংদা থুদবা নত্তে মবমদি মখোয় নিশা শীজিন্নকবগী ব্রানি মরৌশিং লৈবা হৈথোই শিংথোইবনা অযাম্বনি । অফবা লম্বীদা লমজীংলবদি অসুক্কী মতিক ফরবা মীওই কয়া য়াওরিবনি । এপ্রিল থাগী অনীশুবা নোংমাইজিংদো ইনাউ নিপানা পোকপা ইচানুপীগী চউম্বা নুমিৎনি । জেনরেল ষ্ট্রাইক অমা তাখিবনা থাংজ নুমিত্তুদা যুমদা হায়গৎলকখি । অহিংদুমক্তদা ঐখোয়গী লৈবিবা ষ্টাফ থোঙ লোনশীল্লম্লগা অনাবশিং কেন্টর থৌদোকপগুম থোকখিবা নুংঙাইতবা থৌদোক অমা ঐখোয়গী লায়েংশংদা য়াওখি ।

নুমিৎতুদা মথৌ তৌরিবা ষ্টাফকী পঙজবা মীশিং নাশিংদবা মতৌ, পাঙজদবা মতৌদুদা পুক্লিং খংহন হনখি । অদুগা মশা মশানসু থৌদোক্তু মখোয়গী অহোবা লৈখি হায়বা য়াজখিদে । ব্রারৌরদুনা লৈরবা ষ্টাফশিং তোয়না-তোযনা

ফম্মীন্নদুনা মীতিন কয়া তৌখি, খন্ন নৈনখি। মকোক থোংবশিংনসু লৈক্ম থোকপা তঙায়ফদবশিং মী/ পোৎ সুহনবগী মহুত্তা হন্দক্কী মতাংশিদা শূপ্লা য়াবা শূপচীনহৌনবা পো কাঙলকখি। ঐখোয়গী মরক্তগী পোত্থানবা য়াওনখি। ঐখোয় মশেল অপুনবগী মহুত্তা মীচং খোম্নবগী ৱাফম লাকখি। খরা ঈংথরক্লবা মতুংদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অদুদগী খজিক্তং থৈদোক্লিংবা অমদি খরা পোত্থানীংবদগী নুমিৎ তরানিখক ছুটি নিখি। অতে লমদম্নবকনি, নুপী থবক তৌমীন্নবশিংগী অঙাং উনবগী ছুটি ফাওবা পীদে হায়বনচিংবা কয়া হায়দুনা ছুটি পীরকখিদে। অদুবু চংখি, লম্বীদা ইথন্নতা লৈখিবা মীকুপ খুদিং খনখি। লৈবাকশিদা মহে মশিং হৈরবা কয়া কয়াদা তোন্না খাংলিবা মীয়ামগী থবক তৌরি হায়না চাউথোকচরুবা নোংমগী নামহৎতা থবক সুবা থবক থিবা মী অমগুম লোয়নরম্বা উবদা ইশানা ইশাবু কয়াদা হম্বজনা অমদি ইকাযনা লেনখিবা! খ্বাইদগী পুক্লিং নুংশিখিবদি অমদি ঙকখিবদি মচানিপা যাওজদবা নুপীশিংদুনা অঙাং উনবিঔেদা থবক লৌথোকপীখিগদবা খঞ্জদুনা অঙাং নুপা অমগী মমা ওইবা ঙমদদুনা চহীনা অসুম হৌজিনখিবা কযাশিং ইমাংদা চোংথোরক্তুনা লেপ্পবদুনি। হিংবসে কযাদা লুরবা শেল খবগীদমক মীওইবা খুন্নাইসে অসুক লৈখা তারবা? চীন্নদি হায়খি, নাকোংশিনসু তাখি শুবি নোম্লীবশিংগী য়াইফনবা, তোল্ল-তারবশিংগী নুংঙাইনবা, খুৎশুমন অমদি থবক্কা মরী লৈনবা আইনগী ওইবা মীৎয়েং কয়া অদুগুম্বা খঙলবা হৈরবা মদুগীদমক মহে মচুম ফংলিবা ওর্গনাইজেসনশিং অদুনা মীবু ওৎলি। শিম্মীশিংবু কপহল্লি। লাইরিক হৈরবশিং অদুগী কোকশিংদুনা অসুক য়াম্না পংশীনখ্রিবা করিগীনো? অপীকপা খুৎশুমলশিং অদু মিকাদুনা মদুনা পুন্দুনা লৈবগী মহুত্তা অনৌ অনৌবা ৱাখল পুথোক্তুনা লৈজরিবা মহৈগী থাক অদুগী হৈজবিবা অদু শীজিন্নদুনা শেল করম্না লাকহনগদগে হায়না শেলথুমগী মবমদা শিংদ্রিবা ফাওবদি মখোয় মীনাই ওইসনু অদুগা ঐগুম্না ইকায়বা নংসনু।

শেম্ব্লোক লম্বী অমা থিবা লাকচবা হিংবগী লান থেংনরিবা মীওইশিংদুদা ভোলুন্টিয়ার অমদি ভোলুন্টরি হায়বা লেমজরবা ৱাহৈশিংসি লান্না শীজিন্নদুনা পঙথহল্লি। মখোয়না উরিবা ভোলুন্টরিগী ৱাহম্ব্লোক্তি, ৱাপুদি বোরা খাউ পায়দুনা চেঙ খায়রুবা, ঈরম খোংলম তেংলুবা, খোংবাল তৌরুবা, চৌকিদার, সুইপরগী

য়াওজরকপা ফম হাপ্তুনা, শীংপা নানবা শেংদোকহনবা অমদি অতৈ, অতৈ থবক খুদিংমকসে তৌরোইদবনি হায়জবা নত্তে তৌবদবু ভোলুন্টিয়ার ওইরিবা মী অদুনা কনাগী থৌইনশিন য়াওদনা, মনীং তম্না দন্দি পান্দনা তৌনিংনা তৌবা থবক বোস লৈতবা, মশানা মশাগী বোস ওইজবা, মশানা নীংজবা অদু মরম্নাই ওইনা তৌবদুবু ভোলুন্টিয়ার কৌই। মী খরনা ফম্নগা লন থুম লেপশীনবা য়ানবা ব্রাহেশি শীজিন্নরগা মমিং মমায় পাঙহন্দবা মসিদি এক্সপ্লোইটেসননি, মীবু শুদৎপনি। ভোলুন্টিয়ার নত্তে। ব্রাহেশিগী ব্রাপু ময়েক শেংনা খঙদবা অদুগা লান্না শীজিন্নবা য়াহল্লিবা মখৈদি লমদমশিদা হেঞ্জিন্না কৌশিনবীরবা ভোলুন্টিয়ারশিং শোয়দনা চাক চারা অমগীদমক মীখা পোনবা তাবনি অদুগা শেল্লবা ব্রাহেসি লান্না খঙলুবগী মীরক তিনবা ঙমদনা পুন্সি লোইখিবা তাবনি। নাকোয়ননা লাকচনীংলিবা ব্রাফমদি এন জি ও দা থবক তৌরিবা মীওইশিং অয়াম্বনা হিংনবা শেম্থোক লম্বী অমা থিজবা লাকপনি, অদুগা ভোলুন্টিয়ারসু ওইফম থোক্তে, মরমদি লায়েংশংদা, স্কুলদা অতৈ অতৈ মফমশিংদা এন জি ও দা থবক তৌবনি হায়দুনা লায়েংবগী মমল তাবীরক্তে, স্কুলগী ফী হন্থবিরক্তে, করিগুম্বা মফমদা খুদোংচাবা অমত্তা লৈতে, অসুম্না পীকপদগী পিক্লবা খুশুমন, অৱামল অশিদগীসু এন জি ও শিংনা মাগী মাগী অপাম্বা অনীংবগী মতুংইন্না অৱামল ককথৎপীরি অদুগা কথোকপগী ব্রা ঙাংলি। অৱামলদুনদি লায়েংমল, লাইরিক তমহনবগী অতৈ অতৈগী শেলহুল, শেনখায় ঙল্লক্তবনিনা নোংম নোংমগী শোকশিল্লক্তুনা শিনবা হিংবা তাবনি। হিংবা ঙমদবা মফমদুদা করম্না অফবা চাওখৎপা হায়বদু ওইগনি। ঐখোয়গী থবক্তা, ঐখোয়না ঙাংবা ব্রা তারগা মীয়াম্না খুবাক খুবীগনি, খুবাক্কী মখোলদুনদি ঐখোয় হিংবা ঙল্লক্তে, পুম্নমকশে খন্থরুরগা থবকশে তোক্লগে খল্লুবদো অরানবা ওইরল্লে, থেংননিংদদুনা নাথৈদুনা চৎপনি মীপাংদনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। অদুনা পুম্নমকসে থেংনদুনা অফবা মায়কৈদা পুরকপা তাই, পান্দমসে ফংদ্রিবা ফাওবদি ওফিস থাদোকপা য়াদ্রি। মসিনি ঐগী ব্রারেপ।

যুম থাদোক্লম্বা মরিনি শুবগী নোংয়াইদুদা দাদর য়ৌরে। মীগী মী ঙাক্তা ভারতকী মেট্রোপোলিটান সিটি মখৈ য়ৌরুরে, মুম্বাইদি লাক্লিবসিনা অহানবনি, মীনা মী চিল্লিবা শানা শারিবা তৌফম খঙদে। ট্রাফিক পুলিসশিংদু মথৌ চিল্লি।

টেক্সি অমা লৌরগা দাদর রেলৱে ষ্টেশনদগী থৌদোরক্নে । অহিংগী নুংশিংনা য়েবদা খরা ঈংথবগুম ঁতৌই । লৈকংথোংনা খুরক হাওদবা মফমদুদা অমা অমুক লাম্থোকই অমা অমুক থৌগৎলি পূমঙাল ঙাম্নবা মুম্বাইগী অহানবা অহিংদো ৱাখলদি ঈরৈবাক্তা লৈহৌরে, ২১ শুবা চহীচা চঙলক্লবদা বিটি রোদতা লোইশিনবা ঙমদনা লৈরিবা অমত্তা ঙায়রবা ফ্লাই ওভর, পুম্নম মন্না ইম্ফাল ময়োল, ইতাক তাকপা লম্বী লমজাও, হোই ভারতকী লল্লোন ইতিকী কোনুং ওইরিবা মুম্বাইগদি ইম্ফালগা কদায়দা চংদম্নবা য়াগনি ? অদুবু ইম্ফালদা হিংলিবা মীয়ামগী ৱাখল্লোন অদুগনি ওম্থোক্লা পাক চাউনা খেন্নরিবা । খেন্নবা অদুনা ঙসি লম অনীসিগী মরক্তা খেন্নরিবনি । মরৈবাক্কী মরমদমগী খনবা মবুকচেল শেংবা মীওইশিং, লৈবাক্কী লুচিংবা, লুচিংবদুবু খল্লিবা লৈবাক মীয়ামগী ৱাখলগী থাক নোংদোলগা মালেমগা খেন্নরি । অহিং নুংথিল খাক্তনা শু নোম্নবা ৱাখল খল্লিবা অমদি হোৎনরিবা অদুগা ঐখোযরোমদনা অপীক অপীকপা মবন্নাই ওইবা ৱাফমশিংগীসু অচৌ অচৌবা ৱাথোক ওইহন্দুনা মৈজ্রাওবী হেক হেক ওলহন্নবা হোৎনবা, জেনরেল ষ্ট্রাইক, বন্দ, ব্লোকেদ কৌনিং কৌনিংবা কৌদুনা থংন-থংননা লমথৎতুনা, থোং লোনশিলহন্দুনা নোংমগী থবক শুবগী মতম তেনখ্রবা মফমসিদা শু নোম্না লেঙবা ওৎপগী চাং হন্থরি । নোংমগী চবা তাল্লিবশিংদা চৈথেং পীরি । মান্নবা খুন্নাই, মীপাল তাংদবা হায়নরি, লাউনরি, ঙাঙনবি । করম্না ওইরক্দৌরিবা ? হায়বদি লাই, কমদৌনা করম্না হায়বসিনি লুরিবদি, চিনি চফূ, হৈঙাল অমদি লূকমাই চনা, কবোক, হৱাই খরনা চাউরাকপা ঐখোয়দি অঙ্গুর, সেম, ব্রিটানিয়াগী মহাও খঙলুদে নোংমতসু চাগে হায়রুদে । ঙসিদি অঙাং অহলশিং মালেমগী চীঙাক খুদিংগী মহাও খঙলুরে, খঙলুরবনা চারি অদুবু শূবা নোম্নগী হৈনবীসু লৈত্রবা, শূনিংঙাই নোম্নীংঙাই মফম খঙদ্রবা হীরম খুদিংমক্তা মালেমগী কৈথেলদা তাংদুনা লৈরবা ঐখোয় মীপাল তাংদনা হিংজবা ঙমখিগদরা ?

ৱাখলগী ঈপাক্তুদা ঐখোয়গী পম্থুংফম তম্লি । টেক্সি ড্রাইভরদুসু মীনৌ ওইরমাস্লে মফমদুদা মহাক নুমিদাংগা ওইবদুদা লম্বী ঙাওরে, মানা চঙ চঙদুনা হংই । মহাক নেপালদগীনি । থম্মোয় শেংনা হায়জে হিংনবা মফমসিদা লাকপনি ঐখোয়সু মীনৌনি অদুবু· চিংনবদি পোক্লুদে মরমদি শেংলবা থম্মোয়গী লোনদি

পাউ ফাওদবা লৈতে । থুংফম ডো মহাসকর হোস্পিটল ৩১, বি ডি ডি চারল এন এন জোশি মার্গ দিলাইল রোদ, পুলিস ষ্টেশন মনাক্তি ঐখোয়না থিরিবা মফমদু । নোংয়াই মতুং পুং অনী তারক্কদৌরে থিরবগী মতুংদা ইরাই হেক লাইনা লৈরম্লে । ব্রানা থিরুরেদা খন্দুনা থোক্তদু নোমদুনা হৌদোক্লে । হান্না বুক তৌবদি নত্তবনিনা ইরাই লাইনা কা লৈত্রে হায়দোরক্লে ।

ঐখোয় ঙাইহাক্তুং তৌফম খঙদ্রে অহিং মমৈদুদা মীনৌ ঐখোয়না কদায়দা চংলুনি, ঙকচানবনদি য়ারোই অহিংসিমক্তং লেনবা য়াবা মফম অমত্তা লৈত্রবরা হংলুই, মফমদুগী মীওই অমনসু ব্রানা লাকপনিনা ঙসিগীদি শীনবীগ্রো হৌজিক কদায়দা চংলুনি হায়দুনা হায়নবদগী দোর্মিটরি অমদা লৈরো হায়দুনা যানরে । টেক্সি ড্রাইভরদুসু লম্বী খঙদদুনা কোয়থৌ থৌরুরে, লৈরক খুল্লক থুংলুবে শেল খরা হেন্না পীবীরো হায়রে । মীদি খঙদে ঐদি মাগী নোল্লুকপা ব্রাঙাঙদুদা ঐখোয় য়ৌরবসিবু খন্দুনা পীথোকপ্রে ।

ঐখোয়না থুংলিবা মফমদু পানরিবা মহাক্লা কজাও অমদা পুশিল্লগা মৈ থান্দুনা শ্বাইদা হেক্তা হিপচিল্লো, তুম্নমদাইদি মৈ মুখৎলু হায়রল্লগা থোকপ্রে, যুগী নিশানা খবা লোথরকপা মতমনি মহাক নাখোক্তুনা তুমপ্রে । কজাওদুদা মযাম অমা তুম্নরি । শাগা শাবনে, তুম্বা য়াদদুনা মাগী মনাক্তা থোক্লগা লুজফম কদায়দা লৈবগে হংবদা শাউনিং শাউনিংনা হৌগৎলক্লগা ঙাইহাক ফম্মীন্নরে ।

নখোয় মনিপুর মচাশিংসি অসুক য়াম্না নারিবা করিগীনো ? ঙা মচা মচা চাবদুনা শোয়দনা ওইবমগনি হায়দুনা চবেৎ চবেৎ ঙাঙদুনা লৈরে । মা নাগপুরদগীনি (মফম ওস্থোক্লে) মফমসিদা লৈরিবসে । শেল য়াম্না ফংদে নখোয়গীসু নোংঙান্দ্রিবৈদা পীরো হায়দুনা তকশিল্লকপদগী হায়রকপা খরদু পীপ্রে । মা কা হেন্না শেল মথৌ তাবা মীনি ।

টাটা মোমোবিএল হোস্পিতালগা ইহান হান্না শক খঙনবা নুমিৎতো ০৪/০৫/০৫, যুমশকৈশানি । ফক্লাংদা থেৎলিবা দোরবজি টাটাগা মীচান্নরুই । অচৌ অচৌবা মীওইশিংনা লৈবাক্কী মীয়ামগী, অনা অয়েক্কী য়াইফনবগীদমক মমল য়াল্লবা খুদোল কয়া তম্বীরম্লি, মখোয়গুম্বা কয়া পোক্লম্বগী ঙসিগী মীরোলশিংনা মহয়দু ফংহৌরি । দোরাবজি টাটা ট্রষ্টনা ইং ১৯৪৯ দা টাটা মেমোরিএল

হোস্পিতাল লিংখৎখি। হকশেল লোয়শঙগী মীৎয়েংখাদা ইং ১৯৫৭ তা মীয়াম্দা কখোকখি। ইং ১৯৬১ দগীদি এটোমিক এনর্জি লোয়শঙগী মীৎয়েংখাদা ঙসি ফাওবা লৈরক্লি। হেক লিংখৎখিবদগী কেন্সর লায়েংগীদমক খ্বাইদগী ফবা অমদি মতমগা চুনবা লায়েংশঙ হায়বদু ওইদুনা লাক্লি। লৈবাকসিগী অমদি য়ুম্লোম্নবা অতে লৈবাকশিংদগী চহীদা অনাবা মীওই ৩৪,০০০ দি কেন্সর লায়নাসিবু খঙদোক্লবা অমদি লায়েংনবগীদমক মিং চন্নরি। ডাঃ অরনেষ্ট বোজিস মার্গ পরেল, সেন্ট্রেল দিষ্ট্রিক্ট, মুম্বাইদা লৈবা হোস্পিটালসিগী রিসেপশনদা মনিপুর মচা ময়াম অমা থেংনরে। কনাগী ডাক্টর, ওজা, এঞ্জিনিয়র, এদভোকেট, সোসিএল ৱার্কর, পোলিটিসিয়ান, কলমনিষ্ট, আর্টিষ্ট, সিফাই, মহৈবোই, মীচম অহল অঙাং পুম্নমক কেন্সরনা নারম্লে। থামুক ঐনা লৈবদো কৃক কৃক ইন্নবা রিসেপশন অমদি ৱাইটিং রুমগী অহিংবা ইন্সট্রুমেন্টেল ম্যুজিক মরক্তুদা তোঙান তোঙানবা কাঙলুপকী মীওইশিং লায়েং চথবিবা, লু কোকপা, মাক্স উপ্পা অমদি অতে কয়াশিংদুগী মরক্তা অৱাং নোংপোক ভারতগীদি মনিপুরীশিংনা খিৎ নম্না উই, মথংদা মিজো, অসামীশিংনি অতৈদি থোইনা উরক্তে। থুংলবা নুমিৎকী অহিংগী ৱাদু নীংশিংলক্লে। মনিপুব মচা অসুক য়াম্না নাবিবা কবিগীনো হায়বদু, ৱাফমসি নৈনবা চঙই। মানা ঙা মচা মচা হায়খিবদো খজিং ওইরম্লে। অতোপ্পা অমনা ঐনা পাখিবা কেন্সর ইটস কোজ, সিমটোমস এন্দ ট্রিটমেন্ট হায়বা ঈলি ডি জোনস, এম ডি না ইবা লাইরিক্তুদা কেন্সর নাবগী অহানবা মরম ৱোরিমেন্ট ওফ মাইন্দ হায়বা তাংকক্তুদা অঙাও অফৈগী অনাবা মশীং য়াম্না লৈবা লৈবাকশিংদা কেন্সর লায়নানা অনিশুবা ওইনা খ্বাইদগী নাগল্লি হায়বদু নিংশিংলক্লে। পুক্নিং ৱাখল ৱাবনা হকচাংগী নর্ভস সিষ্টেম শোম্বহল্লি অমদি শিংলিগী মপাঙ্গল হম্বহন্দুনা কেন্সর নাবগী মবম ওইহল্লি। মনিপুরদবু পুক্নিং ৱাদবা ৱাখল নুংঙাইনা লৈবা কনা লৈরিবগে ? নুংঙাইবা কনা মনিপুরদা হিংলিবগে ? অতৈ মরম ওইনা পল্লিবা শা, য়ু, চা, কোফি অমদি টিকা থাবনচিংবশিংসু মনিপুরদদি মরাং কাইনা চথরি। মৈশু হিদাক মনানচিংবসু মরাং কাইনা শিজিন্নরি।

কেন্সরনি হায়বদা নুংঙাইগদবা কনা মালেমসিদা লৈরমগদগে ? অনাবা মশাসু, ইমুং মনুংসু পুক্নিং কয়াদা হম্বহরিবা। মখোয়বু ৱারী শাবীবা, পুক্নিং

থৌগৎপীবা, চণ্ড থোক্লা হিংনবা পুন্সিবু খুৎলোয়হনবা, তাথীহন্দবা অতৈ অতৈ কয়া চণ্ডলি । অনা লায়েং চাওখৎলকপা অমদি কখোক্লবা মীওই কাওলুপ খরা লৈরম্বনা পুম্নমক মায়খোঙ মকা লাম্না লৈরি । শিদ্রিফাওবা পেন্না হিংগনি হায়বগী ব্রাখল্লোনদুখকনি ঐনা মখোয়গা থেংনবদা পিবা ঙম্বা হায়ববু, কেন্দরগী অনাবদি খুন্নাইসিদা কনাদসু শোকহন কায়হন্দনা ফম্মুংদা হিপ্তুনা শিদ্রিফাওবা হিংমিন্নবা য়াই অদুবু দ্রগতা লায়চুরবা ঐগী অনাবশিংদি পুক্লিং, হকচাং ব্রাখল তুনা নীংথিনা লায়েংবীদ্রবদি, ফগৎহন্দ্রবদি মায়কৈ খুদিং হীরম খুদিংদা খুন্নাইসিদা অঙকপা ফংনা চৈথেং পীরি । পুম্নমক ওইদুনসু মুম্বাইদা লৈরিঙৈ মীকুপ খরসিদি মখোয়গা লাপ্পবা তারি ।

শিনফম কয়াগী মীওইশিংদুগা নুমিদাংব্রাইরম হেক হেক পুল্লি, পাউ ফাওনৈ হনখিবা লাকপা মনিপুরদগী মরু ওইনা মীতৈশিংদি য়ামদ্রবদা মতম অমদা য়াম্ভেদগীদি তাদ্রে । মখোয়শিংদুগী মরক্তা মরমদস্পু নুংশিদবা মরমগী মীবু শিংথানবা ঙমদবা অঙাং লায়েংবা ডাক্তর অমা থেংনরুরে । ইম্ফাল ময়োলগী খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী য়েন্নখাদগীনি । মহাক্লা মী অমত্তবু শীংথানদে, মপা মপুবু ইকায় খুম্নবা ঙমদে কনাগী টিকেন্দ্রজিৎ, থঙ্গাল, পাউনা, ইরাবট, মখোয়গী য়েন্নখাদা লম্মাংনৈ, মনিপুর হায়রগা মাগী শুমাঙনি অদুগা ময়ুমদুনা কোনুংনি । অসিগুম্বা মী কয়া মীতৈ লৈবাক্তা লৈরিগবা ? মখোয়গুম্বা মশীং য়াম্লিবা মখৈদি চীং তম, লব্রায় ইম্ফালগী অমত্তা ওইবা অপুনবদো শাগৎপা ওইথোকখিরোই, ময়ী লাওনা চৎলকখিগনি । মহাক্লা মী অমত্তগা পুল্লমদে মদু মাগী নাপলদুনা ওইরম্মী, ঐখোয়নি ঙাইহাক ঙাইহাক ব্রারী শানৈ মহাক্কী নোঙ্থবা হৈতবা হায়গৎলম্বা কোক্তুদা ব্রাহে খরদি চঙখি মদুদি মহারাষ্ট্র মচানা মখোয়গী লুচিংবশিংবু কয়াদা লুনা খঞ্জবা ! ঐখোয়গী মীদি ঐখোয়না চাউহনগদবনি ।

ঐনা লৈরব্বা মে থাদো মুম্বাইগীদি লুহোংবা মতম লুহোংথা ওইরমাল্লে, ঐখোয়না লৈরিবা শঙদুগী অকোয়বদা লৈমিন্নরিবা শঙশিংদুদা নোংমগী অমা নৎত্রগা অমা লুহোংই । অদুগা অতৈ শান্নখোৎনবা, ঈশৈ নোংমাইগী মীয়ামগী ওইবা থৌরম কয়াসু পাঙথোকই, মীংকুপ অমত্তা মৈ মুৎখিবা থেংনরক্তে, লোদ সেদিং, রোষ্টর লৈতবা মফমদুদা নীংথিনা লৈতেংলবা মৈ মরক্তা মরু ওইনা লুহোং

খোংদোংবগী থৌরমশিংদা ছত্রপতি শিবাজি অমদি বিমরাও অম্বেদকরগী অচৌবা হকচাং চনবা ফোটোনা চঙফম হোজংগী ওয় য়েংতা থেত্তুনা লৈতেং কয়াগা লোয়ননা চপ চাবা ইকায় খুম্নবা উৎলি, মখোয়না মখোয়গী লুহোংবদা মরমদমগী লুচিংবা অনীগী অচৌবা ফোটোশিং থেত্তুনা ইকায় খুম্নরিবদো ঐখোয়সু নখোয়গুম অচঙবা মবৈবাক মরমদমগীনি হায়বদা চাউথোকচবা য়াবা ইচা পোকচগে হায়বনি খল্লি, হংদি হংলুদে । ঐখোয়গীদি লুহোংলবা মতে মনাও কনা পাওনাগী খুভমদা চৎতুনা, টিকেন্দ্রজিৎকী ফোটো মমাঙদা, ইবাবতকী শক্তম মমাঙদা নখোয়গুম ঈরৈবাক ঈরমদম নুংশিজবা ঈবৈবাক্কী অফবা য়াইফবা তৌগদবা মীয়ামগী খনবা ইচা পোকচগে হায়দুনা খুরুম্নমগদগে ? অদুগা ঙাঙজবসু শারি হুলাব্দুনা ইরমদমগী লুচিংবশিং । মখোয়গী ফত্তবা নৈনববুদি মখোয়না তৌরম্বা অফবা থবকশিং শীংথানবনা হেন্না পামজৈ ঐদি, মবমদি টিকেন্দ্রজিৎনা মরৈবাক্কীদমক মঙক্তা ফার্সিগী কোঙ্গোয় হুকখিবা মতমদা শুখিবা চহী মতাংদুদা ঐখোয়দি ইশা ফাওবা লেপচবা ঙমদ্রি, থাঙ্গালগী চহী মতাং অদুদা মরৈবাক্কীদবক কবিসু নীংহন্নবা লৈখিদে, শকখঙখিদ্রবা লান্মীশিং, মবৈবাক মরমদম নুংশিজবা, কখোকখিবা, থাদোকখিবা ইরাবতনা.........মখোয় খুদিংমক কখোকপদনা মশকক ওইখ্রবা ঙাক্তনি । ঐখোয়দি কবিসু ঙমদ্রি অঙাংগী ডাক্তর মাসু অদু মঙায়, ঐসু মঙায নাদুনা লৈববা অৱাবা তাববা, মথৱায় ৱাববা অনাবশিংদগী লুপা ৫০/ ১০০ লৌদুনা চোপনা হিংবা পীকপদগী পীক্নবা পূকচেলগা লোয়ননা হিংবা পুন্সি অসিনদি কখোকপগী লেমজরবা ৱাংলবা থাকতুদা করম্না কাবা ঙমগনি ? ময়ামশিংদুগী মরক্তা ইগজেক্যুটিভ ইঞ্জিনিয়ব ইয়াম্বা অদুবুদি ঐনা থাগৎচরি । ঐ অমদি ঐগী থৌদাং, রেস্পোন্সিবিলিটি হায়বসি কয়াম লুম্বগে হায়বদা ঐখোয় অনী হুকচিক লাংমিন্নদুনা তত্তনা ৱারী শাখি । ৱারী শানবা খুদিংগী ঐগী ওফিস, য়ুম ঐগা তোয়না পাউ ফাওনখি । মখোয়গী অরুবা মখোয়না খঙবা ৱাংপা খুদিং ফোনদা ঐঙোন্দা হংলক্তুনা মখোয় কয়াদা নুংঙাইখিবা । ঐসু লৈতানা লৈবা ফংজখি ।

মুম্বাই ঐনা নঙবু থাগৎচরি । জুহুগী সমুদ্র খোঙবাল, বহেরি হিন্দগী মথাদগী গেটবে ওফ ইন্দিয়াদা হুম্লকপা অইংবা নুংশিং, মেরিন ড্রাইভকী খোঙবান্দা হৌবা ঈথক ঈপোম নখোয় পুম্নমক্কা ঈংহনখি ওমচাক্নবা থম্মোয়বু ।

নঙগী নতম্বাক্তা হিংলিবা মীশিংদুনা কয়াদা চীং লেপ্লিবা কয়াদা লেপ্লিবা থৌদোকশিংদু নীংশিংদুনা লৈহৌরে। মখোয়শিংদুগী মরক্তা পন্দবা ঙমদবা থৌদোক অমত্তংদি মনা মশীং য়োনবী নঙগী ব্বাঙাঙদুনি, নোংম এঞ্জাং লৈবা মতমদা অরূম্বা ওন্নবা মাগী খলদু ফমদরে পোৎ খরা লৌথোকউ, অসুম্মা য়োল্লবদি নঙদি করি তোংগনি হায়রুববু লৌথোকউ য়াদনা খুম্লকখি , সিদি অদোমগী লাইবক্তি ঐনা পীনিংদুনা তৌবা নত্তে অদুম পুবীখ্রো হায়দুনা ঐনা লৈগে হায়রিবা অরূম্বদুগী শেলদমক লৌহৌখি। মীবু করম্মা লোয়নগনি নখোয় খঙই, ক্না মতপ অমনা চীন পৈ হায়বদুনি। থাগৎচরি, ঐনা নখোয়বু থাগৎচরি, কেন্সরগা মরী লৈননা থবক তৌরিবা ঐগা উনখিবা, ঐবু তেংবাংবিখিবা তোঙান তোঙানবা লুপশিং নখোয়গী ষ্টাফশিং, পুম্নমকপুসু ঐনা থাগৎচরি। মুম্বাইদা লৈরিঙৈ মতমদা নখোয় অমত্তনা পুক নানবা থবক অমত্তা তৌরক্তে, ঐ নীংশিংবা থোক্তে, করিগুম্বা খজিক খরাক খর থেংনখিবসু মহারাষ্ট্রগী মীদি ওইরমদে, ঐনা খঙদনা লানখিবা য়াওরবা ঐবু ঙাকপীগনি। ঐগী চেঙ থম্বীরমদুনা ঐগী পুন্সি খোঙচৎতা মতম খরা নকাদা লমদল্লম্বা নঙগী অফবা নগুণশিং পুদুনা চৎলে, খুরুমজরি দাদর, খুরুমজরি মুম্বাই।

# ঙমখৈ উরুবদা

থাজদনা হৌরকপা অয়ুক্কী নোংহৌ, নোংখোং ফুইনা চুথরক্লে, হায়নখিবা পুংফমদগী থেঙজিল্লক্লে, ফোন অনিরক অহুম্লক শুরে তৌরক্লিবা, খরা পাথবা তাঙ্গা য়েংলগা থোরক্লগে খুমপ্রে, কিমি: ২৭ মুক্কী লম্বীনি ঙাইনগদৌরিবসে ঐগী খোঙবু মখোয় অহুম্মক ব্রাংজিং কৈথেলদা ঙাইদুনা লৈরে । ঐনা তিন্নজবা ইয়াম্বা অনিগা ঐখোয়গী ওফিসকী এসিষ্টেন্ট কোওর্দিনেটরগনি । ঐনা মোরেদা চংকনি হায়বদুদা ইয়াম্বা অনি অদুসু খোংবু ওইমিন্নখ্রসি হায়দুনা মখোয়গীদি খুদক্তা শিনবা খোঙচৎনি । মখোয় নম্ফালোংদগী উ শুবগী খুৎলাই খরা লৈবা চৎপনি । অদুগা ঐখোয় অনিনা ঙমখৈ লমদমদুদা লল্লোনবী কাংবু অমগী খুন্দা লৈতাহন্নবা থৌরম অমখক মায় পাক্কদরা পাকলোইদরা য়েংশিনবগা লোয়ননা মফমদুদা হায়রিবা লল্লোনবীশিং অদু লৈবরা হায়বনচিংবগী মোরে পুলিস ষ্টেসন্দগী পাও লৌনবগীদমক চৎপনি । ওফিসকী খোংচৎ ওইবনিনা ঐখোয়গী ওফিসকী ওইবা চে চাংশিং মস্ত্রিনা মোরে ওসিদা ইবা দি ও ঐখোয় অনিগী শক্তাক ব্রারোল অদুগা মরি লৈনবা চে চাংশিং হাপচিল্লগা নোং হাংবা ঙাইরি । মীনদি ঙাওই হায়নগনি ইমাবু নুংশি হায়বা তারগা, ঙাওই হায়রবসু কয়ারক পেন্না হায়নিংই । ওহ্নোক্লা নুংশিখ্রে ইমাসে ! হেক খঙলকঙৈদগী ঐখোয়না থবক অমা চৎথোক্লমদাইদা চাক চখোম অমত্তং ওইরবসু পিজনবা হোৎনবা, ইমানা থোংবা ফোং ফোং শাবা চাক চারগা লূম লূম লাওবা পূক, নুংশিবা পম্ভৌ শঙ্গাই নিংশিং নিংশিংনা চৎখিবা খোংচৎশিং নোংমতা কাওঙমদে । ইমানা শেন্নবা মমৌসু অদুমঙাই বসকী খোংচৎ ওইবনিনা ইচম চম্বা চমথোং ফোং ফোং শাবা চাক চাখোম্মুক চাশিল্লে । য়াম্নদি চাবা য়াদ্রে । ঐগী খোংলোইশিং ঙাইরিবনিনা পুক লুম্বা হায়বদুমকতি ওইদ্রে । নোং হাংবা ঙাইবদি য়াদবনিনা খরা পাথরকপা মিৎকুপতা ইনাওনুপাবু কাঞ্চিপুর ফাওবা থিন্দোকহল্লগা টাটা সুমো অহাংবা অমা ফারগা ঐগী মী অহুম ব্রাংজিংদা কারকখিনি মখোয়গী ফমফম খাকপিয়ু হায়রগা লেপ্তুনা থৌথরক্লে ।

ব্রাংজিংদা নোং কয়া চুরমলি । মনিপুরগী নোং চুবগী চাং ওনবদা ব্রাংবল য়াওরিবনি । ব্রাংবল ব্রাংজিংগা খুনলোন্নবনি । ইম্ফালদা নুংশা শাহৌবা ব্রাংজিংদা নোং হৈথরম্বা অদুগা ব্রাংজিংদা নোং চুরগা ইম্ফালদা পুমকং কংলমদুনা ইকাইবা নংবা থৌদোক কয়া থেংনখ্রে । অদুবু ঙসিদি নোং তাগনবা মফমদা নোং কন্না চুবা হায়বসিদি হৌনশানি । ব্রাইপরনা তৈথোক তৈথোক্লা গাড়ী ঙাইরিবা নোং থুপ্লিবা মীয়ামদুগী মরক্তা য়াওব্রা য়েংনরিঙৈদুদা মখোয় গাড়ী মনাক্তা মানি মানি হায়দুনা নোং মরক্তুদা চেনশিন্নরক্লে । পলেন ফাওবদি থেংবগী, থেংনরোইদরা খনবগী নোংগী ব্রারি ওইনা হৌখ্রে । চাকসু মোরে য়ৌরবা মতমদা চারুরসি হায়নবনি অদুবু গাড়ী ড্রাইভরদু করিমত্তা হায়রমদনা মাংখিবদগী চাথোক্লুবনা ফরে খন্নদুনা হোটেলদা চংশিন্নরে । ঐদি চাররোই চারা খরা ব্রানশিল্লক্লে মোরেদা ওইনা চারগে হায়দুনা চাদরে ।

হন্দক্কী অসিগা থারগা ঐগী পুক্নিদা মোরে খোংচৎসি তরুকলক শুবনি । অহানবা খোংচৎতু ইং ১৯৯২ দনি, অনিশুবদা থৌবাল ডিষ্ট্রিক্তগী মোরে ফাওবগী লমশিংদা ঐচ আই ভি গী এব্রারনেস কেম্পতা ব্রা ঙাংবোই অমদি আউটর মনিপুর পার্লিয়ামেন্টরি কন্সটিট্যুয়েন্সিগী ভোট লেপ্পা নুপা অমখক্কী ভোট খোম্বা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মীওই খরগা চৎপনি । অহুমশুবদুনা সেন্ট্রেল কাউন্সিল ওফ হোমিওপেথিগী ডাইরেক্তর ডাক্তর ডি পি রাষ্টোগিগা লোয়ননা হোমিওপেথি ডাক্তরশিংগী রি ওরিএন্টেসনগী শরুক অমা ওইনা হেল্‌ঠ কেম্প তৌবা চৎপনি । মরিশুবা খোংচৎতুনা এম. পি. অঙৌগী লোকেল এরিয়া দেভলপমেন্ট ফন্দদগী মোরেদা শাবা কৈথেল অমগী কৈথেল হোংবা চৎপনি । অদুগা মঙাশুবনা ঙসি চৎমিন্নরিবা ইয়াম্বা অমগা মোরেদা হিদাক লাংথক্কী দুকান ফর্মাসি তৌবা য়াগদরা হায়দুনা য়েংবা চৎপনি ।

ডাক্তর রাষ্টোগিগা চৎপা খোংচৎ অদুসু রাজভাবন্দগী মরি লৈনবশিংদা মেছেজ থাদুনা চৎখি অদুগা এম পি গা চৎপদুসু স্পিকরগী বংগলোদগী ভি আই পি এম্বেসেদর অঙৌবা অমদা ইথন্নতা ফমহন্দুনা য়াম্না ইকাই খুম্না থাবিখি । পালেন ও সি না চাগা লাংলদনা অদুবু হল্লকপদদি তেংনৌপলদা লৈরিবা এ আর পোষ্টনা হনগে য়াদদুনা এম পি অঙৌ মশামক শাওনা কুমথখিবদো নিংশিংলকই।

এম পি গী মচা চাওবোক্তুনা পাবুং পাবুং কৌবদগী ঐসু পাবুং কৌরে। এম পি গী খোঙলোই খরনা কনানা থিংলিবনো মমাল্লবদি প্রাইম মিনিষ্টর ওইরি। ঐখোয় ম্বাইদা সিপোই মচা মগু খরনা এম পি থিংবা ঙমব্রা হায়দুনা পংঙাং ঙাংনৈ। থেংজিল্লকপদুদা সেক্যুরিতিগী ম্বাফমনি হায়দুনা ঐদি তুমিন্না অদুমক মতাই। খোংচৎতু অপনবা নংখি খোংজোম তুরেল মথক্তা শাবা থোং হায়গদরা উকু হায়গদরা মদুদা তৈয়ার অমুক পোকখায়দুনা শেম্বদা পাবুং অঙৌসু অদুম কুমথদুনা পাকথদুনা য়াওই। তৌবদি পাবুং অঙৌগী ম্বাখল্লোন কয়া ঙসি ফাওবদা নিংশিংলি। মাগী খোল্লাও খুঙ্গং চৎসি অমদি মাগী কেন্দ্রগী মীওইশিংদা ক্লাসতা অঙাং তাকপদৌনা তাক্লম্বা কয়াশিং অদু মিৎসিদা উবকই।

অহানবা খোংচৎতো পুক্লিং য়াম্না নুংশিখি। লৈত লায়রবা মতৌনা পুন্সিদা পিখিবা চৈথেংশিং য়াম্না ময়েক শেংখি। শেলগী মগুন অমদি ম্বাখলনা হৈনিংদ্রবদা শেলনা করিসু তৌবা য়াদে খংবা খোংচৎ ওইখি। ইশাগী চহি ২৪ গুবদা রেজিষ্টার প্রাক্টিসনার হায়বদু ওইরে। হোমিওপেঠ অমা ওইনা অফবা ফিজিসিয়ান অমা ওইনিংবগী অপাম্বনা থুমহৎপা মতমনি। খংনিংবা হৈনিংবনা য়োমদুনা মীবমদগী হল্লকপা মীকুপতুনা ঐগী ইমুংদি শেল থুমগী হায়নিংঙাই লৈতনা অম্বাবা অমা মায়োক্লদুনা লৈরম্লে। পাবসু মশা ঙমদদুনা লৈরম্লে, শেল থোকপদি মথন্নতা ওইবনিনা চাওবা মান্নবা হৌগৎলক্লিবা ইনাওশিংগী অনিংবা অপাম্বা মহৈ মশিং তমথবা ঙমহন্দবা খুদোং চাদবা কয়ানা থন্দুনা লৈরমলে। ওল্লক্লিবা মতমগী য়াওলদা মশাগী শিনফম ঠিকা থাদোকপা তাবকখি। অকোনবা ফংবা শেনফমদুনা বাবুপারাদা দুকান অমা লৌদুনা গ্রোশরি দুকান তৌখি অমদি পোৎ লৌথোক লৌশিন্দা মদুগী মতেং ওইনবা ওটোরিক্সো অমগা ইমা মরীরোমদগী লৈখি। গাড়ীসিগী ম্বাহৌদগী অকোনবদদি শিরমদাই খোঙ্গুল তাল্লখিদে। ইমানা ম্বানা থাংখি নুং অনিগী মরক্তা হা ওইখি। অহানবা মোরে খোংচৎতু নিংশিংলগা পুম্নমক নিংশিংলক্লি। পাৎ চাবদা মাঙবা শেল খোই চোম্নদা হঞ্জিনগনি হায়বা ম্বাখল্লোন পিখিবা অনকপা মরি মতা কয়া ম্বারৌনখি। মীওই কয়ানা ঐগী ইহৈবু করেম্নখি, ঐগী শিনফমবু মস্তিক্লে। পুন্সিগী অমুক্তা চৎত্রিবা মফমদা দাইএবেটিষ্টতগী মীৎ উশিল্লক্লবা মামহল মখুৎ শমদুনা দেল্লিদা পুখি। লায়েংবা লোইরগা থোক্লকপদা

ক্লিনিক অমা হাংবীগনি হায়রবদুদা ঐসু হরাও হরাওনা য়াখি । মরমদি ইমুং মনুংনা শেল মখৌ তাবনিনা মদুনা মতেং খরদা ওইরবসু ওইনগনি, অনাবগী অশান্না অমদি মখোয়গী য়াথং মতুংইন্না খা ভারতকী মাদুরাই তন্না অমুক চংখি । অয়ান্না শেল লোইশিনখি অনাবসু ফবা ওমখিদে । ক্লিনিক্তি লায়রদনা অখিবা মীচে কয়া তাদুনা ইরাল শিখি ঐসু খাংখি । মতাংদুদা ইমান্নবা কয়া মবা তমথনবা কোইলাং লাংনবা মতমনি । খয়না চংনয়ে, ঐসু চংনিংখি । তাঞ্জা চানদুনা ইমানা ময়ানা হুনজবা মরুপ অমা ফাওরকখি । অদুবু লুপা লিশিং অনিমুক্তি য়াংলি খরা হান্নীয়ু হায়জরব্দা পাংবীবগী মহুত্তা খরা তন্নবদি ওকলে থোক্লকপগা থবক ফংলগদ্রা ননাওশিংসু খরা তমথহল্লো হায়দুনা মতেং পাংবিয়কখিদে । মতমদুদা ময়াবা ট্রান্সপোর্ট এসোসিয়েসন অমগী প্রসিডেন্ট ওই মখোয়গী কাংবুশিং মোরেদা চংপগী থৌরম অমা লৈ হায়বদগী মাগী মতুং ইন্নদুনা চংখি । নুংনাংবা য়াখল অমগা লোয়ননা চংখিবনা নুংঙাইফম থংখিদে । ওমখৈ লমদম মোরে, চমোং খোয়মোংনরবা লৈখোম লৈনাংগী মরক, থুংলুবা মফমদুসু নুংঙাইবা ওইদে নুপী শাবিশিংনা চলাইবা ওইনা তৌরদনা ইহে হৈনখিদে ।

মতমদো তমু চংপদা থোংনা চংলি মিনিট কুনথ্রাদগী নিকুমঙা ফাওবা চংগনি । তমু য়ৌবদা ঐখোয় পাবদি মরক মরক্তা শদৌ থোংদুনা হেক হেক পোত্থাই ভাটা কাইবসু চংনরি । ইন্দিয়াগী লুপা চান্মানা মখোয়গী লুপা চহমকুপ্পামুক ফংবগুম তৌই । চপ চাবদি কাওরে । লুপা লিশিং অহুমগী ভাটা কাইথোক্লগা পুবনি কয়িমত্তা লৈনিংখিদে । বি পি ইন্সট্রুমেন্ট অমা মতমদুগী লংফৈদা পুনবা চোর্ফোন মচুগী নম্বো খাউ অমা, তুম্বদা লিংনবা লশিং ফিগী ফুরিৎ অথাবা অমখক্কা লৈরগা হল্লকখি । কেয়না চংতুনা য়েংলবসু কৈথেলদুদা য়োল্লিবা পোৎশিং পুক্লিং চিংশিল্লু য়াদে, শা মতুপ মতুপ মখল কয়াগী উচেক মরুমশিংদু উরগা হঙোইবদুম পোক্লকখি । শি ওইরেকো তমু তমু মোরে মোরে হায়দুনা চংনরিবসি খন্দুনা করিসু লৈদনা থোক্লকখি । ঙাইহাক্কী নুংঙাইতবা থৈদোক্লবা অতোপ্পা মরম লৈতবা খোঙচং ওইবনা নুংঙাইফম থংখিদে ।

মথংগী খোংচংশিংসু পুক্লিংদা মদুগী হৈনিংদবা কোকপা ওমখিদে চমোংনবা অকোইবগী ফিভম মী খুদিংমক শেলতবু উবা, শেলগীদমক লাকপা,

চংখিবা নোংঙানবা ঙাইঙমদনা ব্রমিজ নুপিশিংদুনা মমায়দা তানাখা(চন্দোল) পাক্র। পাক্রা তৈশিন্দুনা ভুপি অফনবা অময়ম উপ্লগা অচৌ অচৌবা পোংলুম হোন্দুনা শেল তানবা মখোয় কয়াম তোংলিগবা। নোংমদা কয়াম লেপ্লিগবা। মখোয় শিন্নী খুৎনেক মী ঙাক্তরা নত্রগা মশাগী শেনপোং পুথোকচদুনা লল্লোনজবা ওইরিদয়া কয়া কয়ানি ঐগী ৱাখলদা ফাওখিবা অমদি হুংজখিবা। ইকোন কোন্না চংখিবা খোঙচং য়াওনা খোঙচং খুদিংমক করিসু হোংলমদ্রি। হোংলল্লিবা হায়ববু ঙমখৈগী ৱাংমদা তনান তনানবা নম্ফালোং কৈখেল অদুগা মোরে নাকলগীনা হান্নগী হান্না।



নুপীশিংগী লৈফম অমগী মমাংদা অইবা অমসুং মতেং পাংবীরিবা মোরেগী খুন্না অমা

অহানবা খোঙচংতা পুক্লিং ইথক হৌহনখি, কোন্দোং লাইব্রেরী ইমাগী মশাইগোলদগী নোংপোক হারমদা লৈচিলনা পারপ থাবা অঙৌবা ঈপাক অমগুম কিয়ামপোক লমজাও কবো তম্পাক উখিবা মীংকুপ্তো। ১৪৭৫ দা ইনিংথৌ কিয়াম্বা সনা হাক্তক্তা মনিপুবগী ফিবাম্নুংদা তিনশিনখিবা অমদি মতম অমদা মনীং তম্বা লৈবাক অমা ওইজবল্লবসু অয়াম্বা মতমদা মনিপুব নত্রগা বর্মাগী মখা পোন্দুনা লৈবা লমদম হৌজিক লৈরিবা মনিপুরগী ঙমখৈদগী চাউরাক্লা স্কোয়াব মাইল ৩,০০০ পাক চাউবা লমদমদো কযাদি নুংশিখিবা অদুগা কয়াসু ফজখিবা। ১৮২৬

তা অমুক হন্না মনিপুরগী শরুক ওইখিবনি। ২৪, ফেব্রুবারি ১৮২৬ তা ট্রিটি ওফ য়ান্দাবু ইনাবা মতমদা ইনিংথৌ গম্ভিরসিংহবু মনিপুরগী নিংথৌনি হায়না শকখঙলবসু মনিপুরগী ওমখৈদি চপ চানা পল্লমদে, জুন ১৮২৬ তা ইন্দিয়া গোভর্নমেন্টতা নিংথী/ চিনদ্বিন তুরেলবু মনিপুর অমদি বর্মাগী য়ানরবা ওমখৈ ওইনা শকখঙনবা খোঙথাংশিং লৌখৎলম্মী অদুবু মরম থরদগী চহী অহুমদি ওন্নমদে। জানুবারি ১৮৩০ দা সুপ্রিম গভর্নমেন্টনা নিংথী তুরেল ফাওবসি মনিপুরগী নোংপোক হায়রমগী ওমখৈনি হায়না লাউথোক্লম্মী। অবাগী কোর্টনা মসিবু য়ানিংদবা ফোঙদোক্তুনা কবো তম্পাক লৌশিন্নবা লান ফাওবা শেম শারম্মী।

কবো তম্পাক মনিপুরগীনি হায়বা মরম চাবা ইনিংথৌ গম্ভিরসিংহগী বাফম লৈজরবসু ১৫ মার্চ, ১৮৩৩ দদি মতমদুগী ভারতকী গভর্নর জেনরেল লোর্দ বিল্লিয়ম বেংটিক্লা বর্মাদা পীথোকপগী বারেপ লৌখি। অমদি মনিপুরগী নিংথৌ অদুগা নিংথৌগী মীহুৎ অমত্তগী খুয়েক য়াওদনা জানুবারি, ১৮৩৪ দা কবো ভেলি বৃটিশ কমিশনরশিংনা বর্মাদা খুৎশিন্নখি। নুমিৎসিমক্তদা মথবায় শোক্লবা ইনিংথৌ গম্ভিরসিংহ লংথবাল কোনুংদা মসিনা লাইমন ওইদুনা থম্মোয় লায়নাদগী নোঙ্গাখি।

বৃটিশনা মনিপুরদা অরানবা অমা তৌগ্রে হায়বসি খঙলক্তুনা কবো তম্পাক বর্মাদগী অমুক হন্না মনিপুরদা খুৎশিন্নদ্রিবফাওবা কবো তম্পাক পীথোকখিবা নুমিত্তগী হৌরগা ভারতকী বৃটিশ গভর্নমেন্টনা সিকা ৫০০/৫০০ থা খুদিংগী মনিপুরদা পীবা হায়না ২৫ জানুবারি ১৮৩৪ দা বৃটিশ অমদি বর্মিজ কমিশনরশিংনা য়ান্নচে অমা ইনদুনা ভারতনা মনিংতন্নবা ১৫ আগষ্ট, ১৯৪৭ দসু ভারত সরকারনা (দোমিনিয়ন গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়া) বৃটিশ গভর্নমেন্টকী পেরামাওন্ট পৱর শিন্নরম্বা ওইবনা মনিপুর সরকারদা সিকা ৫০০/৫০০ মখা তানা পীবগী বাফম লৈরম্মী অদুবু ১৯৫৩ দা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর নেহরু অমদি মাগা ফম মান্নবা বর্মাগী প্রাইম মিনিষ্টর ইউনুনা লৈবাক অনিগী ওমখৈ লেপথোক্লবা মনিপুরদা লেঙলকপা মতমদা জৱাহরলাল নেহরুনা বর্মানা লৈঙাক্লকপা নাৎ চু মান্নবগী মিংদা মতম চুপ্পগী ওইনা বর্মাদা পীথোকখি। মতমদুদগী হৌনা সিকা ৫০০/৫০০ সু পীবা লেপখি।

ম্বাখলসে কয়াদা ম্যাংজিবা চহী চা কয়া কয়াগী ম্বারীবু কোন্দোং লাইব্রেরী মশাইগোলদগী মোরে ফাওবগী তেনত্রবা লম্বীদা মথং মথং নীংশিংলক্লিবা । ইচু তাদবী মোরেনা ঙাইদুনা লৈরম্লে । মোরে থানা মমাঙদা টাটা সুমোদো খামহল্লগা ও সি উনবা চংলে, ইয়াম্বা অনীদুদি নম্ফালোংদা অদুম থৌজিনম্লে মখোয়দি ঙসি হনগনি । ঐখোয়সু ঐখোয়গী থবক লোইরবদি ঙসি হনবা য়াই । মোরে ও সি দি ইম্ফাল চংখি হায়দুনা লৈরমদ্রে । অদুগা ঐখোয়না পাল্লিবা পোংতুগী লংলা লংজিল অদু সেকেন্দ ও সি নসু পীবা ঙমদে হায়রকপদগী হোটেল নীলরাজদা কা হংলুনবা থোরক্লে । কা অহাঙবা লৈরমদবদগী গীতাঞ্জলিদা ওইনা লৈরে । নুংথিলদু নোংগা তাবনে চখোকপী নুংঙাইররোই, নম্ফালোং কৈথেলদা মোরে লাকপগী হাইফেং কোয়থোক্লরগা নুমিদাংবাইরম ক্লব অমদি মৈরা পায়বীশিং অমসুং মফমদুদা থবক তৌরিবা এন জি ও খরা উনরসি হায়দুনা নম্ফালোং চঙলুবদদি মতম অমগী ঐগী মরুপ মপাঙ কয়া থেংনরে ঐনা ম্যায়েংখিবা অনাবা খরসু থেংনদুনা ঐখোয়না পাল্লিবশিং অদু মখোয়নসু মতেং পাংবীগে হায়দুনা উননিংবা মফমশিংদুদা চঙ চঙদুনা উনরে, নোংসু লেপ্তনা তারি ।

মমাঙগী খোঙচংতা অমুক্তা তৌখিদবা মোরেগী খুঙ্গংশিং ফাও ফাওদুনা ঐখোয়না পাল্লিবদুগী মতাংদা ম্বারী ম্বাতাই খরা শারুই । ঐখোয়না পাল্লিবদু ফংবা ঙমদে । মহৈশাদি লৈরম্মী হৌজিক্তি লৈত্রে হায়বসিনি । ফরে অদু মঙায়রে লৈত্রবদি লৈতে হায়বা তাই । ঐখোয়না করম্মা মদুবু লৈতে হেক হায়রসিগে অদুগা লৈ হায়বসু ঙমদে হায়বা পুলিসকী ম্বাদুমক নীংশিংলক্লে ।

ঐগী লায়েংশঙদা মিং চল্লল্লগা হনবদা লৈখিদবা মীওই অমগী ইমুং মনুং উননিংদুনা ইমুংদুদা চংপদা মোরে ৱার্দ নং ৭ কী লৈরক অয়াম্বা চঙলকই । মফমদুদা খুন্দাহৌরিবা মীতৈশিংগী য়ুম্লে কৈরে, অকোয়বগী ফীভম অঙকপা ফংনা ফম্ভে, তুরেল, ঈশিংখোং ময়াদা অমাং অশোয়নচিংবা চোইরিবা অমদি অমোং অকায় মফম চাদবা কয়াশিং অদুগা লৈকায়দুগী মীশিংনা কয়াদা ম্বানা হিংলিব্বা, অনা লায়েংগী, মহৈ মশিংগী, মীগা মীগগী মরক্তা চাওখৎপা লোন্দাদা করম্মা পাউ ফাওনগদগে হায়বা পোংশিং মঙ্কদুদা য়াম্না ম্বাংলি । লৌউ শিংউনবা লমসু পীকপনা মফমদুদা লৈরিবা মীওইশিংগী মরু ওইবা শিনফমদি লম্লোন ইতিকী

থবকনি । ইন্দো ম্যানমার ফ্রী ট্রেদ এগ্রিমেন্ট লৈখিবদগী লম্লোন ইতিক তৌজরিবা অদুসু মফমদুদা লাকপা অচৌবা লম্লোনবা মীওইশিংগী খুনেক মী ওইনা লৈবতনি । মফমদুদা পোকপা য়েলহৌমীশিং অদুদি হিংবা ওম্নবা মখল খুদিংগী, পোৎ থাংবদগী হৌরগা তোঙান তোঙানবা লম্লোন ইতিক্কী থবক চত্থরকপনি অমদি মোরে চৎলি হায়বদা মীয়ামগী ব্রাখলদা হায়দোক্তবা করিগুম্বা খরা উরিবনি ।

ঐচ আই ভি/ এইদস শঙ্গ দাকপা অমদি লৌনবা থিংনবগী পান্দম অমগী মখাদা চঙশিল্লিবা ঐখোয়গী খোঙথাং অরাইবা নত্তে । মীবু করম্না নঙ অদুগুম্বা মীনি হায়না ব্রারী শাকুগনি ? দেল্লিগী জেবী রোদ, ব্রেষ্ট বেঙ্গলগী সোনাগাচি, বহু বাজার, খিদিপুর, আগ্রাগী কাশমিরি মার্কেট, মুম্বাইগী পিলা হাউস, কঙ্গ্রেস হাউস, এলাহাবাদকী ঘন্টাঘর, বাবানাশিগী মারুব্রারি, এম.পি. গী গাং বাসোরা, নাগপুরগী গাঙ্গা জমুনা, শিলচরগী চৌদা নম্বর ..... মীয়াম্না শকখঙনরবা মফমশিংদা লৈবা মশাগী শিনফম ওইজদুনা লৈরবা মখোয়শিং অদুদদি ফিনুংগী লায়না অমদি ফমদিন্নবদগী লৌনরকপা য়াবা লৌনগনবা লায়নাশিং লৌনদনবা, চেকশিন্নবা থৌওংশিং ব্রারী শাবা য়াই । ঈরমদমসিদদি মচুম তানা মকে শেন্নদুনা লম্বীসিদা খোঙদারিসু খঙলবা নুপা নত্রগা নুপী মঙোন্দা করম্না ব্রারী হৌদোক্কনি ? মতারোই মরুপ্লোই কয়াশিংদুগী মতেং নত্তনা মরমদি মখোয় মীয়ামদগী লোৎলিবা শোকপদা লুব্রা শ্বাই শ্বাই মাঙগনবা মীওইশিংনি । অদুগুম্বা মীওইশিং অদু মতম খরা পুম্না



অইবা অমসুং অপোকপনা অহানবা মোরে খোংচৎকী হল্লকপদা তেংনৌপল

লৈমিন্নদুনা চামিন থকমিন্নদুনা, শিনফম অমমম পানমিন্নদুনা শেম্ঘোক লম্বী খরসু তমশিনবগা লোয়ননা লৌনগনবা লায়নাশিংগী মরমদা মান্নী মাতাই শান্নদুনা খঙমিন্ননবা মীচৎ শাজৎ খরা হোংদোকহন্নবগী পান্দম অদুখক্তা মাঙদা থন্নগা মফমসি তম্না চিংলক্লি । নোংঙানবা ঙাইবদা মারে, লম কোয়বা লাকপা ফুলগী অঙাংশিং অথেঙবদা ঐখোয়না লৈরিবা হোটেলদুদা থুংলৈ, কেজি, ক্লাস মান তল্লিবা অঙাংশিং অদুনা অহিং নোংয়াইদগী মথক থংবা ফ্লোরদুদা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নদুনা লৈবদগী তুমথবসু য়াদ্রে । ঙন্তা লুজথোক্লগা ঙাম্হোবকপা ঙাইদুনা লৈরে । মোরেসে মীকপ থোকমন্দে, হৌদোক্লবগী ইতিকসু ওইদে । নোংঙাল্লকপগা মোরে থানা চঙলগা ও সি লাকপা লাক্তবগী পাউ লৌবা অমদি যুমদা হন্নবগী থৌরাং তৌবা মসিদনি খল্লিবা মবমদি ইম্ফাল হেক য়ৌবগা ঐগী কেবলাগী খোঙচৎ অমুক হৌগদৌবিবনি ।

ও সি হল্লক্লমদে মোবে পুলিসতা ফম্বসি ফম্বসি, ফম্বা ঙন্নক্তদুনা এস দি পি ও উনবা কাখৎলে । অযুক্কী শাজেল থোকখিবদগী হল্লক্লমদ্রি কবিগুম্বা মতমদসু মসজ্জিদতা হেক হেক লৈথোকই হায়বদগী মখাদা অমুক কুমথবক্লে । হোটেল নীলরাজদা অশিবা অমা লৈরে হায়দুনা ময়াম থবক চিল্লম্মী । ঙবাং লৈহৌদবা ফৈ খল্লকই, অদুদসু নত্তনা অসাম রাইফলসনা ওটো ড্রাইভব অমা ফাবীখ্রে হায়দুনা ইমা ইবেলশিংনা মোরে থানাদা পুময়োম যোল্লম্মী । ঐখোযদি ও সি ঙাইবা তাই।

ঐখোয়না থিরিবা লল্লোনবীশিং অদুগী মরমদা ও সি না খঙলোই । মরমদি মসিগা মরী লৈননা থার্টিন ওফ ইমোবেল ট্রাফিক প্রিভেন্সন এক্ট ১৯৫৬ কী মতুং ইন্না হৌখিবা মার্চ ১৫, ২০০৫ দা থোকখিবা ওর্দর অমদা মীওই মঙানা শাবা এদভাইজরি বোর্দ অমগী মমিং য়াওবা চে অমা উৎলদুনা মখোয়দা রিপোর্ট লৈববা হংবনা চুমগনি খন্নরে । অদুম ওইনমক ও সি হল্লক্লগা হৌখিবা চহী খবসিদা অসিগুম্বগী রিপোর্ট তৌরকপা লৈতে হায়বা চে অমদি ঐখোয়দা ও সি লাকপগা থাবীরক্লবা তৌফম থোকপশিং শিন্নথোক্লন্নগা ইম্ফালগীদমক খোঙশাল্লক্লে ।

নুংথিলগী পুং অহুম তাশিল্লক্তুনা মতম হেল্লে হায়দুনা ইম্ফাল্লোমদা থোক্লে য়াদ্রে । ঙসাই হোটেলদা শিন্নম্বা মীওই অদুগী মরী মতাশিং শিবগী পাউ তাবদগী হংবা লাকপদা থেংনদদুনা ঐখোয়গা অমুক খোঙবু ওইমিন্নদুনা অল্লোয়বা

মথৌ মওম পাওথোকপা নংনবা হন্নিংই হায়দুনা ঐখোয়সু লৈথনিংবা নত্তবনিনা উপাই থিনরে । উপাই ফংলে । তেংনৌপলদদি লৈচিলনা অওকপা ফংনা থারম্মী । লম্বী উদদুনা মার-মারগা চৎলে, লৈচিল থাবগী খুদোংথীবদু মোরে চীংলম্বীদা অহানবা থেংনবনি । য়ুম য়ৌবা ওন্নরোইদরা থল্লুবদো পল্লেল য়ৌবদা লাওতক্লুবা ফখি । হৈনদবা মোরে খোওচৎ মরক্তা খুঙ্গংশিংদু চৎলুবগী মমাও খোওচৎঅ ফংখিদবা তোওানবা মহাও অমদি থম্মোয়সিদা পুদুনা হল্লক্লে । অচিনবা কয়া কায়থোক্লুনা ঐখোয়বু লমজিংবীদুনা ঐখোয়না পাম্বা মীওই খুদিং উনহন্দুনা ঐখোয়বু তেংবাংবীরকপা নখোয় খুদিংমকপু থাগৎচরি । ও এস দি, খা নোংপোক নুপী খুন্নাই, কম্যুনিটি রেলফ্যের ক্লব অমদি ঐনা ইশিঞ্জহৌদ্রবা ঐগী অরীবা মরুপশিং অমদি মোরে থানাগী ইচিল ইনাওশিং নখোয় খুদিংমকপু থাগৎচরি ।

# ইয়াম্বগী মনাক্তা

মোরেদগী হন্নকপগা কেরলাগী খোংচৎ অমুক হৌরে । জোরহাট্টা লাইরিক তন্নিঙে মতমদগী কেবলা চৎনিংদুনতা লৈখি । ঐখোয়গী ক্লাসতা খা ভারতলোমদগী কেরলা মচা জর্জ সাম্যুলখক য়াওই । মতমদুদা মহাক মুগা মুরে, পারগা ৱাংবা মহাকপু ঐখোয়না য়াম্মা নীনা উই । অঙৌবা মুন্দু (ফৈজোমগুম্বা ফীনা কোযশিন্দুনা শেৎপা) ফুবিৎ অঙৌবা অমদি লাইবক্তা চন্দনম নন্নগা মকোক্তা যুবী থাউ তৈদুনা ওইদগী য়েৎলোমদা নান্না হাৎপা অমদি মীত্তা অথাবা অনোক উপ্লগা লংত্রিক লংবা মযাদু উৎলদুনা নোক্লগা মগুক্তো ওইবোমদা হাযফেৎ পৈথবগা মনিপুবদগী লাকপা ঐখোয খুদিংমকপু ইনাও ইনাও কৌই । ঐখোয়গী কলেজগী প্রিন্সিপালনা নোংমা মহাকপু কৌশিল্লগা কলেজদা খোংগ্রাউ শেৎলগা লাক্লবা হায়রকপগা লোয়ননা ঐখোযগী মীতৈ লৈশাবীশিংদসু শাবী শেৎলগা লাকউ ফনেক শেৎলক্কনু হাযবা থৌদোক অমা থোকখি । থৌদোক্তুদগী ঐগা মহাক্কা ময়াম মবক্তগী খরা হেন্না নকশিন্নবগী খুদোংচাবা অমা ফংখি । মহাক্কা কেরলাবু লেন্দ ওফ কোকনট ট্রি হাযনা হেক হেক শিংথাই অদুগা ময়ুমদা চৎলুবা খুদিংগী লফোইদগী শাবা চীঞাক অমদি থৈবোংদগী শাবা অচাপোৎ হেক হেক পুরকই অমদি ঐগী শরুক তন্নকই । রেনোলদগী বোল পেন মানা পুরক্তুনা ঐখোয়দা খুদোল তন্নকখি । ইবা নুংঙাইমন্দুনা এজেন্ট ওইগে হায়নফাওবা ঐনা চে ইখি । অদুবু মখোয়গী টাঁম এন্দ কন্দিসনশিংদুদা অরুবা খরা লৈখিবদগী মদুমক্তি ওইখিদরে । ইকুই কুইদনা অৱাং নোংপোক ভারত্তা য়াম্না মরাং কায়না ফংখি । কেরলাগী হিগোক মচুগী সমুদ্রা খোংবান্দা যুবী পাম্বী পরেং পরেংনা ঙাথদুনা হৌবা গ্রীটিংস কার্ড হেক হেক থারকই । অহৌবদা ইনাও হায়নসু হেক হেক ইরকই । ঐনা কোয় কক্তবা মানা নাল্লগা ককথৎলু হায়না মরক মরক্তা হায় মাগীসু ঐনা হেক হেক হায় অদুবু মানা নুংশিনা ঐদি অহলনি নংদি য়াম্না অঙাং ওইরি খুন্নকই । তৌবদি ঐবু কোই চোমহন্নিংদবা কোই চোম্বদা য়েংবা নুংঙাইতবা

ওইরমগনি খল্লি । মনাগ্লমগী অমদি মীতৈলোনগী মাতৌ চাদবা ফাগী জুগাইগী মাহৈশিং ভায়রগা ঐখোয় মা মা নোকমিয়ে । অসুম্না কেরলা চংনিংবগী অশাম্বদি লাইরিক তম্নীতৌদগী কাউরক্লবনি ।

ঐগী কেরলা খোংচং অসিগী মরমদা খঙ্গিক্তং শঞ্জহৌবা মতাং চাই হায়না খঙে । মিনিষ্ট্রি ওফ সোসিয়েল জষ্টিস এন্দ, এমপাবরমেন্ট, নিউ দিল্লি, গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়াগী শেল্লুং ফংবা ভারত্তা লৈরিবা ময়াই কাবা নিশা চাবশিংগী লায়েংফম অমদি কাউন্সেল্লিং তৌফম চলাইবা ভারতকী এন জি ও শিংনা লম লমগী অমদি মালেমগী ওইনা নিশাদা লায়চুবা অমদি মশিবু লায়া শীজিন্নবা থিংনবা হোংনবদা মথৌ ভাবশিং পুখোকমীন্নদুনা অমদি মদুবু মায়কৈ কয়া খোল্লা শীজিন্নদুনা ময়াই কাবা নিশা লান্না শীজিন্নবা থিংদুনা অমদি লাকশিন্দুনা ড্রগ শীজিন্নদবা খুন্নাই অমা ওইহন্নবগী পান্দমদা ফেদরেশন ওফ ইন্দিয়ান এন জি ও ফোর ড্রগ এব্যুজ প্রিভেন্স (ফিঙ্গোডেপ) কৌবা অমা লিংখত্তুনা ইং শোক ১৯৯৬ কী এপ্রিল থাদা ভারতকী কোনুং নিউ দিল্লিদা রেজিষ্টার ওফ সোসাইটি, গভর্নমেন্ট ওফ নিউ দিল্লিদা রেজিষ্টার তৌখি । অসুম্না ফিঙ্গোডেপকী তৌগদবা থবক থৌরমশিংগী শরুক অমা ওইনা হৌখিবা চহীশিংদা চহী অনি অনি খুদিংগী ভারতকী খা মাং নোংপোক নোংচুপ অমদি অমাং নোংপোক হায়দুনা শরুক মঙা খোল্লা খায়দোক্তুনা মদুগী মনুং চনবা ষ্টেট অমদি টেরিটোরিশিংদা হোং হোংদুনা কনফরেন্স পাঙথোক্তুনা লাক্লি । হৌখিবা মরিশুবা কনফরেন্স কোলকটাগী রবিন্দ্রা সথান অমদি গ্রেট ইষ্টর্ন হোটেলদা ২০০৩ গী জানুৱারী তাং ৩ দগী ৫ ফাওবা, পাঙথোকখি । মীফমদুদা মঙাশুবা কনফরেন্সতি খা ভারতকী কেরলাদা জানুৱারী ২০০৫ গী অহানবা চয়োলদা পাঙথোকপা হায়না লেপ্পখি । অদুবু সুনামিগী লাইবক থিবা থৌদোক্তুনা চহী অমা য়ৈথোক্তুনা কেরলাগী কোনুং তিরুভন্তপুরমদা জনুৱারী ৬ তগী ৮ ফাওবা পাংথোকপদা তাখি। কনফরেন্স অদুদা মরুওইনা নৈনগদবা মাফমদি রোল ওফ এন জি ও ইন মেনষ্ট্রিমিং ঐচ আই ভি/ এইদস প্রিভেন্সন বিদিন ডিমান্দ রিদক্সন এক্তিভিটিজ হায়বসিনি। তাং ২৯।১২।২০০৫ দা ইম্ফাল থাদোক্লয়ে । মথং নুমিৎকী অয়ুকী পুং ৫.৩০দা ট্রেন তোংগদবনি । এটিএম কার্দতি য়াওরি হায়মবু শেলদি মরাং কায়না শীজিন্নিংদরে । ফুরিংখাউদা

য়াউরিবা শেলশিনা হন্নকপা কাউবনি কোম্নগনি । অদুম ওইনমক খরা লিক্লা পীজিন্নবা তারকই । মরমদি ওফিসতগী শেল কায়থোকপীরকখিদে । অহাবশে লৈকম থোক্তবনি । মরমদি ঐনা চৎলিবা খোংচৎশি ওফিসকী খোংচৎনি । লম্নাই খোঙচৎ নত্তে, অদুবু শেল লৈতে হায়দুনা কায়থোরক্তবদগী টিকেট কেন্সেল তৌনবগী বাফম লাক্লবা মতুংদা লুপা লিশিং অমখক সেক্রেটরিনা লম্নাই য়ুরিংখাওদগী হাপ্লকপা, নিবগী মওংদা পীরকখি। মশি তৌফম থোক্তবনি, নোংপোক্কী ওমখেদপীনা খাগী ওমখে মতোন ফাওবা চৎপদা মশিনা কৈদৌনরুনি ? হৌখিবা মরিশুবা কনফরেন্স কোন্ত্রাকট্রাদা পাঙথোকখিবা মতমদুদা চৎথোক চৎশিনগী শেল ফাওবা পীরগুমশি হায়নগ্রবনি মরমদি চহী অনি অনি খুদিংগী অমুক অমুকখক ফন্থা মীফমসিগী ওর্গনাইজেসনা শেল পুথোকপা হায়বসি তৌফম থোকপনি । তৌদ্রবা য়াব্রবা বাফমনি খন্নরণি ফাওবা হায়নগ্রবনি । শেলগী হকচাংগী অবাবা লৈজরবসু চৎলগে হায়না লেপখি। মরমদি কনফরেন্স অসিদা এন জি ও শিং, গভর্নমেন্টকী ওফিসিএলশিং, য়ু এনডি সি পি, আই এল ও, য়ু এন এইদস, লৈবাক্কী অমদি অতৈ মাজেমগী ড্রগ ডিমান্দ রিদক্সনদা থবক তৌরিবা কয়া কয়াগী মীহুৎশিং লাক্লুনা ঐখোয় ময়াম অমগা অমগা পাউ ফাউদোক্লদুনা পুন্না খওমিন্নবা খন্ন নৈনমিন্নবগী খুদোংচাবা ফংলিবনি । অদুনা চৎনিংবনি ।

অহিংদা গুৱাহাটিদা পুংখি । হোটেল লৌদনা গুৱাহাটি রেলবে ষ্টেসন্দা অদুম্মক লেপ্লে মরমদি অয়ুক্কী পুং ৫.৩০ দা গুৱাহাটি ঈরনাকুলম এক্সপ্রেসতা তোংলগা কেরলা য়ৌগদবনি । ইম্ফালগী রেলবে টিকেট কাউন্টরদা কেরলা য়ৌবা ট্রেনশিংগী মরমদা খোয়না খঙদে । ফিজোভেপ কেরেলা চেপ্তরদা হংগদবসু খুয়ৌনবা মরম্না অমদি ওফিসকী মতৌদা খৌশাদবা মতৌ খরনা হংহৌদরে অদুনা ঐসু লাংতক্লবা অমা পোকই । নায়তোম খোংচৎনি, ট্রেন মনুংদা কনা কনানো খংনবা খরা খেংনজগনি খল্লুবনি অদুবু কনামত্তা থেংনদে । ফম্ফিন্নরিবা খরাদুগা খোংবু ওইবা হয়বদুনি । কনানা কদায়দা চৎপনো মীকপ খোক্লগা বারী শারগে খন্দুনা অহিং তুমদবদুদা তুম্বা অদুম কাখৎলে ।

মীতৈনা নারক য়েকলক্লগা ডাউন তাউন অমদি গৌহাটিগী অতৈ লায়েংশংলিংদা চৎনবা হোৎনৈ অদুগা অসামিশিং খাসি অমদি বেঙ্গোলিশিংনা

সি এম সি ভেল্লোরদা চৎলি । মসি মমাংগী ঐগী যেক্লোয়গী খোংচৎতসু থেংনখ্রে । অসাম্মী অমদি যেক্লোলিশিংনা ভেল্লরদা চৎতুনা লায়েংজুবা কয়া থেংনৈ । হন্দক্কী খোংচৎ অসিদসু ঐ সিফাই ওইবা তামিল মচা শ্রীনিভাসন, অমদি অতোপ্পা অমা অনিথক নত্তনা কোচতুনা তোংলিবা অতৈ মীওইশিং খুদিংমক ভেল্লোরদা লায়েংবা চৎলিবনি । লায়েংবা চৎপশিংদু অয়াম্বনা ইমুং মনুং হপনা হপ্পা পুন্না পুন্না চৎমিন্নে । ঐগা শ্রীনিভাসনগা অয়াম্বা মতমদা চামিন থকমিন্নে, বারি বাতাই তৌনৈ । ঐনা কেরলাদা অহানবা চৎপনি অদুগা ঐগী টিকেৎ অসিসু তিরভন্তপুরম য়ৌবা ফাওবগী নত্তে হায়বদুদা মহাক্না ঐখোয়গী হেক মথংদা ফল্লিবা নুপা অনিসি কেরলাদগীনি মখোয়দা হংলবদি খংগনি হায়রকই । ঐনা কয়া খংই হংবদা মখোয়না ঙাংনরিবা লোলসিদা খংই হায়রকই । ঐ খজিক্কং নুংঙাইবা ফাওই অদুবু হংদি হংলুদে মখোয় অনিদুগী মওং মতৌ য়েংদুনা অদুম চৎলি । মখোয় অনি য়াম্না লোনদিন্নবা উই চৎলিবা অতৈ মীওইশিংদসু বারি বাতাই কয়া তৌদে মখোয় অনিনা তৌগদবা অমা অদুম তৌবা চামিন থকমিন্নবা, মেগাজিন পাবা অমদি তোইলেৎময়া ওইবনা তোইলেৎ চংবশিংদা থোং লোনশিনবিরম্মু হেক হেক হায়বা নত্তনা য়া কয়া ঙাংবা উদে । হংবতদি হংলগে খন্দুনা ষ্টেসনদু নিংশিংবা থোকত্রে খরা কুইনসু খাম্বদুদা হংলুই । "অদোম কেরেলাদগী ওইবিরব্রা ?" মাসু ইকোই কোইদনা খুম্লকই " অহোই সোমদি কদোমদা চৎপিগদবনো ?" "ঐ তিরভন্তপুরমদা ড্রগ প্রিভেন্সনগী কনফরেন্স অমা য়াওবা চৎচরিবনি অদুবু হন্দক চৎলিবসিনা কেরেলাগী অহানবা খোংচৎ ওইবনিনা পুক্নিংদা তয়াং তশোইবা অমা ফাওজে ।" "মফমদো কদায়নো অমুক্তা য়েংশিন্দনা তেংবাংবা ওন্না য়েংজগে " "য়াম্না নুংঙাইজে" হায়দুনা ঐঙোন্দা ইরকপা চিঠিদু মঙোন্দা পাদুনা য়েংহল্লে । মুন্না পারগা হাইকেৎ খল্লদুনা মারিয়ারানী সেন্টর, পেলোটিন লেন, গানধীপুরম, শ্রীকারিয়ম হায়দুনা নিংশিংই। শ্রীকারিয়ম হায়বসিমদি খংই রেলবে ষ্টেসন্দগী ইরাপ লাপ্পা নত্তে । হয়েং য়ৌরমদাইদা হায়রগে হায়রে মহাক্কী মমিং অশোকন কৌই, অরুনাচলগী মিরিজুলীদা লৈবা বি টি এফ কী ওফিসতা থবক তৌরি কেরেলাগী করুনাগাপালীদগীনি । অদুগা মাগা খোংবু ওইরিবদুনা টি ভি শুনিলকুমার কৌই । মাসু গৌহাটিদা লৈবা সেন্ট্রেল গোভর্নমেন্টকী ওফিস

অমগী ইমপ্লোয়রনি। মহাক্লা কানানুরনগীনি । মখোয়না হায়রিবশিংদু ঐঙোন্দদি মংগুন্দনি । ঐনা নিংশিংবদি মখোয় কেরেলাদগীনি ।

মীকপ থোক্লকপদা অয়ুকী পুং ৩.২৫ চংলম্লে, বিজয়বাদা রৌদুনা লৈরম্লে । টামিল মচা শ্রীনিভাসননা হেন্নী নিয়ু ইয়ার হায়রকপদা অমুক তুমখবা ওমদ্রে । ঐসু মঙোন্দা য়াইফবা চহী ওইয়ু হায়রুই অদুগা নোক্লগা কাগী তৌরুই "কৈদৌরে য়ুম নকশিন্নরুবনিনা তুম্বা য়াদ্রবরা" মাসু নোকতুনা "হোইনে অদুমাইনা তৌরদ্রা কৈনোমা তৌরে" খুম্নকই । ঐ, শ্রীনিভাসন, অশোকন, শুনিলকুমার ঐখোয় লোয়নমক হৌগংলে অতৈ কয়াসু হৌগংনরক্লে । অদুদগীদি ষ্টেসনগী নিজ থোংবদো চহি হৌবগী নুংঙাই পাউজেলনা শিনখরে ।

ঙসিসে নোংমাইজিংনি ২০০৬ কী অনৌবা চহীগী অহৌবা নুমিৎনি । মীৎসিদা মথং মথং উরকই ঙসিদগী অরিবা চহি ওইখ্রবা মমাং চহিগী অহৌবা নুমিৎতো । ঐগা শাগোয়দুনা য়াওরিবা ২০০৫ কী ঙসিদগী অরিবা ওইরগদবা দাইরিদুগী চেনশিং হক্কংতুনা শারি... পুং নিশাল মথায়মুক তারকপদা ফিরোডেপ কনফরেন্স য়েংখোক্লে হায়দুনা পাউ ফাউদোরকই.... হৌখিবা চহি ঙরাংতা হৌখিবোই নিংই অদুবু লোইশিনখ্রে করিসু তৌহৌদনা হৌখি, অনৌবা চহিসিমদি শটৌবা শিংনবা অমগা লোয়ননা হিংবা তাই । হকশেল, মন থুমগী কাংলোন ফগংহনবা তাই, লোইশিনলমকাই নুমিৎ খরানিতমক ঙাইরবা মতমদা ঐগী হকশেলগী ফিভম খংহনবীরম্বগীনমক অরিবা চহি নঙবুদি থাগৎচরি নত্রবদি অনৌবা চহিবু ঐনা খারৌখিবা য়াই । হৌজিক্তি থেংনবা তাই থেংনদুনা হিংখিবা তাই ।... কৌব্রু লাইখাগী শেংলবা নুংশিং মরক্তা নুংবংনবনা থনবৌমা তৌই । নুংঙাইফম খংখিদে ঙসিগী চহি হৌবগী অহানবা খোঙচৎ পুম্নমক হাখু হাখুবদৌনা তৌখি । তহা তহাখি খাই শংখিদে । য়ুমদা থোংবা চাক লমদা চংলগা চারুবগা চপ মাম্লে । চংমিন্নরিবা ঐখোয় মশেল শুক্লিংগী খাসু অমত্তা ফোংদোক্লখিদে খংদে ঐগী ওইনদি ফাজিন পুনশিন্দবা খাই শংলবা মফমদুদা নিং তম্না শুক্লিং মকা লাম্না অনৌবা চহি লাকপগা লোয়ননা পাংথোক্লদবা, তৌনিংঙ্ম তৌগদবা কয়াগী মতাংদা খারি শাবনুনি। অতৈনি নুংঙাইরমগদরা ? ঐদি ঙসিগী থোংচং নুংঙাইফম খংদে ।

কৌব্র মন মরুমগী পারপ্না থাংবা লৈচিলদু ঐগী পুক্নিংনি। অদুবু ইচাশিংদুদি নুংঙাইখি মখোয় মনিং তম্না শান্নখি। ঈচেলদুনা মদু খংখি, ঈরোম্নুংগী অনানবা ঈশং কাবা অপীকপা নুং মচাশিংদুনা মখোয়গী থোংলবা খুয়াগা থেংনবদা নুংঙাইজখি। ঈচেলদুদগী মখোয় কাখংহন্নিংখিদে, মখোয়নসু ঈচেলদুদা লৈনিংখি, অসুম লৈনিংখি।... মথং চহী হৌবদি লৈমরামলোমদা চংতুনা ঈশিং চাইবী য়েংলুসি হায়নখিবনি মখোয় খুদিং ঐবু ম্বাংপগী নুংঙাইকম খংলমলোইদ্রা ?!

অহিংদা কারকপা ফিমু শেংপা উরিক পরেং পরেং শিবা কাঙবুশিংদুনা ঐখোয়গী কোচতুদা ফাওদুনা তোয়না তোয়না চংপা উই। মখোয়গী মরমদা ঐ থোইনা খঙদে, মতাং চারবদি হংগে খল্লি। ষ্টেশনদসু মরাং কায়না উই, মখোয়না শেংলিবা, শীজিন্নরিবা মওংশিংদু উরগা মখোয়সি করিগুম্বা মফম অমদা হৌনদুনা লাই খুরুম্বা চংপনি হায়বদি খঙই। চেন্নাইনচিংবা মফমশিংদসু মখোয়শিং অসি উই। চেন্নাইদা থুংবদু অয়ুক্কী পুং ১১ মুক তারমাল্লে, ইচাও থোকখিবগী অমোংপা অমুবা ঈশিংশিং তুংশিন তুংশিন্দুনা লৈবা উরি। রেল লম্বী নাকলদা লৈহৌবা খাংপোকশিংগী শুমাঙদা পোঙ্গালগী রঙ্গোলি ময়াম অমসু উরকই। ঈচাও মায়োক্ক খুবসু অবাবা থেংনরবসু লু তোংদা চুপ্রবা কুম্মৈদি করম্না কাউগনি, নোংগী লাই নুমিৎ কৌবা লাই অমদি মণবীবু ইরাংতুনা নৌনা লোকপা চেঙনা চাক থোংদুনা পাঙথোক্কপা তামিল নাদুগী খ্বাইদগী চাউবা কুম্মৈনি। পোঙ্গাল পোঙ্গাল হায়না লাউবসু তারকই। চেন্নাই য়ৌবদগীদি কেরলা নকশিনবা অসুম হৌরক্লে, কাটপরি য়ৌবদদি ভেল্লোরদা লায়েংবা লাকপা খুদিং কুমহৌরে, শ্রীনিভাসনসু কুমহৌরে। ঐ ইথন্নতা তরক তরক ফমহৌরে অশোকন অমদি সুনিলকুমার ঐগী ইনাক্তা লাকতুনা ফম্লে, লুজথোকসি হায়দুনা ঐখোয় অহুম মথং মথং লুজথোক্লে। সুনিলকুমারদি মফি মরোল হোংদোক্তুনা মাগী পম্বুং ঙাইরি। কেরলা অসুম নকশিল্লকপগা লোয়ননা কোচতুসু হাঙবা সুম হেনগৎলক্লে। ঐখোয় খরাদং তরক তরক ঙায়হৌরে, অরুনাচলদগী এঞ্জিনীয়র তম্বা মহৈরোয় অমসু ঐখোয়গী ইনাক্তা লাক্তুনা ম্বারী শারে। মহাক ত্রিচুরদা লৈহৌগদবনি শক- চুমান্নবা নাতোন লম্বা মশেল উনবদুদা ইনাক্তা চঙলক্তুনা ফম্লবনি। কদায়দগীনো হংলৈ মাদি য়াম্না নুংঙাইনা নোক-খেদুনা চংলি, অবাং নোংপোক্তগী লাকপা ঐখোয়সে অবাং

ভারত্তা মরু ওইনা হিন্দি ঙাঙবা লমশিংদা বহাদুর বহাদুর কৌদুনা করেম্নদুনা হম্বুবা থাক্তা য়েংই । মদু খা ভারত্তুদি অসুম্না তৌবা থেংনদে হায়দুনা ফোংদোকই । সুনিলকুমারনা মাগী পুক্লিং থেমজিল্লি । খা ভারত্তগী লাকপা মখোয়দসু অৱাং ভারত্তুদি মদু থোক্লিবনি । মখোয়গী মমীংত্তা অনধ্রদগী, কেরলাদগী অমদি কর্নাটকাদগী লাকপা মীপুম খুদিংমকসি মদ্রাজী ওইনা উরিবনি অদুগা ঐখোয়বু মদ্রাজী মদ্রাজী কৌরিবনি । মখোয়না খঙদবদগীনি ঐখোয় শাউরব্বা য়াদে । ঐনসু মরক থৎনা থৌনা ফব্বা হায়ববু শাউরিবা ৱারৌরিবা করিগীনো হায়দুনা নোকমীয়ে । অশোকননা ঐঙোন্দা খা ভারত্তা মরু ওইনা কেরলাগী রেলৱে ষ্টেশনশিংগী লু নানবদো উৎলি, চুরুট থকপা য়াদবা, তনান তনানবগী ৱারী শাই, অৱাং ভারত্তা মোৎলিবা ময়াম অদুগা চাংদম্নদুনা দষ্ট বিন অমদি প্লেটফোর্মদা লৈরিবা মফম চানা চানা খিল্লিবা মযামশিংদু মখুৎ থিল্ল থিল্লদুনা ৱারী শাই । তশেংনসু নাল্লি, মীয়াম পুবা মফমদু ঐখোয়গী শুমাঙদগীদি নাল্লি । চাক লৌহৌরসি হায়দুনা অশোকন্না ঙা চাসিরা করি চাসিগে হায়দুনা হংই, ঐনা ঙা ওইনা চানীংই শাদি চাদে হায়বদগী ফরে অদুদি ঙা চারসি হায়দুনা কুমগ্রে, নোংথাং কুপ্নগুম অমুক চঙলক্নুনা চাকয়োম অহুম পুদুনা কাখৎলক্লে অদুগা মখাদা অমুক তন্না কুমথখিদুনা প্লেটফোর্মদুদা সুনিলগা মখোয় অনী করি করিনো অচাপোৎ খরা চাদুনা ৱারী শাদুনা লৈরি । ঐঙোন্দা লাম্নবদি চাথোকপীরো হায়রে । ঐনা পুন্না চামিন্নরসি হায়বদুগী ফরে অদুদি গাড়ী চৎপা হৌরবা মতমদা চারসি হায়দুনা ৱারী ৱাতাই শাদুনা লেপ্লে । ঐ কদায়দা থুংলুগদগে করম্না ঈরনাকুলমদগী চৎকদগে হায়বসিনি ? মানা ঐঙোন্দা ঐগী অপাম্বদু খঙহল্লু মদুদা মানা মতেং পাংগনি হায়রে । তৌবদবু মাদি ঈরনাকুলমদগী বসতা চৎকনি, মাগী য়ুম তিরুভন্থপুরমগী লম্বীদনি, বসতা চৎমিন্নখ্রবসু য়াই । শেলদি বসনা খরা য়ামগনি হায়না শন্দোক্লা তাকপীরে । মানা মখা তানা হায়, ভায় সাহেপ্লু ঐনা বসতা চৎসি, হৌদবগী মরমদি গুৱাহাটিদগী অতোপ্পা কোচতা য়াওরকপা অতোপ্পা মীওই খরাগা বসকী মতম চানদ্রবদি টেক্সি অমা ৱায়রগা চৎকনি অদুন হৌবা ঙমদবনি । ৱারী শানরিঙৈদুদা গাড়ী থাদুনা চৎপা হৌরে, চাক চাথোক্লসি হায়দুনা ময়োমশিংদু থোক্লে । ঐখোয় চামিন্নবা শেম শারে । মখোয় অনী কোল্ড ড্রিঙ্ক বট্টলদু পুথোক্লুনা মদুদা য়াওবা

মহীদু থকমিম্নে । অশোকনা মরক থংলদুনা ভাই সাহেপতা মসি লাল্লক্তবগী মরমদি অদোম ইথম্নতা ঙাইবা অমদি ঈরনাকুলমদগী করম্না চংকদগে খণ্ডবদুনন্নি ম্নারৌবীগনু হায়দুনা মখোয় মখা চখ্নরি । "ঐ মদু তৌজদবা অশেংবনি অদোম অনীমক নুংঙাইনা মহাও থংনা হোৎনবীয়ু হায়দুনা চাক চামিন্নরে । সমুদ্রগী ঙাশিংদু পীকচরবসু মহাও লৈ । চাক তোক্লগা চাকশেলদি ঐ পীজরগে হায়বদা মাগী মরমদা লাক্লগা ঐবু করিগী শেল তিংহনগনি, মা পীরগে হায়দুনা য়াদদুনা লৌ হায়বা য়াদ্রে । মানা হাউবরা চাবা য়াবরা হংই । ঐনা হাউই হায়দুনা খুম্মী । তশেংবনি কয়াদি হাউরে, পুকচেল শেংনা পীজবা ইয়াম্বা শকপদুগী লমদমদুগী লৈহাওদা



সুনিলকুমার, খোংচংতুদা থেংনবা অঙাং অমা, অশোকন অমদি অইবা

ফংবা চীঙাকশিংদু লমশাং লাকপগী অন্নাবা কোকপ্রে, পাঙ্গল লিশিং হাপ্লক্লে । ইয়াম্বসিগা চংমিন্নদনা কনাগা অমুক লম্বী পুল্লুগনি, শেল তিংনিংবা ত্তিংসনু খল্লক্তুনা মহাক্লা লম্মখাঙদা লৈহৌরবসু মহাক্লা তোংবা গাড়ীদা টেক্সি ওইরবসু বস ওইরবসু চংলগনি হায়রে । মাসু হরাওরে । ইয়াম্বগী লমদমদুদা ঐঙোন্দা ফাওরম্বা চবাঙনবা নুংনাংবা পুম্নমক কোকপ্নে । ঐনা য়ুমগী অহল ওইরুবা পাবগী হেক মথংদা ইমুংগী পোৎলুম পুম্নমক থোঙ্গৎতুনা লাকপনা মীগী ময়াম্বা মীগী মচে উরগা কল্লকচখিবনি । ঙসি পুং খরাগী মতুংদা কায়নরগদবা ইয়াম্বা অমগা লোয়নজবা ফংলুবা পুক্লিংসে কয়াদা মকা লাম্লিবা, কয়াদা নুংঙাইবা পোক্লিবা, করম্না ফোঙদোক্কনি ।

মীথু করম্মা করম্বা মতমদা মতেং শাংগদগে হায়বদু মণ্ডোম্দগী ঐনা তমজহৌরে । মাগ্গা লোয়ননা চৎজসি, ত্রিভান্দ্রম মেদিকেল কোলেজদা থুংলগে হায়খিবদগী ঐনা তিরুভন্তপুরমদা থুংলুনবা থৌরাং খুদিং মহাক্না তৌবীম্রে । হায়বা ইনবা অঙাং অমগুম মহাকনা হায়বা খুদিং ঐনা তৌনবা তুমিন্না ফমদুনা ঙাইদুনা লৈরে । অফবা ইয়াম্বা অমা লৈজবগী নুংঙাইজবদো মসিনিদনা । বস টর্মিনসতা হেক থুংবগা মহাক অমদি মাগী মরুপ খরদুনা মানা শীন্দোকুনা বসকী পাউ খুদিং লৌরুরগা ঐখোয় বস অমদা চেনকা কাখৎলে অমদি ঐবু ড্রাইভর মনীংগী অনীশুবা ফম্ফমদুদা ফমহন্দুনা ঐবু শক্তাকুনা ঐনা কুমহৌগদবা মফমদা থম্লম্লবা মখোয়গী মরোলদা হ্বারী শানরি । নেশনেল হায়বে ৪৭ দা ঐখোয় থৌরি । হ্বাকচিংগী অহিংদবু অসুক ঙলাংবা ! য়ুমদদি লুম লুম লাউবা কৈজুপ মনুংদা নুংঙাইনা তুমখুন তাম্লমগনি । বসকী থোঙনাওদগী হুমজিল্লকপা, কেরলাগী অঈংবা নুংশিংনা ঐবু শুশ্নীরি । মীকপ থোক্লকপা খুদিংগী ইয়াম্বগী মায়কৈ হেক হেক য়েংলুই । লম্মখাঙদা লৈবা বস টর্মিনস অমদা থক চাদুনা হকচাং ঙাইহাক তেকখৎহল্লি মদুদসু শেল পীগে য়াদ্রে, ঐ তৌফম খঙদ্রে । ইয়াম্বা অশোকন নঙগী মীচঙ মীথোকসিমদি অঙকপনি, ঐনা পুক্সিসিদা কাউবা ঙম্লরোই । নঙবু নীংশিংদুনা ইবথকসিনদি ঐ শেলবা ঙমদে, ঐগী ঈরমদমদা অমুক্তং লাকহন্নীংই, ঐগী নাক্তা থুংহন্নীংই । ইয়াম্বা ওইনা লেন্নজনিংই নঙবু । য়ুম থাদোক্লকপা নুমিৎ মঙানি শুবগী অয়ুক পুং ৬ তা তিরুভন্তপুরমদা থুংলে । মফমদুদা ইয়াম্বগী ইয়াম্বা ঙাক্তা ঙায়রম্লে ।

ইয়াম্বগী মনাক্তা লৈবগী নুংঙাইজবদো হংলুবা থিরুবা খুদিংদা থেংনরে। নুমিৎ হুম্নিগী লৈফম কা অমা থিদবা য়াদে, ত্রিভান্দম মেদিকেল কলেজনা তম্বা অঙাং অমদা য়ুমদগী পীরকপা মাগী পোৎচৈশিংদু পীরম্লগা ঐগী সুইট কেসতুসু থমজিল্লম্লগা লৈফম অমা য়েংনবা থোরক্লে । লাকথোক্তনা লাকপনে নিশাদা লায়চুরবা অনাবা কয়াগা অয়াম্বা মতমদা লোয়নদুনা লৈবনে মতম খরাদি কেরলাগী ঈশিং নুংশিৎ য়ৈহন্দুনা পোথাগে খনবদো নুমিৎ হুম্নি সিদি মাঙহল্লরোই কনফরেন্স হৌথ্রবদি চখোকপা করিমত্তা ফংলোইদেরিবনি, কনফরেন্সকী থীমদুদা উংনুনা নৈথ্রগদবনি ।

থুংবা নুমিত্তুদি ত্রিভান্দম মেদিকেল কলেজগী কেম্পাস অমদি কেরলনা

মেদিকেল দাইরেক্টরেটতা মেদিকেল এদ্যুকেশনগী ঐনা খণ্ডনীংবা খরা, অমুসকী মরু ওইনা হোমিওপেঠিক সিষ্টেম ওভ মেদিসিনগী হোস্পিটল অমদি কলেজশিংগী খণ্ডনীংবা খরা হংলুই । অদুবু ইষ্টফোর্টতা লৈবা গনপতি লাইশঙ মনাক্তা লৈবা হোমিওপেঠিক দাইরেক্টরেটতা পাউ খুদিংমক খণ্ডবীগনি হায়দুনা থোরক্লে । হোস্পিটল কেম্পসতুদা থেংলিবা দিএদিক্সন সেন্টরগী সাইন বোর্দতুনা ঐগী পুক্লিং চিংশিনবগুম তৌই অদুবু মতমদু খজিক্তং খুয়ৌনবনা চঙলমদ্রে । মেদিকেল কলেজ মনাক্তা লৈরিবা অনা লায়েংগা মরী লৈননা য়োল্লিবা খুৎলায়শিংদুগী মরক্তা দি এন সি সেট অমা লৈনিংবদগী হংলুববু থিবা খণ্দ্রে । মখোয়না মফম অমখক তাক্লকপদগী নোংঙাল্লগা চৎলগে লমশাং লাকপগীসু ব্রাবা খরা ফনবা পোত্থারগে খন্দুনা ঐগী লৈফমদা চঙলে । তাক্লকপা মফমদু লোদজগী রিসেপশন্দুদা খণ্ডোক্লবা হংলগা কা তম্না চাক থাগৎলক্লবা হায়রম্লগা চঙলে ।

ত্রিভান্দম রেলবে ষ্টেশন তম্না হাইগংলগা তিরুভন্তপুরমদগী ঈরনাকুলম ফাওবগী চঙবা মতম, শেল পুং কয়াদা চৎপা হায়বনচিংবা অকুপ্পা পাউ লৌবা, দি এন সি সেট অমা লৈবা অমদি য়েংবা য়াবা খরা য়েংবা ঙসিগী ঐগী থৌরম পরেংনি । কেরলা ট্রাফিক পুলিসনা মীনৌশিং অমদি অশোন অনা অহল ওইরবশিংদা লমজিং লমতাকপীবা, পাংবীবা মতেং কয়াশিং অমদি তেক্স তোনবা লান্না তৌবশিং রিসিপ্টবুক পায়দুনা চুমথোকপনচিংবশিংদু কাউবা ঙন্নরোই অদুবুদি ইয়াম্বগী লমদমনি হায়দুনা খঞ্জপ্রবনি অকিবা চিংনবা অমত্তা য়াওদে মফমদুদা মীবু খংহনবা লেমজবা মতৌশিংদু তমজনিংলুবনি । ত্রিভান্দ্রম সেন্ট্রেলগী মায়োক্লবদা লৈবা বস টর্মিনসতুদা করম করম্বা লমদা চৎনবা বস লৈবগে খণ্ডনীংদুনা হংবা চৎলে, কেরলাগী তোঙান তোঙানবা দিষ্ট্রিক্টশিং অমদি অতৈ ষ্টেট য়ৌবা বস খুদিংমক ফংলম্লে । ঈরনাকুলম চৎপগী বস মতম শেল্লনচিংবা খণ্ডোক্লে । মতুংদদি কৈন্যাকুমারি বসকী মরমদা খণ্ডনীংলুরে । হংলুরবা তুংদদি মিনিট মঙাগী মনুংদা বস চৎলগনি হায়দুনা ময়াম কাখৎনবদু খুৎ থিন্দুনা তাক্লি । বসতু উবদগী কৈন্যাকুমারি চৎনীংঙকপনা বসতা অদুম কাখৎলে, ঐঙোন্দা য়াওরিবা হায়ববু কেমেরা অমা, নোট বুক অমা কলম অমা অমদি মনিবেগনি । খল্লি ইথমতা চৎপসিসু নুংঙাইবা লৈবনিদা । ফিমু শেৎপা কাঙবুশিংদু বসতসু অদুম থেংনরি । মখোয়সিবু

কমদৌবনো কোইলাং খরা চোম্বা, শম খরা ফাবা, চপল তোংদবা নত্তনা মোবাইল ফোন্নচিংবা পায়দুনা যুমগা পাউ মথং মথং ফাওনৈ । মীয়ায় চল্লবা অহলদগীনা চহী ৭/৮ গী অঙাংশিং ফাওবা ফিমু শেত্তুনা চৎলিবসিনদি মখোয়গীসি ইরমদমগী কৌব্রু কাবা নোংমাইচিং খল্লোং খুরুম্বগুম্বা ওইরমগনি খল্লক্লে । মীৎ উইশিন্দুনা তুমিন্না ঙাইহাক পোত্থারে ।

কেরলাদা মরিনিশুবগী অয়ুক্তো লৈরিবা লোদজদুদগী থোক্লগা ফিঙ্গোদেপনা শীন লাওবা লোদজদা হোংজিন্নবা ফোন তৌদুনা হংবদা কনফরেন্সকীদমক ময়াম থুংনবা হৌরক্লে, রেলৱে ষ্টেশনদা রিসেপসন কাওন্টব অমা হাংদুনা লৈরে,মদুদা লাকপীরবসু য়ারে নৎত্রগা মারিয়া রানী সেন্টব গানধিপুরম, শ্রীকাবিয়মদা লাকপীরবসু য়ারে হায়রকই । লোদজগা রিসেপশনদা কুমথদুনা হংবদদি শ্রীকারিয়ম খঙলবসু মারিয়াবানী সেন্টরদি খঙবা ৱাংলি অদুনা ইশোয়মক শোয়দবা বেলৱে ষ্টেশনদা চৎলগে হায়দুনা টেক্সি অমা লৌদুনা কাখৎলে । তিরুভন্তপুরমদা ঐনা নুমিৎ খবানি লৈবদু বিক্লো উরক্তে, বিক্লো চৎনদমাল্লে । বেলৱে ষ্টেশনগী ইনক্বাবি কাউন্টরদা হংবদা থিবা খঙদে, প্লেট ফোর্মদা লৈবা পুলিসশিংদুসু খঙবা যাওরমদে, পুলিসতুগা ৱাবী শাবদুদা ঐসে মীনৌ ওইবা শক তোঙানবদুদা কর্নাতকাদগী লাকপা ফাদব থোমাসনা ঐগী ইতেং পাংবীদুনা হংলে । অখঙবা য়াওরমদবদগী কনটেক্ট নম্বব পীদুনা মখোয়গী মবোলদা ৱারী শাবীবে । অদুগা মফমদুদা মাগী পোৎলুমদুগা কোয়থাং থাংদুনা থিমিন্নবে । ইবায হেক লায়না ওভব ব্রিদজ মখাদা বেন্নর অমদা থেৎতুনা লৈরম্লে । মানা ঐগী রেজিষ্ট্রেশন লোইবা ফাওবা ঙাইবীদুনা লৈবে । ময়াম থেংনবখিন্না য়ারনি অদোম্মু থাগৎচরি হায়দুনা খুৎ শোক্লবে । কনফরেন্স নুংঙাইনা শরুক য়াবীহৌবো, পাউ ফাওনসি ঐসু মতম খরা লৈখিনি হায়দুনা মাগী লৈফম ফোন নম্বর পীবল্লগা হাথু হাথু চৎখ্রে । পুক্নিংদা খলহৌই মখোয়গী লমসিবু করিনোলে মীবু মতম চুপ্পদা মতেং পাংনবা হোৎনদুনতা লৈবসিবু, মসিনা ওইবা তাই ভারত্তা কেরলানা লাইরিক মযেক চৎপগী চাং খ্বাইদগী ৱাংলিবসি, লাইরিক ময়েক চৎপগী চাং খ্বাইদগী ৱাংবতা নভনা লাইগুসু খঙবা মিয়াম্না লৈবা লমদম নঙবুনি ঐনা তোয়না ইয়াম্বগী লমদম হায়রিবসি, ঐনা মফম অমত্তং হংজরুবদা মফমদু তান্না থিনবীরম্বা, ঐখোয়না

পোৎলুম পুবা উবদা কিমি: ২/৩ গী মথক্তা চহী য়াম্লবা ইপাগুম্লবা অহলদুনা চৎখ্রগা টেক্সি ফাদুনা ইনাক তম্মা থিনজিনবীরকপা অপীক অপীকপা মৌদোক্তি ওইরগা ঐখোয়গী থম্মোয়দদি অচৌবা পুকচেল অমগা লোয়ননা মীওইবগী থোৎলবা খুত্থুনা নুংশি নুংশিনা শোকপীরম্বা যৌদোক কয়া কয়া থেংনখি ঐগী কেরলাগী খোঙচৎ মনুংদা।

কেন্টরগুম্বা বস মচা অমদা ভারতকী মফম কয়াদগী থুংলবা দেলিগেটশিং ঐখোয়গী লৈফম তাম্না থিনবীরে। রেলবে ষ্টেশনদগী ইরাপ লাপতনা ঐখোয় জুবলি মেমোরিএল এনিমেসন সেন্টর, বিসোপস হাওস কম্পাওন্দ, ভেলায়াম্বলমদা থুংলে। ঐগা নেহরু যুব কেন্দ্র সোলাপুর, মহারাষ্ট্রানা চলাইবা এন বাই কে দি এডিক্সন সেন্টরগী প্রোজেক্ট দাইরেক্টর অনিল হিঙ্গেগা কা পুল্লে। ঐখোয় অনিমক বেজিষ্ট্রেশন তৌরম্লগা কাগী শো পুদুনা কাখৎলক্লে। মমাঙগী কোলকটাগী ইষ্টর্ন গ্রেট হোটেলদৌনা নুংঙাইবদি ওইদে। অনিল হিঙ্গেগা পুল্লকপা অতে মহারাষ্ট্রাগী সচেটন, রাজেন্দ্রা ঐখোয়গী কাদা লাক্লুনা মখোয় সমুদ্রা অমুক্তা উদ্রি চৎসি হায়দুনা ঐঙোন্দা তক্লরে। চাক চাথোক্লগা চৎসি, ঐনা কেরলাদা নুমিৎ খরনি হানবনিনা নখোয়গী হোষ্ট ওইবা তারে কোভালমদা চৎসি হায়দুনা নোকমিন্নে। ঐখোয়না লৈরিবা মফমসিদগী পঙলাপ লাপ্পা নত্তে, ইষ্ট ফোর্টতা চৎলগা মদুদগী কোভলম য়ৌবা গাড়ী অমুক ফাগদবনি, মদু চৎত্রিঙৈদা জুগা ম্যুজিয়মগা চঙখিসি হায়দুনা হাথু হাথু চাক চাথোক্লে, অনিলদি ব্রারে হায়দুনা লৈহৌরে। জুহু বিচ, কৈন্যাকুমারিনচিংবা চৎলুরে অদুবু কোভালমগী ইথকশিং য়াম্না ঙাওই,[**] অদুগা কোভালমদা লাক্লিবা লম কোয়বশিং অদুগা জুহুদা, কৈন্যাকুমারিদা লৈহৌবশিং অদুগসু অদুক্কী মতীক খেন্নে।

কনফরেন্স হৌবা নুমিত্তুদি মারিয়া রানী সেন্টরদা ওইনা অয়ুক্কী চরা ব্রানগনি অমদি দেলিগেটশিং রেজিষ্ট্রেশন তৌবগা লোয়ননা কনফরেন্স কিট লৌগদবা মরম্না অয়ুক পুং ৬ তগী ঐখোয়গী লৈফম ভেলায়াম্বলমদগী কনফরেন্স হোল তম্না খোঙশানবা হৌগনি হায়দুনা পাউ পীরকপদগী অয়ুক অঙনবদগী মখাদা থারিবা গাড়ীশিংদুদা কাখৎনদুনা কনফরেন্স হোল তম্না চৎনবা হৌরে। পুংখায় অমা খরা কম্তক থৌরবা মতুংদা মারিয়া রানী সেন্টর য়ৌরে। মফমদুদা দ্রগ অমদি ঐচ আই



কোভালমগী লৈঙোয় মথক্তা পোখারি

ভি গী হীরমদা থবক তৌরিবা শক্লাইববা মীওই কয়া লৈরম্লে, মনিপুরদগী লাকপা অতোপ্পা মীওই খবসু কনফবেন্স হোলদুগা লোযননা লৈবা মীথুংশঙনুদা লৈ হায়দুনা থেংনরে। ময়াম কৌনবা, নৌনা শকখঙ মায়খঙনবা, খুৎ শোক্লবা অদুগা কমদৌবি, কৈদৌঙৈ থুংলৈ হংনবনা মফমদু ঙাইহাক্তি পূমনিল নিল্লি। ইহান হান্না য়ুবি অশংবা অমমম ষ্ট্রোগা লোয়ননা পীদুনা ময়াম্সু পূক ঈংহল্লবা মতুংদা লাউদ স্পীকব শীজিন্নদুনা ময়াম মাগী মাগী রিজনেল চেম্বরশিংদা বেজিষ্ট্রেশন তৌবীনবা অমদি কনফরেন্স কিট লৌবীরগা চবা ব্রানফমলোমদা লেঙশিনবীরক্লবা লাউথোরক্লে। কিটতুগী মনুংদা কেরলাদা শাজবা মপান অশঙবনা চেনবা ফদি অঙৌবা মচা অমা সাপোন অমা অমদি অতে অতে চে চাং খরা য়াওরম্মী, ফদি অমদি সাপোন হাপ্লম্বা ঐঙোন্দদি অনৌবা ওইনা থোকই, অতে শরুক য়াখিবা কনফরেন্সশিংদা উরক্তে, অফবা চৎনবীনি। চবা ব্রানবা হায়জবগী ব্রানি শীজিন্নবা চানবা পোৎলমশিং অয়ুক্কী চরা ওইরবসু যারবনি। পঞ্জাবতগী লাকপা সাইক্রিয়াটিষ্ট দোক্টর ঐচ এস বেদি (প্রোজেক্ট ডাইরেক্টর, মেদিক্যার চেরিটেবল ট্রষ্ট, ধরিবাল) ঐগা লাকমিন্নবদসু বসতা পুল্লকপনি। চাকম কাদুদসু থংনবা অমুক লেপমিন্নরে ঐখোয় অনী চরা ব্রান্না ব্রান্না ঐগী ঐগী ষ্টেটতা কল্লম করম্বা নিশাদা লায়চুবগে মখোয়গী

লায়েং পথাপনা কমদৌনা চত্থরি হায়দুনা ৱারী শান্নে । চহীদা ঐঙোন্দগী অহল ওইজরবু মাগা ফম মাল্লবদুনরা খঙদে মাগী লেঙ্গাগুম য়াম্না খঙনীংনা ঐনা ঙাঙবদু তারম্মী, মনিপুরদা ময়ায় কাবা নিশা নম্বর ফোর মরাঙ কায়না ফংলিবসি কদায়দগীনো মানা হংই ।

গোল্ডন ট্রেঙ্গল নক্লবা, ঙমখৈ লমদম ওইরুবা, নিংতম লালহৌ লৈবা অমদি অতোপ্পা কয়া ৱারী শানৈ । ঙাকশেলগী চেকশিন থৌরাং কুংগ্রবা ঙমখৈ লমদমসিদা করম্না অসুক মরাং কায়না ফংলিবনো হায়বসি হংফম থোকই, তৌবা ঙম্বা, অঙম অথৌশিং, অচৌ অশাংশিংনা মপুকচেল শেংনা হোৎনবীরবদি ময়ায় কাবা নিশা পুশিল্লকপা থিংবদা অচৌবা মতেং ওইগনি হায়বা ঐগী ৱাখল্লোন অদু মহাকসু য়ানিংই মরমদি মাগী পঞ্জাবসু ঙমখৈ লমদমনিনা পঞ্জাবতা ফংলিবা ময়ায় কাবা নিশাশিং কনানা পুশিল্লকপনো হায়দুনা অচৌ অশাংশিংদা কন্না হংনিংবা পোকই হায়দুনা ফোঙদোকই ।

মনিপুরদা ময়ায় কাবা নিশাদা লায়চুবগী চাং অমদি মদুগী মহয় ওইনা য়াম্না খুদোংথীনিংঙাই ওইবা মওং অমদা লৈরে । মদুদি ভারতকী দ্রগ অমদি ঐচ আই ভি হায়রগা ঐদি মনিপুররা হায়দুনা খল্লক্লে, কন্ট্রি শীনবা থুংনা মনিপুরদা য়েংলবরা খঞ্জরি, হীরমসিদা মনিপুরগী ৱা কানবা য়ারক্লে । খুন্নাইসিগী খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা চহী মতাং চহী ১৫ দগী ৪৫ ফাওবগী মনুংদা লৈবিবা মহৈ মশিং তমগদবা, শু নোমগদবা, ইমুং পুগদবা য়ুম্বুরেল কয়াদি দ্রগ অমদি ঐচ আই ভিগী খয়াৎনুংদা তাদুনা লৈরে । কপ্পাক কুরু কারবা অহলশিং ওইরবদি শিবা ঙাইবা ওইনা মানা মানা পামজবা ময়ায় কাবা নিশাশিং অদু খরা খরা পীদুনা লেলহল্লসি, শিবা ঙাইহল্লসি হায়রবসু য়াদা, নুপা ঙাক্তা শীজিন্নবগী মহুত্তা মীওইবা খুন্নাইবু নাওপুগদবী মখোয় মখোয়গী লোয়নবীশিং অমদি অতৈ নৌজরিবী চনুরা কয়াশিংসু লায়চৎসিগী খয়াৎনুংদা তারি । অতৈ লমদমশিংদা শীজিন্নবিবা দ্রগ মখলশিং অসিগা মনিপুরদা শীজিন্নরিবা দ্রগ মখলশিং অসিগসু খেন্নরি । হেরোইন নম্বর ফোর হায়বসি মনিপুরদা অসুক্কী মতিক মরাঙ কায়না ফংই, নিশা কুইনা শীজিন্নরক্লবা মদুদা লায়চুরবা মীওইশিংদদি নম্বর ফোর মরাঙ কায়না ফংবা লমসিদা অতৈ করিনা অমুক মহুৎ শিন্নীংগনি ?

ময়ায় কাবা নিশাশিং অদু শিংলিদা কাপশিন্দুনা অমদি কাপমিন্নদুনা ঐচ আই ভি অমদি হেপাটাইটিসনচিংবা লায়নাশিং শন্দোরকপগী খুদোংথীনিংঙাই ওইবশিং অদু চাং য়াম্না ৱাংলি । ঐখোয়না শাখিবা ৱারীশিং অদুগা য়াম্না চান্ননা মিষ্টর গেরিলুইজ, রিপ্রজেন্টেটিভ, য়ুনাইটেদ নেশন্স ওফিস ওন দ্রগস এন্দ ক্রাইম (য়ু এন ও দি সি) সাওথ ইষ্ট এসিয়ানা স্লাইদ কাপ্তুনা, হেন্দ আউট য়েন্থোক্তুনা ঐচ আই ভি এইদসকী লায়চৎসিগা দ্রগ শীজিন্নবগা লৈনবা মরীশিং শন্দোক্লা ঙাখ




. মিষ্টর গেরিলুইজ, রিপ্রজেন্টেটিভ, য়ুনাইটেদ নেশন্স ওফিস ওন দ্রগ্স এন্দ ক্রাইম (য়ু এন ও দি সি) না য়েন্থোরকপা হেন্দআউট

ৱাহং পাউহং খরা হংনবা, অৱায় অখুম খরা তৌনবা, য়ু এন ও দি সি গী দ্রগকা মরি লৈননা পায়খৎপা অতৈ থৌরম খরা খঙমিন্নবা অমদি পঞ্জাবতগী লেঙলকপা দেলিগেটশিংনা মখোয়গী লমদা থেংনবা নিশা শীজিন্নবগী থৌদোক ৱাথোকশিং অমদি মখোয়বু লায়েংদুনা খুন্দা লৈতাহনবগী দোক্যুমেন্টরি অমা য়েংমিন্নরগা হৌনবী মতুং ইন্না ফিঙ্গোদেপকী মঙাশুবা নেশনেল কনফরেন্স হৌদোকপগী থৌরম কেরলাগী চীফ মিনিষ্টর ওমেন চান্দিনা মিনিষ্টর ওফ সোসিএল জষ্টিস এন্দ ইন্পৱারমেন্ট, গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়াগী ওফিসিএলশিং, য়ু এন ও

দি সি গী মীহুৎ, সোসিএল ৱেলফিয়র দিপার্টমেন্ট কেরলা গভর্নমেন্ট, ফিঙ্গোদেশকী ওফিসিএলশিং অমদি অতে মীহুৎ কয়াগী মমাঙদা মৈরা চুখৎতুনা লাউথোকপগা লোয়নবা অথোইবা লেঙবীরকপা কয়াশিং অদুগী মাহে খরগা লোয়নবা অয়ূকী সেসন লোইশিল্লে অমদি অয়ূকী চাক্লেনগীদমক চাক চাফল্লোমদা লেঙশিনবীরক্লবা লাউথোরক্লে। চাক চারিঙৈ মনুংদদসু চীফ মিনিষ্টরনা ময়ামগী চাক্লেন অমা লাওজগনি হায়দুনা লাউথোরক্লে। অসুম্না কেরলাগী কনফরেন্স মনুংদা মী ৫০০/ ৬০০ কী মথক্তা তিনবা দেলিগেট অমদি শীন লাওলিবশিংদুগী চাক্লেন, চরা মানবনচিংবা ওমজ ওমজবা অমমম লাওবীদুনা মখোয়গী থবক থৌরমশিংদা অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা কয়াদা নীংথিজনা পাওথোকখিবা। কেরলাগী চেঙ মখল অমদগী থোংবা চাক অচৌবদু, মদুমত্তংদি নীংশিংদুনা অসুম লৈহৌরে।

নিশাদা লায়চুরবশিংগী লায়েংফমদা লায়েং পখ্বাপকী শরুক ওইরিবা হীরমশিং অদুগী মরক্তা কান্নবা লৈ খঙলবা হীরম খরা নৌহৌননা নৈনবা, নিশাদা লায়চুবা থিংবা অমদি লায়েংবদা চৎমিন্নবা য়াগদবা অনৌবা থৌরম খরাগী মরমদা নৈনবা অমদি মদু ষ্টেটশিংদা চলাইনবগী মাফম মীয়াম মমাংদা উথোক্তুনা খঙহনবনা নুমিত্তুগী কনফরেন্সকী মপূং ওইবা মশক্নি। নীনি চনবা নুমিৎতো কনফরেন্স লোইরগা সনমুখম বিচতা কনফরেন্স শরুক য়ারিবা মীপুম খুদিং চৎতুনা য়েংহনবা অমদি মফমদুদা নুমিদাংগী চাক্লেন লৌরগা মাগী মাগী লৈফমদা হন্নবা শীন লাওলিবা কাওবুনা লৈফম লৈফমগী মতুং ইন্না তোংনবা বসশিং মখোয়গী কোদ নম্বর অমদি মফমদু মীয়াম তিনবা, লম কোয়বশিংগী কোয়ফম ওইবনিনা তৌগদবা, তৌরোইদবশিং অমদি উনফম, চাক চাফম্নচিংবা, পুংফম অদু নীংথিজনা লাউথোক্লবা মতুংদা ঐখোয়গী বসতা কাখৎলে। বেঙ্গলদগী লাকপা অহল খরগা ঐখোয়গা পুল্লি, ঈশৈ শক্তুনা লাওদুনা চৎলি মখোয়গী খুনুং ঈশৈ শকুনা ঐখোয়বু তাহল্লি ঐসু ঐখোয়গী খুনুং ঈশৈ অমা পাৎপান্দা চিংহি শম্বাল লাংলিবশিংগী মরক্তা পাখঙ খরনা য়াওজগে, মীনা উথ্রগা নিংঙোলশিংদুগী অয়েৎপা ওইগদ্রা হংবা অমা শকুনা তাহল্লি। ময়াম খুবাক প্রোক প্রোক খুদুনা পুল্লাং লাওই। খনাও নাল্লুবগী নত্তে থাজদনা শক্তোক্লকপগীনি। মেদিকেল কলেজ মমাঙদা চৎপা লম্বী ওইবনিনা লম্মীৎ তুমিৎতো ঐঙোন্দদি নৌনা থোক্লে। তিরুভন্তপুরম ইন্টরনেশনেল

এয়রপোর্টকা থংননা লৈবা লৈঙোইগী সমুদ্র খোঙবান্দুদা মীয়াম্মা নুমিৎ তাবা য়েংবগীদমক লাক্লরম্মী। বিচকী মায়োক্লবদা লৈরিবা মীয়ামগী ফম্ফমদুদা লোংনা খিল্লিবা ফি থোংদবা ঙক থেক্তোকপা থবাক ঙম্বী ফজবী চনুরা অমগী অচৌবা অশাবা মুর্ত্তিদুনা লম কোয়বশিংগী পুক্নিং মীৎয়েং চিংশিল্লি, ঐগা দোক্তব সুরজিৎকসু ঙাইহাক ফমদুনা ৱারী শান্নরুই মাবু য়েংনা য়েংনা। মেন্মী, লোইদাং, ওজিৎ, শর্ম্ম, বিরেন খোঙউপ লৌথোক্লুনা হাজিল্লকপা, ঈশিং মরক্তুদা চৎতুনা শান্নরি, ফোটো খবা নম্বা সমুদ্রা খোঙবান্দুদা চৎনা চৎনা অফককপা লৈচিল মরক্তা নুমিৎনা ঈরোল-নুংদা লুপখিবদু য়েংলুই। নুমিৎ তাখিবগা ঈথক হৌরম্বা সনমুখমগী ঈথৎশিং অমম্বগুম উখ্রি অদুবু ঈরাওখোলদি অদুম্মক তারি। ঐখোয়সু নোংমা অসুম্না লুপখিনি, তাইবং ঈপাকসিদা অদুবু ঐনা ঐনা তৌজবম্বা অফবা নৎত্রগা ফত্তবগী মমিদুদি ঈবাওখোলনা লৈহৌবগুম লৈহৌগনি। ঐখোয়বু লমজিংলকপা কেরলা মচাদুদা ঐনা সনমুখম কৌরিবা করিগীনো হংলুই। মহাক য়াম্না মুন্না খঙলমদে, মমায় তরা লোঙবা হিন্দুগী লাই অমা লৈ, মাগী মমিং লৌদুনা থোনবনি হায়নৈ হিন্দুগী অহল অমদা হংলবদি হেক্তা খঙগনি। ঐদি খৃষ্টান ওইরুবনিনা মুন্না খঙদ্রে হায়রে। নুমিৎ খরনিখক লৈরগা লম অমগী মরমদা ইবা ঐগী ইতিক নৎচদে ঐনা পাউদমজরিবদি

সনমুখমগী ঈপাক্তা তারক্লিবা নুমিৎ

মফমদুগী মীয়াম্না হায়রকপা তম্লকপা, তারকপা অমদি থেংনজরুবা খরদুনি ।

চৎপা ব্রারদুনা ডা: সুরজিৎ, লোইদাং ঐখোয় অহুমদি ফমহৌরগে, হোরেল চাক চাফমদা উনরসি হায়দুনা য়ুবি মহী অমমম থক্লুনা লৈহৌরে। ঐখোয়না থবক তৌরিবা মফমগী নুংঙাইবা অমদি নুংঙাইতবশিং ব্রাবী শাদুনা লৈহৌরে । সমুদ্রগী লৈঙোয় মথক্তা চাক চাবা ঐগী পুক্সিদদি নুমিত্তুনা অহানবনি, চাক চারিঙৈ ঙাইহাক্তুদি সমুদ্রা খোঙবান্দু ফিঙ্গোদেপকী মেম্বর ঙাক্তা ঙাইখ্রে.কেরলা পুলিসনা ঐখোয়বু মতেং পাংবীখি । লৈঙোয় মথক্তুদা পুক্লিংসে কয়াদা ব্রাই শংলবা। লোইদাংগা মেম্মীগনা ঐবু মখোযগা হনমিন্নখ্রসি হায়দুনা কন্না তক্লি অদুবু ইনাওনুপাগী হীদাক লাংথক্কী মীওই খরা উননিংবা অদুগীসু মথক্তা ঐগী টিকেট কেন্সেল তৌবগা মীগী মমীংদসু চৎনীংদবনা অহিং খল্লকখিগে হায়রগা নুমিদাংদুদা ঐখোয়গী হনবগী মতম ওইরক্লুনা ঐখোয়গী বসতা কাখৎলক্লে, ডা সুরজিৎনদি বস মনুংদসু মখোয অনীগা হনমিন্নখিনবা কন্না তক্লি । ঐ অশেংবা হায়বা ঙমদ্রি ।

লাক্কদবা চহী অনীগী ফিঙ্গোদেপকী থৌ পুনবা মীওইশিং খনবগা লোয়ননা মথং তরুকশুবা কনফরেন্সতি পঞ্জাবতা পাঙথোকপা হায়না য়ানবগা লোয়ননা চাক্লেন অমা চামিন্নবগা নুমিৎ হুম্নি চত্থরকপা মঙাশুবা ফিঙ্গোদেপকী কনফরেন্স লোইশিল্লে । অনৌ অনৌবা নিশাদা লায়চুরবশিংবু লাযেংনবগী লৌশিং কয়া অমা কোক্তা হানজিন্দুনা ঙসিদগীদি ময়ামশিং অমুক লাম্ছেংনবা চৎখিবা লান্মীগুম মায়কৈ ফাংনা চৎনখ্রগনি । কোলকটা কনফরেন্সতা খঙনখিবা তামিল নাদুগী ভেলোর দিষ্ট্রিক্টকী ডা. জি. ভেনকটাত্রিনা মাগা লোয়ননা হনমিন্নখ্রসি, মাগী অনৌবা লেবোরেটরি কলেজ য়েংলুসি, কাটপরি তম্না অমুক থিন্দোকপীবক্লে ঐগী টিকেটতুনা অদুম য়াগনি হায়দুনা কন্না হেক তক্লরে। লৈবাক মচা তাববা অহলদুনা হায়বদু লৈথোক্লীংদবনি অদুবু কবি উপাইদি লৈবি । সোমদসু মীতৈ নিংঙোল অর্নাদুনা চৎমিন্নখ্রসি হায়দুনা হৌবসু লেপত্রি । ঐ তশেংনা হন্নীংদ্রি মখোয়গা হনমিন্নবা য়াদ্রি, ঐগী ইহুত্তা মনিপুবদগী অমগা হনমিন্নখিনবা ঐবু হঙ্গোইনা নুংশিনা লোয়নবা নোবেন কৌবা ইনাও অমদা শিন্নরে । হাযবা ঙমদ্রবসু খবদি ব্রারৌবা মাল্লি । মখোয়গী কাদগী পোৎ চৈ লৌথোক্লুরো বেলরে ষ্টেসন ফাওবা থিন্দোকপীরগে করি করিনো লৈখিনি হায়বদুসু য়েংমিন্নরুবসি হায়দুনা থেমদুনা থাজিনখ্রে।

রেলৱে ষ্টেশনগী ক্লোক কমদা পোং চৈ থনল্লগা পোং লৈনবা ওটো অনীদা লাকমিন্নবে । সিটি মনুংদি নোং তাবগা, ব্রাগা ব্রাবনে নুংঙাইফম খঙদে, পোং লৈনি হায়দুনা লাকমিন্নবগা উনসি হায়বা মফমদুদসু উনদ্রে । কোয়চেন চেন্দুনা অমুক থিরে । অরোয়বা ওইনা পদ্মানবা স্বামী লাইশঙদা য়েংলুগে হায়না চঙবদা থেংনবে । অনন্তাসায়ানম কৌবা ইবুংঙো বিষ্ণুগী অনন্তদা ঙাথদুনা লৈবগী নীংথিরবা শাথেক লাংলিবা লাইশঙসি হিন্দুশিংতনা চঙবা য়াবা লাইশংনি, নুপানা ফৈজোম নুপীনা শারী শেংলগা খুকমহনবা ফিজোল খায়দুনা থম্বা লাইশঙনি, তিরুভন্তপুরম হায়রিবসিমক লাইশঙসিদা লাংলিবা লাইশিগী মমিং লৌদুনা থোনখিবনি । মফমদুদগী ফিবোল খরা লৈরগা নোংমাইজিং নুমিৎ ওইবনিনা দুকানসু থোঙ ইহাং হাংনদে, মেম্মীনা পামজবা খরা লৈরগা মখোয় থাদোকপ্রে। ডাঃ সুবজিৎনা কোভালম য়েংনীংই হাযবদগী ঐখোয় অনীনা কোভালমদা চৎলে। নোংনা নোং মংবনে, নুমিৎসু তাশিল্লকপনে কোভালমগী মহাও ইয়াও য়াওরমদে, ডাঃ সুরজিৎতি কবি ফাওবনো খঙদে ঐখোয় তনহন হল্লক্লে । তুম্বা থেম্না থেম্না অঙাংশিং অফবা মফমদা তিলহনবা অমদি মীয়ামগী থবক য়াওহনবা য়াম্না তঙায়ফদে হায়দুনা পুক্লিংদা ফাওরকই ।

ঐখোয়গী লৈফম জুবীলি এনিমেসন সেন্টরদগী ইশা ইশাগী নম্বো থাবোগা লোয়ননা থোবক্লে ত্রিভান্দ্রম সেন্ট্রেল তম্না । অদুদগী মাগী মাগী পম্বুংগীদমক খোঙশান্নম্রগনি । চৎনখিবসু য়াওবে ঐসু এরনাকুলমগীদমক তিরুভন্তপুরম থাদোক্লল্লে, শাংলবা পুং ৬ মুক্কী খোঙচৎনি । মথংগী নুমিত্তা এরনাকুলমদগী গৌহাটি এক্সপ্রেস তোংগদবনি, অলুব্রাদা হীদাক শাফম অমদসু চৎনীংবা অমদি হাথু হাথু তৌবসু নুংঙাইরোই খন্দুনা নোংমা ব্রাংলিঙৈদা থোরকপনি । ঐনা উজনিংবা লম লমগী অশেংবা মশক্তি লক্সরি নত্তবা লোকেল ট্রেন, বসশিংদা লৈ হায়বসি ঐগী থাজজবনি । টেক্সিদা, মশা নানবা বসতা লমদুগী মশক উবা ফংদে। মফমদুগী হিংলিবা মীয়াম অমদি মখোয়গী লিচৎ, ব্রাঙাং শাঙাং থরমথৈদি লোকেল ট্রেনশিংগী শেল য়াম্না তিংদবা মফম অমদি লু নান্দবা কৈথেলশিংদা উবা ফংই । ঐদি মহৌশানা হিংনবা শুবি নোম্লিবশিং অম্মসুং মখোয়গী পুক্নি মরেল য়েংনবগীদমক মখোযগা নক্লবা মখোয়না হৈনবা, মখোয়না হেক হেক পুনগনবা

মফমশিংদা তিন্নবা হোৎনৈ । ইীগোক মচুগী নীক নীক লাউবা ঈশিং, মদুগী মপান্দা য়ুবী পরেং পরেংশিংনা ঐবু অমুক উনখিসি হায়বগুম তৌই । খোঙ থাফম লৈতনা চিল্লবা অচেনবা ট্রেন শৌরিবা হুমাং অমুকসু লাংতক্লে । কেরেলাদা অহানবা লোকেল ট্রেনগী খোঙচৎনিনা লোলদি য়ারিবমখৈ ফাওনদে, অদুবু ঙাঙথোক্তবা লোলগী মফোংদোক, মপাঙ্গল অঙকপনি । শক চুসু খেন্নবনিনা মখোয়না ঐবু নুংশিনা লোয়নবী । ঐগী লাঙতক্লবা মতৌদা মখোয়গী মরোলনা ঐবু লৈতানা চৎনবা তত্তনা হায় । অয়ুক পুং ১০ দগী তোংবনা নুংথিল পুং ২.৩০ তারে, এরনাকুলম জঙ্কশনদা থুংবদু, চাক চাথোক্লগা খরা চথোক্লে খনবনি, চাক চাশিল্লুবদগীদি ইশাসে মুনথরক্লে । করিমত্তা লেঙনীংদ্রে । অহিং অমা লৈবা তারিবনিনা লৈফম হান্না থিবা চংই । অদুবু মমাঙগী পঞ্জখিবা ফিমু শেৎপা মীওইশিং অমুক মফমদুদা মশীং লাকঙমদনা থেংনরে, মখোয়গা লৈমিন্ননিংবা মখোয়গী মরমদা খংনিংবদগী ব্রেটিং রুমদা কাখৎলে । মখোয় ঙাক্তা ঙায়দুনা লৈরম্লে । অন্ধ্র, তামিল নাদু, কর্নটিকা, মহারাষ্ট্র অমদি উরিষাগী মফম খরদগী লাকপা লাই নিংবশিং অদু শবরি কাঙবু হায়নসু খঙনৈ । মখোয মশেল স্বামি হায়না কৌনৈ। মখোয়না নিংলিবা লাই অদু অয়েপা কৌই । মহাদেবগী মচানুপানি । জগোই শারিঙৈদা পোকপনি । তেলেগু অমদি তামিল লোন অনিনা পুন্দুনা শেম্বনি অয়েপা হায়বদি অপোকপা (ইপা) হায়বনি । চহী অমদা নুমিৎ ৪১ নি মখোয়না খোঙচৎসিদা লৈদুনা লাই নীংই, ব্রহ্মচারি পালন তৌবা, চাবা থকপগী মতম ঙাকপা, য়ুমদা লৈহৌবা য়ুম্বুরেম্বীশিংনসু য়ুমদা থুংলবা মীবু পীজ পীথকপনচিংবা তৌই । ফজবা মচৎ অমত্তংদি মফমদুদা হান্না লৈরম্বসু নৌনা থুংলবসু লুজথোক্লগা ধুপ থাউমৈনচিংবা থাদুনা লাই নীংই । লাইশোল ঈশৈশিং শক্তুনা পূন্না খুরুম্মিনবা অমদি অমনা অমগী মখোঙ পায়দুনা অঙাং অহল খায়দনা খুরুম্মে । ঐবুসু কৌশিনবীরক্তুনা য়াওরুই । লাই খুরুম্লগা চৎনখিবসু য়াওই, থুংলবসু য়াওই, নুমিদাং তূম্বা য়াখিদে । চাউথ্রবা ব্রেটিং রুমদো অয়েপা ভক্তশিংনা পুমথন থনখি । করিগুম্বদা ঐসু ভক্তগুম খঞ্জখি । পোৎ ময়োমশিংদু পঙথমদা থনম্মী অমনা অমদা শিন্নরম্মী অদুগা মনাক্তা লৈবা লাইশংশিংদা মখোঙনা পঙচৎতা চৎখি ।

অয়ুক ঙাক্তা হৌগৎলগা লুজথোক্লে, ঐগী পোৎশিংদো ক্লোক রুমদা

থনন্নগা ঐসু থোরক্লে, ইনাওনুপাগী গিটর অমগা কেমেরা খবা ফবা অমগা লৈনীংবদগী থোরকপনি। অঙনবা অয়ুক্তুদা ঙন্তানা ঐসে পঙখি। তহা তহারমদ্রবসু য়াবনি অতোপ্পা অমনা অহোঙবা পোৎ কান্নদে খনবদু ঙসিদি চুম্মী হায়না য়াজরি। সোপ্নিং কমপ্লেক্সশিং অদু পুং ৯ গী মতুংদা হাংগদবনি হায়বা খঙলক্লে। কোচিন গার্দতা ফমঙে ফল্লে। ময়ামসু হকচাং শাজেল তৌবি। লুম্বু লুম্বু শাবা নুমিৎকী মৈশাদুদা ইশাসে মুনথরক্লে। অমুক অমুকসু উইরুই। থোঙ খরা খরা হাংনরকপদগী হংবদা বোর্দৱেদা চৎলু হায়রকপদগী থোরক্লে। থোঙ খরা খবা হাংনরল্লে। লন্না লন্না হাংবা থোঙশিংদুগী মরক্তা ফর্মাসিউটিকেল কম্পেনি অমগী সাইন বোর্দ অমদা ঐগী মীৎয়েং তারুবে। য়াম্না হঙ্গোইজনা চঙলুরে মফমদুদা, ইহাঙ হাঙবা মতৌদুদা অমুক থোরক্লে লম্বী তাপ্লিবা থাক থাক্তুদা কুমথগে হেক তৌবগা নুপা অমা থোরক্তুনা কনা উনবীগদবনো হংলৈ। “মনিপুরদগী লাকপনি নখোয়গী কম্পেনিসিগী মরমদা খরা খঙনীংই...” ঐনা ঙাঙবা লোইদ্রিঙেদা লেংশিনবীরকউ হায়না কাগী থোংদু হাংদোক্তুনা চৎপদদি প্লাষ্টিক চৌক্রি চাম্মুক্কী মথক্তা থাবা ৱেটিং হোলদুগী নাকলদা লৈবিবা রিসেপসনদুদা ঐনা পাপ্লিবদু হায়হনবগা লোয়ননা ডাক্তর অমগী কেবিন্দা ঐবু থাজিল্লে। এয়র কন্দিসন কাদুদা ঐ মীৎনা খঙশিং শিংখ্রে, ঙসাই উইনিংঙম্বা ইতন তম্বুবা পুম্বা মাঙখ্রে। মসিগীদমক ওইরমাল্লে এরনাকুলমদা ঐবু হন্না লমন্দনহল্লিবসে। ঐবু মীৎনা শিংগৎহল্লিবসে মাগী কাদুনা নত্তে, ডাক্তরদুগী ৱাহৈ ঐচ আই ভি/ এইদসকী কিওর লৈরে হায়বসিনি। ঐচ আই ভি গী হীরমদা থবক তৌরিবা ঐখোয়না লায়েংবা ঙম্বগী পাউসে খঙদ্রিব করিগীনো হায়না হংলুই। ঐগী পাউখুমদুগী মহুত্তা ডাক্তরদুনা মাগী বোসতা ফোন তৌদুনা মনিপুরদগী ডাক্তর অমা লাকই মাগা ৱারী শান্নবা পাম্মী হায়বদগী করি করিনো ঙাঙনরবা মতুংদা ফোন্দু ঐঙোন্দা পিরক্তুনা মনিপুরদগী ইকুই কুইদ্রিঙেদা এম পি ওইরম্বা অমগী মমিং পল্লদুনা মাগী ইমুং মনুং য়াওনা অতে মীওই কয়া কম্পেনিসিগী হিদাক চারি হায়বা ৱারী ৱাতাইগা লোয়ননা অরেবা ইনফোর্মেশনশিং ঐঙোন্দা ফংহনখিনবা হায়রকপদগী মাগী হীদাক্তুগী মরমদা অরেবা লিটরেচরশিং পুথোক্তুনা পীরক্লে। ঐখোয়না খঙলমদবগী মরম মদুদা পাউখুম য়াওরল্লে। মীনা করিগুম্বা খরা হায়বদা ঐদি হায়রিবা ৱাদু য়াম্না ইকাই খুম্নজে অমদি তাজে অদুবু

করম্না হেক্সু থাজরসিগে এইদস ফহল্লে হায়বসিদা। মাগী নুমিৎ ১০০ নিখক চাগদবা লুপা ৮,৪০০ মুক তাবা হীদাক্তুগী মরমদা চয়েৎনবা, ফরকপা মীয়ামগী ব্রাখল্লোন য়াওবা পাউচেশিংগী ব্রাফম্নচিংবা অমদি হিদাক্তুদা য়াওরিবা মচলশিং ভাইরস হাৎনবা মনা মশীং মরি অমদি লায়না তিননা ঙাকথোক্নবা শক্তি হেনগৎহনবা মনা মশিং ১৯ গী মমিং, হীদাকসি পুথোক্লিবা নুপাসিগী মরম কয়া ইবা লিটরেচরশিং অদু মীকুপ্তুদা লোইনা পাবদি ওইথোক্তবনিনা য়ুমদা কোন্না পারগা পাউ ফাওনরসি হায়বগা লোয়ননা মাগী য়াম্না চেলেঞ্জিং ওইবা শিংনবা অমদি দোকুমেন্টরি সপ্লোর্টশিং অমদি পোটোকোলদুদা য়াওরিবশিংদুদনি ঐনা মীংনা শিংখিবা। ১১, ফেব্রুবারি ২০০৫ দা থোকপা মাগী চেরোল অমদা ভারত অমদি মপান লমগী মীওই ১,৫০,০০০ না হৌখিবা চহি ১২ সিদা মাগী হিদাকসি চারি, মোর্দন সাইন্সনা কয়াম কুইনা খঙশিন্নদনা লৈবা ঙমখিগনি। মঙোন্দা এইদসকী ভাইরস কাপশিঞ্জৌ নৎত্রগা অনাবা ১০ - ২০ দা হীদাকসি পীজরগা খ্বাইদগী নৌনা পুথোকপা ইলেক্ট্রোন মাইক্রোসকোপতা হীদাকসিদা ভাইরসতু শিবরা শিদবরা য়েংবিয়ু, ভাইরস কলচর তৌরগা মাগী হিদাকসি হৈজিল্লগা নুমিৎ ৭ নিদগী ১০ নিদা করি হোংবগে খংগনি হায়বনচিংবা, মেজিক জোন্সনগী পোজিটিভ থিঙ্কিং হায়বদু মহীরা, গুলিগী মওংলা, পাউদর ওইনরা অমদি মালেমগী করম্বা মফমদগী লাকপনো অশেংবা হায়হল্লু, সরকার অমদি ব্রার্ল্ড হেলঠ ওর্গেনাইজেসন্না তাশিন্নদনা লৈরি, মীওইবা খুন্নাইনা ঙাকপীরোই হায়বনচিংবা ব্রাফম কয়া য়াওরি। এরনাকুলমদি থাদোক্লল্লে, ইয়াম্বগী লমদম হুন্দোক্লল্লে, অদুবু অশেংবনি মনিপুরদা মাগী হীদাকসি চানরল্লে খঙনবা মশেল হীদাকসি করম্না ফংগনি হায়দুনা লোন্না লোন্না থিনরল্লে। ঐনা মখোয়গী পাম্বে অমা ওইরবসু হিদাক্তুনা ফহল্লে হায়দুনা হায়বসিমক্তি হৌজিব হৌজিক্তি ঐহাক হায়নিংব্রি, মখোয় চারি, চাখিসনু। পামজবা য়েংনিংবা হায়বসি মখোয়গী হকনি, হক্তুদা ঐগী খুৎ থিংজিনবা য়াদ্রি, শীংনদুনা ফোঙলিবা কয়াদুসু হুলাল্লুবা য়াদ্রি অদুগা মদুগী মায়কৈদসু লেপ্পা য়াদ্রি। ফজবা লিটরেচরদুগী মরুমদা মীওইবগী হকশেল অমদি খুন্নাইসিগী পোৎলুম ওইদুনা লৈরিবা লাইচৎসি তশেংনমক মায়থিবা শীবদুনি মথৌ তারিবদি। লেপ্তুনা থিজিন হুমজিনবদা ঐসু মতেং পীজরি।

# শেংলবা লৈশাবীগী মশাইগোন্দা

ত্রিভান্দম সেন্ট্রেলদগী থোবক্কুগা ঙাইহাক কোয়চৎ চৎতুনা ৱাবী ৱাতায় তৌববা মতুংদা নুমিৎযুংবা পুং ১২ দা থাবা কৈন্যাকুমাবিগী বসতা অদুম কাখৎলে, পুং অহুমগী লম্বীনি । লুপা ৩৬ লৌই । নেশনেল হায়ৱে ৪৭ দা তিরুভস্তপুরমদগী কৈন্যাকুমারি তম্না চৎলি । খরা থৌজিল্লক্লগা লম্বীদা নোং কন্না চুবা মফমসু য়াওরম্মী, পুক্লিংদা লাঙতক্লে কয়াম ৱাৎলিবজাৎনো ? হোরেল নোং কন্না চুবমদুনা য়েংফম খঙলোইদৌবিজাৎলা । লম্বীদুদা ফৌনানা লেঙ লেঙ চৎপা অশঙবা লৌবুক লম্মাংনা শন্দোকখিবা উরকই । জানুৱাবিগী অহানবা চয়োলদুদা মফমদুগী অঙৌং অশাদু বসতা তোংনা তোংনা ঐনা খনবদা শাববদা ৩০° সেলসিঅস ঈংলবদা ২২° সেলসিঅস দিগ্রিমুক ওইবমগনি । মীতৈ ৱাহৈদা হায়বগা খালি লৌচি কোয়বা ঙমদবা লাংবনগী নুংশানা লোইশিল্লকপা মেবা থানা চঙশিল্লকপগী লৌবুক লমহাংদা কোয়বা মতমদা তাইবং চীঞ্জাক্লা পোমশাৎনবকপগী নুংশিবা মনম্না নাতোন্দা তিং তিং য়ৈববা থম্মোয যৌনা চিংশিন্নীংবা মতমদুনি । বসকী থোঙনাওদা ফাওজিল্লকপা পোমশাৎনবা লোইমোম ফৌগী মনমদুদা য়ুমদি কয়াদা নীংশিংহল্লে। অঙকপনি তাইবং মপুগী খুৎশেম ঈবমদমর্দদি পোইনু লোইখিবগী অৱাওবা চকুখোক্লা চপ চপ য়ুংনা লৈবমগনি । শজিক চাবা ষনলুপ্না শঙ্গু শঙ্গু, চহীগী চাংযেং লোইখ্রবা মহৈবোয়শিংনা হবাওনা পাইবমগনি তেলঙ্গা কোযচেন চেন্দুনা, তেলঙ্গা যেংনা যেংনা চেনবদা লৌবিদগী নাম্বদুনা থবো থবো ওন্না তুশিনখিবা চব্দখোক্লা যাৎখিবা কযা ইমানা খোঙ হাম্বীবদা থুপ্লদগী কপখিবা, ৱাকচিংগী উন মবক্তা নুংশাদা য়াইদুনা শাহল্লবা ঈশিংনা খুৎনম চেখাযদনবা তকপীখিবা কযা মীবম ফনা ওইদুনসু পোক্লফম লমদম অমদি ঐখোযগী পুন্সি মবেলদু কবম্না কাউগনি ।

মীৎ থকপা অযাকপা নুংশা মবক্তুদা তুং হন্না চেনখিবা অমুক্তা উকদ্রিবা লমশিংদু বসকী মীহুৎথোঙদগী তান্ন তান্নদুনা চোকথবা নাইদনা যেংলুই । বস টর্মিনসশিংদা অমুক অমুক থৌজিন্দুনা ঙাইহাক ঙাইহাক মী কাখৎহল্লি, মখোযগী মতম ঙাকপা অমদি বস টর্মিনস খুদিংদা থাউ হাপফম অমমম থম্বীবসি যাম্না ফবা তমজনিংঙাই ওইবা চৎনবীনি । মসিনা বসকী খোঙচৎতা চৎচবিবা মীওইশিংদা

মরম চাদনা মতম মাঙহন্দে, তন্থবা পোকহন্দে, মতম হেক য়ৌবগা বস চৎপা হৌই, মী তোংবা তোংদবা থিদে, পার্কিংদা কুইনা খামজিন্দুনা অরেম্বদা চিলহন্দে, পুং অহুম থৌগদবা লম্বীদুদা ঐখোয় ১০ মুক্তং তোংলগা পার্কিংদগী থৌদোরকখিবনি, হৌজিক্তি মীনা পুংথন থনগ্রে। মনিপুরদদি মী তোংদ্রগা দ্রাইভর অমদি হেন্দিমেনশিং তোংলিবা মীওইশিংদা করিমত্তা হায়রমদনা তুমিন্না গাড়ীদগী কুমথরগা মাঙখিবা, গাড়ীগী খুৎলায় পুথোক্লগা গাড়ী শেমজিন্নবা কয়াশিংদু কেরলাদগী কৈন্যাকুমারিগী লম্বীসিদা তৌদে।

কৈন্যাকুমারি য়ৌবদু পুং অহুম তাগদৌরে, সমুদ্রা খোঙবান তাবা লম্বী মতেক্তুদা তনান তনানবা দুকানশিং মশীং খঙদনা ফল্লি, তোঙান তোঙানবা পোৎ য়োন্দুনা। য়োল্লিবা পোৎশিংদু য়েংনা য়েংনা খোঙনা মতেক অমা চৎলম্মী। নুংশাদি নীংথিজনা অদুম্মক য়াল্লি, মীদি অদুক হাক্লা তিনবা হায়বদুদি ওইরমদে। নুংথিলগী ওইনা লাইশঙদু পুং ৫.৩০ দগী হাংগদবনি হায়বদুনা ওইরম্বা য়াই। অয়াম্বা পোৎ ফংই মোইবুংনা শেম্বা লৈতেংগী অমদি অতৈ হীরম কয়াদা শীজিন্নবা পোৎ মরাঙ কায়না উই। অরাবিয়ান সী, ইন্দিয়ান ওসিন অমদি বে ওফ বেঙ্গল অহুমগী ইতিনফম ভারতকী কংফালগী অরোয়বা শরুক শেংলবা মফমদু উবদা ওমচাক্লরম্বা কয়া তইং তইংখ্রে। পুক্লিংসি তনীক তনীকই। বাঠিংঘাট হায়না খঙনবা মীয়ামগী লুজফম, ঈরুপফমদুদগী য়াম্না পাম্মুজনা ঈশিং ঈরিক খরা লুপ্লগা শোক্তুনা য়েংলুই, পুক্লিংসি অদুক্কী মতিক ঈংখি, ব্রাই শংখি। মদু এল্লাহবাদকী শঙ্গমদসু ফাওখিবরা? হীগোক মচুগী পাক্লবা ঈপাক্তুদগী কংফাল তম্না হুমগৎলক্লিবা ঈশিংগী ঈরিক্তুনা হকচাংদা য়ৈবদা তইং তইংবা পোক্তুনা ওমচাক্লরম্বা খুদিংসু কোকখ্রে। কংফান্দগী মিটর ২০০ মুক লাপ্না উখ্রিবা সমুদ্রা ঈরোলনুংদগী থিনগৎলক্লিবা চীংদুম ফাইবোক, মদুগী মথক্তা লৈরিবা স্বামী বিভেকানন্দাগী নীংশিং চীংদুম, ১৮৯২ দা স্বামী বিভেকানন্দানা ভারতকী ব্রাংমদা ভারতকী ধর্ম্মগী লুচিংবা ওইনা খোঙশান্দ্রিডৈগী মতমদা কৈন্যাকুমারিদা লাক্তুনা চীংদুম অনীদুগী মবক্তা অমদা হিরি কোনখিবা মফমনি। ১৯৭০ দা শঙ্গাখিবা নীংশিং মফম অসি ভাবতকী খম থেংলবা খুৎ-শা হৈবগী মওংদু উখোক্তুনা শাবনি। মেমোবিএল মান্দোপম অদু মপুং ওইনা বেলুবগী শ্রীরামকৃষ্ণগী লাইশংগী মওং লৌদুনা শাবন্নি অদুগা চংফম

অদুনা অজান্তা অমদি ইলোরা শুরুং লাইশংগী মওং লৌদুনা শাবনি । ইকোয় কোয়বা য়ুমথক্কুগী মপুঙ ওইবা শঙজাওদুগী মনুংদা স্বামীজীগী হকচাং চনবা শেঙেংগী মুর্ত্তিনা লেপ্তুনা লৈরি । মদুদা নীংজরিবশিং অদুনা ঈং তপ্পবা মফমদুদা ফন্নি, হিরি কোল্লি । নীংশিং মফমদুদা লৈরিবা শ্রীপদ পারাই হানসু খঙনবা মীওইবগী খোঙপাক মান্না থিন্দোক্লুনা লৈরিবা মফমদু তামিলদা লাইরেম্বী কৈন্যানা চানবীরবা ময়ায় ফংলবা খুয়া থম্বাল ফংলবা মফমনি হায়না থাজনৈ । অতোপ্পা অমনা অশেংবা কুমারি লাইশংদি চীংদুমদুদা নৎত্রগা মদুগী মনাক্তা শারম্মী হায়না হায়নৈ, নীংশিং চীংদুম অসি নুংত্তিগী অয়ুক পুং নিপালদগী নুংথিল পুং মরি ফাওবা ফেরী তোংদুনা চৎলগা য়েংবা য়াই ।



*স্বামী বিভেকানন্দা রোক মেমোরিএল অমদি সেন্ট তিরুভেলুবর উরি*

মহাত্মা গান্ধি মেমোরিএল হায়না খঙনবা নীংশিং শঙলেন অসিসু ইং ১৯৫৬ তা কৈন্যাকুমারিগী সমুদ্র খোঙবান্দা উরিষ্যাগী য়ুমশা লৌদুনা শাখিবনি । ইং ১৯৪৮ গী ফেব্রুৱারি ১২ দা মফম অসিদা মহাত্মা গান্ধিজিগী পোলোয়বগী উৎ য়াওবা চফু অদু শেংলবা মফমসিগী ঈরোলনুংদা তিলহন্দ্রিবৈদো মীয়ামনা খুরুমজনবা অমদি য়েংজহৌনবা খিন্দুনা থমখি । উৎ য়াওবা চফু অদুনা খিনখিবা মফম অদুদা গান্ধিজিগী মপোক নুমিৎ ওক্টোবর তাং ২ গী নুমিৎয়ুংবদা য়ুমথক ফাওদুনা লীৎশিল্লকপা নুমিৎকী মঙাল তানবগী মঙন্দা য়ুমথক্তা মখুল হৎতুনা

শাবা অদুগুম্বা মফমনি ।

সমুদ্রা অহুমগী ঈত্তিনকম ঈবোং ওইরিবা অশেংবা মফমনি হায়না খন্নবা ভারতকী খা খম থেংলিবা মফম কৈন্যাকুমারিনা নুমিৎ থোকপা নুমিৎ তাবা অমদি থা থোকপা য়েংহন্নবগীদমক লম কোয়বা কয়াবু নোংমা কাংদনা চহি চুপ্পা কৌরি । কোরৌহনবনা মোংবা মরানয়াইদা চঙখিবগা মফমদুমক্তদগী থাবুংগী থাজনা ঙাইঙমদনা থোরকপা য়েংহৌনবা ভারতকী অমত্তা ঙায়রবা মফম অসিদা লম কোয়বশিংনা লাক্লরি । কৈন্যাকুমারিদা নুমিৎ থোরকপদি চহী চুপ্পা উবা ফংলবসু নুমিৎ তাবদি শুপ্পতংগী থা মঙাখক ওক্টোবর ১৫ দগী মার্চ ১৫ ফাওবগী মনুংদা উবা ফংই । পুক্লিং হুনিংঙাই ওইবা মফম কয়া মফমদুদা অমদি অকোয়বদা লৈবা মরম্না অদোম্না চংশীরগা মফমদুগী তইং তইংবা, ফজবা, অচিকপা নীংথিবা কয়া লৈতাবা পুক্লিংনা করি ফাওবীবগে হায়বদু য়ৌবীরবা মতমদা খঙবীগনি । ঐনা খঙবা ঙমজদবা অতোপ্পা কয়াসু ফাওবীগনি । ইমুং মনুং অমদি ঐগী খঙনা চান্নজবা খরগম্ন অমুক হল্লকখিগে হায়বা ব্রখলগা লোয়ননা কৈন্যাকুমারিগী লাইশঙ অমদি মদুগী অকোয়বদু মথং মথং চাউয়েং য়েংলম্লগা থোরক্লে ।

নীংশিং মফম অমখক্তি কাবক কাবক য়েংগে হায়বা ঙমদ্রে, মনাক্তা চঙশিন্দুনা পায়দুনা য়েংনীংলকই । পুকচেল চাউরবা মীয়ামগী মতেংগা লোয়ননা লেপ্লিবা লাইবক থীবা থৌদোক্তুগী নীংশিং ফুরাদু উরগা ঈরমদম অমুক নীংশিংলক্লে। নুমিৎতো ঈরুশঙদা লুজবা নুংঙাই য়াইফকোনগী য়াইফবীশিং অদুদি মমীংতা উহৌবা নত্তে । মথৌ শঙবা তুরেল মপানদা লাইজ ঈকোন মপান্দা ফম্বা তম্বা কনাসু হাইস করিনো হায়না হৌগৎতুনা চেন্নখিবা অয়ুক, য়াহৌঙনবী মৌ নহাশিংনা চেন্নোম নোমদুনা অয়ুক্কী মথৌ লোইরগা অঈংবা ঈশিংনা জ্বাই জ্বাই চাইথরুবা মীকুপ ফি চিংখৎতুনা লাইজকোন্দগী অচোংপা মফিগা লোয়ননা চেনখৎনরকখিবা নিংথমগী অয়ুক্তো হায়নৈ তমনৈ অমনা অমদা মওং অমনি ঙসিগীসিদি খঙহৌদনা ঝম ঝম য়ৈবকই লৈরায়দা কবোকংশিংনা খ্রোক খ্রোক ওল্লি চাউখ্রবাজাংনি, চীথ্রে পাংবা ঈকোনগী ইবুধৌগী লাইশংলোমদগী হৌবকই.............মাইবী শেল হুল্লুসি অসিনচিংবা কয়া কয়া । অদুবু ঙসিদি চীংত্তু লাইবাও পুবা মাইবী তাংলে শেন্দাল লম্বী ওইনা চখখ্রে । মাইবীনা খুন্নাই

পুবে । মখোয়বু তাকপা ঙম্বা লৈ কাওবে । লাইশি লৈরম্বা থোক্লবদি পোকপা শিবা নাইবা মীওইবা ঐখোয়না থোকঅ-থোকঅবা তৌবসি খোইয়ুম মানা য়ারোই, পংহাই হাইজিল্লগা তাবিনবা লৈত্রে হায়নসু অখং অহৈশিংনা হায়রি । থোকঅ-থোকঅবা তৌবসি তৌগুমসি নোংবান্না মাইবী শারুবদগী খোইরেনতাক্কী কৈনা চাখি । মাইবা মাইবীশিং লাইবিক লাইশু তমহন্দুনা লাইরিক হৈবা ওইহন্দুনা লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনবা তৌহনসি । খংফম থোকপা হৈফম থোকপা খরাদি হৈরগা লৈবাক পুবা য়াওহনসি। মসি খংদবা মহৈ হৈতবা মীওইনা লৈবাক পুবা য়ারোই । লাইরিক লাইশু হৈবা হেঙ্গৎহন্দুনা লৈবাক পুবা য়াওহনসি । অদুবু অঙকপদি লাইবিক লাইশু হৈববা কয়া, অঙম অথৌ কয়া, সাইন্তিস কয়া, সাইন্টিফিক টেম্পারামেন্ট শিজিন্নবগী ওন্ন তৈনবদা ঙসিগী মাইবা মাইবীশিং খনবদা লাইবক তাংলি, খুরাই তাংলি, শেঙ্গাও য়ুরি ।

অঙকপা লৈবাক্লি মনিপুর শুমাঙ মচী মচীদা, থোঙ্গাল খুদিং খুদিংদা লাইশং মচা মচানা থেনবা লমদম, ইবুধৌনা পন্থৌনা ব্রাই চাইবা মফম, নহা-অহল, পাখঙ লৈশা শঙ্গু শঙ্গুনা তোয়না তোযনা ফিশেং শেৎতুনা লাইবক্তা শিন্দুর ঙাংশং ঙাঙনা নমদুনা থা কাংদনা সনা লমজাও য়াঙবীথক্তা লাই নীংবা ময়াম্মা লৈবা মফম, লাই নীংল নীংলগা অদুক্কী মতিক তাহৈদবা পাউ তাবা লমদম নঙবু ঙসি কৈন্যাকুমাবিগী লাইশং নাকলসিদা নীংশিংলক্লি । লাইসিবু লৈববা লৈতবরা হংজবা মীনি ঐসু, কবিগুরুম্বদসু লাই পকপা মফম লাইবক হায়বসি মীতৈ ব্রাহৈ নত্তনা মালেমসিদা লৈতে হায়বা মীতৈ ওইরুবগী চাউথোকচবা ব্রারী কয়াসু থব্রায় তানা তাজবা মীনি ঐসে । সাইন্সনা য়াদবা লাইনিং লীচৎ চৎতবা ঐনা লাই লৈ লৈতে হায়দুনা ঙাঙনরুবা য়েৎনরুবদি তোঙানথোকশ্রগা লাই শাবা মীবুদি, লাই উবা মীবুদি নক্লরুন্দবা মীনি ঐসে অদুবু মখোয়বু তাথীবা হুলানবা পুকচেলদি কৈদৌনুংদা চেনখিদে, মী মীগী থাজজবনি হায়দুনা লৈজবা মীগী হিংবা লৈবদা খুৎ থিংজিন্দবা পুক্লুংদদা খঙবা মীবু ইকায খুম্লনা হিংজরিবা অমা ওইনা মমাঙ চহীদা সনা লৈবাক্তদি লাইফাউ তানখিবা, লাই উবশিংনা লাইবাউ চেনখিবা নীংশিংলক্লি ২৬-১২-২০০৪ সুনামিগী লাইবক খিবা অয়ুক্তো, খঙ্গহৌদনা হৌরকখিবা মহৌশাগী অশাওবা শক্তম অমাঙ অতানা থনখিবা, থব্রাম্ন কযা মাঙখিবা, পুক্সি কয়া শীখম্ন

খিবা, লন-থুম কয়া তুমখিবা, নুমিত্তুদা শীথম্নগ্রবা পুন্সি কয়াশিং অদুবু নীংশিংদুনা সমুদ্রা ঈপাক্রোমদা ওনশিন্দুনা অতিয়া মচুগী মচীন অহুম লোঙবা ঈথক ঈরেগী শত্তুম লৌবিবা খুংশাগুম থিন্দোক্লুনা লাইথন তাবিবা মদুগী মথাদা অঙৌবা মচুগী খুবাক্লা ঙাক্লুনা খন্দুনা অঙৌবা মচুগী অচাকপা মৈবা য়াউবা, কেগাম অমা নোংদোলথক্তা ওনখৎতুনা কৎলি অমদি সমুদ্রা ঈপাক্লোমদা ওনশিন্দুনা নোংদোলথক্তা য়েংদুনা খোং থাঙ্গৎতুনা কয়াদা নুংঙাইনা পোত্থাবিবা । অদুগা নীংশিং ফুবাদুগী অমুবা মখোঙদুগী মমায় অমদা অঙৌবা ময়েক্লা ইবি -



*কৈন্যাকুমারিদা লৈহৌবা সুনামীদা পুন্সি শিখম্নগ্রবশিংগী নিংশিং ফুরা*

---

***ইন মেমোরি ওফ দোজ হু লোষ্ট***
***ডিয়ার লাইভস***
***ইন***
***সুনামি***
***ওন***
***২৬-১২-২০০৪***

ফোটো কাপ্লনা পেন্দদুনা মমায়শিংদুদা ইরিবা মান্নদবা মযেকশিংদু চঙশিন্দুনা পারুই । মাই নীংবা হায়ববু মসি নত্তবরা, মীওইবগী মতৌ, অন্নাবা থৌমোক্তু নীংশিংদুনা কয়াদ থুনা চষী ওন্দ্রিঙৈদা মফমদুদা নীংশিং ফুরা কংলিবা।

লাইয়ামশিংবু নমথদুনা অশুরাশিংনা মনীং মথা তম্বা, ধর্ম্মনা ময়ায় চায়থরকপা অচুম্বা লৈত্রবা ব্রায়েল চুমদবা মতম অমা লৈখিবোই । হিংচাবশিংগী নিংথৌ বনশুরানা সর্গদগী লাইয়ামশিংবু তাম্লোক্তুনা অমদি মুনি ঋষিশিংবু শাথিনা ওৎ নৈখিবা মতমদুদা খাংওমদ্রদুনা মালেম লৈমনা পুম্নমকপু ঙাকপি শেনবীরিবা ইবুংঙো বিষ্ণুদা চংজদুনা মদুদগী কনবিনবা হায়জরুবদা বনশুরাবু মাংহন তাকহনবা ঙম্বদি শুপ্নতংগী লাইরেম্বী প্রশক্তি মথন্তনি, মাবু পেলহল্লু হায়না তাকশিরকপদগী লাইয়াম্মা জগনা তৌদুনা লাইরেম্বীবু পেলহনবদগী লাইয়ামশিংগী মাঙদা লেংথোকপিরক্তুনা বনশুরানা লুচিংদুনা পাঙথোক্লিবা থৌওংশিংবু মাংহন তাকহনগনি হায়দুনা ব্রাশকপিরে অমদি চঙখোনবী লৈশাবী অমগী শায়ওন লৌদুনা কুমারিদা লাকখি । তান্নক্তুদা কৈন্যাকুমারিদগী কিলোমিটর ১৩ মুক লাপ্না লৈবা সুচিন্দ্রমদা লৈবা ইবুংঙো শিবগা খোয়দানদুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী লুহোংনবা শেম শারম্মী । বনসশুরা কৌবা হিংচাবা অদুদি শুপ্নতগী লৈশাবীতনা হাৎকনি, মাংহন তাকহনগনি হায়বা ব্রাহ্মাগী লাইফাও নারদনা নিংশিংজবগা লোয়ননা ইবুংঙো ইবেম্মা অনি অসি লুহোংপ্নবদি হিংচাবগী নিংথৌ বনশুরাবু হাৎপা ঙম্নরোই হায়দুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী লুহোংবা অদো কায়হন্দবা য়াদে খন্দুনা লাইরেম্বী কৈন্যা অমদি ইবুংঙো শিবা অনিমক উন্নদুনা অকক্নবা নুমিৎ অমথক্কী অহিং নোংয়াইদা য়াইফবা পুংফম অমদা লুহোংনবা হায়রম্মী অমদি শেম শারম্মী । হরাও নুংঙাইজরবা ইবুংঙো শিবনা য়াইফরবা পুংফম অদু ইখৌ লাংজবগা লোয়ননা কৈন্যাকুমারিগীদমক সুচিন্দ্রম থাদোকখি । অদুবু খারোমদা কিলোমিটর ৫ মুক চৎলগা লৈবা ভারুকমপারাই য়ৌরকপদা নারদনা নোংঙানগদবা ব্রাৎলিঙৈদা চিঙ্খে হুম্লক্লে নোংঙাম্লে হায়দুনা য়েন লাবা অমদি কাক্কী শাশিন্নবা খোঞ্জেল তাহন্দুনা নোংঙানবনা হানখ্রে অফবা পুংফম হৌখ্রে হায়দুনা নিংবা কায়না সুচিন্দ্রমদা হনখ্রে । শোমন্দসু ইবেম্মা কৈন্যাসু নিংজবা মহাক্লা লাকত্রবদা লৈশাবী ওইনা লেল্লগে হায়দুনা লেপখ্রে । ইবুংঙো ইবেম্মা

অনিগী লুহোংবগী লাংখিবা চান থক্লবা পোংলমশিং অদুনা লৈজেঙোয় নুংকুপ ওনখ্রে । অসুম্না চেংশিং মানবা অকুপ্পা নুংকুপশিং অমদি মচু মচুগী লৈজেঙোয় ওন্দুনা কৈন্যাকুমারিগী থোংবান্দা মরাং কায়না তারি অমদি হৌখিবা থৌদোক অদুগী

ইবেন্মগী নিংখিজবা ফজবগী শাও অদু তায়দুনা হিংচাবগী শিংথৌ বনাসুরানা লুহোংনবা হায়জরবদা ইবেন্মনা লৈশাবী ওইনা লেপ্লগনি হায়রবদা ইবেন্মবু নমদুনা লৌনবা হোৎনবদা থুংশু থাং শংনদুনা শাথিরবা লানফম অমদা হিংচাবা অদুবু হাংখি । অম্বা অনাদগী কোক্লবা লাইয়ামশিং অদুনা পেনখিরদুনা থাগৎশিনবগা লোয়ননা হাইফ মজোল পিখিদুনা লাইরেম্বী প্রশক্তি ওইনা অমুক ওনখিবগী থারিনি । কয়াদা পুকচেল চেংথ্রবা ! লাইরেম্বী কুমারিগী লাইশঙশিগী মরমদা কুপ্না শঙ্করয়োই, ইবেন্মগী নাত্তল লেংথীরবা মতমদা লাইশঙসিগী অমদি ইবেন্মগী মরমদা থওবীরগনি । ঐনা পুক্লিং লুপচরিবদি লৈশাবী লাইরেম্বী কৈন্যাকুমারিনা নুংশিনজবা ইবুংঙো শিবগা লুহোংবা কায়খিবগীদমক লৈশাবী ওইনা লেনখিবদুনি । শেংলবা মফম অমদি শেংলবা পুক্লিং, অচেৎপা পুকচেলদুবু শিংথাদুনা শেংলবা ঈশ্তিনফম অসিবু ঐনা শেংলবা লৈশাবীগী মশাইগোন কৌজরিবনি । ঈপাত্তুদা য়েংনা য়েংনা থাখল্লদা লুপ্পিঙে ইন্দোনেজিয়াদগী কোইরকপী লৈশাবী জসমিনগা মীৎচাম্নরে, শকচু মাম্নবদা ঐবু ইন্দোনেজিয়ান ওইরবোই নিংজরব্বনি । শক্তাক্লদুনা লাকপগী মরম হায়দুনা হোমিওপেঠিক ফিজিসিয়াননি হায়বদুদা মহাক্লা হয়াওবগা লোয়ননা অফাওবা ডাক্তর অমা ওইনবা হায়বগা লোয়ননা মীচাম্নখি । ঐনা খুম্মিংখি নখোয়গী লৈবাক্তদি ডাক্তরবু করম্না ইকাই খুম্নরিবা ঐ থংদে, অদুবু ঐখোয়গী পিক্লবা ইরমদম অদুদদি অয়াম্বা ডাক্তরদি প্রোক্টিট্যুটকুম্বনি, মখোয়না নোকফেং নোকফেং তৌদুনা নাদুনা থাদুনা লৈরবা অনাবশিং অদুবু মখোয়গী শেনফু ওনথোকই । মদুগী থৌদোক থাথোক য়াম্না লৈ অদুনা মনিপুরদা ডাক্তর নত্তবা অতোপ্পা পুন্সি অম্মা লেপ্লিংই। অদুবু হায়খিদে নোকফেং তৌশিন্নদুনা মাবু কান্ননবা হায়জরকই । মহাক্লা চৎথ্রবা মতুংদদি পুকচেল চেংলবা লাইরেম্বী অসিগা ঐচ আই ভি থেংনবগী খোংচৎ অসিদা চৎলুবদা থেংনখিবা থরাদং নিংশিংলগা চাংদম্নরকই । ঐগা থেংনরুবা

পুক্নুবা অমদি ঐচ আই ভি গা লোয়নবা হিংলিবা অমসুং মহিকসিনা শোকহল্লবা হিংমিল্লরিবা ঐখোয় মশেলগী পুকচেলদি কমদৌবা ? মালেমগী ওইনা ঐচ আই ভি খ্বাইদগী য়াম্না শন্দোকপগী থৌওং অসি চেকশিন্দনা যুম্বাল মরি লৈনরবদগীনি হায়বসি য়ানরে, লম্বীশিদগী শন্দোরকপগী মশিংশু য়ামলি । কাবক কাবক খংনজরবা অদুগা পুন্সি লৈশুন ওইখিবা, খণ্ডনবদি য়ৌদ্রিঙে যুম্বাল মরি থল্লুবা, লৌন লৈনদুনা লৈমিন্নরবা মতুংদসু অতোম্পগা যুম্বাল মরি থল্লবা কয়াশিংদুনা ঐচ আই ভি শন্দোরকপগী চাং অসুক্কী মতিক য়াংখংহল্লি । মশি শুকনং নত্তবা পুম্ন মক খংলবসু মাগা হিংমিন্নজগে মদুগী মহয়দু ফংজরগে হায়বা, খণ্ডলিবা খয়াদু লোংশিন্দুনা লাইবক থিবা ওইহনবা অমদি সুকখং খণ্ডলুদনা নায়রুবা মতুংদা খংলকপা কয়া কয়ানি থেংনরক্লিবা । নোংমসু এপ্রিলফুল নুমিৎ অমনি ঐগী টেবলদা ঐচ আই ভি গা লোয়নবা হিংলিবা মরুপ অমগী লুহোংবগী চেপাউ লৈরম্লদু ঐবু লক্লরিবরা খনখি, মখোয়না অহানববুদি নত্তে য়াম্না তাংনা মরুপ অতৈসু তাখি । অদুবু খনখি মখোয়দা করি য়াইফ পাওজেল পিশিগে, নুমিৎ কয়ানিনি চম্মমনখিবা। অচৌবা য়াফমনি ঐচ আই ভিগা লোয়নবা হিংলিবা মীওই অমা লুহোংবা য়াই নত্রগা য়াদে হায়বসি । মদুদা ঐগী ওইবা য়াখল্লোন ফোংদোকচনিংদে । লুহোংবা য়াই নত্রগা য়াদে হায়বা য়াফমসি তোঙাম্না থমগ্রগা ঐনা মখোয়শিং অদুবু য়াম্না উনজনিংনা উম্নরুই । মখোয়দগী ঐনা তারকপদি ঐচ আই ভি গা লোয়নবা হিংলবসু লুহোংবা য়াই হায়বসিনি । অতোম্পনা, মীয়াম্না করম্না য়েংলি হায়বদুনা তোঙানবা য়াফমনি । ঐগী মরুপ খরসু হিংমিন্নবগী মহাও লৌমিন্নরি । লুহোংদুনা লৈমিন্নরিবা মখোয়দা হংলুই নখোয় অঙাং য়াওনিংদরা ? ঐচ আই ভি গা লোয়নবা হিংলিবা মতে মনাও অয়াম্বা অঙাং পোক্লিংই হায়বসিমদি শেংলে । অদুদি পোজিটিভ ওইনা পোক্লকপা, পোজিটিভ ওইরবা অঙাংশিং য়েংশিনবীদুনা নিংথিনা মখোয়বু করম্না হিংমিন্নগনি, মখোয়গা করম্না লোয়নবা, ইমুং মনুং অমদি খুন্নাইনা মখোয়বু নুংশিনা লোয়নবীগদরা, হয়েং ষ্কুল তমহনগদরা ..... ? পি পি টি সি টি (মপা মমাদগী মচাদা লৌনবা থিংবা) প্রোগ্রাম লৈরে, ঐখোয়গী লৈবাক্তসু লৈরে, লাইবক য়াম্না ফরে অদু ওইরবদি ঐচ আই ভি য়াওবা অঙাং ময়াম অমা পোক্লকগনি । হৌজিকমক্তি লায়নাসিংগী কিওর থোক্লিবনিনা মথম মপা শিবগী

চহি ৪ থাংখংলকপৌরি অদুনা মমা মপা লৈতবা অঙাং মশিং হেনংলকপৌরি। এখোয়গী ওয়াখলজ কয়াম লিংথংলবগে ? মাহং কয়া কয়ানি। ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইনা হিংলিবশিংদি হৌজিক হৌজিকসু মাহং থরাগা লোয়ননবা হিংলিবনি। মমা মপা ওইরিবশিংদা অচৌবা চৈথেং পিরিবনি। মমা অমা খজিকতং নারকপদা মিংথিজনা য়েংউ নুপা পোজিটিভনি, অঙাং অমা নারকপসু মাহৈনিমক তারিবনি। পোজিটিভ ওইবা মমা মপা অনিমক চেকশিন থৌরাং লৌমিন্নদুনা হিংমিন্নবা লাই অদুবু ঐচ আই ভি দি য়াওদনা ঐচ আই ভি নাদি শোকহন্দুনা হিংলিবা অঙাংশিং চাওরক্লো চহি ৮ শুরক্লবা মতমদা মমা মপা পোজিটিভ ওই খংলকপদা পুক্নিং নুংশিবা হেনমনশিনবা হায়নবা য়াদবা, লমহেন তুমেনবা হেনংলকপা মথক্তা শিজনবা হোৎনজবা অমদি শিবগী থৌদোক কয়া লৈরিবনি, অঙাংশিংনো চাওশিল্লকপগা মাহং কয়া হংলি, পোজিটিভ ওইবা হায়দুনা ওইদে খুন্নবসু হিদাক শুম চারিবা করিগীনো, পোজিটিভ ওইরবা অঙাংনসু ইমুং মনুংদা হিদাক অসুম পিজদুনা থম্লীবা করিগীনো হংলিবনি, ইমুংগী অঙাং অতৈদি পিজদনা ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইবা মচাদং পিজবা অফবা চিঙাকী মতাংদা হংলিবা মাহংশিং, পোজিটিভ ওইদ্রগা সেল্ফ হেল্ফ গ্রুপতা সুম চংলিবা করিগীনো ? সেল্ফ হেল্ফ গ্রুপতা নুংঙাইনা হিংজরম্বদো শিজরম্লবদি ফগদবনি খল্লকপা, ইচা চাওরগা নুংঙাইনি খঙ্গরম্বা মচাগী মাহংদা পাওশুম পিবা ওমদদুনা মচাদু অচৌবা পোংলুমনি খল্লকপা মিকুপ কয়া য়াওরিবনি। লায়চংসিনা হোংবা খুন্নাইনা য়োংবা খংবগা লোয়নননা পায়খৎলিবা থবক থৌরম্মশিং লিশাং শিংনা চথরকপা য়াবগী য়ওংদা পরিং নাইনা থৌরম পরেং য়াংপিবগা লোয়নননা ঐখোয় লায়না অসি থেংনবা তারি। লায়না অসি থেংনবদা, অশেংবা লৈশাবী নংগী শেংলবা মফম, নংগী মারিনি লিনিংলিবা।




রিলাপস প্রিভিজন ট্রেনিং অমদা শরুক য়ারিবা নোর্থ-ইষ্টকী
তোঙান তোঙানবা মফমশিংগী লাকপা পার্টিসিপেন্টশিং



৫ শুবা কিকোদেশ কনফরেন্সতা শরুক য়ারিবা ডেলিগেট খরা

# খোয়রী নাউফম তাফমদা

কৈন্যাকুমারিদগী ঐগী লৈফম তিরুভন্থপুরমদা হন্নবা বস থাফমলোমদা থোরক্লে । কনামত্তা লৈরমদে বসতু নুমিদাংঙ্গাইরম পুং ৬ তা প্লেটফোর্মদা থৌজিল্লক্কনি হায়বদগী রেটিং সেদত্তা ঙাইরে । মথাম অমা লাকই ঙাইহ্নক লৈরগা হেক মচংখি, অসুম্না ঐসু ঐগী হনবগী মতম ঙাইরি । ঙাইনা ঙাইনা ঙাইহ্নকসু মীং উইশিল্লুই । লাইনিং লীচং শন্দোকপা চংত্রিঙেদা স্বামী বিবেকানন্দনা কৈন্যাকুমারিদা হিরী কোল্লম্বা অমদি ভারত জাতিগী মপা গান্ধিজিগী নীংশিং শঙলেন অমা থল্লিবসিনা কৈন্যাকুমারিগী শেংলবা মগুন অমুক্তা হেনগংহল্লি । যুম হেক য়ৌবগা গান্ধিজিগী মশানা ইজবা পুন্সি ব্বারী ঐগী সৈত্যগী চাংয়েং ব্বারী হায়বদু অমুক হন্না পাগে থল্লক্লে । লোয়নননা ঐচ আই ভি/ এইদস অমদি ময়ায় কাবা দ্রগতা লায়চুবা থিংবগী মায়োক্তা চঙশিল্লিবা ঐগী খোঙচংসিসু হান্নদগী হেন্না হকচিন্না চঙশিনবা হৌরগে হায়বা ফিরেপ অদু চেংশিলহনবগুম তৌই । ত্রিভান্দ্রম সেন্ট্রেল য়ৌবদা নুমিদাংগী পুং ১০ মুক তাগদৌরে । ঐখোয়রোমদদি চুম্মী/ হোয় হায়বসি ঙকসি মথক মখা নোম্মী, ওয় য়েৎ নোল্লগা লাল্লি, য়ানিংদে হায়না খঙনৈ অদুবু ঐনা মেদিকেল চংপগী বস হংবদা তারিবা মীদুনা চুম্মী হায়না, ওয় য়েৎতা মঙক হায়রকপদুদা ঐদি নত্তবোই নীংদুনা লৈথোকলুবদা বস তোংবা ফংলোইদবা খজিক্তং ঙায়রম্মী । অদুনদি লৈবাক অমদা চংনবা পোৎসি লৈবাক অমদা পানশিনবা য়াদে হায়বনি । লোদজগী নাকলদা লৈরিবা রেষ্টুরেন্টতা চাক চাথোক্লগা কাখৎলে।

কেরলাদগী হল্লকপা খোঙচংতু হাওরা য়ৌবদগীদি খংইং ইংশিল্লক্লে, খা ভারত্তা শাহৌরিবদুগা, লম্বী ফাওবা লৈচিলনা উদ্রে, ঐনা নীংশিংবদা অয়ুক্কী পুং ১২ হেল্লবা ফাওবা লম্বীদু লৌচিলনা পুম্মম মমখি, ট্রেনসু তপ্না থৌখি । যুম নকশিল্ল-নকশিল্লগা ঈংবসু হেনগংলকই । অদুবুদি ব্বাকচিংনিদনা ।

যুম য়ৌরগা গান্ধিজিগী পুন্সি ব্বারী লৈবা ঐগী উজা অমথক্কী যুমদা চংপদা হন্দক পাঙখোকখিবা ইমোইনু নুম্বিংকী ফোটোগা লোয়নননা লৈরম্বদগী ইমোইনুগী

ওইবা নুংগী ম্রাখল্লোন নৈনবগী খুদোংচাবা অমা ফংখি ।

ফমেলদা ফমদুনা মীতৈ উজাশিংদুনা তাকপিরকই মীতৈ য়ুমশারোলদা ফমেল হায়বা মফমসিদি ব্রায়েল পথাপকী লৈফমনি পুক্নি মশুনয়াইবু চংখোল্লা মমুৎতানা খংলিবা পুক্নি মশুন খংনয়াই ইবুধৌ পাখংবা খাংজেংলাই ব্রায়েল পথাপকী মপুগী লৈফমনি । মসি শেম্লনবগীদমক্তা থোংজিন্দা থোংঙাকলেন ওইনা মোনু তাইবং মীয়াম খিবিক্কী ওইনা লাইনিংথৌ ইবুংঙোনা মশক উংথোক্লি । পুক্নি লাই সনামহি লৈত্রবদি পুক্নি য়াইব্রু খংলিবা ইবুধৌ পাখংবসু লৈত্রে, অখংবা লৈত্রে, অখংবা লৈত্রবদি পুক্নি লৈতে । ভ্রুগনা পুক্নি লৈহনদে, ঐচআইভিনা পুক্নি মাংহল্লি । মনুং-খিংনা মনুং হুক্লিনবা লমচং পথাপ নৈনরিবা কুথাপনু লাইরেম্বী ইমাবু নিংশিংদুনা মীতৈ ইপা ইপুনা লাই লৈ (অলটিমেৎ রিয়েলিটি) হায়নৈ । ঐচআইভি/এইদস নৈনবা মতমদা লমচংলাই ইমোইনু করিনো নৈনসি ।

লৈমরেন লাঙোল ঈমোইনু লাইরেম্বী ?

লাইনিংবা মঙ্গি, চিয়ারমেন, মলতি দিসপ্লিন্নরি অপ্রোচ (এমডিএ) রিসর্চ বোর্ড, অপোকপা মরুপ অমদি ওজা তরুবা, থৌবু, অপোকপা মরুপ, লোয়শং মশা ঝাশিখোংনা তাকপিরকপা মতুংইন্না লৈমরেন হায়রগা "মতম" বু খংনগনি । মতমদি লেপ্পা লৈতনা লৈন-লৈন চেনবনি। মতম্মা কনাবুসু ঙাইবিদে । মতমগী মমাংদা ফল্লিবা 'ম' অসিদি : অতিংখমদা য়াহিপ্পা খোয়ুমলাই ঈপুরোই অপোকপগী মতিক-ময়াই-মশুনলেন খংঙমদ্রবা কৈনোমনি । খংঙমদ্রবা কৈনোম ওইরিবা ঈনুং ঈবেনবুং নুংজেং ঈকোন অতিংখমদা পুক্নি-মশুন য়াই মহীরেন সনামহী ঈপুরোই অপোকপনা য়াহিপ-য়াতারি হায়রিয়ে ।

অতিংখমদা য়াতারিবা সকোক সল্লাই অতিংকোক মরুসিদবা লাইরেন তাওরোইনাই ঈপুরোইনা - মীনচিংবা অচং চংত থরাইপানবা তাইবং শেম্মগে নিংদুনা সনামহী ওইনা শায়োনখি । মতৌ করম তৌরগা শায়োনখি ?!! অতিঙানচিংবা পোংলম পোংচাক মঙানা সুপ্না তিল্লগা ওইরিবা তেংবানবা/ তাইবং পানবা খিবিক্কী হৌরক-কারকফমদি : অতিংখমদা য়াহিপ্পা সকোক সলাই থিরেন্না খংহল্লিবা তেংবানবা মপু ঈবুঙো অপোকপা লাইনিংথৌ সনামহি ঈপুরোইনি ।

পুক্নি- লাই সনামহী ওইনা সায়োন্দুনা : তাইবং মী শেম্লনবা হায়দুনা ঈপুরোইনা মশাগী ঈনুং ঈপাক ঈরেনবুংদা তেংবানবা য়াওনগী সন্নজীং কৌব্রু

চিংলেন তরং থক্তা : ঈণ্ডারেন ওইনা শায়োনখি। কৌব্রু সন্নজীং চিংখৎপা ওল্লনবা মথৎ মথৎ শায়োল্লগা কাইনখৎদা ওকসারেন ওইনা শায়োনখি । ওকসারেনগী ওকচাও পাম্লেনা সন্নজীং কৌব্রু চিংখৎখি । চিংখৎলপ্তা তরং থক্তা থমখি । ঈপুরোইগী য়েৎ-ওই নুংশিত্তগী মথং মথং সোরারেন লৈমরেন চোংথোকখি ।

সোরারেন-লৈমরেন্না সন্নজীং কৌব্রুদা হেক কাখৎখিবা মফম-মতম অনিমক্কী হৌনবুং কাংকোক = ০ তগী নুমিৎ লিশিং লাখা লাতিং লাকক্ লাওক লানু অক কৌবা শিংকক-শিংথা ওমদবা কোরৌ নুমিৎ য়াংগোল ময়াম অমা সন্নজীং কৌব্রুদগী অতিওা তরং লমহাং লমজাওদা পাইখৎখি । মফম- মতমদুদগী হৌদুনা পুন্সি-মওনলেন হীয়াই পুবা ঈপুরোই কৌবা অথৌবা ঈবুধৌগী মছাদু মৈগী নুংদা চংখি । করম্বা মৈদনো ?

লাইরেন তাওরোইনাই নমুসিদবা ঈপুরোইদি ঈবুধৌগী মসাদুনা চংবিনবা মৈদাদুদি : মৈবা-মৈবী - মৈবুল হৌনা ওুং ওুং ব্রং ব্রং চাকপা হাম্লেনসিফা চায়নবা মৈদানি । ঈপুরোইগী লৌশিং ময়োন মচংনা শেমজবা মৈনি । হাম্লেনদি ফুল কোলেজনচিংবা মহেকোন্না খংনরিবা হাইড্রোজেন মনিলদুনি ।

ঈপুরোইগী মছাদু মৈনা পুমকোয় কোয়না লৌথোক্লুনা মৈনুংদা : মীনচিংবা তাইবংপানবা শেম্নবা কৎথোকখি । মছাদু কেমনুবী-কৌবা হেল্লিয়ম গ্যাসকী উং ওনখি । উংভুদগী হুমলেন কৌবা ওক্সিজেন মনিন পোক্লকখি - মতমগী মনুংদা হাম্লেন হুম্লেন কেৎনরগা তরং লাইজ ঈশিং পোকখি ।

ঈপুরোইবু সোরারেন্নচিংবা চীঙু লাইয়ামশিন্নবা ঈরাৎখি-ফম্বাল লিংদুনা । পেল্লদুনা ঈপুরোইনা সোরারেন্দা তরং লাইপাও পীখি : "তাও তাও ও সোরারেন! ঐবু ঈরাৎনবা হায়দুনা লৈমরেন্না লুনা তৌরবা ফুহিং ⚱ নুংদুদা হুম্লিওবা ঈওাং নৌবা ওইনা শায়োল্লগে । নচাওুম্না লাইগী চিঙাক পীজদুনা য়োকউ । ঈওাং (অওাং) অদুগী মতেং লৌদুনা নংনা তাইবং মী শেম্মু ।" লাইপাওসি হায়রল্লগা ঈপুরোইদি অতিংখমদা সরোল থুংনা থুপখরে ।

পুন্সি-মওন য়াইরেন (লাইফ ফোর্স সুপরইনর্জি)ওইবা মহিরেন সনামহি ওইনা শায়োন্নবগী পোরম (পরণজ) মতুং ইন্না তাইবং মীনচিংবা অচৎ চত্ত থরাইপানবা শেম্নবা লৌশিং মখা পোন্না ঈপুরোইনা মৈগী নুংদা চংদুনা মছাদুনা

কেম্নুবী (হেল্লিয়ম) উৎ ওন্দুনা মালেমদা ঈশিংপুবা লাই ঈরাই পুরেন ওইনা শায়োনখিবা মতম অসি : চহি লাকক (বিল্লিয়ন) ৩ হায়বদি চহি লাখ ১০ অদুগুম্বা চহি লিশিং অহুম শুরে হায়রিয়ে । (Holmes Principles of Phiysical Geology, Printed in UK, 1978 P. 9, Clm. 1)।

মথক্কী ৱাফম অসিদগী খংবা ওস্মে মদুদি মতম অসিদগী মালেম অসি ঈংথরকএ। অসিগুম্বা ইংথরবা মালেম অসে : মতম লাইরেং তনৌবী ইমা মহৌশা লাইরেম্বী লৈমরেন লাংওন চংখোনবী ঈমানা - অতিংখমদা য়াহিল্ল খোয়ুম লাই-ঈপুরোইবু ঈরাংনবা লুনা তৌজবা লৈমরেন ঈশ্বাইফু ◯ ওইবা ফুহিংনি । মসিদা ঈপুরোইনা শায়োনখিবা হুম্নিগুবা ঈঙাং অদু অমকপা লৈত্রবা কোক্লেং তুরে শেংবা পুক্নি মঙনয়াই পুক্নি লাই সনামহী লাইনিংথৌ কৌবা ঈপুবোই মশাদুমক্লি । মসি শেমজিনৱারী (মিথোলোজি) নত্তে ।

লৈমরেন্দি মৈতোন্দদি থৌশাবা ওম্বীনিনা, সনখোংগিদি মরিবা/ ফুংগাগিদি লাইরুবা, ঈপুরোই অপোকপগী পুক্নি-মঙন য়াইরেন কৌবা মছাদু মৈ থাদোক্লমদ্রবদি কেম্নুবী উৎ ওল্লম্লোই । কেম্নুবী উৎ অদু লৈরমদ্রবদদি হাম্লেন হুম্লেন কেৎনদুনা তরং লাইজ ঈশিং লৈবম্লোই ঈশিং লৈরমদ্রবদি চাননবা চিঙ্গাক লৈরম্লোই । চিঙ্গাক লৈরমদ্রবদি মীনচিংবা তাইবং পুক্নি লৈবম্লোই । ঈশিং লৈত্রবদি পুক্নিসু লৈতে (নো ৱাতব নো লাইফ) হায়বসে সকোক থিবেন্না খংহল্লি । মসি হৌজিক্কী সাইন্স তেক্লোলোজিনা তশেংনা খংওবনি ।

ঈমোইনু কবিনো ? খংবা ওস্মগনি ঈমোইনুগী ৱারোনথোক ৱামিৎলোনগী ৱাচুমদি করিনো ? হৌজিক থিরসি । ঈ + মী + ওই + নু = ঈনা মী ওইরগা ফংঙিবা পুক্নি হীয়াই অদুগী অকক্লবা মীওইবগী পুক্নি তাংকক অদু লাইথুং লাইনা পকহন্দনা লাইনা পী বীবা মতম চহি ১০০ ফাওবা পুক্নি - নোংশাংনবা শেংলবা লমচৎ পথাপ খংনবা লৌশিং থোইবীবু কুপ্পা শেন্নবিবী শেন্নু অচানবী লাইরেং তনৌবী লাইবেম্বী ওইনা শাযোক্লিবী অদুবুনি : ঈন + মী + ওইবা + (লমচৎ শেন্নগদবা পথাপ) নু = ঈ + ম + ওই + নু = ঈমোইনু ঈমা লাইবেম্বী লৈমরেনবী - লোইদাম ৱাকচীংগী ১২ নি পানবা ঈথৌ পাখংবগী খাবান্দা ঈরাংনরম্লিবসে ।

ঈপুরোইং সনামহীদি অতিংথম কৌবা খংগুমদ্রবা কৈনোমনি হায়নরিবা পুন্সি মগুন য়াইরেন ঈরেনবুং অতিংথমদা য়াহিগুনা খমলাংলিবনি । অদুনা অতিংথমদা য়াহিগুনা মতম কালেগী থাংমদা খমলাংলিবা ঈপুরোইংগী ঈচীক - ঈহনবা লৌশিংগী ময়োল মচংনা শেমজবা মৈগী নুংদা ঈপুরোই মহাদু মৈ থাদোকুনা কংথোক্লবা মতুংদা সনামহী কৌবা পুন্সি য়াইরেন ওইনা মৈথুল ওইরিবা কোরৌ নুমিৎ লিশিং লিশিংগী মৈ য়োকফম অদুবু : লৈশেম্রোনগী ফুংগা লাইরুদা ফম্বী ঈমোইনু লৈমরেন শায়োন ওইনা কুম্মেশকপান্দুনা (ড্রামাতাইজ তৌদুনা) - মীতে চীংতম কৌবা ঈনাৎ পাথাংপুথাংকোক্কী য়েলহৌ মীশিংনা থাকচিংগী ১২ নি পানবা লোইদাম থাজ - ঈথৌ পাখংবগী থাবান্দ মমুং তানা খংদুনা মীয়ামগী ওইন ঐচআইডিনচিংবা লাইফুং লাইনা ময়াম অসি পজনা শেংলবা লমচং পথাপকী শেংলবা লৌশিং থোইবিবু - নোংথানগী মখুংতা তাহনখিদনবা শেম্নরিবা শেম্নু অচানবীগী শক্তম লৌরিবী লৈমরেন লাগোন ঈমোইনু ঈমা শেংলবী লমচং লাইরেম্বীবু মীয়ামগী লমচং চুম্নবা ঈরাংনরম্লিবসি অচুম্বা অশেংবনি । অহন-য়াথং কৌবা লমচংকী য়েলহৌ লাইরিক্ক তাক্লিয়ে :

"পুক্লিংনা সনাওই লমচংনা কোলেং ওই/ অপোম্বা লৈরাংদা থোইমু খোইইনফরোই লাইরেবাক কোনুংদা লাইনিংথৌনা পানবগুম/ সনাগী তাংখলদা নুংঙাইনা ফম্বগুম নুংঙাইরি তাইবংনা মপুক্লিং শেমজরি/ অবা-না লৈতনা মপুগা লোয়নরি / খুরুমজে অপোকপা লাইনিংথৌ য়াইফবা নওংনা নতৌনা তেংবানবা ওইরিবা ।।০।। " ........

লাইনিং খুদাগী য়াকম্না অমনি, ইমোইনুগী য়াকমসি মমুং তানা নৈনবগী তঙায়ফদবদু ঙসিগী খুন্নাইসিদা য়াম্লমক মথৌ তারে । অপোকপা লাইনিংগী মীংয়েংদা ইমোইনু হায়বসি মতমনি মায়োম্নি । মতমদা ময়োল চোংই, মতমদা শাংলি, মতমু মশক মুন্না খঙবা মীদু য়াইফবা অথোইবনি । ঈংবদগী ঈংবা থাকচিংগী মনুং ১২নি পানবনু ইমোইনু ইরাং থৌনিবা নুমিৎ ওইনা মীতৈশিংনা পাঙথোক্লম্মী । থাকচিং হায়বা থাসি তেংপানবা পোকথায়রকপগী অথোইবা মতমনি........ ইমোইনুদা য়াওরিবা "নু" হায়বসি ময়োম্নি মতম ঙাক্লা চংপা লাইরেম্বীনি, মীতে থারীদা য়াওরিবা 'নু' তারিবা কোনু, তোনু, খম্নু, শেনু, থম্বালনুনচিংবা নৈনদুনা য়েংবা

য়াই। মতম ঙাক্না চৎপা ঙম্লগদি ফত্তবা লীচৎ চৎপা ঙম্লোই। মীওইবগী লু তোংদা পকপ্লবা অপান্বা, নুংশিবা কল্লকপা, মীহৌবা, য়েংথীবা, হঙ্গোইবা, তুরুৎচবনচিংবশিং হিংলিঙৈ মতমদদি মাঙহনবা য়াদে, অদুবু লাপথোকহনবদি য়াই। মচা মনাই লোয়নবা, য়াহিপ চাকচা চুম্বা, মীৎয়েং নায়েং চুম্বা য়ুমগী য়ুম্বরেম্বা অমগা য়ুম্বরেম্বা অমগা লৈনগদবা মরী অমনা অমবু থাজননা, ইমোইনুনা য়াখা য়াদবা লীচৎশিং মুন্না নৈনদুনা য়ুমথোঙ খুদিংদা লৈরিবা মীওইশিংদা খঙদুনা ইনমীন্নরবদি ঐচ আই ভি শন্দোকপগী চাং ৭০ % দি হন্থহনবা শোয়দনা ঙমগনি।

ঐখোয়গী লৈজরম্বা ঐগী হায়বদু লাপ্না হন্দোকখ্রে ওসিনা মদুগী মহুৎনা তাহৈদবা উহৈদবা য়েংহৈদবা কয়া নোংমা কাংদনা থোক্লবে। ইমোইনু নাংশিং লম্বী অমা ওইনা ইমুং অমনা চাজগদবা চেঙদগী চেঙ খুৎলাক অমখক নংতগী খাইদোক্লিবা অসিনা পাক শন্না ইনমিন্নরবদি ঐচ আই ভি শন্দোকপগী থৌওং শোয়দনা হন্থগনি। চেঙ খুৎলাক্তুগী মরুমদা বাহৈ খরা য়াওরি মদুদি *"পুক্নি লাই অপোকপগী মফমদা ঙমজবা থরদং কৎচরি, কৎচরিবা খরসিনা লৈবাক্কী অমদি মীয়ামগী য়াইফবা ওইবীয়ু, লৈবাক্কী অমদি মীয়ামগী য়াইফবদা ঐগীসু শরুক য়াওজগে।"* হায়বা অৱাংবা থাক্কী বাখল্লোন অমগা লোয়ননা হিংলবা খুন্নাইদা চাউরকপা ইমুংগী মীওইশিংদদি লানমৈ চাকপগুম শন্দোরক্লিবা ঐচ আই ভিগী মৈরীনা ইরায় হেক লায়না ৱায়বা ঙম্লোই হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। ইমোইনুবু নীংশিংবীদুনা চেঙ খুল্লাকপু হিংহল্লিবা নখোয়গুম্বা কয়া থোকপানরুবদি নখোয়গী বাখল্লোন অসি মীয়ামদা য়ৌহল্লবদি মরেবাক মরমদসু নুংশিবা চাঙ্গং কায়জংদবা অচঙবা মীওই লিশিং লিশিং থোরকনি। শোয়দনা থোরকনি। ঐসু পুক্নিসিনা লৈরিবমখৈ হাপচগে, লৈবাক্কী য়াইফবদা ঐগীসু শরুক য়াওজগে। অসিগুম্লবা মফম অমদা খোয়রি নাউফম তাফম ওইজরুবা, পোকফম শাংফম ওইজরুবা পীরুবসু পীক্না অৱাংপা কৌবা লৈতবী ইমা নঙগী নচা ওইজরুবা ঐসে কয়াদা লাইবক ফরিবা। পোক্লবদি নঙগী নচা ওইজগে, নঙগী নতম্বাক্তা হিংজগে, নঙগী নতম্বাক্তা শিজগে। ইমোইনু কৌবী মহাক্কী মতম পোকপা হিংবা শিবা খঙজগে।

(লোইরবা)





মী.ওইবগী হকীদমক থেংনবিবশিংগা লোয়ননা অইবা




সেনাপতি দিস্ট্রিক্টকী মনুং হনজিনবা খুঙং অমদা অইবনা পাংথোকখিবা
ডি ট্রিটমেন্ট কেম্প অমদা মতেং পাংবিখিবা মীওইশিং অমদি অইবা

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং অমদি পাউচেশিং ইংলিস অমসুং মনিপুরীদা পুয়া শিজরি :


Cancer
its causes, symptoms & treatment
ELI G. JONES, MD

Competition Success Review Year Book 1996
Edited by - S.K. Sachdeva

Davidson's
Principles and Practice of Medicine
ELBS 15th Edition
Edited by - John Macleod, Christopher Edwards, Ian Bouchier

Kanyakumari
G. Krishnaswamy

PPTCT (India)
Revised Training Curriculum
Participant Manual Dec-2004,
NACO, Unicef, WHO, CDC

Training Module on HIV Infection and
AIDS for Medical Officer of PHC 1995
M.H.F. & W., GOI & NACO

Talking AIDS
A Guide for Community Work
Produced by : Gill Godon & Tony Klouda

The Merger of Manipur
Lt. Col. H. Bhuban Singh

Tata Memorial Hospital

চৈথেংলোনগী মহাজনত শৈরেং
- শ্রীনিংথোজম ইবোবী সিংহ

খোংজোম লান
- ইয়াবোত সিংহ

ইম্ফালগী নুংতিগী খোংবা পাউচেশিং

# নিসা বাশি




চৈচৎ ৭ নভেম্বর, ১৯৬৭ গী হিয়াঙ্গেগী ৬নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎতা বাশিখোং ৱাঙ্খে লৌমানবীদা পোকই । নিংঙোম্বম পিশক অমদি নিংঙোম্বম ওংবী থোইবী অনিগী মচানি । মচিল মনাও নুপা অহুমগী মনুংদা খ্বাইদগী অহলনি । মনিপুর য়ুনিভর্সিটিগী গ্রেজুয়েটনি । ১৯৯১-৯২ দা বোর্দ ওফ হোমিওপেঠিক সিষ্টেম ওফ মেডিসিন, অসামদগী দিঐচএমএস লোইশিন্দুনা চহিসিমক্তদা রেজিষ্ট্রেসন ফংদুনা মতমদুদগী হৌনা লেপ্তুনা হোমিওপেঠিক্কী লায়েংগী কান্নবা মীয়ামদা ফংহল্লক্লি । ১৯৯৪ - ১৯৯৫ তা হোমিওপেঠিক মেডিকেল এসোসিয়েসন ওফ ইন্দিয়া (হ্মাই), মনিপুর ব্রাঞ্চকী সেক্রেটরি ওইখি । চহিসিমক্তদা মনিপুরীদা ফোংবা হোমিওপেঠিক্কী হকশেলগী চেফোং "হোমিও পাউজেল" কৌবা চেফোং অসিগী অনিশুবা চিফ ইদিতর ওইখি। ১৯৯৬-৯৭ দা হ্মাইগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুখি । বাশিখোং ড্রামাটিক এসোসিয়েসনগী মেম্বর আর্টিষ্টনি । মৈরা বাশিখোংগী লাইফ মেম্বরনি । আইদিয়েল মার্দস এসোসিয়েসন(ইমা), খা ইম্ফালগী এম.ও. ওইনা ওইনা ইমাগা খুৎশম্নদুনা পাংথোকখিবা য়ুরোপিয়ান কম্মিসন অমদি ভোলুন্টরি হেল্‌ঠ এসোসিয়েসন ওফ ইন্দিয়াগী ঐচআইভি/এইদস থিংবগী প্রোজেক্টতা ২০০০ মার্চ ফাওবা প্রোজেক্ট কোওদিনেটর ওইরম্মী । ২০০০ এপ্রিলদগী ২০০৬ সেপ্তেম্বর ফাওবদা মিনিষ্ট্রি ওফ সোশল জষ্টিস এন্দ ইমপবারমেন্ট, গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়াগী শেল্ফংনা চলাইবা ড্রগ দি তোক্সিফিকেসন অমদি রিহেবিলিটেসন সেন্টর অমগী প্রোজেক্ট দাইরেক্টর ওইনা পুরম্মী । অণ্ডম্বশিংনা অচুম্বশিংবু অমদি তৌগদবশিংবু হন্না হন্না নাথৈ হায়বা ৱাফমদগী থবক থাদোকখি। ফাউন্দেসন ওন সোশল দিফেন্স এন্দ হেল্‌ঠ ইদুকেসন(ফোসডি), মনিপুরগী ফাউন্দর সেক্রেটরিনি । হৌজিক মনিপুর হিউমেন রাইট ওর্গেনাইজেসনগী সেক্রেটরি ওইনা পুবগা লোয়ননা হোমিওপেথিক প্রাক্টিষ্ট তৌনা তৌনা খুন্নাইসিদা নারিবা অনাবশিং ড্রগ অমদি ঐচআইভিগী মায়োক্তা খংমিননবা, হকশেলগী অমদি লায়েংবগী খুদোংচাবা লৈতবা মনুং হঞ্জিনবা মফমশিংদা লেম্না লায়েংদুনা অমদি হিদাক লাংথক ফংহন্দুনা অতৈ লুপশিংগা খুৎশম্নদুনা তঙাইফদবা ফংফম থোকপা হিংবদা চংবা মীওইবগী হক্তা মরি লৈননা মীয়ামগা লোয়ননা মীয়ামগী য়াইফনবা তৌমিন্নরি অমদি পামজরুবনা ৱারেং, শৈরেং, ঈশৈ ময়েক্লচিংবা অশংবা মতমদা খর খর ইরি অমসুং মনিপুরগী মমিং লৈরবা চেফোংশিং অমদি পাউজেল চেশিংদা ৱারেং, লমকোই ৱারী, ৱারী মচা অমদি হকশেলগা মরি লৈনবা ৱারেংনচিংবা কয়া ফোংগ্রে ।

MASHU Apunba